LANGATHELGI FOLKLORE NEINABA
study on Langathel Folklore
by Mongsatabam Tuleshwari


E-Mail taoba @ redifmail com

First Edition June, 2012

Cover Author

Copy 1,100

Price Rs 150/-

ISBN ISBN 978-81-920096-2-9

Published by APDC, Uripok Achom Leikai Imphal

Printed at Lamyanba Printers, Konung Lampak, Imphal

# ৱাহৌদোক

'ফোকলোব' হায়বা ইংৱাজিগী ৱাহৈ অসি তবামাপলশুবা চহীচাদগী নিযম নাইবা মওঙদা মচাকশিংসি খোমদুনা বৈজ্ঞানিক ওইবা মিৎযেংদা নৈনবা হৌবকখ্রবনি। ফোকলোব হায়বা ৱাহৈ অসি শীজিন্নবা পংকুই কুইদ্রবসু মসিদি মীওইবা জাতিনা হেক লৈবকঙৈদগী হৌনা লৈবক্লবা অমনি। অমবোমদা 'ফোকলোব' হায়বা অসি মীওই কাঙলূপ অমগী পুন্সি মবেলগা অদুম্মক লোয়নদুনা লাক্লবনি। 'ফোকলোব' হায়বিবা অসি মীওই কাঙলূপ অমগী নাৎকী মনুংদা যাওদুনা লৈবিবা মচাকশিংগী শক্লোনশিং খবনি। মবম অদুনা মীওই কাঙলূপ অমগী ফোকলোব নৈনবদা কাঙলূপ অদুগী নাৎকী মপুঙ ফাবা শক্তম্মক নৎত্রবসু খবা মখৈদি শোয়দনমক্কী খঙহনবা ঙম্মি। অদুগা ফোকলোব তম্বীবা অমসুং বৈজ্ঞানিক ওইনা নৈনবা হৌবকপসি কুনশুবা চহীচাগী তঙ্খায় হেল্লক্লবা মতমদা ভাবতকী তোঙান তোঙানবা ইন্সটিটয়ুশন অমসুং য়ুনিভর্সিটিশিং অসিদনি। মণিপুব য়ুনিভর্সিটিদসু খৃষ্ট কুম ১৯৮০ অদুৱাইদগী ফোকলোববু মণিপুবী বিভাগতা তম্বিবা অমদি বিসর্চ তৌবা হৌবকখিবম্মি। মথক্তা পল্লিবা খোঙজং অসিগী মপান্না শ্রীমতি মোংসাতাবম তুলেশ্বৰীনা 'লাংঙাথেলগী ফোকলোব নৈনবা' হায়না মিংথোনবা লাইবিক অসি পূথোকপা ঙমলক্লিবনি।

লাইবিক অসিদা, ইম্ফালদগী কিলোমিটব (৩৪) কুম্থ্রামবিবোম লাপ্পা খা-মৈবম পাংবদা লৈবা 'লাঙথেল' হায়না খঙনবা খুল অসিদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈবিবা মণিপুবীশিংগী ফোকলোবগী তোঙান তোঙানবা মচাকশিংবু নিযম নাইবা মওঙদা খোন্নগা বৈজ্ঞানিক ওইনা হৌজিক্কী মতমগী ফোকলোব নৈনবোলগী পান্বৈনা মবীক চূম্না নৈনবনি। মসিগী মথক্তা লাইবিক অসিদা ফোকলোব হায়বিবসিনা কবিবু

খঙনবগে হাযবগী ৱাহন্থোকসু নীংথিজনা মতাং চানা পীবি। লাইবিক অসিদা লাংঙথেল ফোকলোবগী 'পার্ফোর্মিং ফোক আর্টস' নত্তনা অতোপ্পা

ফোকলোবগী শক্লোনশিং হাযবদি চীনবুং সাহিত্য (ওবেল লিটবেচব/ফোক লিটবেচব) ফিজিকেল ফোক লাইফ (মেটবিযেল ফোক কলচব ) অমসুং সোসিযেল ফোক কস্তম অসিনচিংবশিংগী মবমদদি যাম্না ফজনা অমসুং মমুৎ তানা মিৎযেং কযা থমদুনা নৈনবি। খুল অসিদা লৈবিবা মণিপুবীশিংনা মাঙলমচত্তগী হৌনা শীজিন্নদুনা লাক্লিবা ফিজেৎ লৈতেং, যুমশা-কৈশা, খুৎশু খুৎলাই অসিনচিংবশিংগী মবমদসু শুগাযনা তাক্লি। অসিগীসু মথক্তা লাংঙথেল খুলগী চৎনবী,থাজনবী, হবাউ-কৃষ্মোনচিংবশিংগী মবমদা মবাঙ কাযনা খৃদম পীদুনা খঙহল্লি। খুল অসিদা লৈবিবা মৈতৈশিংনা মহৌশাদগী হৌনা লৈজবক্লিবা ধর্মগী থাজনবী, চৎনবীশিং অসিগা হিন্দু ধর্মগী থাজনবীশিং অনী অসি নীংথিজনা তিনশিন্নখিদুনা ওইবিবা তোপ-তোপ্পা মওঙ অমগী হিন্দু ধর্মগী ওইবি হাযবসু মযেক শেংনা খৃদম পীদুনা তাক্লি। খুন অসিদা লৈবিবা মীওইশিংনা পোকপদগীনা শিবা ফাওবদা পাঙথোক্ল বিবা তোঙান-তোঙানবা লাইথৌ-তিনথৌ কযাশিংসু নৈর্নবি। মসিমক্লা লাংঙথেল খুলদা লৈবিবা মীওইশিংগী ফোকলোবগী তোপ-তোপ্পা মচাক কযা খঙহনবদা নত্তনা মণিপুব বাজ্যদা লৈবিবা মণিপুবীশিংগী ফোকলোবগী মতাংদা মপুঙ ফানমক নৎত্রবসু খবা মখৈদি তশেঙনমক খঙহনবা ঙম্মি হাযনা হাযবা যাই। মবমদি খুল অসিদা লৈবিবা মীওই কাঙলূপ অসিসু মণিপুবী ওইবনিনা।

লাইবিক অসিদা মক ওইনা চীনবুং সাহিত্য (ওবেল লিটবেচব)গী তোঙান তোঙানবা শক্লোনশিংগী মনুংদা লাই-তীনগী ৱাবী,থাজৱাবী,ফুঙ্গা ৱাবী, খুনুং ঈশৈ, ঈশৈ ৱাবী (বেলদ), পাউবৌ অমসু পাউখোঙগী মবমদা বৈজ্ঞানিক ওইবা মওঙদা মখোয মখোযগী সংজ্ঞা, কযাৎশিং পীদুনা মখোযশিংগী মশক নীংথিজনা তাক্লি। মসিগীসু মথক্তা চীনবুং সাহিত্যগী তোঙান তোঙানবা শক্লোনশিং অসি বৈজ্ঞানিক ওইবা মওঙদা খুল অসিদা ফঙলিবা মচাকশিং অদুগী মতুংইন্না মখলশিং খাযদোক্নুনা কুপ্পা নৈনবি। মীওই কাঙলুপ অমগী চীনবুং সাহিত্যগী শক্লোনশিং হাযবদি লাই-তীনগী ৱাবী,থাজনবী ৱাবী,ফুঙ্গাৱাবী,খুনুং ঈশৈ,ঈশৈ ৱাবী অসিনচিংবশিংদা কাঙলূপ অদুগী নাৎকী মমি তাই। জাতি অমগী চীনবুং সাহিত্য নৈনববদি জাতি অদুগী নাৎকী মশক খবদি খঙহনবা ঙম্মি। মবম অদুনা লাংঙথেলদা

ফংলিবা চীনবুং সাহিত্যগী তোঙান তোঙানবা শক্লোনশিংসি নৈনবিবসিনা লাংঙথেলগী নাৎকী মশক মপুঙ ফানমক নৎত্রবসু খবদি খঙহনবা ঙম্মি হায়বদু লাইবিক অসিদা চঙখোন্না তাক্লি।

'লাংঙথেলগী ফোকলোব নৈনবা' হায়না মিংথোনবা লাইবিক অসিনা লাংঙথেল ফোকলোবগী তোঙান তোঙানবা শক্লোনশিংগী মবমদা মবীক চূম্না তাকপগা লোয়ননা খুল অসিদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈবিবা মীওই কাঙলুপ (মণিপুরী) অসিগী পুন্সি মবেল, সমাজ,নাৎ অসিনচিংবশিংসি খঙহনবা ঙম্মি। মসিগীসু মথক্তা লাইবিক অসিদা ফোকলোবগী ব্রাহম্লোক বৈজ্ঞানিক ওইনা পীবগা লোয়ননা মসিগী তোঙান-তোঙানবা শক্লোনশিংগী মবমদসু যাম্না মবীক চূম্না অমদি নীংথিজনা মশক তাক্তুনা অমদি মখলশিং খায়দোক্তুনা নৈনবা অসিমক্লা লাইবিক অসিবু পার্বিবিবশিংদা মমল যাম্নবা কান্নবা শোয়দনমক্কী পীবগনি।

অবোয়বদা, অইবী অসিগী লাইবিক অসি ফোকলোবগী লৈবিবা শক্লোন কয়াবু হৌজিক্কী মতমগী বৈজ্ঞানিক ওইবা ফোকলোব নৈনবোলগী পান্থং কয়া শীজিন্নদুনা লাংঙথেল ফোকলোবগী মচাকশিংদা পানশিন্দুনা যাম্না নীংথিজনা নৈনবা লাইবিক অমনি। তশেংনমক, লাইবিক অসিনা লমদমসিদা লৈবিবা ফোকলোববু মখা তানা মায়কৈসোমদা নৈনবা পাম্বা কাঙবুশিংদা অচৌবা মতেং অমদি কান্নবা শোয়দনমক্কী পীবগনি।

ইম্ফাল

**দা. হুইরেম বিহারী**
বিটয়ার্দ প্রোফেসব, এম যু

# ৱাহৈ খরদং

থাপ্না উবদা চীংনা ইকোয কোযশিনবা, মনুংদা খুল অমা তাবমগনি থাজরুদবা, তাবন্নগসু, মী যাম্না লৈবমনি খল্লুদবা অপীকপা খুল অমনি লাংঙাথেল। খোঙ লম্বী মান্না চঙশিনবা অপীকপা চীংনুংগী লম্বী অসিদা চঙশিল্লগা লাংঙথেল খুল অসিনা ঈংনা চীক্না লৈবমখি। মহৌশাদগী লৈজবক্নবা অমদি চৎনবক্নবা নাৎকী শক্তমশিং কযানা খুল অসিগী মশক মমল লেপলম্মী। যাইপুবীবী অমা ওইদুনা লৈবম্বদা, মণিপুব খুন্নাই অসিগী মমল যাল্লবা, ফোকলোব মচাকশিংগী মফম অমদি ফঙবা ঙম্লে খনখি। খুল অসিদা লৈজবম্বা, থাজনবী, চৎনবী, চীনবুং ৱাবী, পাউবৌ-পা ওখোং কযা অসি তোপ তোপ্পা মশক অমনি। অসিগুম্লবা ফোকলোবগী মচাকশিং অসি নৈনবগী অমদি মীযাম্ পূন্না খঙমিন্নবা যানবগীদমক "লাংঙথেলগী ফোকলোব নৈনবা" হাযনা মিংথোন্দুনা লাইবিক অসি ইবা হৌজখি। পাবা অফাবা অমা ইবদু নত্তে। ৱাখলনা শাজিনবসু যাবা নত্তে। অচুম্বা শেঙবা অদু থিজিন্দুনা মমুৎ তানা নৈনবগা লাইবিক অমা ওইনা পুথোক্নবা পাযখৎচখিবনি।

লাইবিক অসি ইখৎনবা অমদি ফোকলোবগী মচাক ফঙনবা চঙশিল্লুবদা, খুলগী ওঝাশিং, অহল-লমন, ইমা-ইবেন, ইচে- ইচল কযানা অচৌবা ৱাবী ৱাখোং তাকপীবকখি, মচাক পীবিবকখি। মখোযগী মতেঙ ফঙলমদ্রগদি লাংঙথেল খুল অসি, লৈবি হাযবা নীংশিংলমলোই। মপান্দা উবদা মনুংদা খুল অমফাওবা লৈবম্লোই খনবদু অদুম খন্দুনা, হেন্দোক্নুনা চৎলমগনি।

ইবা লোযববা মতুংদা অমুক অচৌবা পনজাও অমা ফোঙদোক্নবগী মতাংদা থেংনবকখি। লাইবক ফবনা সেন্ট্রেল ইন্সিটিট্যুত ওফ ইন্দিয়ান লেঙ্গুযেজ,

মহিশুবগী পবিলিকেসন নোটিশ থেংনকব্দগী থাগৎচব্দা, যাবিবক্তুনা ফোঙদোক্ল বগী শেন্থং খবা পীবিবকথি। মসিমকসু নুংঙাইজবা অমনি অমদি ইন্সিটিট্যুত অসিগী মফমদা লমন অমা তোনশিঞ্জবি। হৌজিক্কী লাইবিক অসি মীযামদা নৈনবদা শক্ক যামিন্নবা খুৎশিন্নজবি।

অইবী

# মনুংগী লমায়শিংদা য়াওরিবশিং

অহানবা পন্দুপঃ

**লাংঙথেলগী ফোকলোরগী মচাক —**



অনীশুবা পন্দুপ

**লাংঙথেলগী চৎনবী, থাজনবি অমসুং হরাও-কুম্মৈশিং —**

**অহুমশুবা পন্দুপ**

**লাংঙাথেলগী মিথ অমসুং লেজেন্দ –**



**মবিশুবা পন্দুপ**

**লাংঙথেলগী ওইবা ফুঙ্গা ৱারীশিং –**



**মঙাশুবা পন্দুপ**

**ফোক সোং অমসুং বেলড –**

**ব্রাহৌদোক ঃ**

"লাংঙথেল" হাযবিবা খুল অসি, ইম্ফালদগী খা-মৈবম পাংবদা কিলোমিটর ৩৪ বোম চৎলগা লৈবা খুল অমনি। খুল অসি নেস্নেল হাযব্রে নম্বর ৩৯গী লম্বীদা চৎলগা খোংজোম কৈথেলগী নোংপোক্তা অমুক চাওবাক্লা কিলোমিটর অমবোম চৎলগা নাইতোম ওইনা লৈবা মৈতৈগী খুল অমনি। "লাংঙথেল" হাযবা বাহৈ অসিগী বাহন্থোক অনীখক লৈবি। "লাংঙথেল" হাযবগা থৌবাল জিলাগী মনুং চন্না লৈবা অদুগা খোংজোম কৈথেলদগী নোংপোকলোমদা কিলোমিটর অমবোম চৎলগা লৈবা মৈতৈগী অপীকপা খুল অমবু খঙনৈ। মসি খুল অমগী মমিংনি। অতোপ্পা ব্রাহন্থোক অমদনা, "লাংঙথেল" হাযবগা খুল অসিদা খুন্দাবিবা মীশিংবুসু খঙনবদা শীজিন্নবি। মবম অসিনা "লাংঙথেল" হাযবগা খঙনবিবসি খুল অমদি খুন্দুগী মীওইশিংবুসু খঙনবি। খুল অসিগী নাৎকী ওইবা চৎনবীশিং, ঙাংনবিবা লোল, পুন্সি মবেল, থাজনবীশিং অসি অতৈ লমদমসিগী মফম কযাদা খুন্দাবিবা মৈতৈশিংদগী তোপ-তোপ্পা মান্নদবা কযা লৈজবি। ফোকলোবগী ওইবা মমল যান্নবা মচাক কযা মফম অসিদা মবাঙ কাযনা লৈবি। লাংঙথেল অসি কবম্না থোনখিবনো অমদি কবম্বা মতমদগী খুন্দাখিবা হৌবগে হাযবসি যাম্না মকওইবা ব্রাফম অমনি।

**লাংঙথেলগী লম্মিৎ-তুম্মিৎঃ**

লাংঙথেল খুলগী পাক-চাউবা অসি বর্গ কিঃমিঃ ৭ (তবেৎ)বোমনি। খৃঃ কুমশিং ১৯৯১ গী মীকোক থীবগী মতুংইন্না, খুল অসিগী অপূনবা মীশিং অসি ৩৪৬৫নি। খুল অসিগী মাযকৈ অহুম, চীংনা ইকোয-কোযশিন্দুনা লৈ। খুল অসিগী নোংপোক্তা চৌহৈ চীং অমসুং কৈফা চীং, নোংচুপ্তা ওযাংপোকপী চীং অমসুং তিঞ্জলোক চীং, খাদনা ঈবোইতাবা লোক চীং (ঈবোইদবোক চীং)

অমসুং অৱাংদনা ফুন্দ্রে খুল লৈবি। খুল অসিদা পাৎ মঙা (৫) লৈ। পাৎশিং অদুদি ঃ- শুমাং পাৎ, হংঙোই পাৎ, অঙোম পাৎ (থম্নপোকপী), তেঙ্গাই পাৎ (কোম্বীবৈ পাৎ) অমসুং পাৎলৌ পাৎ অসিনি। পাৎ মঙা (৫) অসিগী মনুংদা পাৎ অহুমদি হৌজিক লৈবা উদ্রে। মখোযশিং অসি লৌবুক ওইনা খুলগী মীশিংনা হৌজিক হৌজিক শীজিন্নবি। পাৎ ওইনা লৈবিবা অনী অশিদা কুম অমগী লাইগী থৌবম নুমিৎশিংদা, থম্বাল, থমচেৎনচিংবা চাবা মফম অসিদা চৎনৈ। খুল অসিদা তুবেল অমখক খুলগী মযায ফাওবগা চেল্লি। হার্যাবিবা তুবেল অসিনা লৌশি পাৎতা তাখ্রি। তুবেল অসি লোকশা অনী হাযবদি থোং থবী (খা-নোংপোক) অমসুং মাইবলোক (অৱাং-নোংপোক) অসিদগী হৌবকই। নোংজু পান্থা লাকপা মতমদা লৌ শিবা হাযবসি লৈতে হাযবা যাই। লাংঙথেলগী নত্তবা, অতৈ মফম খুদিংদা নোংনা লৌবুকশিংদা ঈশিং থুমনদুনা অমাং-অতা ফনা থোক্লবসু খুল অসিদদি মদুগী থোইনা ৱানিংঙাই লৈতে হাযনা হাযনৈ।

লাংঙথেল খুল অসিগা হেক থংনবদা লৈবিবা, মৈতৈ পাঙল অমদি মবিংনচিংবা চীংমীশিংনা খুন্দা লৈতাদুনা লৈবি। খুল অসি নিংথৌ পাল্লিঙৈগী মতমদা লাইফম পানাগী মনুং চল্লম্মী। খুল অসিদা লৈকায তবানিথোই (১২) থোক্লা খাযদোক্লুনা লৈবি। লৈকায়শিং অদুদিঃ মমাং লৈকায, মনিং লৈকায, মযায লৈকায, মাইবেন্নম লৈকায, কাংজেবুং লৈকায, খুন্নৌ লৈকায, কৈথেল মচা লৈকায, লাইকোম লৈকায, অমসুং হঙোই লৈকায হাযবিবশিং অসিনি। লৈকায়শিং অসিগী মনুংদা মযায লৈকায অসিনা খ্বাযদগী চাউবা লৈকাযনি।

লাংঙথেলগী লম্বীথোংগী ফিভমশিং যাম্না ফবা ওইদে। মনিং লৈকায ফাওবা চঙলিবা লম্বী অসিনা খুলসিগী মনুংদা লৈকায অমগা লৈকায অমগা ফাওনদুনা চৎলিবা লম্বীশিংদগীদি মসিনা খবা ফবা হেল্লি। লম্বীশিং অযাম্বনা খুল্লক লম্বীনি। অপীকপা লম্বীশিংনি। খুঙ্গাশিংনা নোংজু থাদা লম্বীশিং ফত্তবনা মবম ওইদুনা চৎপদা নুংঙাইতবা, অৱাবা কযা মাযোক্লবি। অদুম ওইনমক লৈকায অমগা লৈকায অমগা থোং লম্বী ওইনা ইফাও ফাওনৈ । চৎথোক -চৎশিন তৌনৈ। লম্বী পীকপনা মবম ওইদুনা খুল অসিদা অচৌবা গাডি চঙথোক-চঙশিন তৌবা মতমদা খুদোং চাবা ৱাৎলি। খুল অসিদা মকওইবা থোং মখিনা মীযামগী ললোন-ইতিক্তা অচৌবা মতেঙ পাঙলি। মখোযশিং অদুদিঃ- চীংলক থোং, কৈথেল মচা থোং, মনিং লৈকায থোং অমসুং পাৎলৌ খোঙ থোং অসিনচিংবসিনি। থোং মবি অসিগী মনুংদা কৈথেল

মচা থোং অসিগী পাম্বৈনা, খুল অসিগী লৈকায় তবানিথোই (১২) অমগা অমগা শম্নহল্লি। মবম অসিনা লাংঙথেলগী মীওইশিংনা থোং অসি যাম্না মক ওইবা অমনি হায়না লৌনৈ।

## লাংঙথেল হৌবকপা অমদি খুন্থোকলকপগী ৱাবোলঃ

লাংঙথেল খুল অসিগী হৌবকফমগা লোয়ননা খুল অসিদা খুন্দাবিবা মীওইশিংগী হৌবকফম থিবকপদা, খুল অসিদা কদাযদগী কবম্না খুন্থোকলকখিবগে অমদি মতৌ কবম্না লাংঙথেল হাযবা মিংথোনসি থোনখিবনো হাযবগী ৱাবীসিমক খুল অসিগী ফোকলোবগী শক্লোন অমনি। খুল অসিদা লৈবিবা মীশিংগী থাজনবী মতুংইন্না অসুম্না ৱাবীনৈ।

থাযনা মমাংঙৈ হাযবদি খুযোই তোম্পোক্না পানবা, শকাব্দ ৭৫গী মতমদা লাংঙথেলগী খা মাইকৈ পাংবদা "খুমন" হাযনা খঙনবা থেনমাং চীংগী মযাদা লৈবা খুন অসিনা ইহান-হান্না খুন্দাবম্মী হাযনা থাজনৈ। মতম অসিদা উমংলাই পম্নমক্না ৱাকচীংগী মঙানি পানবা নুমিৎ অসিদা থেনমাং চীংদা খুন্দামিন্নদুনা কুম অমগী লাক্কদবা অফ-ফত্ত পুম্নমক্কী ৱা তান্নবগা লোযননা লাইযাম পুন্না লাঙদুনা মতম খবা লৈবম্মী। হাযবিবা মফম অসিদা চীংখোং-চীংযা ওই হাযদুনা লাংঙথেলগী মনিং লৈকাযদা খুন্দাদুনা লৈখি হাযনা থাজনৈ। লাই মযাম থেন্দুনা লৈবন্নগা মাঙখি হাযদুনা মফমসিবু "থেনমাং চীং" হাযনা থোনখি। লাইযাম্না হবাও-তযাম্না লাওনা-খোংনা থের্নখি অর্মদি পানখি হাযদুনা খুল অসিবু "লাংঙথেল" হাযনা মমৈথংদা খঙর্নখি হাযনা থাজনৈ।

লাংঙথেল কৌখিবগী অতোপ্পা থাজনবী ৱাবী অমনা- "নহান পান্থোইবী নোংপোক অনীনা মপোক- লাংওন অমা ওন্দুনা থেন শাবা চীংনুং অমদা পাখঙবগা থাংজিংগা মবিমক উন্নদুনা হযেং নোং ওইবক্কদবগী ৱাবী শানদুনা খুন্দাবম্মী হাযবগী থাংজিংনা 'লাংঙথেল' কৌখিএ।" লাংঙথেল খুল অসিদা তাইবঙ মীওইনা ইহান-হান্না খুন্দাখিবা মীশক্তি 'কাংঙবম চাউবা' কৌই হাযনা হাযনৈ। মহাক খুল অসিগী মনিং লৈকাইদা ইহান হান্না খুন্দাখি। মবম অদুনা লাংঙথেলগী মৈহৌবোলগী মতুংইন্না থাজর্নবিবদি, খুল অসিদা খুন্দাদুনা লৈবিবা মীওইশিং অসি নোংপোক্তগী হৌবক্লগা লাংঙথেলদা থেন্দুনা খুন্দাখি হাযবগীদমক "লাংঙথেল" কৌখি হাযবা অসিনি। ঙসিফাওবা লাংঙথেলদা লৈবিবা মীশিংনা মথক্তা পীজখ্রিবা ৱাবী খবা অসি থাজনবি।

## লাংঙথেলগী মীওইশিংগী শকওং-শাদা, মীওই-মীতৌঃ

খুল অসিগী মীওইশিংগী শকওং-শাদা অমদি মীওই-মীতৌ অসি যেংলুবগদি, মোঙ্গোলোইদকী শকফম্নি। মীওইশিংগী মবক্তা মমাই শাংতক তৌবা, নাতোন নমতক তৌবা মীওইশিংসু অদুমক লৈবি। মীওই অযাম্বনা থোইনা ব্রাং-চাওবা শাবান ওইদে, কুলৈ-কুচুনি। হকচাংগী পাম্বোম, খুবোম অমদি ফৈবোম পঙচাউ চাউবা উদে অদুবু পাঙ্গলদি যাম্না কল্লি। খুনগী নুপী অযাম্বা চাংচত্তা মশম ফত্তে,খোইবপ তৌই মবম অসিনা মমাংঙৈদদি নুপীশিংনা শম যহন্নবা যাম্না কন্না হোৎনৈ । চেংহি-উতি লুদুনা শম ফনবা কন্না হোৎনবসি খুনগী নুপীশিংনা ঙসি ফাওবা চৎনবি। মমাংঙৈদা লাংঙথেলগী নুপীমচাশিংনা মশাগী চহী তবেৎলোম শুববদি শাই ককপসি চৎনবম্মী। মযূম পাল্লবী ওইবগনা শাই খোমগৎপা অদুগা লৈশাবী ওইবগনা শাই অদুমক থাদদুনা থম্নবা চৎনবম্মী। চৎথোক-খোৎতোকপা মতমদদি মৌ ওইববীশিংনা শম পূনশিন্দুনা চৎথোক্লে। মশম শাংবী কনাগুম্বা নুপীশিংদগী শম কল্লগা,শম্বানদোং ওইনবা শেম্লবকই। যূমগী মৌশিংনা থবক ইনখাং,অকে-অমৌগী চৎথোকপদা শম্বান্দোং হাপ্তুনা চৎনৈ। নুপাশিংসু অঙনবা মতম অমদদি শম শাংনা খাক্লবম্মী হাযনৈ। চাওখৎলকপগী অমদি মতমগী তুংইন্না ঙসিদি চৎনবী অসি মমি শামথবকল্লি। লাংঙথেলগী মী অযাম্বা যেংবদা শকফম নৌনা উদে। মসিগী মবমদি খুলসিগী মীওইশিং অযাম্বনা থবক কন্না অমদি ব্রানা শুবনা চহী লৈশিন্না উবনি হাযনা লৌনৈ।

### চাকচা-যূথকঃ

লাংঙথেলদা মী অযাম্বা মশাগী ইঙ্খোলদগী হৌজবা মনা-মশিং, যেন্সাং-নাপিশিংনা ইমুং-মনুংগী ওইনৈ। খুল অসিদা মাইবেন মবাঙ কাযনা ফংই মবম অসিনা মাইবেল লীদুনা থম্লে। খুনগী চাকচা-হৈজানবদা কৈথেন্দগী লা লৈনদে। নোংমা নীনি ব্রাৎলিঙৈদা, চীংদগী লা হেকপা হাযদুনা চৎনবম্মী। চাকলুক-লা যাৎতুনা থানদে। লাগী মতোন খবা ককথৎলগা অমদি লাদু মযায চানা ককথৎতুনা লাশেৎ ওইনা থাবগা থৌদোক-ব্রাথোকশিংদা শীজিন্নৈ।

### ফিজেৎ-লৈতেংঃ

মণিপুব বাজ্যগী অতোপ্পা মফমশিংদা লৈবিবা মৈতৈশিংগী ফিজেৎতগী লাংঙথেলগী তোপ-তোপ্পা ফিজেৎ হাযবা অমা লৈতে। মমাংঙৈদদি মী অয়াম্বনা

লংজম অমদি লশিং লংগী খুদৈ শেৎনবম্মী, খ্বাংনা শাবা ফি, খুৎনা তূবগা ফুবিৎ ওইনা লিৎনবম্মী, ফুবিৎ কুদাম তুম্না মচেৎনা শাদুনা শীজিন্নবম্মী হায়নৈ। হৌজিক্তি মসি অযাম্বনা ঊনখিদ্রে। কবিগুম্না থৌদোক ব্রাথোক্কী ওইবা মতাং খবদদি শীজিন্নবি। নুপীশিংনা মখোয় মশানা খ্বাংনা অমদি ইযোংনা শাজবা ফি শেৎন-ইন্নবি। ইমুংগী নুপীশিংনা থবক-ইনখাং শৃ-নোম্বদা কোকশেৎ শীজিন্নৈ, কোক খুম্না চৎনৈ। মী অযাম্বনা, মশাগী ওইনা তুজবা ফুবিৎ নত্তনা, অতোপ্পগী ফুবিৎ, ফি-বোল ব্রাযদুনা লিৎনবা, শেৎনবা তৌনদে। মসিদি হৌজিক ফাওবা চৎনবি। যূম্নাল্লবী নুপীশিংনা ফিদোন চিংখৎতুনা ফনেক শেৎনৈ। মতম অমদা লৈশাবীশিং মশাগী চহী ১৬/১৭ শুবকপা মতমদা মোজাফুবিৎ মকক, ঙকশম কোযবী লিৎনবা চৎনবম্মী। মৌ ওইববদি হায়বিবা অসি লিৎনবমদে। কবিগুম্না ফুবিৎ লিৎপা তাববসু বেশম ফুবিৎ ওইনা লিৎনৈ। মসিসু মশক নাইবা ইনাক-কৈবাক খুনবশিংনা অযাম্বা লিৎনবম্মী। অঙনবা মতমদা ফিবোলশিং অসি "কন্না-লুবাক" হায়না খঙনবা লুবাক অমদা হাপ্পুনা থম্মৈ। মমাংঙৈদা খুলসিগী নুপীশিংনা পাম্না শীজিন্নবম্বা অমদি থম্নবম্বা লিক-কোলগী মখলশিংদি- থবোই মনিং, কোন্দুম পবেং,মোইবুং মচা পবেং অমদি লিক্লু পবেং অসিনচিংবনি। অদুগা কনাগুম্না ইমুং অমগী নুপী অমনা হৈক পবেং, মোইবুং মচা পবেং অমা শিববদি হার্যবিবা ইমুংদু মযামদগী খবা হেন্না ইনাক খুনবা ইমুং অমা ওইনা লৌনবম্মী।

মতম অমা খুল অসিগী মী ওইশিংনা শীজিন্নবম্বা অকে-অমৌশিংগী মনুংদা কোক্তা তৈনবা থাওদি, থোইদিং অমুবনা শুবগা মহী লৌদুনা থাও অহিংবা ওইনা শীজিন্নবা অসিনি। মায, খুৎ-খোংদা, হকচাংদা হৈবী অমুনবা শুম্লগা নত্রগা চুহি ঈশিংদা যান্নবগা তৈবসু অঙনবা মতমদা চৎনবম্মী হায়নৈ।

**হৌন-লোনচৎঃ**

লাংঙথেলদা লৈবিবা মীওইশিংগী তোপতোপ্পা হৌন-লোনচৎ কযা অমা লৈবি। যুমগী নুপীশিং অমগা অমগা যাম্না নুংশিননা মতেং পাংনৈ। যূমগী মৌ অমনা মকুবোক অমদি মতৈগী মাংদা মকোক খুম্না চৎনবি। ইমুং অমগী মৌ অমনা মহাক্কী মতৈ উবদা, মতৈগী খূদগী হেন্না যেংবা যাদে হায়নৈ। অসিদসু নত্তনা যূমগী নুপীশিংনা থবক-ইনখাং শুবদা অমদি যূমদা লৈবা মতমদা খোংউপ তোংবসি চৎনবমদে। ফম্না মতমদা, অহল-লমনশিংগী মাঙ থানা ফম্নদে। লেপ্পা মতমদসু

অহল-লমনগী মি নেৎপা তৌহৈদে হাযদুনা থাপ্না চৎথোক্লবম্মী। যূমদা চাক-ঈশিং চাবা মতমদসু,অহল-লমনশিংগী শকক হান্না তমদুনা থম্লে। অহল-লমন,মথক থোংবশিংনা তোংনবম্বা খোংউপ, মখা থাবশিংনা শীজিন্নবা তৌহৈদে হাযদুনা শীজিন্নদে। যূমগী মৌশিংনা মকুবোক্কী ফমুংনচিংবা শোকপা, পাযবা চৎনবমদে। যূমগী অহল-লমনশিংগী মমাংদা, মচা-মমৌশিংনা ব্রাবী-ব্রাতায শাবা, নোক-খেবা তৌনদে, ইকাযনৈ। যূমগী নুপীশিংনা মশা শেংদ্রিঙৈ, চাকখুম চঙনদে, শোক্ল-শম্লবা তৌনদে।

খুন অমগী অহল অমনা হাযবা ব্রা, মখা থাবা খুঞ্জাশিংনা ইকায-খুম্নবগা লোযননা ইল্লি, হাযবা লৌনৈ। খুল লান্না থৎন-চৈনবা যাওববদি, লিংজেল মান্নে। মতম অমদি লাংঙথেল খুল মশেল চাবৌ-মৌবৌনবা কন্না চৎনবম্মী। হাযনা-শীংনবদগী,মশা মশানা যানবগা চেন্দুনা লুহোংবনা মশিং হেন্না যাম্না চৎনৈ। মমাংঙৈদদি নুমিদাংব্রাইবমগী মতমদা, নুপী মযূমদা নুপানা কোযবা চৎনবম্মী। কোযবা লাকপা নুপাশিংনা নুপী মযূমগী মাঙ্গোলদা ফম্নবম্মী। যূমগী অহলশিংনা ফামেনদা ফম্লে। নহাবোলশিংনা ফমেন্দা ফম্নদে। যূমগী নুপীশিংনা থবক-ইনথাং শুবদা মাংশোক্তা ফমদুনা শুনৈ। যূমথোং খুদিংগী ফুঙ্গা অমমম থম্নগী চৎনবী লৈ। ফুঙ্গাগী মৈ মুৎনদে। নুপী অঙাংশিংনা চাকথোং ফৌশুবগী থবক তৌই। অতোপ্পা মী লাক্লবদি মাংশোক্তা যিদা থাদুনা ফমহন্নে। নিপাশিংনা অকনবা থবকশিং শুনৈ। খুল অসিদা যূম অমা, অৱা-অনা থোকপা যাওবক্লবদি, অমগা অমগা মতেঙ পাংনৈ, চঙনৈ,হঙনৈ।

## লাংঙথেলগী লোনঃ

মালেম অসিদা লৈবিবা মীওই কাঙলুপ খুদিংমক্কী, মশা মশাগী ওইবা লোন অমমম লৈজে। হাযবিবা লোন অসিনা মীওই কাঙলুপ অদুগী মশক খবদং ওইববসু তাকপা ঙম্মী। লাংঙথেলগীসু মশাগী ওইবা, অঙনবা মতমদগী খুল অসিদা ঙাঙনবা, খঙনবা লোন লৈর্জবি। খুল অসিগী ব্রাংমদা, অতৈ মৈতৈশিংনা ঙাঙনবা লোনগা মান্নদবা,লোম্থে,খোলহৈ-খোন্দা কযা লৈবি। মসিনা অনৌবা,খুনগী মী নত্তবশিংনা তাবা মতমদা লোন খোইবপ ওইনা তাহল্লি। লাংঙথেলগী খুঞ্জা মশেল ব্রা ঙাঙনবদা খোইজবনি। খুনগী মী নত্তবগা ঙাঙনবা মতমদদি অকাযবা কবিসু যাওদে। লাংঙথেলদা ঙাঙনবা লোনগী খুদম খবা পীবি ঃ-

| | ময়াম্না হায়নবা | লাংঙাথেলগী মীশিংনা হায়নবা |
|---|---|---|
| (১) | হাযবদি ? | হাযদি, হাযদু ? |
| (২) | কবি তৌববগে ? | কবি তৌবে, তৌবেদু ? |
| (৩) | কদাযদা চৎকদৌবিবনো? | কদায চৎকেবা ? |
| (৪) | মহাক্না হায | মানা হাযবকো। |
| (৫) | কবি চাগে হাযবনো? | কবি চাগেবা? |
| (৬) | মহাক্না, মানা | মানাকো |
| (৭) | চৎলো | চৎলোকো |
| (৮) | ঙাইবে | ঙাইবেদু |

## লাংঙথেলগী শেলথুমগী পূন্সি মবেল অমদি শিন্ফম ঃ

লাংঙথেলগী মীওইশিং যেলহৌঙৈদগী হৌনা শেল-থুমগী ফিভম অদুক শোক্না ফংবা ওইবকখিদে। ৱাফম অসি খুল অসিগী লাংঙথেলগী শেলথুমগী পূন্সি মবেল অমদি শিন্ফমশিং অসিদগী খঙবা ঙম্মী। মমাংঙৈদগী হৌনা মকওইবা শেন্দান লম্বাদি লৌ উবা,যু থোংবা,ফি শাবা,শা-ষণ লোইবা,ললোন-ইতিক তৌবা অসিনচিংবনি। মখোযনা শুজ-নোমভবিবা শিনফমশিং অসিনা যাম্না কা হেন্না নংঙাইবমক ঙমদ্রগসু, অচম্বা পূন্সি মবেল অমদদি হিংদুনা লৈবা ঙম্লি। মকওইবা শিনফমদি লৌ উবনি। অদুনা,যূমথোং খুদিংগী কুম অমগী চাবা ওক্নবা ফৌ হাপ্পবা ঙম্বা অসিনা,লাংঙথেলগী খুঞ্জাশিংগী ওইনা অৱাবা কযা মাযোক্নবা ঙমহন্দে।

ফৌ-চেংনা ইমুং-মনুংগী চঙদবা যাদবা থবকশিংদা অচৌবা মতেঙ পীদুনা লাক্লি। খুল অসিদা যু থোংদুনা শিনফম অমা ওইনা শেল ফঙবা ইমুং যাম্না লৈবি। কনাগুম্বনা শা যন লোযদুনা শেল তানবসু যাওবি। খুল লান্না চৎতুনা ললোন-ইতিক তৌনবা মানা মানা ঙম্বা,হৈনবা শিনফমদা শু-নোম্বসু কযানি। কনাগুম্বনা সবকাবগী থবক ফঙহৌদুনা তোঙানবা লোইশঙশিংদা থবক পাযনবসু লৈবি।

## শিনফম অমা ওইনা লৌউবাঃ

যেলহৌঙৈদগী লাংঙথেলগী মকওইবা শিনফমদি লৌউবনি। লৌউবা অসিনা ৱাৎতা-পাদনা অমদি পুন্সি নুংশাংনা লেন্নবগীদমক্তনি। ইনাক খুনবশিংনা কৈদা ফৌপোৎ যাঙ্খেদগী তাদনা হাপ্পবা ঙম্মী। কুম অমগী ওইনা, ফাইবেল থাদা "লৌ

তাবা" হাযদুনা চৎনৈ। হৌজিক্কী মতমদদি, নুমিৎ থা অফবা অমদা হেক্তা লৌতানবসু যাওনবে। লৌতাবা নুমিৎতা, অথুম-অহাও, হৈ-লৈ খবা লমদুবু কোল্লিবা লাইদা থাদোক্লে। মসিগী মকুওইবা মবমদি, লৌউবদা অশোয-অঙাম থোক্তনবা অমদি ফৌ চাথোক যাম্না থোক্লবগীদমক্তনি হাযনা লৌনৈ। অফবা থাবান যেংদুনা অহানবা ওইনা লৌবুক্তা যোৎ লৈবাক যান্নে। মসি লৌবুক্কী চীংখৈ মাইকৈদা তৌনৈ। মতৌ অসুম তৌনা, চহী অমগী লৌউবা হৌননবা লৈবাক যানবা হৌবা অসিবু "লৌ তাবা"হাযনা খঙনবি।

লাংঙথেলগী ওইনা লৌতাবা চৎপদা খোং-খুৎ শোক্তুনা ঈ থোকপনচিংবা ফত্তে হাযদুনা যাবিবমখৈ মসি থোক্তনবা যাম্না চেকশিন্না হোৎনৈ। লৌতাবা লোইখ্রবা মতুং, লৌ উনবগীদমক্তা ফৌ হুনবগী ফৌদিদি নুমিৎ নিনী তীংগনি। অতীংবা ঈশিংদগী লৌখৎলগা যূমগী কাচিন অমদা অহিং অমা ওমদূনা থমগনি। ওর্মাশনবগী মবমদি লাযনা মযোন চোংবা ঙম্মনবনি। লাংঙথেনদা ফৌ হুনবগী মখল অহুম থোক্না চৎনৈ, মখোযশিংদিঃ-(১) পুংহুন হুনবা (২) পামফেল হুনবা (৩) লৌহোন হুনবা অসিনি। অহানবগী পুংহুল হুনবা অসি লৌবুক্কী তেম্পাক অদু থুগাযবগা ফৌ হুনজিনবনি। ফৌ হুঞ্জিন্দুনা পাম্বী ওইনা হৌগৎলক্তুনা কাবক ঋাংলক্লবা মতমদা লৌবুক্তা ঈশিং থাজিল্লি। পুংহুলগী মওংদা ফৌ হুনবসি খ্বাইদগী যাম্বা চাংদা ফৌ হুনবনি। লৌ সঙম অমদা ফৌ শংবাই অর্মদি শোযদনা চংঙি। লাংঙথেলদা লৌযাম চাবা ইমুংশিংদি পুংহুল হুনবসি লৌ পবি অহুম মর্বিদি অসুম হাযনা হুনবা যাওদবা নত্তে। অনীশুবগী "পাম্ফেল হুনবা"হাযর্বাসিনা ঈশিং থাজিল্লগা লৈনাং তানা র্মবি মঙাবক খোইদোক্লগা ফৌ হুনর্বনি। ফৌ হুনবদসু ফৌদি যাম্না চঙদে। অহুমশুবা মখলগী "লৌহোন হোনবা" হাযবসিনা লৌ লৌবাককুম্বা অমদা লিংগদৌবিবা লৌফম অদু ফৈদোম ফজনা শেমদুনা লৈনাং তানা নৈখাযবগা লৌবুক্তুদা ওক্কদবা চাং যেংদুনা ফৌ অদু পুল্লপ শুঞ্জিনবনি। লৌ লিংবসি নুপীশিংনা লিংনৈ। লৌহোন ফোইবা অমদি লৌফমদা পুবকপনা নুপাশিংনা তৌনৈ। লৌ লিংবদা মমাংঙৈদগী চৎনবকপা খবা লাংঙথেলদা লৈজৈ। কনাগুম্বা অমগী লৌ লিংবা অমদি লৌ যৈবদা খুলদুগী খুল্লং ঈশৈ শকপা হৈবা অমা নেক্তুনা শকহন্নে। ঈশৈ শক্কদৌবিবা মীশক অসিনা, লৌবিদা চৎ-চৎতুনা নত্রগা ফমদুনা মখুৎতা ছাটিন অমা খল্লগা ঈশৈ শকই। মহাক্না শক্লিবা ঈশৈ অদু খুল্লং অদুদা শুমিন্নবিবশিং অদুনা খুমদুনা শকই। তাম্থা নাইনা শক্লিবা ঈশৈ অদুদা মযাম্না পূন্না খুমদুনা তান চানা

থবক তৌই। শুমিন্নবিবশিং অদুনা হকচাংদা ৱাহন্দনা,নুংঙাইনা শিনবাংবদা মতেঙ ওই। মসিগীদমক খুল্লং ঈশৈ হনবা ঙম্বা অমা নেক্তুনা শকহনবগী মওং অসি চংনবকপনি। ঈশৈ শক্লিবা মীশক অদুদি থবক শুবা য়াওহন্দে। মহাক্কী



**লৌ খাওবদা ঈশৈ হনবনা শিনবাংনবা ঈশৈ শকপা**

অশকমল, অনেকমল লৌপুনা তোংঙান্না পীনৈ। খুল্লং শুবিবা মযামদগী খব হেন্না পীবসু চংনৈ। মসিদি লৌপু লৌপুগী অমদি মতম মতমগী মতুংইন্না খেন্নবসু লৈ। শক্লবা ঈশৈদি মরুওইনা- "মোইবাং কংলৈবোলগী কংলা বিচাব, শামু খোঙদা যেংপা, অকোংজাম্বা ফৌওইবী অসিনা মরুওইবনি।

লৌ লিংবা মতুং থা অমাবোম লৈবগা উকাই তক্লে। উকাই তকপা মতুং থা অমাবোম লৈবগা "শমজেৎ চিংবা" হাযদুনা নাপীশিংবী, ফৌখোংদা লৈহৌবা পংথ-পুমথববা মনা মশিংশিং খোংথোকখিনবা অমুক তৌই। শমজেৎ চিংবা অসি তৌদ্রগনা, নাপি পেংবা হাযদুনা তৌনৈ। কনাগুম্বনা শমচেৎ চিংনা চিংনা পেংনবসু তৌই। লাংঙথেল খুলগী ওইনা লৌ খাওবসি পোইনু থাগী মনুংদা লোইশিন্নে। লৌ খাওবা মতমদা, নিপা নুপী অনীমক শরুক যামিন্নে। লৌ যৈবদা চৈবোং শীজিন্নবা উদে। চৈবোংগী মহুৎতা ফৌবুল ফৌবুল পুল্লগা লৌ যৈবা চংনৈ।

ফৌবুলশিংদি নুপীশিংনা খোমজিল্লি। লৌ যৈবদা লাইগী হৈথা-পোৎথা কৎনবদা মকুওইনা ক্ষেব,খেচ্ছি,হৈ অমদি কানচিংবশিং কৎনৈ। ফৌ যৈবা লোযবগা কোৎতা হৈজীন্নবা থৌবাং তৌই। হৈজীন্দ্রিঙৈদা খোইজু লৈখাম ওকপা চৎনৈ। যৈবদা কবিগুম্বা থেংদোকখিবা থোক্লবদি, নোং ঙাল্লগা ওইনা হৈজিন্নৈ। লৌ শুবগী খুৎশুমন নিপাগা নুপীগা খেন্নৈ। নিপানা লুপা ৭০ পী অদুগা নুপীনা লুপা ৫০ পীনৈ। লৌ য়ৈবা লোযবগা নিপাশিং অযাম্বনা যু থকপা চৎনৈ। ফৌ যৈবা নুমিৎ অমদি অহানবা ফৌ হৈজিনবা নুমিৎতা কোৎতগী ফৌ খাইদোক্লদে। ফৌ অহানবা খাইদ্রিঙৈগী অফবা নুমিৎ অমা যেংলগা,কবোক অফাবা কোৎ মনুংদা চাইথোক্লে। কবোক চাইথোকপা অসিবু "কোৎ লাই থাবা" হায়না খঙনৈ। কোৎ লাই থাম্রবা মতুংদা, অফবা নুমিৎ অমদা ফৌ খাযবা চৎনৈ। ব্রাকচীং থাদদি ফৌ খাইনদে।

লাংঙথেল খুলগী খ্বাইদগী মকুওইবা তৌদবা যাদবা অমা ওইনা খন্নবা রাফমদি, যূম যূমদা ফৌ থম্নবা 'কৈ' অমা শোযদনা শাদুনা থম্না হায়বর্সিনি। লৌ লোকপা লোইববা মতুংদা, লৌবুক্তু খোইদোক্তুনা মতম মতমগী চানবা হরাই-মঙ্গল,মনা-মশিং কোবি-হঙ্গামনচিংবা থাবা চৎনৈ। মসিদগী ফঙবা পোৎথোক্লা যূমগী অবাং-অপা মেন্নৈ অমদি অহেনবা অদুনা কৈথেন্দা থাদোকই। মী অযাম্বনা হঙ্গাম মক লোক্তুনা হঙ্গাম থাউ শুংদুনা শেন্থোক ফঙনবা হোৎনৈ। শুম্বলদা হঙ্গাম মক শুংদুনা যূমদা শীজিন্নবসু যাওনৈ।

**ফিশা লোনশাঃ**

খুলগী নুপীশিং মহৌশানা শু-নোম্না যাম্লা কল্লি। মখোযনা লৌ-শিং লোইববা মতুংদা খ্বাং অমদি যোংখমদা ফি শাদুনা যূমগী শীজিন্ননবা অমদি যোম্থোক্তুনা শেল তান্নবা হোৎনৈ। মখোযনা শানবা ফিশিংদি-খুদৈ মতেক,ফি মতেক, কাংখল,শমতুগী ফি,মোনখুম অমদি মোনপাকফিদক অসিনচিংবনি। মমাংঙৈদা শীজিন্নবম্বা মকুওইবা ফিবোলশিংদি-ঙবোং,ফিদক,কাংখল,খুদৈ মতেক অমদি ফনেক অসিনা মকুওইবনি। খুলগা নক্লনা লৈবা চীংমীশিংদগী লশিং লৌকই। লশিং অদু নীংথিনা মম্থোক্লগা নুংশাদা ফৌদোক্তুনা কপত্রেংদা তকথোকই অদুগা হুইত্রিদা কাপথোকই। কাপথোক্লবা লশিং অদু ফাল অমদা নিংথিনা লাংগোমনা তাশিল্লি। তাশিল্লবা লশিং মনাদু অনী অনী থীবগী মপুল তাবা তাবা থোক্লা পুল্লি। পুনবগী

মওংসি অবাইবা অমা নত্তে। কনাগুম্বী নুপী অমনা শিন্থা অমা ওইনা অযুক অঙনবদগী নুংথিল পুং চাওবাক্লা অনী ফাওবদা অনী অনী থীবগী মপুল তাবা তাবা অসি মপুল কুন থোক্লা তাবা ঙম্মী। মপুল অমমম্না লংদুম অমমম থোকই। লংদুম অহুম্না লংখায অমা শাই। মসি তওৎতা চাকথোকই। তওৎতা চাকথোক্লবা মতুংদা ফি হৌনবগীদমক লংচাক কুনমুক চাকথোক্লবা মতুংদা ফিহৌ কৈবাক্তা হাপচিল্লি। লংনা সুনা খল্লগা কোন্নবিদা নাচে অমা হাপ্লগা কোনশিল্লি। মসিসু হেক্তা কোনশিনবা যাদে। কোন্নবিদুনা লৈশিন্নবগীদমক কোনশিনগদবা মীদুগী নাকল অনীদা চুক অমমম যুংলগা কোন্নবিদুনা পালহল্লি অদুগা ফিদু কোনশিল্লি। লৈশিনবা মতমদা ফিদু পুন্দনবা উপাক মচা অমদা মখুল পীক্তক তৌবা খবা হুৎলগা, যাও মতুদু মনমদা লিৎথোকহল্লগা লংনা ফাজিল্লি অদুগা খোইকনা খোমজিল্লি। মতৌ অসুম্না ব্রশ শাদুনা শীজিন্নে। অঙনবা মতমদা শিন্নাইফম কাদুনা মোইথাপ নাইবা, পাখঙ লাইশাশিংনা অৱাই-অখুম তৌদুনা ঈশৈ শক্লবম্মী হাযনৈ। মতমগী মতুংইন্না ঙসিদি ফিশাবোলগী মওং অসি অহোংবা কযা লাকখ্রে।

### ঙা ফাবাঃ

লাংঙথেলগী মী অযাম্বা ঙা ফাবা অসি শিনফম অমা ওইনা কযা তৌনবমদে। কনাগুম্বা মীওই খবদি ফানবসু যাওই। মতম অমদা লাংঙথেলদা ঙাসেপ অমদি ঙাকিচৌ হাযবিবা ঙা মখল অনীসিদি যাম্না মবাং কাইনা ফংলম্মী হাযনৈ। হৌজিক্তী ঙাসেপতি মবাং কাইনা ফংদ্রে ঙাকিচৌদি অদুম ফানবি।

### শীং চনবাঃ

নিপাশিংনা লৌ লোকপা লোইববা মতুংদা চীংদা চৎতুনা শীং চনবা অসি চৎনৈ। শীংশিং অসি যুমগী শীজিন্ননবগীদমক্লি। কনাগুম্বনা লৈগে হাযববদি চোইনা যোন্নদে, ষন গাড়ি মপোৎ ওইনা যোন্নে।

### যূ থোংবাঃ

লাংঙথেলগী যুম অযাম্বদা যূ থোংদুনা শেন্দান লম্বী অমা ওইনা পাংথোক্লে। নুপীশিংনা যূ থোংবগী থবক অসি তৌই। থোংলিবা অমদি শুংলিবা যূ অসি, খুল অসিগী মীওইশিংনা শীজিন্ননবগীদমক্তনি। কনাগুম্বনা থংনবা খুল হাযবদি খোংজোম, ফুন্দ্রেনচিংবদা থাদোক্কুনা শেল তাল্লি। যূ থোংবগী শিনফম অসি অঙনবা মতমদগী চৎনবকপা নত্তে। কুইদ্রিবা মতম, চাওবাক্লা শোক ১৯৮০গী পবিংদগী হৌবকপনি হাযনৈ।

## য়ু থোংবগী মওং অমদি পোৎচং খরাঃ

সিলভবগী তেক্সি চফু অমা য়ু থোংনবগী কোন চফু ওইনা শীজিন্নে। "য়ুমায়" হায়দুনা য়ু চফু হায়বদি যু থোংলিবা কোন অদুগী মখুম খুম্নবা লফু চনাং নত্রগা পাযানা ফৈজা শাদুনা কোল্লগা মখুম খুম্নবা শেম্নবকই। হৌজিক্তি মসিগী মহুৎতা যূ থোংলিবা তেক্সি অদুগী মখুম খুম্নবা অপাকপা মহুৎ মহুৎ হুৎপা সিলভবগী মখুম অমা ওইনা শীজিন্নবে। যূকোক হাযদুনা যূ থোংলিবা কোন অদুগী মথক্তা থন্নিবা যুমায়দুগী মথক্তা উপশিন্দুনা মখুম খুম্লিবা অমনি। মসি সিলভবনা শাবা মণিল চৎতনবা শেম্না কোন নত্রগা চফু মখল অমনি। তোংজৈ অমনা মকোক্তগী মখুল হুৎতুনা যূ তাবক্রবা শেম্নদা শীজিন্নে। য়ুকোক হাযদুনা যু যানবা অচৌবা চফু নৎত্রগা সিলভবগী কোন অমা শীজিন্নে। য়ুকোক মথক্তা ঈশিং অইংবা হাপ্নবা চফু অমা অমসুং ঈশিং অইংবা হাপ্নবা খুদেং অমসু থল্লগা অইংবা ঈশিং অদুনা য়ুমায অদুদা কংদনবা চাইনৈ। কবিগুম্বদা তাবক্লিবা যু অদুনা শাগৎলবদি মণিল ওইনা যু অদু পাইখি মবম অদুনা ঈশিং চাইদুনা ইংহল্লগদি যুথোক লৈ হাযনা লৌনৈ। যু থোংবদা শীজিন্নবা পোৎচংশিংদিঃ- অহানবদা যু থোংনবগীদমক চেং অমসুং হামৈ চংই। যু থোংনবগী চেং মখল তোংঙান্না লৈতে। অথোৎপা মখলগী চেং অমনা হেক্তা থোংনৈ। চেঙ অদুসু ঙৌনা শুনদে। হামৈ অসি চেঙগী যামগা য়াংলি কৌবা উবিগী মকুপ মকুপকা য়াম তোৎপদৌনা তোৎশিন্নে। তোৎশিন্নববা যামদু তিকি শাবদৌনা লাদা মচা মচা শাদুনা কংহল্লি। শাবা লোইববা মতুংদা ফৌদা নত্রগা ব্রাইদা নুমিৎ হুম্নি ওমদুনা থমগনি। থোংগদৌবিবা চেঙ অদু শেংনা চামথোক্লগা চাক থোংবদৌনা থোংলগা মুল্লবা মতমদা থুমোক্তা হৈদোক্কুনা ঈশিং অইংবদা চামথোক্লে। চামথোক্লবা চফু খরুংদা হামৈ অশুবগা যানশিন্নদুনা তোৎলগা চাক্কী মবেপ থুম্নবা ঈশিং হাপ্তুনা তিংনৈ। তিংলবা মতুং নুমিৎ নীনি শুবদা থুমোক্তা অমুক হৈদোক্কুনা মহী চিথোক্কুনা তাহন্নে। চাক অদু থুমোক নত্রগা টিনদা ওমদুনা থম্নে। নুমিৎ মঙানিশুবদা চফুদা হাপ্তুনা মৈদা থোংনৈ। ঙসিদি যুগী মহুৎতা, অতোপ্পা শিনফম অমদা শেন তানবা মীসু য়াওনবক্লি।

## থোংনবিবা য়ু মখল খবাঃ

**য়ু মচিন ঃ** য়ু থোংবদা অহানবা তাবকপা য়ু অদুবু "মচিন" হায়না খঙনৈ। মখল অসিনা হেন্না অফবা য়ুনি হায়না লৌনৈ।

**অতিংবাঃ** চাক অমদি হামৈগা তোৎলগা তিংবদা মথক্তা থোবক্লিবা মহী অদুবু "অতীংবা" হায়না খঙনৈ।

**চুম্নগী যুঃ** ময়াম্না থক্লবিবা যু মখল অসিবু খঙনৈ। হান্না তাবকপা 'মচিন' হাযনা খঙনবা অদু লৌথোকখ্রবা মতুংদা তাবকপা মহী অদুনা শেম্বনি।

**শা-ষন লোইবাঃ**

লাংঙথেল খুল অসিদা শা-ষন অমদি যেন-ঙানু লোইদুনা শেন্দান লম্বী অমা ওইনসু কনাগুম্বনা তৌনৈ। ষন অসি যাম্না মরুওইনা যুমথোং খুদিংমক্তা লোইনৈ। মসিগী যাম্না মরুওইবা মবমদি খুল অসিগী মীওইশিং অযাম্বনা লৌমিনা শিনফম ওইবা অসিননি।

**ই-ফানবাঃ**

খুলগী অযাম্বা নিপাশিংনা, চীংদা শীং চনবতা নত্তনা যূম কুপ্লবা ই ফানবগী থবকশু তৌনৈ। যোন্নবগী ঙাক্তা ই ফানবা নত্তে। মশা মশাগী যূম কুপ্লবা, নোংজু পাম্বা লাকত্রিঙৈ শেমজিন-শাজিনবা নংননবনি।

**ললোন-ইতিকঃ**

কনাগুম্বা নিপা খবদি, চীংদা চৎতুনা শীং চনবা, ই ফানবা, ইম্ফোল কোইবসি তোক্লগা লংফৈদা চৎতুনা থবক ইনখাং নোমদুনা শেল তানবা চৎনবসু যাওই। খুৎশা হৈবা নিপা কনা অমনা, লংফৈদা চৎতুনা যূম শাকবা, উ শুকবা, চেক শাকবা, গাড়ি থৌবা হৈবা কনা অমনা গাড়ি চৎলুবা অসুম্না মানা মানা হৈবা শিনফমদা ললোন-ইতিক তৌনৈ। নিপাদা নত্তনা নুপীশিংসু চীংদা চৎতুনা ঙা-থুম অমদি ইম্ফোলগী যেন্সাং-নাপি, ফি-বোল পুদুনা যোল্লুবা তৌনৈ। মখোযনা অমুক চীংদগী পান, মাইবেল, মংগ্রা, চুজাকনচিংবা পুবগা হল্লক্লে। নক্লবা খুলশিং-খোংজোম, ককচিং, থৌবাল অমদি ইম্ফালনচিংবা মফমশিংদা ললোন-ইতিক তৌবা, অকা-অকুম তৌদুনা চৎনৈ। অসুম্না নিপা নুপী থিদনা অঙম অঙম্বা থবক শুনৈ। ইমুং-মনুংগী অৱাৎ-অপা মৈন্নে।

**যূন্নে-কৈবৈঃ**

লাংঙথেল খুল অসি লৌবুক অমদি চীং মচাশিংনা কোইশিন্দুনা লৈবা মফমনি। খুন অসিগী খুনযাইদা লৌবুক্তা ফাওদুনা চৎলি। খুল অসিদা লৈবিবা যূম

পূন্নমক অমগা অমগা ইফাও ফাওনবা য়াই। মবম অসিনা খুল অসিগী মীওই অয়াম্বা অমগা অমগা ইখং খঙনৈ। অমগা অমগা চংথোক-চংশিন তৌনৈ, অঙম্বা মতেঙ পাংনৈ, নুংশি চান্নবা লৈমিন্নৈ।

মীওইবনা হিংবদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈননবগীদমক যুম হাযবসি চংদ্রবা যাদ্রবা পোৎশক অমা মহৌশাদগী হৌনা হৌজিক ফাওবা লৈবক্লি। কনাগুম্বা খুল অসিগী মীওই অমনা যূম অমা শাবমদাইদা যূম্নুদু যূম শাবা য়াবত্রা নত্রগা যাদত্রা হাযবদু অখঙ-অহৈ,মাইবা মাইবী অমদি পণ্ডিতনচিংবদা যেংথোক্লে। যূম্নুদু উচিদা নত্রগা কাকযেন্দা ফন্নবদি যূম শানৈ। কবিগুম্বা কাকযেন মতু শিনবা মতম থোক্লবদি যূম শাবা যাদে। যূম শাবা তাববসু শাবমদাইগী মতমদা যূমশাবা মীগা তান্নদুনা শানৈ। লৈবক্লিবা ইঙ্খোল অদুগী শকক মাপল থোক্লা খাযদোক্লগা যূম শানবগী মফম লেপ্লে। মসিগী মবম মখাদা পীজবি।

নোংপোক

| অৱাং | লংজা যূম্ফম | ফিবাল যূম্ফম | মৈখু যূম্ফম | মখা |
|---|---|---|---|---|
| | শামু যূম্ফম | শঙ্গাই যূম্ফম (মযাই) | নোংশা যূম্ফম | |
| | লোলা যূম্ফম | তম্ফা যূম্ফম | লমহুই যূম্ফম | |

মনিং

অসুম্না লৈবক্লিবা ইঙ্খোল অদু শকক মাপল থোক্লা খাযদোক্লগা পীবিবশিং অসিগী মনুংদা যাওবিবা যূম্ফমশিং অসিদা শাবা যাবা অমদি যাদবা অসিনচিংবা কুপ্না যেংলগা শানৈ। কবিগুম্বা লমহুই যূম্ফমদা শাবগনা পোৎ-চৈ মাঙগল্লি, শামু যূম্ফমদা শাবগনা অনা-অযেক যাওবকপদা ফৎকন্দে। ফিবাল যূম্ফমদা শাবগনা ফিবালগুম্না ফেবে ফেবে হাযনা ৱাগল্লি অসুম্না থাজনৈ। মবম অসিনা যূম শাবা মতমদা, তম্ফা যূম্ফম অমদি শঙ্গাই যূম্ফম অনীসি শোক্লা শানৈ।

যুমগী মাযওনসু ইঙ্খোল অদুগী মবাক-মযুং অনীমক্কী মযাযদা কাবল লৌবগা নোংপোক নত্রগা অৱাং ওন্দুনা শানৈ। কাবল লৌবদা মযাযগী কাবল অদুদগী খুবোম অমা চৎথবগা যূমগী চুবি তাফম থম্নৈ। চুবি তাফমদা কাবল তাববদি দাড়িদগী অঙাংনচিংবা তাদুনা মখোং-মখুৎ তেকপনচিংবা অশোক-অপন থোকই হাযনা

থাজনৈ। খাঙেনফমদা তাবগনা মীশি মীনা থোকল্লি হায়না থাজনৈ। যূম শাবগী যূম্ফমদি থোইনা ৱাংনদে। যূমগী যাত্রা হুল্লবা মতুংদা যাত্রা যূম্বীগী মতোন্দা কবিগুম্বা উচেক ৱাযানা তোংলবদি ফত্তে হাযদুনা যূম্বী মতোলদা তোংজৈ অমা শাদুনা হাপ্লে। কবিগুম্বা যাত্রা যূম্বীগা মাযোক্লনা লৈবিবা যুম্বী অদু মমিৎ পাল্লম্লবদি অনা-অযেক,মিশি-মিনা থোকই হাযদুনা উমিৎ অনীদু মমায লৈথোক্লনা শানৈ।



## লাংঙথেলগী যুমজাও অমা

খূলগী যূমশিং অযাম্বনা থাযনগী যূমজাওনা নম্লা শানৈ। শানবিবা যূম অযাম্বা 'ই'না কুপ্তুনা শানবসু যাওনৈ। জিঙ্খনা কুপ্লবা, চেক্লা শাবা যূমসু লৈনৈ। যূম শাবা মতমদা,যাং,মাঙ্গোল নাইনা,লাইখল তানা কা অহুমদগী মবি মঙা ফাওবা শানৈ। যূম শাবা মতমদা মপাঙ্গল কন্নবা হাযদুনা অকনবা উ খন্দুনা উচান,উহননচিংবা শানৈ। ৱাগী মনুংদা-খোক,উতং,শনৈবী অসিনচিংবশিংনি। হৌজিক্তি,অফংবা উ ৱানা শানবে। যূমগী ফক্লাং খাবদি,শিংনাংশিং অমদি ৱাচেৎনচিংবশিংনা খায। যূমগী ফক্লাং অযাম্বনা যম্থি লৈঙোইনা তৈনৈ। কনাগুমম্বশিংনা লৈমু মচুনা তৈনবসু যাওই। যূম শাবা মতমদা,যূমগী খাঙেন মঙা পীনৈ। হুমদাংগী কাযাৎনা অহুম

লৈনৈ। য়ূম শাবদা নত্তনা, শোবাৎনচিংবা শোন্নবগী মান্দপ, শোন্নপুং শঙলেন শাবা মতমদসু হুমদাং অহুম লৈনৈ। মসিবু মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ হায়না খঙনৈ। মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ হায়না থীবা মতমদা মৈদা তাববদি মৈহৌ-লাংপোক কল্লি। ঈশিংদা তাবগনা, ঈংনা-তপ্পা পাল্লি। নুংশিৎতা তাবগনা নোংলৈ-লুংশিৎনা হুমদোকই হায়না থাজনৈ। অদুবু হৌজিক্কী মতমদদি, "চং-শি-চং" হায়না থীনবগা "চং" তাবদা শানবসু যাওনবে।

খুলগী য়ূমজাও শাবা মতমদা, ফামেলদগী মাংশোক্লা পীক্লা শাবা চৎনৈ। য়ূমগী থোংনাও ফাৎফমসু মফম মবি লৈ। মখোয়শিং অদুদিঃ- মমাংঙৈগী যেৎ ওইদা অমমম, যেৎথংবা নৎত্রগা ওইথংবদা অমা অসিনচিংবনি। য়ূমগী মমাংথংবা থোংজাও, মনিংদা মনীংথোং ওইনা অমমমতং ফাৎনৈ। মসিগী চৎনবী অসি হৌজিক ফাওবা চৎনবি। য়ূমগী চাকশংদি, য়ূমগী মনিং নত্রগা অৱাং থংবদা শানৈ। অদুগা কোৎতি অযাম্বনা য়ূমদগী তোঙান্না থম্লে । খুল অসিদা লৈবিবা য়ূম অযাম্বনা শুমাং-থেলোং অমদি মমাং শঙ্গোই ফজনা শাদুনা লৈনৈ। মমাংঙৈদদি, য়ূম-ইশ্খোলসি চাওনা, ইশোং-শোংনা লৈনবম্বা মবম্মা অমাঙশঙ অসি অযাম্বনা শানবমদে। অদুবু হৌজিক্তি, চাওখৎলকপগী মতুংইন্না অমাংশঙ অসি য়ূমদগী খবা লাপথোক্লা পকা খোংহামফম অমদি পাকা নত্রবসু শানবে। য়ূমগী মীশিংনা তূম্বা মতমদা নোংপোক অমদি মখাবোমদা ওন্দুনা তূম্লে। অদুগা যাত্রা লৈবা কাদা য়ূমগী অহলশিংনা তূম্লে। মাঙ্গোলগা থংনবা কাবুনা নিংঙোল কা, যেৎ থংবনা পিবা কা হায়বগা খঙনৈ। যাত্রা লৈবা কাগা থংনবা কাদা লাইনিংথৌ সনামহি কা ওইনৈ। যাত্রা লৈবা কাদা ফমুংগী ফমাংদা য়ূমগী ফুঙ্গা ওইনৈ। অদুগা হৌজিক্তি অযাম্বনা ফুঙ্গা অসি য়ূমগী চাকশংদা ওইনবসু যাওনবে। অসুম্না য়ূম অমা শাবা মতমদা অসিগুম্বা কাগী কযাৎশিং অসি মমাংঙৈদগী হৌনা চৎনদুনা হৌজিকফাওবা লাক্লি।

## লাইবিক-লাইশু তম্বীবগী চাওবাকপা মওংঃ

মমাংঙৈগী মতমদা ওঝা গুরু-নাইদুনা অমদি ময়ূম ময়ূমদা চৎনদুনা মহৈ-মশিং তম্বগী চৎনবী অসি মীওই খবতমক নত্তনা অযাম্বনা তৌনবমদে। মতম অসিদা স্কুলনচিংবসু লৈবমদে। মবম অদুনা লাইবিক-লাইশু হৈবগী চাং অসি অসুক্কী মতিক যামলমদে। হৌজিক্কী ফিভম ফাওবদা, খুল অসিদা লাইবিক হৈবগী চাং যাম্না হম্বুনা লৈ। সবকাবগী মহৈ তম্ফমশঙশিং-মন্দাকিনি এল.পি স্কুল, মসি লাংঙথেলগী

কৈথেল মচা লৈকাইদনি, অমদি লাংঙথেল জুনিযাব হাইস্কুল, মসিনা লাংঙথেলগী খুমন লৈকাইদা অনীখক অসি লৈ।

লাংঙথেলদা সবকাবগী ওইবা ওফিস মশিং যাম্না লৈতে। সুপ্নতগী লোইশঙ অনীতমক লৈ। মদুদিঃ- (১) ভেটিবেনবি এন্দ এনিমেল হজবেন্দবি অমসুং (২) প্রাইমাবি হেল্ট সেন্টব অসিনি। অহানবগী ওফিস অসিনা লাংঙথেলগী কাংজৈবুং মতোন্দা লৈ। অদুগা অনীশুবা অসিনা লাংঙথেলগী কৈথেল মচা লৈকাইদা লৈ। মসিদা নত্তনা লাংঙথেলদা নহাবোলগী ওইবা কলব পূন্না মশিং তবানিথোই লৈ। মখোযশিং অসিনা লৈকাইশিংগী থৌদোক ব্রাথোক অমদি চাওখৎ-খোংথাং কযাদা শরুক যাই অদুগা খুল অসিদা নুপীশিংগী ওইবা মৈবা পাযবী কাঙলুপ অহুম লৈ। মখোযশিং অদুদিঃ -

(১) লাংঙথেল খুন্নৌ থীংঙেল মৈবা পাইবী (২) লাংঙথেল মযাই লৈকাই, মৈবা পাইবী অমসুং (৩) লাংঙথেল মনিং লৈকাই মৈবা পাযবী অসিনি।



লাংঙথেলগী খুঙ্গাশিং

লাংঙথেল খুলদা খুন্দাদুনা লৈবিবা মীওই অয়াম্বা লৌমীঙাক্তা ওইবা, লাইবিক-লাইসু অযাম্বা তম্নদবনা সবকাবগী থবক তৌবা মশিং পংযাম য়াম্না লৈতে। খুল অসি পংচাও-চাওবা খুল নত্তে। খুল অসিদা যূম্নাক মান্নদবা কযা অমসু লৈবি। মদুদিঃ-মোইবাংথেম, পুখ্রম্বম, পুযাম, নোংমাইথেম,শগোলশেম, কোক্সম, খাঙেনবম, ওক্রম, হিজম, শমুলাইলাৎপম, হাওবম,নেপ্রম,ময়েংবম, চিংথাম, কাঙাবম, পোৎশংবম, খোইস্নাম, হব্রাইবম, মযাংলম্বম, লাইমুজম, ফামদোম, হৈবাংখোংজম. হৈক্রুজম, কাংজম, নিংথৌজম, ক্ষেত্রিমযূম, খাঙেম্বম, তেকচম অসিনচিংবশিংনি।

**মশক নাইবা খুনগী মীওইঃ-**

হৌজিক হৌজিক্কী ওইবা, খুন্দা মমিং লৈববা মীযাম্না মশক খঙনববা মীওইদি, নট সংকীর্টন শৈশকপা ওজা শগোলশেম বাজমুহোন লাংঙথেল মমাং লৈকাযদা লৈবা অসিনা ওইবি। ওঝা অসি,মণিপুরগী মফম কযাদা শিনবা থুংনা ঈশৈ শকপা মমিং লৈববা মীশক্লি ॥০॥

## লাংঙথেলগী চৎনবী,থাজনবীঃ

অঙনবা মতমদগী হৌনা,লাংঙথেল খুল অসিদা, খুল অসিগী ওইবা তোপ তোপ্পা চৎনবী থাজনবীশিং কয়া লৈবক্লি। অসিগুম্বা চৎনবী অমসুং থাজনবীশিং অসিনা খুল অসিবু মশক তাকপদা নত্তনা,খুল অসিগী মীওইশিংগী তোঙান-তোঙানবা পুন্সিগী থৌদোক থৌবমশিংগা লোযননা সমাজ অসিদা চৎনবিবা মতৌশাগী থাজনবী অমদি চৎনবী কয়াশিংসু লৈবি হায়বসি কুপথনা খঙহনবা ঙম্মী। মখোয়শিংগী মনুংদা থবদং পল্লবদা- খুল অসিগী ওইবা ব্রায়েন পথাপকী চৎনবা,ধর্ম্মগী ওইবা চৎনবী থাজনবশিং অমদি পোকপদগী শিবা ফাওবদা পাংথোক্লবিবা চৎনবী অমসুং থাজনবশিং অসিনি। মসিগীসু মথক্তা খুলসিদা মখোয়না য়েলহৌঙদগী হৌনা পাংথোক্লুনা লাক্লিবা হবাও-কুম্মৈশিংগী ওইবা চৎনবী অমসুং থাজনবীশিং কয়াসু লৈবি।

## লাংঙথেলগী ব্রায়েল পথাপকী ওইবা চৎনবীঃ

লাংঙথেল খুলসিগীওইবা ব্রায়েল পথাপকী চৎনবীশিং কয়া মাঙলমচৎতগী হৌনা ঙসিফাওবা লৈবক্লি হায়বা য়াই। মসিগুম্বা চৎনবিসিনা খুলসিগী ওইবা তোপ তোপ্পা মশক কয়া অমসু খঙহল্লি। খুলসিগী ব্রায়েল বিচাব তৌবদা খুদোং চানবগীদমক্তা,খুলসিগী ওইবা খুলাকপা তবামাথোই লৈ। মখোয়শিং অদুদি- খুল্লাকপা, লুপলাকপা, হঞ্জবা, খুঞ্জাহনবা,মিৎয়েং, পাখঙলাকপা, দেৱান, নহালাকপা, পানফম, নম্বোব অমসুং চৌকিদাব অসিনচিংবনি।

খুল অসিদা লৈবিবা খুল্লাকপা অমদি লুপলাকপনা, অতৈ অতোপ্পা খুলগী ফমনাইবশিংদা থৌদাবগা লোযনননা খুলগী থবক-থৌবমশিংদা মখোয় অনী পূন্না

তৌমিন্নৈ। অদুগা ফমনাইবা মীযামশিংসি মখোয় অনিনা পানৈ। কবিগুম্বা খুল অসিদা থৌদোক অমা থোকলকপা অমদি ফৎতবা লাযনানচিংবশিং শন্দোকলকপা মতমদা, খুলসিদা লৈবিবা খুল অসিগী ফম্লাইবশিং মরুওইনা নম্বোব (ব্রায়েনবা) অমসুং চৌকিদাব (বিচাবপতি) হাযদুনা লৈবিবা খুল অদুদা ফম্লাইবা অনীসিগা লোযননা খুল অদু খুনদিন্নদুনা অমদি লৈকায খুদিংদা চৎতুনা নম্বোব অদুনা পাওজেনবগী থবক তৌই। লৈকাই অদুদা ফত্তবা থৌদোক-ব্রাথোক হাযবদি কনাগুম্বনা খৎন-চৈনবা, হুবান-চিন্থি অমদি নুপী চেনবনা চিংবগী থৌদোক থোকলকপা মতমদা খুলগী চৌকিদাবনা (বিচাবপতি) ব্রাযেন থৌদা পাংথোক্কুনা থৌদোকশিংদু লোইশিন্নবগী থবক তৌই। অসিগুম্বশিং অসি পাংথোকপদা খুল অসিগী মীযাম্না খুন্দিন্নদুনা পাংথোকপসু চৎনৈ। অদুগা লেমহৌবিবা ফম্লাইবশিং অসিনা খুলগী লাইগী শেল-থুমগী থবক থৌবমশিংদা যেংশিল্লি। মতৌ অসুম্না, লাংঙথেল খুলদা ফম্লাইবা কযা হাপ্তুনা নীংথিনা ব্রাযেন-থৌদা কযা পাংথোক্কুনা লাক্লি।

## ধর্ম্মগী ওইবা থাজনবশিং অমসুং ঈবাৎ-থৌনিশিংঃ

*ধর্ম্মগী ওইবা থাজনবশিং*-লাংঙথেলদা হৌজিক লৈবিবা মীওইশিং অসি অযাম্বনা গৌড বৈষ্ণব ধর্ম্মদা থাজবা কাঙবুনি। খুলসিগী মীওইশিংনা ধর্ম্ম অসিদা থাজনববসু মহৌশাদগী হৌনা লৈজবক্লিবা মখোযগী ধর্ম্মগী থাজনবশিং অদুসু খক থাদোকপা তৌদে হাযবা যাই। গৌড বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসিদি খৃষ্ট কুম ১৭০৯দগী ১৭৪৮দা মণিপুবদা পানখিবা মতীক-মগুণ লৈববা মহাবাজ পামহৈবা অদুগা গবিবনিব্রাজ হাযনা খঙনবা মতম অদুদা বেঙ্গলদগী লাকখিবা ধর্ম্ম শন্দোকপা কাঙবু অমনা মণিপুবদা হৌদোকখিবনি। হাযবিবা ধর্ম্ম অসি বাজ্যা অসিদা চৎনদ্রিঙৈদা লমদম অসিগী ওইবা মশাগী তোপ-তোপ্পা লাইনিং লাইশোল অমা লৈজবম্মী। মবম অদুনা হিন্দু ধর্ম্মনা বাজ্যা অসিগী মরুওইবা ধর্ম্ম অমা ওইজববা ফাওবদা মহৌশাদগী হৌনা লৈজবক্লিবা মখোযগী ধর্ম্ম অসি মপুংফানা থাদোক্লে হাযনা লৌকুর্বদি যাদে। ব্রাফম অসিবু শৌগৎলদুনা *এস কে চেটর্জি (S K Chatterjee)* না অসুম্না হাযঃ-

" It (the old form of worship of the Meiteis) went on side by side with the Hindu ritual centering round the worship of Vishnu in his incarnation of Krishna There is no clear margin between the two religions This synthesis of syncertised form of Hinduism is fully believed in by the large number of Metei people at the present day "

মথক্তা পঞ্জিখ্রিবা ৱাফম অসিমক লাংঙথেলদা খুন্দাবিবা মীওইশিংনা ঙসি ফাওবা হিন্দু ধর্ম্মগী ঈবাৎ-থৌনি পাঙথোকপগা লোযননা মহৌশাদগী হৌনা লৈজবক্লিবা লমদম অসিগী ধর্ম্মগী থাজনবী কযাসু হিন্দু ধর্ম্মগী মচাকশিং অনী অসিগী যানশিন্নদুনা ওইখ্রবা মওং অদুনি। ঙসি ফাওবদা লাংঙথেলদা ধর্ম্মগী ওইবা ঈবাৎ-থৌনির্শিং হাযবদি- লাই হব্যওবা, অপোকপা খুকুম্বা অসিনচিংবশিং অসি মাইবা অমসুং মাইবীশিংনা থৌবম পাঙথোকই। অসিগুম্বা মহৌশাগী ওইবা ধর্ম্মগী ইবাৎ থৌনি অসিনচিংবশিংদদি ব্রাহ্মন (বামোন) যাওবা যাদে। মবম অদুনা খুল অসিদা ঙসিফাওবদা থাযনগী অমসুং মহৌশাদগী লৈজবক্লিবা ধর্ম্মগী চৎনবীশিং অসিনা সমাজীক অমদি ধর্ম্মিকতা মকওইবা থৌদাং লৌবি।

লাংঙথেলগী মীওইশিং অসিনা হিন্দু ধর্ম্ম চৎঙৈদগীদি, হিন্দু লাই অমসুং লাইবেম্বীশিং লাৎপগা লোযননা মহৌশাগী লাই অর্মদি লাইবেম্বীশিংসু নাকল অমবোমদা অদুম লাৎলি অমসুং ঈবাৎ থৌনি পাঙথোকই। মহৌশাদগী হৌনা পাঙথোক্লবক্লিবা লাই ঈবাৎ-থৌনি পাঙথোক্লবগী মওং কযাদা হিন্দুগী ওইবা মওং কযা চঙলকপগা লোযননা হিন্দুগী লাই কযাসু মহৌশাগী লাই কযাগা তিন্নরা লাৎনৈ। তশেঙনমক, লাংঙথেলদা লৈবিবা মৈতৈ হিন্দু ধর্ম্ম চৎপশিংদা মহৌশাগী ধর্ম্মগী শক্লোন কযা অমসু তিনশিন্নখি। মবম অদুনা খুল অসিদা লৈবিবা মীওইশিং অসি হিন্দু ওইজববসু মখোযনা থাজবিবা হিন্দু ধর্ম্ম অসিদি মহৌশাদগী হৌনা লৈবক্লবা থাজনবীশিং অমসুং হবাও-কুম্মোশিংনা মকওইবা থৌদাং লৌবিবা তোপতোপ্পা মওং মখল অমদি হিন্দু ধর্ম্মনি হাযবা যাই। মসিমক্লা খুল অসিদা খুন্দাবিবা মৈতৈশিং অসিগী ধর্ম্মগী থাজনবী অসি মতম শাংনা মহৌশাদগী লৈবক্লিবা ধর্ম্মগী থাজনবীশিং অদুগা হিন্দু ধর্ম্মগী থাজনবীশিং অনী অসি পূনশিন্নখিবগী মওংনি। ৱাফম অসিবু শৌগৎলদুনা S K Chatterjee না অসুম্না হাযঃ-

> "A syncriticism of the old pre-Hindu Meithei *religion, mythology and ritual with the Hindu* Brahmanical (Puranic) religion,mythology and *ritual started very early, and with the friendly* co-operation of Maibas and Maibis ( *Priests and Priestesses of the old Meithei religion) on the* one hand and brahmans and Vaishnavas on *the other for some Centuries gave to Manipuri* its own distinctive form of Hinduism

হিন্দু ধর্ম্মগী চৎনবী মতুংইন্না, ব্রাহ্মণনা সমাজ অমগী খ্বাইদগী ব্রাংবা মফমদা লৈনবদু মণিপুব বাজ্যাদদি লৈনবমদে। মদুগী খুদমদি লমদমসিদা ব্রাহ্মনশিং কযা নিংথৌনা ইম্বোকপা অমদি মখোযগী ধর্ম্মগী থবক কযাশিংসু নিংথৌনা তৌখিবগী ব্রাবোল থেংনৈ। মতাং অসিদা পনবা যাবদি W Mc Culloch না অসুম্না হাযবম্মী:-

> " The Raja, The Brahmins and male member of the Royal family, give the threat indiscrimately,but to receive it from the Raja and become his disciple,seems to be the preferred method "

অদুম ওইনমক মহৌশাগী লৈজবম্লিবা থাজনবশিং অসিগা হিন্দু ধর্ম্মগী থাজনবাশং অনী অসি নীংথিজনা তিনশিন্নখিদুনা তোপ তোপ্প মওং অমগী হিন্দু ধর্ম্ম অদু ওইখি। মসিমক লাংঙথেল খুলদা লৈবিবা মৈতৈশিংনা হৌজিক হৌজিকমক চৎনবি।

## লাংঙথেলগী মহৌশাগী ধর্ম্মঃ

খুল অসিগী মী ওইশিংনা সলাইলেন শিদবা নত্রগা তাইবঙ মপু শিদবা কৌবা ঈশ্বব অমা লৈ হাযনা থাজনৈ। মসিগী মথক্তা অতিযা গুরু শিদবা অমসুং মাগী মচা সনামহী অমসুং পাখঙবা অনীব লৈ হাযনা থাজনবি। মালেম অসিবু শেম্লিবা অতিযা গুরু শিদবা অসিনা মালেম অসিগী মপুনি অমসুং লাইশিংগী মকোক্নি। মহাক্না তাইবঙ মীওইবশিংবু অচুম্বা লম্বেলদা লমজিংবিবদা নত্তনা তাইবং মীওইবশিংগী অৱা-অনাশিংবু কোকহনবি। মহাক্কী মতীক মগুণদি শীংথানবদা লোইবোইদবা অমনি। মহাক্কী অকক্লবা মওং মতৌ লৈজদ্রবসু মহাক্না উৎপা ঙম্মী। মচা নিপা পাখঙবনা মালেম অসিগী নিংথৌ ওইববদা মহাক মশামক্না থুপখিবম্মী। মহাক্কী অতোপ্পা মচা নিপা সনামহীনা যুমথোং খুদিংগী নিংথৌ

ওইখিবস্মী। খুল অসিগী মীওইশিংনা অতিযা গুরু শিদবগা লোযননা সনামহী অমসুং পাখঙবা মখোয অহুম অসিদা নত্তনা তোঙান-তোঙানবা মহৌশাদগী থাজন্দুনা লাক্লবা লাই, লাইবেম্মী কযাসু লৈবি।



খোংজোম নিংথৌ লাইশঙ, ২০০১

খুল অসিদা লৈবিবা মীওইশিংনা, ঈবাৎ থৌনি তৌবিবা লাইশিং অসি নৈনবদা খুদোং চানবগীদমক্তা কাঙলুপ মবিথোক্লা খাযদোকপা যাই। মখোযশিং অদুদিঃ-(১) ইমুং-লাই, (২) লম-লাই, (৩) উমং লাই অমসুং (৪) শাগৈ লাই অসিনি। অসিদসু নত্তনা খুল অসিগী মীওইশিংনা চাং, পাৎ, তুবেলনচিংবশিংবু ঙাক-শেনবা লাইশিং লৈ হাযনা থাজনৈ।

অঙনবা মতমদগী, হৌজিক ফাওবা লাইনিংথৌ সনামহি অসি মণিপুর বাজ্যাগী তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈবিবা মৈতৈশিংনা যুমগী অকবা লাই অমা ওইনা লৈবিবা লাৎনবগা লোযননা যাম্না থাজনা নীংনবি। কবিগুম্বা খুল অসিগী নত্রগা লনাই ইমুং-মনুংগী ওইবা থৌদোক-ৱাথোক থবক থৌবম অমদি কুম অমগী লাইদা অনৌ-অপেন কৎপা তাববদি, লাইনিংথৌ সনামহিদা হান্না কৎতুনা খুকয়্নে। খুদম ওইনা, খুল অসিগী ইমুং অমগী লুহোং- কৈহোংবা

অমদি অশি-অনানচিংবগী থৌবমদা লাইনিংথৌ সনামহি অমদি ইমা লৈমবেল শিদবী অনীদা পোৎ-চৈ কৎতুনা ঈবাৎ থৌনিনৈ। কুম খুদিংগী চৈবাওবা অমদি লমতা থাংজা অহানবদা, অনৌ-অপেন, যেন্সাং নাপি কৎতুনা খুকয়ে। অসিদসু নত্তনা, যুমথোং খুদিংদা লাইনিংথৌ সনামহিগী মৈ মুৎতনবা হোৎনদুনা লাক্লি। খুল অসিদা লৈবিবা ব্রহ্মণশিং ফাওবনা, হিন্দুগী লাইশিং লাৎপদা নত্তনা লাইনিংথৌ সনামহিবু মখোয মখোযগী যুমদা লাৎলি অমসুং পুজা তৌই। মসি মক্রা লাইনিংথৌ সনামহিগী থাজনবী অসি যাম্না কল্লি হাযদুনা তাকই। অদু মখোয পুম্নমক গৌড় বৈষ্ণব ধর্ম্মবু থাজবা ঙাক্তনি। খুল অসিগী মীওইশিংনা,মৈবু লাইনি হাযনা ঈবাৎ থৌনি তৌনৈ। মবম অদুনা যুম খুদিংদা ফুঙ্গা থমদুনা, ৱাইনচিংবা হাপ্তুনা ফুঙ্গাগী মৈ ৱাৎতনবা হোৎনৈ। কবিগুম্বা ফুঙ্গাগী মৈ মুৎলবদি তৌহৈদে হাযনা থাজনৈ। মসিদা পল্লিবা লাইশিং অসিবু ইমুংগী লাইনি হাযনা থাজনৈ। লাংঙথেলগী মীওইশিংনা মাইকৈ ঙাকপা যাম্না মকুওইবা লাই মবি লৈ হাযনা থাজনৈ।

মখোযশিং অদুদিঃ (১) কৌব্রু (২) ৱাংব্রেন (৩) মার্জিং অমসুং (৪) থাংজিং অসিনি। মথক্তা পল্লিবা লাইশিং অসিনা ঙাক্লিবা মাইকৈদি-(১) কৌব্রুনা অৱাং-নোংচুপ (২) ৱাংব্রেননা খা (৩) মার্জিংনা চীংখৈ অমসুং (৪) থাংজিংনা মোইবাং লাইজি হাযবিবা মাইকৈশিং অসিনি। মখোযশিং অসিদসু নত্তনা খুল অসিবু মকুওইনা লাই মঙাখক্লা ঙাক-শেনবিবি হাযনা খুল অসিগী মীওইশিংনা থাজনৈ। মখোযশিং অদুদি (১) খোংজোম নিংথৌ (২) থাংজিং (৩) পুরৈলোম্বা সনাহল লৈত্রংবা (পাখংবা, লমদাইবা), (৪) অঙোম পোকপা (৫) হযু পোকপী (খাগেম্বা) অসিনচিংবশিংনি। মখোযশিং অসি খুল অসিগী মকুওইবা উমং লাইনি হাযনা ঈবাৎ পুজা তৌদুনা লাক্লি। কবিগুম্বা লাংঙথেলগী থৌদোক ৱাথোক হাযবদি- লুহোং-কৈহোংবনচিংবা অমদি লাই তিনগী থবক-থৌবমদা খুল অসিবু কোল্লিবা লম-লাই অসি মকুওইনা (১) খোংজোম নিংথৌ (২) অঙোম পোকপা (৩) থাংজিংনি হাযনা লৌনবি। থাংজিং তার্যাবিবা লাই অসি মোইবাংথেম শাগৈগী লাইনি হাযনা লাংঙথেলগী মীশিংনা থাজনৈ। খুল অসিদা লৈবিবা মীওইশিংনা মথক্তা পঙ্খিবা লাইশিং অসি ঈবাৎ-থৌনি তৌজৈ। মখোযশিং অসিবু উমং লাইনি হাযনসু থাজনৈ। উমং লাইশিংগী মনুংদা শাগৈগী অপোকপা কযাসু মখল অসিগী লাইনি হাযনা লৌনবি। লাংঙথেল খুলগী মীওইশিংনা 'সোবাবেন' অসিবু 'নোং অমসুং অখাক-অবাও'গী লাইনি হাযনা নীংনবি। কবিগুম্বা মতম অমদা, 'সোবাবেন ' অসি মৈতৈ লাইগী মকোক্লি অমদি 'অতিযা'গসু মান্নে হাযনা নীংনবি।

খুল অসিগী মীওইশিংনা, নুমিৎপু নিপাগীশিংদা চনবা লাইনি হায়না ঈবাৎ-থৌনি তৌন্দুনা লাক্লি। থাজনবী অসি যেলহৌঙৈদগী হৌনা খুল অসিদা লৈবক্লিবা অমনি। নুমিৎ খুদিংগী, নুমিৎনা অতিযাদা শগোল তোংদুনা চৎলি হায়না থাজনৈ। মসিবু মহাক্কী নোংমগী থৌগাইনি হায়না লৌনৈ। মহাক্না অতিযাদা শগোল তোংদুনা চৎপা অসিগী অকক্লবা মতম অমসুং মফম খবদা ঈবাৎ-পুজা তৌদুনা লাৎনবি। নুমিৎপু অযুক, নুমিৎ যুংবা অমসুং নুমিদাং ৱাইবমদা মথংশিংনা মঙাং গুক, লুৱাং গুক অমসুং খুমন গুক হায়না নীংনবি। খুল অসিগী মীওইশিংনা 'থা'বুসু ঈবাৎ পুজা তৌবতা নৎতনা লাইনি হায়নসু নীংনবি। 'লৈথক-লৈখাবোল" কৌবা লাইবিক অদুগী মতুংইন্না অতিয়া গুরু শিদবনা 'নুমিৎ' অমসুং 'থা' অনী অসি শেমলম্মী। 'পাখঙবা' অসি থাগী শাইওননি হায়না লৌনৈ। মসিগী থাজনবী অসি ঙসিফাওবা 'অন্দ্রো'দা লৈবা মীশিংনা থাজনবি।

লাংঙথেল খুলদা লৈবিবা মীওই কাঙলুপ অসিগী ধর্ম্মগী ওইবা থাজনবী কয়ামক লৈ। অদুবু হিন্দু ধর্ম্মনা লমদমসিদা চঙলকত্রিঙৈগী মমাংদা লমদমসিগী ওইবা মহৌশাগী ধর্ম্মগী থাজনবী কযাসু লৈবি হায়বদু মথক্তা পঙ্খ্রে। হৌজিক্তি খুল অসিদা লৈবিবা মীওই কাঙলুপ অসি গৌড়া বৈষ্ণব ধর্ম্মবু থাজবা ঙাক্তা ওইখ্রে হায়বা যাই। মবম অদুনা খুল অসিগী মীওইশিংনা হিন্দুগী লাই, লাইবেম্বীশিংবু ঈবাৎ-পুজা তৌবি অমসুং লার্ব্লে। নাকল অমবোমদা খুল অসিদা মহৌশাদগী হৌনা লৈজবক্লিবা হিন্দগী লাই, লাইবেম্বীশিং নত্তবা মৈতৈগী লাই, লাইবেম্বী কযাশিং পুজা তৌবি অমসুং নীংর্নবি। মসিদগী হায়বা যাই, লাংঙথেলগী মীশিং অসিগী ধর্ম্মগী থাজনবী অমদি চৎনবী কযাশিং অসি মহৌশাদগী লৈজবক্লিবা চৎনবী থাজনবীশিং অদগা হিন্দুগী ওইবা চৎনবী থাজনবীশিংদা নীংথিজনা যানশিন্নবগী মশক্লি। মসিমক্লা লাংঙথেলগী সংস্কৃতীগী মশকসু অনীমক অসিগী যানশিন্নবগী মশক্লি।

**লাংঙথেলগী পোকপদগী শিবা ফাওবগী চৎনবী অমসুং থাজনবীশিং ঃ**

লাংঙথেলদা লৈবিবা মীশিং অসিনা পোকপদগীনা শিবা ফাওবদা তোংঙান তোংঙানবা ঈবাৎ-থৌনি কযা মখোযনা থাজনবগী মতুংইন্না ঙসি ফাওবা পাংথোক্লুনা লাক্লি। অসিগুম্বা থৌবমশিং অসি মী অমগী পুন্সিদা তৌদবা যাদ্রবা লাইথৌ-তিনথৌনি হায়না লৌনবি।

**মীবোনবাঃ**

লাংঙথেল খুলদা লৈবিবা মীশিংনা, মচা অমা ফঙজবা হাযবসি পা-পী অনী তিন্নবদগী ওইবনি হাযনা থাজনৈ। অদুবু পা-পী অনী তীন্নবা ঙাক্তনা অঙাং অমা ফঙবা ওইদে হাযবা ৱাখনলোন অসিসু লৈবি। মবম অদুনা, অঙাং অমা মচা ওইনা ফঙবা হাযবসি ঈশ্বরনা পীবনি হাযনা থাজনৈ। কবিগুম্বা মসিবু ঈশ্বরনা পীবনি হাযনা থাজনদ্রবদি, মযূম পানবা নুপী পূম্নমক অঙাং পোক্তবী অমত্তা লৈবমলোইদবনি। কনাগুম্বী নুপী অমনা, মযুম-মকৈ পান্নগা মহাক্কী থাগী খোংকাপ লেপত্রবদি নুপী অদু মীবোল্লে হাযনা খঙনৈ। অদুগা মশা ফত্তবা নুপী ওইববদি থা অমগী মতুংদা মীবোল্লে হাযবা ফাওবা খঙবা ঙম্মদবা যাওই। কনাগুম্বা মীওইদি মশা ফত্তদুনা থা অহুম শুবকপদগীনা থা মবি মঙা শুবকপা মতমদা খঙনবসু যাওনৈ। কবিগুম্বা নুপী অমনা মীবোল্লে হাযবসি খঙবগা, খুলসিদা অযাম্বনা মপুবোইবদা হান্না তাকই। মথংদা মনেমদা পাও তাক্লবা অসি চৎনবি।

কনাগুম্বী মীবোল্লবী নুপী অমনা মশাদা চানিং থক্লিংদবা, তিন চংবা, ওনিংবা, কুচু-কুমেন ওনবা, মশা নুংঙাইতবা অমদি তূম্নিংবর্নাচিংবশিং ফাওগন্নি। অসুম্না মতম খবা তৌবম্নগা মশা মথন্তা অদুম ফঙখিদুনা চানিং-থক্লিংবা অদুম পোকলকই। কবিগুম্বদা কনাগুম্বীনা মতম শাংনা চানিং-থকিনংবা পোক্তবসু যাওবা লৈ। মতৌ অসুম্না মীবোল্লে খঙলবদি, মমাংঙেদগী হৌনা হৌজিক ফাওবদা মীবোল্লবী নুপী অদুগী মনেম অমদি অহল-লমনশিংনা মচা নিপা অমদি মমৌদা শা-ঙা হাৎপা অমদি উখুল-ৱাখুল অহোবা মেনবা অসিনাচিংবশিং অসি তৌহন্নদে। মথক্তা পনথ্রিবশিং অসি ঙাক্লা চৎত্রবদি অঙাং অদু পোকলকপা মতমদা মীওই লালুপ চাদবা, শোইনাইবা অমসং শিবা-নাবনচিংবা তৌগন্নি হাযনা থাজনৈ। অসিদসু নত্তনা কনাগুম্বী মীবোনবী নুপী অমনা অতোপ্পা ইমুং অমদগী কবিগুম্বা অমা হেক্লিং-চানিংবা থোক্লবদি, ইমুং অদুগী মীদা হান্না হাযবগা চানৈ অমসুং হেকপা তাববসু ইমুংদুগী মীওইনা হেক্লগা পীনৈ। খুদম ওইনা কনাগুম্বী মীবোল্লবী অমনা শিং মনা হেক্লিংলবদি মহাক্লা হেকতন্লোই, মসিগী মবমদি মহাক্লা শিং মনাদু হেকপা চঙবা মতমদা কবিগুম্বা শিং মনাও চোংখৎপা উববদি শোযদনা শিং মনাও অদুসু হেক্লিংবগী ৱাখল পোকলকপা যাই। কবিগুম্বা মদু হেক্লবদি অঙাংদু হযেং পোকলকপা মতমদা মখুৎ লোংলকপা যাই হাযবগী থাজনবী অদুনা মদুবু হেকহন্দবনি। খুল অসিদা লাইফম্নি হাযবা মফমশিংদসু মীবোনবী নুপীশিংনা যাবিমখৈ চঙহন্নদে।

কবিগুম্বদা চৎতবা যাদদুনা লাইফম্ নি হাযনবা মফমদুদা চৎপা তাববসু মহাক্কী হক্কী ঈশিংনা, মমাইদা অমদি হকচাংদা তৈশিনগনি লোইননা মফমদুদা হৌবা নাপী মকা অমা লৌবগা শম মনুংদা যেপশিনবা অসি চৎনৈ। কবিগুম্বা পৈশা যাওবগনা পৈশা কৎতুনা মফমদুবু কোল্লিবা লাইদুদা খুকমজগনি। অদুগা কবিগুম্বা পৈশা যাওদ্রগনা অদুম ৱাখলনা লাই অদুবু খুকমজগনি। মীবোল্লবী নুপী অমনা নুমিৎ যুংবা অমদি নুমিৎ তাববা মতমদা যুমদগী মতোমতা চৎনদে মবমদি তিনমু-লাইমু থেংনদবগীদমক্তনি।

খুল অসিদা মমাংঙৈদদি, কনাগুম্বী মীবোল্লবী নুপী অমনা কুম-থা শুবকপা মতমদা নুপী মযুমগী মমা-মপা, মবুং-মৌপা অমদি মবি-মতাশিংনা চাক্কৌনবা চৎনবমদে। মসিদসু নত্তনা নুপী মপামগী মীওইশিংনা চক্-উৱান ফাওবা থিন্নবমদে। অদুবু হৌজিক্তী অহোংবা কযা লাক্লনা মীবোল্লবী নুপী অদুনা থা তবেৎ শুবা মতমদা মমা-মপাশিংনা মহাক্লা অঙাং উন্নবিঙৈদা থোং-থাক্লনা চাননবগী চক্-উসান থিনৈ। অসিগীসু মথক্তা খুল অসিগী মীবোল্লবী নুপী অমবু মমা মপা, মবি-মতাশিংনা চাক্কৌদুনা পীজ-পীথক তৌনবসু হৌজিক্তি চৎনবে। খুল অসিগী চৎনবী অমদি থাজনবীগী মতুংইন্না মীবোল্লবী নুপী অমনা থা নিপাল শুববদি পা-পীগী মবি লৈনবা যাদে হাযনৈ। অদুগা পা-পীগী মবি অসি অঙাং পোক্লবা মতুং থা অহুম ফাওবা অযাম্বনা লৈনদনবা, যাবিবমখৈ হোৎনৈ।

**অঙাং পোকপাঃ**

খুল অসিগী মকুম-মথা শুববী নুপী অমগী ইমুংনা চাবোকপী অদুনা হযেং অঙাং উন্নবা মতমদা হিপ্পবগীদমক্তা অফবা চক থম্মৈ। অদুবু অঙাং উন্নবদা চাকহাওগী চবদি তৌহেদে হাযদুনা খুল অসিদা শীজিন্নদে। অঙাং উন্নবা মতমদা চাকখুম অমসুং লাইগী কাদদি তৌনদে। থা শুববী নুপীদুনা মশা নুংঙাইতবা অমদি যেকপনা চিংবা হৌবক্লবা মতমদা চকনা শন্দোক্লনা শেম্বা মফম অমদা হিপহল্লি। মতাং অদুদা ইমুংগী মীনা মাইবী কৌদুনা যেংহল্লি। মাইবী কৌবা মতমদা মপুবোইবা নত্রগা ইমুংগী নিপানা কৌকবা চৎনৈ। নুপীনদি কৌনদে। মসিদা কবিগুম্বা ইমুংগী নিপা লৈতবা ফাওবদা লৈকাইগী নিপা অমনা কৌবা চৎনৈ। অঙাং পোকলমদাইদা মমা অদুদা মাইবী অমনা যেংগনি। মসিগী মথক্তা মাইবী অদুবু লৈকাইদুগী অহল ওইববী নুপী অনী অহুম্বা মতেঙ পাঙগনি। মখোযশিং অসিবু "মাযোক্লবী" হাযনা

খঙনৈ। অঙাং উন্নবা মতমদা, নুপী অদুগী মমা, মনেম অমদি মনম্মশিং যাওবা যাই অদুগা লৈশাবী, অঙাং অমদি নিপাশিংদি যাওহন্নদে। মশা শেঙদবা নুপী ফাওবা মসিদা যাওনদে।

কবিগুম্বা মমা ওইগদৌবিবা নুপী অদুনা মতম শাংনা মশা নাওযেক্লুনা লৈববদি থুনা অঙাং উন্নবগীদমক্তা মপুবোইবগী নামৈ অদু অহুম্লক থাদোক্লে অমদি মপুবোইবনা নুপী অদুবু কাম্থোকপীদুনা অঙাং উন্নবদা, খুবৌ থাংদনবা মকোক্তা নাম্থবীনৈ। মসিগা লোয়নননা যুমগী চেঙফু, উপুগী শো-ৱাইখুনচিংবা হাংদোক্লে। অঙাং উন্নবদা, মতম কুইনা চঙলবদি, অঙাং অদু মফম চাদনা লৈবদগীনি হায়না লৌনৈ। অঙাং অমা উন্নবমদাইদা মমা ওইগদৌবিবী নুপী অদু খুক-খুদক কুনগনি। মদুদা নুপী অনী অহুম্না মতেঙ পাংদুনা নুপী অদু মশা চুম্না লৈহন্নবা হোৎনবগা লোইননা লেঙহন্দনবা হোৎনগনি। মসিগী মবমদি খুদোং থিবা অমত্তা যাওদনা অঙাং অদু থুনা পোক্লবগীদমক্তনি। অঙাং হেক পোকপগা,পোকপদা ৬াযবিব অঙাং অদু ''নাওযোম ফি''অমদা থম্মী। অঙাং অমা পোকপগী খ্বাইদগী মরুওইর্বিবদি ইহান হান্না অঙাং অদুনা কপ্লা অসিনি। কবিগুম্বা অঙাং অমনা হেক পোকপগা কপত্রবদি মদুবু 'তৎনবা' হায়না খঙনৈ। অসিগুম্বা 'তৎনবা' অঙাং অসি পোক্লবদি, মহাক্লা মমাগী খোম্লাং থকউ হাযবা যাগন্দে হাযবগী থাজনবী অমা লৈবা মবম্না, যুপাল থাবা নুমিৎতা তৌযম থোকপা ঈবাৎ-থৌনি কযা তৌনৈ।

অঙাং অমা হেক পোকপদা, পোকপগী নুমিৎ, থা, থাবান অমদি পুংনচিংবশিং যাম্না চেকশিন্না ইশিল্লি। মবমদি মখোযশিং অসি অঙাং অদুগী কুঠি ইবদা মথৌ তাবগীনি। অঙাং অমা হেক পোকপগা,খোযবি অদ কাতিন হেক্তা চপথৎপা যাদে। অঙাং তাবক্লে, খোযবি ককপা যাবক্লগনি হাযবা মতম অদুদা অঙাং অদুগী মপা অদুনা কনমগী পাযা অমনা খোযবি অদু কক্কনি। কবিগুম্বা তাঞ্জা অদুদা কনমগী পাযা অদু লৈতবা থোক্লবদি, মসিগী খুদোং থীবা অসি থোক্তনবগীদমক্তা মাংজৌননা থমগনি। অঙাংগী খোযবি ককলমদাইদা মপানা কনমগী পাযা অদু মাইবীদা পীগনি অমসুং মাইবীনা পাযা অদু মমাদা হাইফেৎ পাযহল্লগা, মাইবীনা অঙাংগী খোযদৌ তম্না নাম্থদুনা অঙাং অদুগী থৱাই মীবেল কৌশিনগনি। মসিগী মতুংদা খোযবি অদু কক্কনি। খোযবি কক্লবা মতুংদা লং অমনা কিশিল্লি। অঙাং পোক্লিবী মমা অদুগী মখ্বাংদা ফি অমনা কিশিনবি। মসিগী মবমদি অঙাং উন্নবিবী অদুগী অঙাংখাও অদু মওং চুম্না লৈনবগীদমক্তনি হায়না থাজনৈ।

অঙাং উন্নবদা, হকচাং কযাৎশিং চাওথোকখিবা,কোমথোকখিবা অমদি মওং কাযখিবা শককশিং অদু থুনা ওইশিন্নবগীদমক্তা ঈশিং অশাবনা হিদাক তোযনা যৈনৈ। পোকপদা ঙাইবিবা অঙাং অদুসু লুম্বু শাবা ঈশিংনা ইক শাদেংবী। অঙাং অদুদা খোল্লাং পীথকপগী মওংদা মমাগী খোমজিন অদুনা অঙাং অদুগী মযাদা ইনশিল্লি। অঙাং অদুনা নিপা ওইবগা মমাগী যেৎকী খোমজিন্না হান্ন অদুগা নুপীগী ওইবগনা ওইগী খোমজিন্না হান্না চিনদমহনগনি। মসিগী মতুংদা মমা অদুগী খোল্লাং নীংথিজনা থোকত্রিবা ফাওবা অতোপ্পা নুপী অমনা খোল্লাং মাযোক্লহনগনি। মাযোক্লবিবী অদুবু 'খোমইনবী' হাযনা খঙনৈ।

অঙাং উন্নবগী নাওফম অদু চফু অমদা হাপ্লগা, নিপা ওইবগনা যূমগী খা থংবা যেনখাদা অদুগা নুপী ওইবগনা অৱাং থংবা যেনখাদা ফুম্মী। লাংঙথেল খুলগী থাজনবী অমা লৈ মদুদি নুপী পোকপগী নাওফম অদু অৱাংদা ফুম্বগী মহুৎতা, খাদা ফুল্লগনা মথংদা নিপা পোকই হাযবগী থাজনবী লৈ। মবম অদুনা নিপা পোক্লিবা ইমং অসিনা মসিগী থাজনবী অসি হৌজিক ফাওবা চৎনবি। খুল অসিগী অতোপ্পা থাজনবী অমনা, মচা পোক্লবী নুপী অমনা মচা মমিৎতা উনিংলৰদি, নাওফম অসি অতোপ্পদগী লৌকবগা মহাক্কী যেনখাদা ফুম্লৈ। অঙাং অমা হেক পোকপগা, মদুদা যাওবিবা মাইবী, মাযোক্লবী অমদি অতৈ চাবোকপদা মতেঙ পাংখিবশিং অদু ইমুং অদুগী লৈজবা অচা-অথক, পীজ-পীথকসু তৌনৈ।

লাংঙথেল খুল অসিগী অতোপ্পা থাজনবী অমনা কনাগুম্বা মীওই অমনা চাবোকপীগী ফুনাক্তা, চৈনা নত্রগা চেগপ্পা মৈতালদা থিনবা যাদে। কবিগুম্বা থিল্লবদি পোক্লিবা অঙাং অদুগী মমিৎ চোৎলি হাযনা থাজনৈ। মবম অসিনা চাবোকপীগী ফুনাক্তা কনাগুম্বা মী অমত্তনা শীজিন্নদে। থাজনবী অসি হৌজিক ফাওবা খুল অসিদা লৈবি।

## যুপান থাবাঃ

মমাংঙৈগী মতমদদি, খুল অসিগা যূপাল থাবগী থৌবম অসি অঙাং অমা হেক পোকপদগী নুমিৎ মঙানি শুবা মতমদা অযুক অমসুং নুমিদাংদা নৌনা পোক্লিবা অঙাং অদুগী নুংঙাই-যাইফনবগীদমক্তা পাংথোকপনি অদুবু খুল অসিগী মীওইশিংনা হিন্দু ধৰ্ম্ম চৎখ্রবা মতুংদদি যূপাল থাবগী থৌবম অসি অঙাং পোকপগী মতুং নুমিৎ তরুক্লি শুবদা ষষ্ঠী পুজা হাযনা চপ মান্নবা মওং অমদা পাংথোক্লি।

যুপান থাবগী থবক অসি মাইবীনা তৌই। যুপান থাবগী অযুক্তা মাইবীনা অঙাং অদুগী তৌফম থোকপা, য়াংকোক অমদা মনা-মশিং খবা শীংজু শুবগা লা মচেৎ তকক্তা হাপ্লগা যাংকোক্তুগী মথক্তা থম্মী। মতম অদুদা অঙাং অদু ইক-শাদেংলগা অশেংবা ফি অমনা কোনবিবগা থম্মী। মমানা অঙাং অদু শোকপা যাদে, মাইবীনা মমাই নোংপোক ওন্দুনা ফম্লগা শীংজু অদুনা অঙাং অদুবু তাইবঙ চীঞ্জাক অহানবা পীজবীবগী মওংদা চউর্স্বীগনি। মসি লোইবগা শীংজু অদু থোঙ্গালদা থাদোকলুবগা হঞ্জিললকপদা, যাংকোক অদু নাকথদা উপ্তুনা থম্মী। অমুক হন্না মাইবী অদুনা, উপ্তুনা নৈবিবা যাংকোক অদু লৌকবগা নিংথা অমগা মদুগী মথক্তা থম্বগা লোয়ননা সনাগা তেম্পাক্কা হাপ্পি। অদুদগী অঙাং অদু মাইবীনা যাংকোক মথক্তা হাপ্লগা, চাবোকশঙ অদুনা নৈবিবা ফুনাক অদুগী নাকল অমদনা অঙাং অদুগী মবোক নত্রগা নুপীগী মমা অদুগা নাকল অমদনা মাইবী অদুনা অঙাং যাওবা যাংকোক অদু পাযদুনা লেপ্পী। মাইবী অদুনা মবোক অদুদা "অঙাং লৌগেবা, সনা লৌগেদা, যাংকোক লৌগেবা " হাযদুনা ফুনাক্কী মথক অদুদা অহুমলক নত্রগা মঙাবক হাযগনি। অহুম্রক শুবদা লৌশিনগে হাযবগনা অহুমলক শুবগী হৌবকপদা "অঙাং লৌজগে" হাযদুনা যাংকোক্তুগী অঙাং অদু লৌগনি।

মতৌ অসুম্না, মঙাবক শুবদা লৌশিনগে হাযবগসু "অঙাংদু লৌজগে" হাযদুনা অঙাং অদু যাংকোক্তুগী লৌগনি। লাংঙথেল নত্তবা অতৈ খুলশিংদদি, মবোক্কা মাইবীগা হাযনবগী মহুৎতা অঙাং অদুগী মমাগা মাইবীগা মখোয অনীনা থৌবম অসি পাংথোক্লবা থেংনৈ। চাবোকপী অদুনা হিপলম্না চক অদু থোঙ্গালগী বাংমদা হুন্দোক্কনি। মসিগী মতুংদা নুমিদাংদা অঙাং অদু পুন্সি নুংশাংনবা অমসুং যাইফনবগীদমক্তা ষষ্ঠী পুজা পাংথোকই। নুমিৎ অসিদা চাবোকপী অদুগী মপামনা ষষ্ঠীদেবীদা কৎননবা পোৎ-চৈ অমদি অঙাং অদুগী শেৎন-চানবা কযাসু পুবা চৎনৈ।

## য়ুম্মাং পাওঃ

অঙাং হেক পোকপগা ইমুং অদুগী নক্লবা শাগৈগী মীওইশিংদা যুম্মাং পাও পীগনি। যূম মাংবা অসি নুমিৎ তবামাথোইনি ওই। যূম মাংলিঙৈ মনুংদা ধৰ্ম্মগা মবিলৈনবা, থবকশিং খুল অসিগী মীওইশিংনা পাংথোক্লদে।

## যূমশেংবাঃ

অঙাং পোকপগী নুমিৎ তবামাথোইনি শুবদা, যূমশেঙবগী থৌবম অসি পাঙথোকই। যূমশেংবা নুমিৎতা, ইমুং মনুং কাচিন-কোযা যৌনবা ষষ্থিগা লোয়ননা

ব্রাই-লম তৈথোক্লে চফু-উযান্নচিংবা লোযনমক ফেঙদোক্কনি। ব্রাহ্মণ অমনা তুলসি পত্রাগা লোযননা ঈশিংনা যূমদু খিক্তুনা শেঙদোক্কনি।

**ফাইবোক পোকপা ঃ**

লাংঙথেলদা অঙাং ফাইবোক পোকপা অসি ফত্তবা খুদম অমনি হাযনা লৌনৈ। ফাইবোক্কী অঙাংশিংনা চহী অনী অহুম শুবক্লবা মতমদা, মখোয অনীনা 'ইপা মকোক চাসি, ইমা মকোক চাসি' হাযনৈ হাযবগী থাজনবী অমা লৈ। অসিগুম্বা মমা মপাগী ওইবা খুদোং থীবা কযা অসি ঙাকথোক্লবগীদমক্তা শাবেং অনীখক থোংলগা অঙাং অনীদুদা শাবেং মকোক অমমম, মমা মপাগী মহুৎ শিন্না পীজনৈ। ফাইবোক্কী অঙাং অনীদুগী মনুংদা অমা শীথ্রবদি, শিখ্রিবদুগী থবাযনা অমদুসু লৌননবা হোৎনৈ হাযনা থাজনৈ। মবম অদুনা অসিগুম্না খুদোং থীবা অসিদগী ঙাকথোক্লবগীদমক্তা হিংহৌবিবা অঙাং অদু লোংউপ্না উপ্লগা থম্বসু চৎনৈ।

**চউম্বাঃ**

পোক্লিবা অঙাং অদুনা থা অনী মখায, অহমলোম শুবকপা মতমদা অঙাং অদুগী "থবাযমী" ফম্বা যেংবা যাবা চৎনবী অমা লৈবম্মী। মসি "হনুমান চক্র" হাযবা লাইবিক অদুদা যেংনবম্মী। যেংবগী মওংদি-অঙাংদুগী থবাযমি অদু কদাযদা ফম্নগে হাযবসিনি। মসিনা কবিগুম্বা অঙাংদুগী মচিন্দা ফম্বা থোক্লবদি, চউম্বা যাদ্রে হাযনা লৌনবম্মী। অদুগা কবিগুম্বা চিন নত্তবা অমদা ফল্লবদি, চউম্বা যাবে অদুগা হাযনবা অমনা অঙাংনা থা অনী হেল্লক্লবদি অহল-লমনশিংনা অশুম্বা হাযনৈ "মাগা হৌমিন্নবা পোকমিন্নবা উচেক-ব্রাযাশিংনা মচিঞ্জাক চাবা হানখিবা তাবে" চউম্বা মতমদা নোংমা পানবা, কুনগা মাপললি পানবা নুমিৎশিং অসিদা চউম্নদে। চউম্বা মতমদা ঙামু অতেকপদু মৈদা লৌবগা নত্রগা অতেকপা ফঙদ্রগদি ঙামু অকংবনা উম্নে। অসুম্না চউম্বা মতমদা অঙাং নিপা নুপী থাযদনা চউম্নে। চউম্বা নুমিৎতা হৌজিক্কী মমান্নবা, শাগৈ-নাতৈ কযা বার্ত্তণ তৌদুনা চাক পীজনবা যাওনবে। অসিদসু নত্তনা মমাংঙৈদা ঙামু থক্তনা চউম্বা অদুগী মহুৎতা হিন্দুগী লাইদা স্কীবনচিংবা কৎলগা, চউম্বসু চৎনবে। খুল অসিদা চউম্বা নুমিৎসিদা অঙাং অদুদা সনা-লুপাগী লৈতেঙশিং, পোৎ-চৈ কযা শীজিনবীবসু চৎনৈ।

**হৈজিংপোৎঃ**

লাংঙথেলদা লুহোংগদবা নোংমা নিনি ব্রাৎলিঙৈদা নুপা মযুমগী মীশিংগা নুপী মযূমগী মীশিংগা যানবগী মতুংইন্না অফবা নুমিৎ অমদা হৈজিংপোৎ পুবা

থৌবম অসি পাংথোক্লে। থৌবম অসিদা নিপা মযূমগী মীশিংনা নুপী মযূমদা কৈন্য অমদি মহাক্কী মমান্নবীশিং অমসুং থৌবম অদুদা তিল্লিবা অহল লমন্নচিংবশিংগী চানা থক্লবনচিংবা পোৎ-চৈশিং পুবা চৎনৈ। অসিদসু নত্তনা কৈন্য অদুগী ফিবোল, অকে-অমৌগী পোৎলমশিং অমদি ছাটিননচিংবশিং পুদুনা চৎলি। পূম্নমক অসিগী মথক্তা "হৈজিং খবাই" পুবদা চংদ্রবা যাদ্রবা পোৎ-চৈশু পুদুনা চৎলি। হৈজিংপোৎ পুবদা মহৌশাদগী হৌনা পুনবক্লিবা পোৎ-চৈশিংদি কবোক-হৈবোক, হৈ-বা অসিনচিংবা পুবনা অযাম্বনি। অদুবু মতমগী মতুংইন্না কবিগুম্বদা কবোক-হৈবোক্কী মথক্তা তল অমদি অথুম-অহাওনচিংবশিংসু হৈজিংপোৎতা পুবা চৎনবা হৌনবক্লে।

**লুহোংবাঃ**

লাংঙাথেল খুল অসিদা, লৈবিবা নিপামচা অমসুং নুপীমচাশিংনা মপুং-মবৈ ফাবকপা মতমদা লাইমিং লৌনৈ। কনাগুম্বনা লাইমিং লৌদনা লুহোংবা চৎনদে। খুল অসিগী লুহোংবা অসি তশেংনমক হিন্দু ধর্ম্ম চংলকত্রিঙৈদা লৈবম্না লুহোংবগী মচলশিং অদুগা হিন্দু ধর্ম্ম চংলক্লবা মতুংদগী লাকপা মওংশিং অদুগী যানশিন্নবা মওংনি। খুল অসিদা, মমাংঙৈ অঙনবা মতমদদি, চহী নৌনা লুহোংবা চৎনবম্মী। মতম অদুদদি লুহোংবসি অযাম্বনা হাযনা-শীংনবগা লুহোংবনা অযাম্বনি। মশা মশানা যানবগা চেন্দুনা লুহোংবা হাযবদি 'চেলহোং' হাযনা খঙনবা লুহোংবা মখল অসিসু চৎনৈ।

ইমুং অমগী যুমগী মৌ ওইনবা নুপী অমা হাযনবা মতমদা, মখোযনা পামজবা খুলদুদা লৈবা থোক্লবদি, তবাই তবাইনা হাযকবা চৎনদে। নুপী মযূম অদুদা নুপা মযূমগী মীনা খঙন-চান্নবা মীওই কযা থাজিন্দুনা মখোযনা পামজবিবা নুপী অদুবু ইমৌ ওইজগে অমদি হাযজবা লাক্কে হাযদুনা পাও হান্না থাবা চৎনৈ। পাও থাববা মতুংদা, নুপী মযূমদুনা যানিংবগী মওং উববদি, নিপা মযূমগী অহল খবা নুপী মযুমদা হাযবা চৎনৈ। অদুগা নুপী হাযবা লাকপা মতমদা, নুপী মযূমনা কোক যাথোকপা হাযবসি যাম্না চোপ্না লৌনৈ অমদি ইকাযনৈ। মবম অদুনা মীনা নুপী হাযবা লাকপদা হেক্তা যাথোক্লদে।

অসুম্না নিপা মযূমগী অহল খবা চৎলুববা মতুংদা, অবোযবা ওইনা নুপী খবমুক্কা অথুম অহাও হৈ-বা খবা পুদুনা অমুক মখা তানা চৎনৈ। নুপীশিংনা চৎপগী মবমদি নুপী মযূমদা নিপা মযূমগী নুপীশিং অদুনা মখোযনা পাম্না হাযনজবিবা নুপী

অদু পীবিবক্কবা 'নুংশিবীযু চানবীযু' হাযবনা চিংবা ব্রাহৈ কযা শীজিন্নদুনা হাযজবা চৎনৈ। অদুগা অবেপ্পা ব্রা অমা খঙদোক্লে। মতৌ অসুম্না নিপা মযূমগী মীগা নুপী মযূমগী মীগা যানবা পুবক্লবা মতুংদা নুমিৎ অমা যেংলগা, নিপা মযুম অমদি নুপী মযূমগী মীগা পূন্না পাঞ্জিদা কুঠি যেংবা চৎনৈ। কুঠি যেংলবা মতুংদা, নিপাগা নুপীগা পক্লবে, লৌন-লৈনবা যাবে হাযনা খঙলবা মতুংদা অফবা নুমিৎ-থবান যেংলগা লুহোংবগী নুমিৎ লেপ্লে। লুহোংবা মতমদা নিপা অমদি নুপীগী মপোক থাদা লুহোংনদে। হাযনা-শীংনবা লোযববী কনাগুম্বী অমবু, মৌ ওইদ্রিঙৈ হাযবদি লুহোংদ্রিঙৈ, যুমদা লৈবিঙৈ মতমদা, ফিদোল চিংখৎতুনা লৈনবসু মমা ওইবীশিং অমদি কৈবোই-লৈকাইগী মচে-মনেমশিংনা তাকপীনৈ। মপা অমদি মবুংগী মমাংদসু, ফিদোল চিংখৎতুনা লৈহল্লি। মসিগী চৎনবী অসি হৌজিক্তি উখিদ্রে।

অহল-লমনশিংনা যানবগী মতুংইন্না লুহোংবা যৈথোক্লিঙৈগী মনুং, লুহোংদ্রিফাওবদা হবাও-কুম্মে, থৌদোক-ব্রাথোকশিং হাযবদি যাওশং, কৃষ্ণ জন্ম, কাং, চৈবাওবা অসিনচিংবশিং থোক্লগদি নুপী মযূমদা নুপা মযূম্না অথেনপোৎ,অথুম-অহাও, ফি-বোল, ঙা-চাক পুদুনা অমদি অহল মশেন খুকম্বা চৎনৈ। অসুম্না পোৎ-চৈ থিনবা চৎনবা অসিনা কৈবোই-লৈকাই মমাংদা, ফোংনা নুপী অসি লুহোংবগী হাযন-শীংনবা লোইববনি হাযবসি খঙনহল্লি। খুল অসিদা কবিগুম্বা মতমদা নোংমতদা লুহোংবা অনী পাংথোকপা তাববদি অমা শোযগল্লি, পানদে হাযদুনা লুহোংবা যৈথোক্লে। মসিগী চৎনবী অসি হৌজিক ফাওবা যাম্না কিনা মসি থোক্রনবা হোৎনবি অমদি চৎনবি।

কবিগুম্বা শাগৈ অমগী নিপা অমনা, হৌজিক্কী মতমদা যেক থোকলবসু থোক্লদ্রবসু মানা পামজবা নুপীবু লৈববদি, হেক্তা চেল্লকপদা যানবগী মখা পোন্না লুহোংনৈ। মসি অঙনবা মতমদদি চৎনবমদে। অদুগা চেল্লিবা নুপী অদুনা নিপা অদুদা লৈখিবা তাববসু মযুমগী মীনা চঙহন্দে অমদি মাগীনি হাযদুনা পোৎ-চৈ অমা ফাওবা তম্বীবমদে। মসিদা কনাগুম্বনা যেক থোক্লবা নত্তবা ওইবগদি লুহোংনবসু যাওদবদি নত্তে। অদুবু অঙনবা মতমদদি যেকপু থোক্লববদি লুহোংনদে। অযাম্বনা হাযনবগা হোংনবনা নম্মী। অদুগা কবিগুম্বা লৌখৎপা তাববসু মচা অমা/অনী শুববা মতমদা নিপা মযূম্না নুপী মযুমদা হাযজবা চৎচৈ অদুগা যানবগী মতুংইন্না লৌখৎলি। হৌজিক্কী মতমদা কনাগুম্বা নিপা অমনা নুপী চেল্লক্লবদি, নুপী মযুম্না মচা নুপীবু, "ঙসিমক যূমদা থিনবিবকউ, মচিল হংজবোই" হাযদুনা

হাযনবা যাওনৈ। মসি নুপী ময়ূমগা নিপা ময়ূমগা অনী যানবগী মখা পোল্লি। মসি নত্রগনা নুমিৎ নিনি/হুম্নি নিপা ময়ূমদা লৈবসু যাওনৈ। নিপা অমসুং নুপী ময়ূম অনী যানবগী মতুংইন্না চেল্লবসু, হৈজিংপোৎ পুদুনা হাযনা-শিংনবগী মতৌগুম্না লূহোংনবসু চৎনৈ। কবিগুম্বদা চেলহোংদা নুপী ময়ূমগী কাংবুনা নিপা ময়ূমদা হোংখিনবগী অযাবা পীবগা লোযননা লুহোংবা নুমিৎতা নুপী ময়ুমগী মী অমা লাক্কুনা দান পীনবসু তৌনৈ।

মতম অমদদি নিপা ময়ূমগা নুপী ময়ূমগা হাযনা-শীংনবা নত্তনা চুম্না মশা মশানা যানবে হাযদুনা চেল্লকপা তাববদি লুহোংনবমদে। চেনবু চেল্লবদি অযাম্বনা কৈন্যা কৎপা চৎনৈ। ময়ূম ময়ূমগী অহল-লমননদি যানববা অদুগা শেলগী ফিভমদি খবা খুদোং চানদ্রবদি, মচাশিংবু চেলহন্দুনা কৈন্যা কৎনৈ। কনাগুম্বা নুপী অঙাং লৈববা নিপানা নুপী অমা অমুক চেনবা যাওবক্লবদি লুহোংনদে, কৈন্যা ওইনা কৎনৈ। কৈন্যা' কৎপা মতমদা অহল লমন যানবগী মতুংইন্না 'লাই-তাঁন' থাবগা ঙমজব' অউনপোৎ তম্নবসু যাওই।

লাংঙথেল খুলদা মী অমা লুহোংবা তাববদি, হৌজিক্কী মতমদদি লুহোংফমদা ফিজং খন্নে। লুহোংবদা মাইক পান্নে। মসি মমাংঙৈদদি তৌনবমদে। লুহোংবদা নিপা ময়ূমদগী শেলগী মতেঙ লৌনদে। কনাগুম্বা নিপা ময়ূমগী মীনা নুপীগী শেৎন-ইন্নবা ফি-বোল লৈবীবসু চৎনৈ। মসিমা তৌদবা যাদে হাযবগী অকক্লবদি লৈতে। লুহোংবদা পোৎচঙ কযা চংঙি। নুপী ময়ূমদা পোৎ পুবা মতমদসু, মথং-মনাও কাযনা পুবা যাদে হাযবগী থাজনবী লৈ। অথেনপোৎ শেম্বদা মতম মতমগী ,অফঙবা যেন্সাং-নাপি হাপ্পা যাই। অথেনপোৎতা, লফোই লফাং চং থোকপা অমা, যুবী, কিহোম, কোমলা, ক্বা মক মনা, হৈনিং, হৈগ্র অমদি ঙম্লগনা সেম খবা হাপ্পসু যাওনৈ। ঙমজবা দক্ষিনা অমদি তেক মচা অমদা ঙামু খবা হাপ্লগা লানা খুম্লগা, চেৎনা পাযানা পুনগনি। লুহোংবা মতমদা যাত্রা পুবী অমা চংঙি। যাত্রা পুবী অসি মী অমনা হেক্তা পুনিংঙি হাযদুনা পুবা যাদে। অঙনবা মতমদগী, যাত্রা পুগদৌবিবী নুপী অসি হাযনা-শীংনদুনা লুহোংলকপী অমদি মচা নিপানা অহানবা পোকপা নুপীনা পুনবকই। মসিগী নিযম অসি হৌজিক ফাওবা চৎনবি। যাত্রা পুবীনা পোৎ পুবা মতমদা ফনেক-ফিদোন চিংখৎনৈ, ফি অঙৌবা ইন্দবা যাদে। যাত্রা অমদি অতৈ পোৎ পুবিশিংনা নিপা ময়ূমদা পোৎ পুবমদাইদা, ক্বা,দক্ষিনা তৌদ্রবসু যাই।

**যাত্রাদা হাপ্লবা পোৎলমশিংঃ**

(১) লফোই কাগুপ অনী (চং থোকপা অনী)
(২) চু কাগুপ অনী (চু অনী)
(৩) ক্বা কাগুপ অনী (ক্বা অনী) অমসুং
(৪) যুবী কাগুপ অনী (যুবী অনী) অসিনচিংবশিংনি।

'লৈ চন্দন' অসিদি পুখম অমদা লৈ খবা হাপ্লগা অঙাং নুপীমচা অমনা অযাম্বা মতমদা পুনৈ। 'মীতমঙা' হাযবসিনা ফিরুক মচা অমদা, ঙামু খবা হাপ্লগা পুবনি। হাযবিবা 'মীতমঙা' অসি লুহোংবা লোইদ্রিঙৈ বড-কৈন্যা অনীনা মখুৎ মখুৎ থাঙ্গৎন্দুনা, কুজবা পুন্দুনা লৈবিঙৈ মতমদা, নিপা মযূমগী নুপী অনীগা, নুপী মযুমগী নুপী অমগনা, নুপী মযুমগী মনাক্তা লৈবা পুখ্রি নত্রগা তুবেলদা 'মীতমঙা' অসি থাদোক্লে। 'মীতমঙা' অসি থাদ্রিঙৈদা, নুপী মযূমগী লাইনিংথৌদা খুরুমদুনা, নুপা মযুম অমদি নুপী মযুমগী নুপী অমমমনা, ঙামু অমমম পাযনবগা, নুপী অমনা মৈ অমা পাযবগা বড-কৈন্যা অনীগী অফবা মঙ্গল ওইননবা উশিন তৌবা চৎনৈ। মসিদা পাযনবিবা ঙামুশিং হাযবদি নিপা মযূমগী ঙামুনা মাং থাদুনা চেনখ্রবদি, কবিসু থোইদোকপা অকাযবা লৈতে হাযনা থাজনৈ। নুপী মযূমগী ঙামুনা মাং থাদুনা চেনখ্রবদি, নুপীনা ঙম্না পাল্লি হাযনা থাজনৈ। লুহোংবা মতমদা, অপোকপগী পোৎ-চৈ তম্নে। মসিবু "অপোক-অশা" হাযনা খঙনৈ। অদুগা কবিগুম্বা নিপা অসিনা বামোন ওইববা, অদু ওইববদি "অপোক অশা" গী পোৎলম অসি হাপ্লদে।

**"অপোক-অশা"গী পোৎচংশিংঃ**

(১) লফোই চং থোকপা (২) চু অনী (৩) ক্বা অনী, মনা অনী অমসুং
(৪) যুবী অনী অসিনচিংবশিংনি।

লম লাইগী পোৎতা, লাংঙথেলবু কোল্লিবা লাই অহুম হাযবদিঃ-(১) খোংজোম নিংথৌ (২) অঙোম পোকপা অমসুং (৩) পাখঙবা অসিনচিংবা লাই অহুমগী পোৎ-চৈশিং শেম্মী। মসি শেম্বা মতমদা, পাযানা শাবা পোল্লাং মচাগুম্বা অমদা লফোই চং থোকপা অমা, চু খবা, কবোক চুহি তোৎপা খবা, কিহোম অমা, ক্বা মনা অমসুং শেনকৎ ঙমজবা খবা অসি হাপ্লে। থোইদোকপা পোৎলম অতৈ অকরুবদি লৈতে। হাযবিবা পোৎচংশিং অসি, নিপা মযূম্না লুহোংবা লাকপদা পুবরুগা, নুপী মযূমগী লাইনিংথৌগী মমাংদা থম্নে অদুগা লুহোংবা লোইবগা ইমুংদা

চঙলক্লুনা লাইনিংথৌ-লৈমবেলদা খুকুম্নগা, লম লাইগী কৎকদবা পোৎ-চৈশিংদু লাইদুনা লৈবা মাইকৈশিংদা,ওন-ওন্দুনা কৎনৈ। কৎলিবা পোৎশিং অসি, নুপী ময়ূমগী পিবা অহলনা চানৈ। লুহোংবদা লাক্লিবা অহল-লমন অমদি শরুক যাবিবশিংদু, লুহোংফম শঙলেনগী অকোযবদা থাবিবা ফিদাশিংদা ফম্লৈ। হাযবিবা অহলশিং অদুনা ফমথ্রবা মতুংদা পোৎ-চৈশিং হাযবদি কবোকশিং অদু যেম্থোকই। যেম্থোক্লিবা পোৎশিং অদুদি, লা তাঙ্গা অমদা কবোক অফাবা খবা হাপ্লগা মদুগী মথক্তা কবোক চুহি তোৎপা (খুৎনা তাবগা পাকতক্লা শাবা) অমা হাপ্লগা মদুগী মথক্তা থোইদিংনা শাবা কাংশুবী অমা হাপ্পী।

লাংঙথেলদা বড যাত্রা তৌবমদাইগী ধন থিনবা, বেন খোংবসি মশিং অকক্লবা লৈতে। বডনা হেক খোঙশান্দ্রিবা ফাওবা অদুম খোংদুনা থিন্দুনা লৈনৈ। লুহোংবগী মতমসু থোইদোক্লা অকক্লবা থমদে। থবক-ইনখাং লোইনবগা, মীযামগী অশং-শংদা যেংনবগা নুংঙাইগদবা মতমদা লুহোংনৈ। লুহোংবা লাকপদা, বডগীদমক মমান্নবনা পুবিবা চাইশেন অসি কমাল নত্রগা মোনখুম অঙৌবা অমনা যোম্নগা পুনৈ। নুপী ময়ূম যৌবকপদা, নুপী ময়ূমগী নুপী অহুম্না বড ওক্লে। বডগী মমান্নবা অমনা,ওক্লিবা নুপী অহুম অদুদগী ক্কা লৌবগা বডদা লান্নৈ।

মান্দপকী মযাইদা ববগী ফমফম থাবসি, তুলশিপুংগী মনিং ওইবপ্লা, যেৎলোমদা খবা চৎথোক্লগা লৈমাইদা যেকপা লাইগী মথক্তা ফিবাংজি থাবগা, ফিবাংজিগী মথক্তা অমুক মোন্তেক থাদুনা ফমহন্নৈ। কৈন্যাগীসু মোন্তেক অমা থাই। তবেৎলক লৈ কোযগনি। লৈ কোযবিঙেদা বেন খোংনদে। বড-কৈন্যা অনীগী মখুত্তা, কুজবগী পোৎ হাপ্লগা থাংগৎপসি কৈন্যাগী মমানা থাঙ্গৎপা নত্তনা অতোপ্পা নুপীনা থাঙ্গৎনদে। কৈন্যাগী মমা কবিগুম্বা লৈখিদবা ওইবগদি, যানবগী মতুংইন্না অতোপ্পা নুপী অমনা থঙ্গৎহনবসু চৎনৈ। লুহোংবগী থৌবম লোইববা মতুংদা বড-কৈন্যা অনীদু ফিজি কিশি কিদুনা তুলশিগী মনিং ওইবপ অরাংলোমদা খবা চৎথোক্লগা, নিপানা যেৎতা নুপীনা ওইদা লেপ্লগা বামোন্না মঙ্গোল পীনৈ। ইমুংদা বড-কৈনা অনীনা নুপী মযুমগী সনামহী খুকুম্নগা, লম লাইগী পোৎশিংদু, লাই অদুনা লৈবা মাইকৈবোমদা ওন-ওন্দুনা খুকুম্নৈ। মদুগী মতুংদা কাংসুবী লান্নৈ। মসি লোযবগা বডদু শুমাংদা থোকলক্লুনা নুপীগী অহলশিং অমদি শাগৈগী অহলশিংদা থোইদিংনা শাবা কাংসুবী কবোক অফাবনা মখাদা থংদুনা তাঙ্গ অমদা হাপ্লগা লান্নৈ।

বডনা লুহোংফাল ফস্বা চঙত্রিহৈঙদা ফন্নম্বা ফিদা অদু, বডনা ময়াইদা ফমত্রবদা, মমান্নবশিংনা ফিদু লোৎশিন্নে। লুহোংবা লোইববা মতুংদা নুপী ময়ূমগী মীনা অঙম্বা শেন পীদুনা ফিদা অদু হন্দোক্লে। মসি হৌজিকসু খুল অসিদা চৎনবি। লুহোংলিবা নুপী অদুগী মখুৎতা খুজি শীদ্রবসু, চবিক্লা লেঙবা 'খুৎশা' হায়না খঙনবা খুৎযাইদা শীজিল্লগা, খুজেংদা থোক্কি ওইনা কিশিল্লগা শীজিন্নে। অদুগা কৈন্যাগী মকোক্তা মৈগী বলব অমা থানবা চৎনবি। অঙনবা মতমদগীনা হৌজিক ফাওবদা খুল অসিদা লুহোংবা মতমদা, নুপী ময়ূমদা লুহোংবা চৎপদা লাইগী লাইবুং অমদি পাখঙবা খোংনাং মপাদা, লান্দুনা চৎপা মতমদা লাইগী হৈকক, ক্বা,তাঙ্গা অমদি দক্ষিনা তৌদুনা মফমদুবু খুব্দম্লে। অতোপ্পা চৎনবী অমনা কনাগুম্বা মীশক অমনা লুহোংবা লাকপা মতমদা,লম্বী-লম্মথাংদা,"কবোক খবা চাজহৌগে পীবীয়ূ" হায়বনচিংবা যাওববসু পীজবদা অকায়বা লৈতে হায়না খুলগী অহল-লমনশিংনা হায়নৈ।

লাংঙথেলদা লুহোংখ্রবা মতুংদা "ফিকক নুংশাং" কায়বসি নুমিৎ হুম্নি শুবদা পাংথোক্লে। ফিকক কায়বা মতমদা, ফিকক মনুংদা মীনাং থুবম্বা অমদি ককচেংনচিংবা যাওবম্লগদি থোইদোক্লা অকায়বা থোক্লোই হায়না লৌনৈ। "বড-দান কায়বা"হায়বসি লুহোংলবা মতুং নুমিৎ মঙানি শুবদা নুপী ময়ূমগী মীওই অহুম/মঙানা নিপা ময়ূমদা চৎনৈ। মসিদা দক্ষিনা তৌনদে। "বড-দান কায়বা" হায়বসি চৎত্রবদি তকক্লি চাকৌবা যাদে হায়নৈ। তকক্লি চাক্লৌবদা থোইদোক্লা অকক্লবা মশিং লৈনদে। যানবগী মতুংইন্না চৎনৈ। "নুপী মখুৎ চাবা" হায়বসি লুহোংলবা নুপী অসিনা নিপা ময়ূমদা, ইমুং-মনুংগী মীওইশিংবু চাক থোংদুনা পীজবা অদুবু খঙনৈ। মসিদা অকক্লবা নুমিৎ-থাবান থোইদোক্লা লৈতে। লুহোংলবা মতুংদা, চাখুম চঙহন্নিংবা, চাক থোংহন্নিংবা নুমিৎ অমদা হেক্তমক থোংহনবা হৌবা যাই। লুহোংবা মতুং অহানবা থা ফাবকপদা,"মৌ মপামদা চৎপা" হায়দুনা নুমিৎ থা অফবা অমা যেংলগা চৎহন্নে। মপাম চৎপা মতমদা, অচা-অথক নত্তনা ঙা পুবদি চৎনদে।

**অউনপোৎঃ**

খুল অসিদা মমাংঙৈদা,লুহোংবা মতমদা অউনপোৎ পীনবসি-কাংথোল অমা, পুখম অমা, তেঙ্কোৎ অমা, খুজাই অমা অমদি কনাগুম্বনা নুপী মশানা শীজিন্নবম্বা ইযোং ফি শানবা কোন উন্নবসু যাওই। মমাংঙৈগী মতমদা উপু উন্বা

ঙম্লবমদে। উগী উপুগী মহুৎতা কোঙৌ টিনগী উপু অমদি ফিরুক হাপ্লে। অদুবু হৌজিক্কী মতমদদি, মানা মানা ঙমজবা উপু অনী নত্রগা অহুম, কাংথোল অনী, পুখম অনী, তেঙ্কোৎ অনী, সনাপুল অনী অসিনচিংবা অসিদগী তাদনা হাপ্লবে। মতমগী মতুংইন্না মখল-মখা কযাগী অনৌবা পোৎ-চৈশিংসু হাপ্লা চৎনবে।

লাংঙথেলদা, লুহোংবদা লুহোংফান ফম্লদে। ফম্বা যাদবগী মবমদি-খোংজোম নিংথৌগী তালোই অতোম্বী কবো নীংঙোল অমা পুবকপা মতমদা তালোই অহল লাইসনানা যাদবদগী তালোই অতোনবী অদু পুশিলহনখিদে। কবো নীংঙোলনা মাগী লৈফম পীযু হাযদুনা খোংজোম নিংথৌদা হাযজবদগী মহাক্না (খোংজোম নিংথৌ) পানবা মফমসিদা মহাক্কী লম ওইজবো অদুবু লুহোংফান ফমদুনা লুহোংখিদবনা, মহাক্কী লমদা মীওই অমত্তনা লুহোংফান ফমদুনা লুহোংহনদে। কবিগুম্বা লুহোংফান ফমদুনা অমদি দোলাই তোংদুনা লুহোংনববদি, মীশি মীনা থোকপা ওইযু হাযনা হাযবম্বদগী লাংঙথেলদা ঙসিফাওবা লুহোংবদা লুহোংফান ফম্বা অমদি দোলাই শীজিন্নবা অসি তৌনদে।

কনাগুম্বা নিপা অমনা মাগী নুপী অদু পামদ্রে,খাইনবগে হাযনা খল্লবদি, খাইনদ্রিঙৈগী মমাংদা, লৈকাই তাকপা চৎনৈ। লৈকাইগী অহল-লমনশিং অদুনা "কবি মবমগী খাইনবা পাম্লিবনো ?" হাযদুনা ব্রা হঙনৈ। খাইনবগী মবম চাদ্রবদি নিপা অদুদগী ব্রাকোংশেল লৌগনি লোযননা নুপী অদুগী মমল হল্লু হাযদুনা মতম মতমদুগী চৎনবী মওংদা শেল কোংনৈ। কবিগুম্বা নুপী অদুনা অঙাং মচা চেনবা ওইবগদি,অঙাং অদু চহী মঙা শুদ্রিবা ফাওবা মমাগী মনাক্তা থম্লে। অঙাং অদুনা মশানা খোর্মজিন-তাশিনবা ঙমদ্রিব ফাওবা মমাগী নাক্তা লৈহল্লি। নিপা অদুগা নুপী অদুগা যানবগী মতুংইন্না, মমাগী নত্রগা মপাগী মনাক্তা অদুম লৈবসু যাওনৈ। কনাগুম্বী মযূম পাল্লবী, শাগৈ-জাৎ ওল্লবী নুপী অমনা অতোপ্পদা মযূম পাল্লুবগা অমুক হঞ্জিনলক্লবদি, শাগৈনা নুপী অদুগী মখুৎ চানদে।

**শিবাঃ**

খুল অসিদা মী শিবা যাওবকপা মতমদা,লৈকাইগী মীশিংনা অবৈ-অবৈবা, চেং-চাক,পৈশা পুদুনা হঙবা চৎনৈ। মশা ব্রাই শঙদবী নুপীফাওবা অশিবা হঙবা চৎনৈ। অদুবু মীবোনবী নুপীনা অনাবা হঙবদি চৎনদে। চৎনবী অসি হৌজিক ফাওবা পাংথোক্লবি। খুলগী যূমশিংদা,কনাগুম্বা মশা শোনবা অহল-লমন

লৈনবগদি, মীশি-মীনা অহিং-নুংথিল তম্বা ঙমদে হায়দুনা,অশিবগী ফিনচিংবা পোৎলমশিং থৌবাং তৌদুনা থম্লে। অহল-অঙাং খায়নদে, মীবু শিববদি যূম্মাং পাও পীদবা যাদে। মী অমা শিববদি,পোৎলোইদ্রিঙৈদা অশিবা অদুনা ফম্বা যানবগী মওংদা, চূক মবি যুংলগা ৱানা থোঙ্গ্রা শাদুনা পাযাদা পুন্দুনা শেম্বী অদুগা অশিবা মী অদু পোৎলোইবগী থৌবম পাংথোকই।

অঙনবা মতমদা, খুল অসিদা কনাগুম্বা মচা-মশু লৈজদবা, মচিন-মনাও লৈজদবা, কনা লৈজদ্রবা মী অমা শিবা মতমদা লম্বোইনৈ। শিবগী লম্বোইবদা ইন্দ-ফি তোঙাই়ে। ভিক্ষ্য হাপ্লে। অশিবগী মৈ থাননবা শীং লৈবসু হেক্তা লৈকুবগা থাবা যানবমদে। হৈক্রেং পাম্বীনা শীং ওইনা থানবম্মী। হৈক্রেং অদুসু মীগী ইশ্খোলদগী অঙম্বা মমল হন্দুনা লৈনবম্মী। অশংবা হৈক্রেং উদু খাযবগা পোৎলোইবদা শীংওইনবম্মী। অযাম্বনা লম্বোইবগী মহুৎতা গিবা থাংবা অসিনা নম্মা চৎনবম্মী। মবম অদুনা কনাগুম্বা ইমুং অমগী মী লৈতবা মতমদা, মচা ওইবগনা মপানা, মপা ওইবগনা মচানা অদুগা নুপী ওইবগনা, মপুবোইবনা গিবা থাংবসি তৌনৈ। হৌজিক্কী মতমদসু হাযবিবা মওং অসি খবদি চৎনবা যাওই। গিবা থাংবা মতমদা, থাংলিবা মী অদু ইমুংগী মীওইশিংগা চাবা থকপা পুন্নদে অমদি ইমুংদসু তুম্নদে। চাবা মতমদসু,মতোমতা ফামেন্দা চাক থোংলগা চাই। অশিবা হঙবা লাকপা মীনা পুবকপা, লফোই শঙ্গোম্নচিংবা তোৎলগা চানৈ। অদুগা গিবা থাংলিবা মীওই অসিনা চাদ্রিঙৈদা চাকমাইদগী চাক চদুম অমা লৌথোক্লগা 'বৃন্দ' হৈফমদা থাদোক্লে। হাযবিবা মফম অসি যূমগী মাংশোক্তা কোম অমা তৌবগা শেম্মী। 'বৃন্দ' হৈফম অসিদা চাক চদুম অদু কৎপা হেক লোযবগা শা-যেন্না শোক্তনবগীদমক পোল্লাং নত্রগা থুমুক্লা মফম অদু কুপশিল্লি। অসুম্না যূমগী মী ওইশিংদগী তোংঙান্না মপান্দা চাবা হিপ্পা তৌদুনা শোবাৎ শোন্দ্রিবা ফাওবা লৈনৈ। মথক্তা পল্লিবশিং অসি, লম্বোইখিবা মীদদি তৌনদে। অযাম্বনা হৌজিক্কী মতমদদি, লম্বোইদুনা গিবা থাংবগী থবকশিং অসি তোযনা তৌনদ্রে।

মীশি চাদনা শিবা হাযবদি-থৌবি যানদুনা শিববদি,মৈ থাদুনা পোৎলোইবা তৌনদে। কনাগুম্বা থৌবি যান্দুনা শিবা মতমদা, 'ৱাবক কোনশিন' হাযনা খঙনবা মফম অদুদা অযাম্বনা যান্নে। যাল্লম্লিবা উ নত্রগা ৱা অদু খুলগী মীনা যান্থৎনদে। মওং অসিগী মীশি অসিসু কযা তোযনা থোক্কন্দে। কবিগুম্বা মীশি মওং অসি থোকলকপা যাওববদি, তেকশিন-হঞ্জিন্দনবা হাযদুনা 'চুক শাবা' হাযদুনা থৌবম

অমা পাংথোক্লে, শোবাৎ শোনবদি তৌনদে। হৌজিক্তী অসিগুম্না মীশি ফত্তবা অসি খুল অসিদা পোৎলোইদুনা শোবাৎনচিংবা শোন্নবে। শোবাৎ শোনগদবা নুমিৎ মঙা/তাবানি ৱাৎলিঙৈদা ফৌ ফৌদোক্লদুনা অমদি ফৌ তীংলগা চেংপাক শুনবগীদমক, লৈকাযগী নুপী অঙাংশিংনা থৌদোক থোক্লিবা ইমুংদা লাক্লে। শোবাৎ অযাম্বদা চেম্পাক তৌনৈ। হৌজিক্কী মতমদদি চেংপাক্তা নত্তনা ক্ষেচ্রি অমদি তলনচিংবা কযা তৌনবে। শোবাৎ শোনগদবা নোংমা নিনি ৱাৎলিঙৈ মতমদা লৈকাইদুগী নুপা খবনা চীংদগী 'লা' হেকপা চৎনৈ। 'লা' গীদমক কৈথেন্দগী লৈনদে।

শোবাৎ নুমিৎকী অযুক্তা, লৈকাইদুগী অহল-লমন, নহাবোলনচিংবা পোৎলোইবা যা ওখিবা মীওইশিং চাক পীজনৈ লোযননা খুল অসিদা শোবাৎ অমা শোনবা মতমদা যুমগী থোঙ্গাল চঙলকপা মতমদা ঈশিং সনাপুল অমা পীক থন্না হাপ্লগা চৌক্রি অমা থাদুনা, হৈকক-পান্না শেন্নগা থন্নৈ। শোবাৎ লাক্লিবা মীওইশিংনা, সনাপুলগী ঈশিং অদু মখুৎনা শোক্লগা খুভমদা খুকন্নৈ। অদুগা শোবাৎ শোল্লিবা মফমদা চঙনৈ।

খুল অসিদা মযুম-মকৈ পান্দ্রিবা, লৈশা-পাখঙ অমদি অঙাংনচিংবা লৈতবা যাওববদি, অষ্টি অমদি শোবাৎ শোনবগী নুমিৎ, অহল-লমন শিবগী নুমিৎকা থেন্নৈ। লৈশা-পাখঙ অমদি অঙাংগীনা নুমিৎ মঙানিদা অষ্টি অমদি তবেৎনিদা শোবাৎ শোন্নৈ। হৌজিক্তী লৈশা-পাখঙ অমদি অঙাংনচিংবা শিবদা ইমুং অদুগী পামজবা অমদি খুদোং চাবগী মতুইন্না লম্বোইবা যাওনবে। লম্বোইবা মীগীদি নুমিৎ তর্কাক্রিদা অষ্টি লৌখৎলগা নুমিৎ তবার্মবিনিদা শোবাৎ শোন্নৈ। লম্বোইদবা নুপা-নুপীগী অষ্টিদি, নুমিৎ মঙানিদা লৌখৎলগা শোবাৎনা নুমিৎ তবাহুমদোইনিদা শোন্নৈ। অঙাং চহী অহুম শুদ্রিবগীদি মৈ থানদে, লৈপাক্তা ফুন্নৈ শিখিবা মতুং থা অহুম শুবা মতমদা, যুমদা মাইবী কৌবগা 'লাইবেং-ঙাং' হাযনা খঙনবা থৌবম অমা পাঙথোক্লে। 'লাইবেং-ঙাং' হার্যবিবা অসি মাইবীনা 'হীবী তোংজিন ফানবা' হাযদুনা পবিং লংজিং তিংলগা, অঙাংদুগী মথৌ-মঙম পাংথোকপনি। মসিগী থৌবম অসি অযুক-নুংথিলদদি পাংথোক্লদে। নুমিদাংগী মতমদা পাংথোক্লে। নুমিৎতি তৎনবা নুমিৎতা ওইগনি। থৌবম অসিদা অঙাং অদুগী মমা মপানা মখুৎতা চফু মচা অমমম পাযদুনা মাইবীদুগা লোযননা পুখ্রি নত্রগা তুবেলদগী চফু মচা

অদুদা অঙাংগী থব্লায-মিবেন কৌখৎনৈ। থৌবমগী পোৎচংশিংদি-লফোই হৈতোন অমা, লাই-ফি অমা, কবোক খবা, য়াঙ্কোক মচা অমা অমদি যূম পানবদা চঙবা পোৎচৈশিং অসিনচিংবনি। অঙাং অদু নিপা ওইবগনা নিপাগী মওংদা, নুপী ওইবগনা নুপীগী মওংদা অঙাং শাদুনা হাপ্লে। অহিং নোংযাইগী মতমদা মাইবীনা অশাবা অঙাংদু পন্নগা, নাওথেম ঈশৈ শক্তুনা 'তিং তিং চাওবো ' হাযনা মমানা মচাবু নুংশিনা তৌবীবগুম্না চোংবি। অদুগা নোংঙাল্লমদাইগী মতমদা, "শোবেল থিংগৎপা' হাযনা খঙনবা থৌবম অমা পাংথোক্তুনা লোইশিল্লি। মতৌ অসুমনা, মাইবীনা নুমিদাংদগী নোংঙাল্লমদাই ফাওবা থৌবমশিং অসি পাংথোকই। অঙাং অদু শিখিবা মতুং চহী অহুম শুবদা বামোন্দা 'লাই শোবাৎ' হাযনা খঙনবা থৌবম অসিমসু পাংথোক্লে। খুল অসিদা শোবাৎ শোনবদা মান্দোপ মপু যাওবা চৎনৈ। হৌজিক্কী মতমগী মতুংইন্না, খুভম ওইনা থম্নবে, মান্দপ মপু যাওনদবসু চৎনবে।

অষ্টি যৌদ্রিঙৈ মতমদা শিবিবা মীশক অদু নুপী ওইবগনা মপুবোইবা অদু মককোকপা চৎনৈ। অদুগা সেবা চংগদবা মীসু মক কোক্লে। অষ্টিগীদমক কবোক শাবা চৎনদে। লৈকাইগী মীশিংনা অষ্টি লাকপদা, পুখমদা মখোযনা পগদবা পোৎচৈশিং হাপ্লগা লাক্লে। মখোযনা পুবকপা পোৎ-চৈ, অচা-অথকশিংদু মযামগী মমাংদা মফম চাবশিংদা থম্লে। মীযাম্না পুবকপা পোৎশিং শঙ্গোম, চুহি, কবোক অদুনা ফোলা তোৎলগা, লা পবেং থাদুনা মীযাম অদুদা যেন্থোকই। অষ্টিগী লাইবিক তাবিঙৈদা, তিল্লিবা মীযামদা লৈকাযগী নুপী অমনা লৈ যেনবা চৎনৈ। অষ্টি যৌদ্রিঙৈদা শিবিবা মীদু মযুম পাল্লবী ওইবগনা, মপুবোইবনা মক কোক্লে লোযননা সেবা চঙগদবা মীসু মক কোক্লে।

শোবাৎ নুমিৎতা, লৈকাযগী লাকইবা মীশিং অদুনা, মানা মানা ঙমজবা হৈ-লৈ, কবোক, চুহি, শঙ্গোম অমদি চিনাবনচিংবা মতম মতমগী অফংবা, চাবা যাবা পোৎশিং পুদুনা লাকই। লৈখিদ্রিবা মীওই অদুনা নিপা ওইবগনা যেজোম অদুগা নুপী ওইবগনা মযাংলং ফনেক, ইন্নফি, ফুরিৎ অঙৌবা হাপ্লে। শোবাৎ মতুং থা অমা ফাবকপা মতমদা শিবিবা ইমুংদুগী মীওইশিংনা, ঈশ্বরদা ঙমজবা খবা তমদুনা উসব কৎনৈ। অসুম্না উসব কৎপা অসি থা খুদিংগী তৌদ্রগসু মবক্কী থা খবদা, বামোনদা সিধা থিনবসু চৎনৈ। চহী ফাগদবা অবোযবা থাদা অযাম্বনা উসব কৎনৈ। চহী ফাবা থাদুনা ঙমজবগা চাওনা কৎভুনা ফিবোই শোন্নৈ।

**মহৌশাগী লায়েং পথাপশিং ঃ**

যেলহৌঙৈদগী হৌনা লাংঙথেলগী লাযেং পথাপ কয়া মবাঙ কাযনা লৈবি। অসিগুম্বা মবাঙ কাযনা ফঙলিবা লাযেং পথাপশিং অসি যেংলুবগা নৈনবা খুদোং চানবগীদমক কাঙলুপ অনীথোক্লা খাযদোকপা যাই। কাংলুপ অমনা হিদাক-লাংথক্লা লাযেংবা, অনীশুবনা মন্ত্রা শোন্দুনা অমদি লাইথৌ-তিম্থৌ তৌদুনা লাযেংবা অসিনি। লাংঙথেলদা হৌজিক ফাওবা পাংথোক্লবিবা লাযেং পথাপশিংগী মবমদা খবদং নৈনবি।

**হিদাক্লা লাযেংবগী মওংঃ**

খুল অমদা মী অমনা লোক থুংদুনা নাববদি, নোংমাখা মনা ফুৎলগা থকপা অমা অমদি অফুৎপগী অশাবা মণিল অদু কাংখল মনুংদা থাজিন্দুনা অনাবা মীগী স্বব হোঞ্জিনবদা যাওহনবা অসুম্না লাযেংবসু চৎনৈ। 'ভুপতি' হাযনা কৌবা অখাবা পাম্বী অমগী মনা ফুৎলগা, অনাবা মী অদুদা পীথক্লে। অঙাংশিংনা লোক থুংদুনা নাববদি 'ওক হিদাক' হাযনা খঙনবা পাম্বী অদুগী মন্দ অদু কাং শানা মকোয মকোয কক্লগা ঙকশমদা শিবীদুনা, লোকথুংবা ফনবনি হাযদুনা লাযেংবা অসি নু চৎনৈ। মসিগী লাযেং অসি অঙাংনা তিন হৌদুনা নাবা মতমদসু শীজিন্নৈ।

অপোম্বা অমদি যাইবোং থুংদুনা নাবা মতমদা হিদাক শেমদুনা লাযেংনৈ। লাযেংবগী মওংদি-মেক্রুক অদু কুপ্লা তখখাযবগা পূমতুম তুমদ্রিবা ফাওবা থাওদা ঙৌগনি। চাবা যাবা কর্পুব (বস কর্পুব) হাপ্তুনা ঙৌগনি। অসুম্না শেম্লবা হিদাক অদু ফি মচেৎ অফবা অমদা হাপ্লগা অপোম্বদা (যাইবোং) থোমদুনা লাযেংঙ। অসুম্না তৌববদি, হিদাক অসিনা অপোম্বদু মহি-মনাই, নাইনচিংবা চিংথোকই। মসিদসু নত্তনা 'কৌব্রু যাই' হাযনা খঙনবা(উবীদা মাইবেলগুম্না পানবা মহৈ) অসিবু কংনা কংহল্লগা, মদুগী মচেৎনা অপোম্বা অনাবা অদুদ তক্কুনা লাযেংঙি। অসুম্না তৌববদি অপোম্বা অদু মথন্তা হঞ্জিনজখিদুনা ফখি। খুল অসিদা কনাগুম্বা মীওইনা 'নুংশং' হাযনা খঙনবা (পাইল) লাযনা অসিনা নাববদি, মনা-মশিং কয়া পীজ-পীথক্লবা, লফুবু যেন্সাং ওইনা চাং নাইনা পীজনবা অসিসু তৌনৈ। পেরুক মহীসু পীথক্কুনা লাযেংবসু চৎনৈ। অতোপ্পা লাযেং অমনা 'ওইনম' কৌবা উবি অদুগী মনা অদু ফুৎলগা, মহী অদু চাং তম্না পীথকপা লোযননা কংঙৌনচিংবা ঙৌদুনা পীজবসু তৌনৈ। 'ওইনম' মনা অসি চাববদি, পুক থিনবা-যেকপা ফৈ হাযনসু খুলগী মীওইশিংনা থাজনৈ। খুল অসিদা ফংবা 'নাওসেকলৈ' হযনা খঙনবা

মযাংতোনগুম্মা তৌবা, পম্বী অদুগী মনা অমদি মপাল অদু হিংনা পীজদুনা নুংশং ফনবদা লাযেংনৈ।

কনাগুম্বা "ঈশিং পুকচৎ' (ডাইবেটিস) হাযবিবা লাযনা অসিনা নাবা মীওইশিংদা, তোংঙান তোঙনবা হিদাক কযা শীজিন্নদুনা খুল অসিদা লাযেংনবকই। লাযনা অসি ফনবগীদমক্তা, কাবোল অখাবী অদু শিংশিংতা শিংলগা মহি শেম্মী। মহি অদুনা লাযনা অসিনা নাববা মীওইশিংদা চাং তমদুনা পীথক্লে। মসিগী মথক্তা কাবোল অহিংবসি, হিংনা নত্রগা ঙাল্লগা পীজদুনা লাযেংনৈ। লাযনা অসিগীদমক্তা, নোংমখা মনা অমদি নিম মনা অসিসু হিংনা পীজদুন্যা লাযেংবসু চৎনৈ। অতোপ্পা হিদাক অমনা 'লম থবী' হাযনা খঙনবা উবি অদুগী মনা অমদি মবি অদু ফুৎলগা পীথক্লুনা লাযেংবসু চৎনৈ। অসিগুম্বা লাযেং অসি তৌববসু, লাযনা অসিনা নাববা মী ওইশিংদা হৈবোং, চম্প্রা অমদি শঙ্গোমনচিংবসু পীথক্লে। অদুগা মাইবেল, পান, শগোল হৱাই, অমদি অথুম্বা পোৎশিংদি পীজনদে। অতোপ্পা ঈশিং পুকচৎকী হিদাক অমনা, তেরাপাইবী মনা অসি যেন্সাং ওইনা থোংদুনা চাং নাইনা পীজবগা লাযেংবসু চৎনৈ।

অগ্রাং নত্রগা মী অমা মশা শাগৎতুনা নাববদি, তুলসি মনাগী মহিগা খোহিগা যানশিন্নবগা হিদাক শেম্নগা পীথক্লে। অসিদসু নত্তনা, চমপ্রা অমগী মতোন্দু খজিক্তং শোইদোক্লগা, মৈদা যাইদুনা মদুগী মহিগা, খোইহিগা যানশিন্নবগসু পীথক্লে। অতোপ্পা হিদাক অমনা, 'পুংফাই নাপী' অদু শুগাইদুনা মহী শুন্নগা খোইহি হাপকনি। মসিগী মথক্তা, ষাম্ব অদু ঈশিংদা ফজনা থিৎলগা ফি অমদা চুমথোক্লবা মহি অদুসু, খোইহি অমদি পুংফাই নাপিগী মহিদুগা যানশিন্নদুনা হিদাক শেমগনি। মসিগী হিদাক অসি পীথক্লুনা মশা শাগৎপা, অকম-লাইহৌ অমদি টাইফোইদনচিংবা নাববা মীশিংবু লাযেংনৈ।

খুল অসিদা কনাগুম্বী মী অমা ফুবি থুংদুনা নাববদি, নবিবা মী অদু 'নোংলৈশং মনা' অমসুং 'চাংখ্রং মনা' অদু ঈশিংদা ফুৎলগা, মদুগী মহি অদুনা ঈক-লুজবিদুনা লাযেংনৈ। মসিগী হিদাক অসিনা ফুবি অদু যাম্না থুনা ফহল্লি।

খুল অসিদা কনাগুম্বা মী অমনা, চিনবান পোকথোক্লুনা নুংশিৎ অশাবা কাদুনা নাববদি, মুকথ্রুবী মনা, চম্প্রা মনা অমসুং হৱাই মাইবোংবী মনা অসি ঈশিংদা ফজনা থীৎলগা মহী অদু তৈবর্বদি, খুদক্তা অনাবা মফম অদু কংশিল্লি। মসিদসু নত্তনা, মহি অদু পীথকপদা নুংশিৎ অশাবদু ফৈ হাযনসু থাজনৈ।

যা চিক্কুনা নাববদি, অচিকপা অমদি অনাবা অদু ফনবগীদমক্তা যা হিদাক শেম্মী। যা হিদাক অসি ফিজিগ্রি, মৈতৈ থুম অমসু উবিকশিবি মনা অহূমসি তকখাযবগা অনাবা অমসুং অচিকপা মফমদা তৈববদি, অনাবা অমদি অচিকপা অদু ফহল্লি। হিদাক অসিনা যাশিং অদু যাম্না চেৎশিলহল্লি। কবিগুম্বদা যা নাববদি মাইবেন খাযবগী মখোম অদুনা তৈবগসু ফৈ হাযনা তৌনবি।

খৌ পোমদুনা নাববদি, মদুগী অপোম্বদু ফনবগীদমক্তা হিদাক শেম্মী। হিদাক অদুদি- লফু থম্বাল পাম্বীগী মরুগা চা-চন্দোনগা নূং অমদা তক্লগা মদুগী মহী অদুনা খৌ পোমফম অদুদা কংল-তৈবা, কংল-তৈবদুনা লাযেংগনি।

ঈশিং মবিদা নুং লৈদুনা নাববদি নুং অদু তানবগীদমক্তা তোঙান-তোঙানবা হিদাক কযা শেমদুনা পীজৈ। কনাগুম্বা মাইবনা কোঙৌযেন নত্রগা কোংঙৌযেন লাবা অদু থোংলগা, চাং নাইনা পীজববদি নুং তাবক্কনি হাযনা পীজনৈ। অতোপ্পা অমনা মেথি অদু ঈশিংদা তীংলগা মদুগী মহী অদু চাং তম- তমদুনা পীথক্লুনা নুং তাবক্লবগীদমক্তা লাযেংঙি।

### মন্ত্রনা লাযেংবগী মওংঃ

খুল অমদা কনাগুম্বা মী অমা নুংশিৎ চংদুনা খ্বাং নাবা, চিংথেকপা অসিনচিংবা তৌববদি, খামেন অশিনবগী মতোন তবেৎখক স্বব হোন্দনা থৎলগা মখাগা পীবিবা মন্ত্রা অসি শোনগনি। মদুদিঃ- "ওঁ ক্লিং, ওঁ ক্লিং,ওঁ ক্লিং, কক ছোহা গুরুগী যাথংনি"হাযনা অহুম্লক শোল্লগা খামেন অশিনবগী মতোন্দু, অনাবা মী অদুদা মনম নমহনগনি অমসুং মদু অনাবা অদুনা হিপ্লিবা মোন মখাদা থম্বীগনি। মতৌ অসুম তৌনা, অহিং অমা থম্লগা. নোংঙানবগা খামেন অশিনবগী মতোন অদু,*ঈশিং হাযবদি পুখ্রি নত্রগা তুবেলদা থাদগনি।*

নুংশিৎ চংবগী অতোপ্পা লাযেং অমনা, খামেন অশিনবগী মতোন তবেৎতা মখাগী মন্ত্রাসি শোন্দুনা অনাবা মীশক অদুনা মনম নমহল্লগা লাযেংঙি। অসুম্না মন্ত্রনা লাযেংদুনা অনাবা অদু ফহল্লি। মন্ত্রা অদুদি-"ওঁ ক্লিং, ওঁ ক্লিং,হিং-হিং,হিং,হিং-হিং, দাক্ষিনাযে কালিমা,ক্লিং ক্লিং, হুঁ-হুঁ ছোহা, গুরুগী যাথংনি"।

লাংঙথেল খুলগী মী অমনা নুংশিৎ চংবা হাযবদি হিংচাবী চংদুনা নাববদি, তাইবেল মতোন নত্রগা লাংথ্রৈ মতোন তবেৎ হেক্লুবগা মন্ত্রা অমা শোল্লগা লাযেংনৈ। অহানবদা মন্ত্রা অদু শোন্দ্রিঙৈদা, তাইবেল নত্রগা লাংথ্রৈ অনীগী মচুম

হান্না পীথক্লে অদুগা মন্ত্রা শোনগনি। মসিদা শোনবা মন্ত্রদিঃ-

"ওঁ কালি, ওঁ কালি, দসক কালি, হেবা নিংথৌগী মচা ইবেম্মা হেবম্বী দেবী, পাম্বোম তবা পানবী লেংথোকলকলো ইমা, নহনফমদা হনবীযু, নতেফমদা তেবিযু, নমু তাইবঙমীদি, কৌশিলা মুণিগী, সনাগী লুহুপ্রা থম্বনি, হল্লো, হল্লো দেবী, গুরুগী যাথংনি।"

অসুম্মা হিংচাবী চংদুনা নবিবা মীদুগী মমাযদা কন্দুনা নত্রগা ফূবা মতমদা মীদুনা মহাক্কী অপাম্বদু হাযবক্কনি। অপাম্বাদু হাযববা ফাওবদা মাইবা অদুনা, "মীশক অদু কনানো, মমিং হাযযু।" হাযনা হন্না হন্না মন্ত্রা শোন-শোন্দুনা লাংথ্রেদুনা ফুবগা হংগনি। মমৈথংদা মহাকনা পান্নিবা পোৎ অদু হামুক, শিন্দুব তৈশিল্লগা লা-লাতোন অমদা যূমগী থোঙ্গাল রাংমদা 'নহাক্কী নচিঞ্জাক পীববনি, নমু-তাইবঙমী অসিদগী থোক্লুনা চৎখ্রো, গুরুগী যাথংনি ' অসি হাযদুনা খুকমগনি। হিংচাবী চংবা অসিনা নাববদি, মহাক্লো পান্নিবা পোৎ অদু পীদ্রিবা মখৈ অনাবা অদু ফবা ঙমদে।

খুল অসিদা, কনাগুম্বা ইমুং অমদা অঙাং অমা যাং চিংদুনা নাববদি, অঙাং অদুগী লবাই লেম্ফুদা মাইবনা মচিলনা উমশিল্লগা অহুম্লক মন্ত্রা শোন্দুনা লাযেংঙি। মন্ত্রা অদুদিঃ-

> "তিনবিবেল নং হল্লো, তিনশাংলেন নঙ হল্লো, তুবি লাইবেন হল্লো, চাংলাই পাখঙবা হল্লো, লেক্তোক লাই হল্লো, অঙোম লাই হল্লো, খুমন লাই হল্লো পখঙবা নঙগী শাইযোন্ন হল্লো হল্লো গুরুগী যাথংনি"।

লাংঙথেলদ' অঙাং অমা লাই ওক্লবা থোক্লবদি, অঙাং অদুগী লবাইলেম্ফুদা মন্ত্রা অসি শোন্দুনা মনঙ্গন্দা অনীবক নাম্থবীবগা লোযননা মথবাক্তা অমুক হন্না নাম্থবীগনি। মসিদা শোনগদবা মন্ত্রদিঃ

> " কোবোক কোবোক রাইযুকো, হে হিংচাবী,
> নহনফমদা হল্লো, নতেফমদা তেবো, হল্লো হল্লো "

খুল অসিদা, কনাগুম্বা মীওই অমনা পুক থীন্দুনা কন্না লাক্লববদি, মন্ত্রা অমখক অহুম্লক শোন্দুনা অনাবা মীশক অদুগী মবুক্তা নাম্থবীবগা লাযেংবা চৎনৈ। মন্ত্রা অদুদিঃ-" খুবাই ঙানবা,যাইম্বুল লাকপা, সেৎ তিং তুম্মো, গুরুগী যাথংনি"

খুল অসিদা কনাগুম্বা ময়ূম পাল্লবা/পাল্লবী মীওইশিংনা মখোয মখোযগী যুম্বাল লম্বীদা খবা অশোযবা থোক্লবদি (ফম্বী ৱানে) মসিগী মন্ত্রা অসি শোল্লগা হুকচাং পুম্নমক্তা অহুন্নক নাম্থদুনা লাযেংবা চৎনৈ। মসিগী মন্ত্রনা নিপা নুপী খাযদনা লাযেংবা যাই। মসিদা শোনগদবদিঃ-

'তিং তিং খৎলো, মাংলৌ এন (যেন) শৌগৎলো, এন নং,
এন হুনগৎলো, তিং তিং তিং গুরুগী যাথংনি'।

মতৌ অসুমনা ফম্বী বেবা লৈবা মীওইশিংদা লাযেংবা অসি তৌনৈ।

কনাগুম্বী নুপী অমনা অঙাং উন্নবা মতমদা, 'পুক চগ্রিং যেকপা' অসি যাওনবা যাওই। অসিগুম্বা মতমদা, মন্ত্রনা লৈহৌবা মনাদা অহুমলক শোন্দুনা, নুপী অদুনা হিপ্লিবা ফমুং অদুগী খ্বাং মপা চানা, মোম্পাক অদুগী মখাদা থমদুনা লাযেংনৈ। মসিদা শোনগদবা মন্ত্রদিঃ -

'পুক্তা লৈবিঙৈদদি যাৱা কৌএ, তাইবঙ থোক্লবদি নৱা কৌএ,
হে লৈমবেন শিদবী, নঙনা শাযোল্লবদি পুক চগ্রিং কৌএ,
নহনফমদা হঞ্জিনবীযু, নতেফমদা তেশিনবীযু, গুরুগী যাথংনি'

অসুম্না 'পুক চগ্রিং যেকপগী' লাযেংবদা মন্ত্রা অসি শীজিন্নৈ।

খুল অসিগী ইমুং অমদা অঙাং উন্নবা মতমদা, নুপী অদুগী খোম যাম্না মবাং কাযনা থোকপা অদুগা পোক্লিবা অঙাং অদুনদি থকচবদা হেন্দোক্না লেম-পাবা থোক্লবদি, খোম হঙগৎখিদুনা অপোম্বা অমগুম্না হৌবদা মন্ত্রা অমা শোন্দুনা লাযেংঙি। পোক্লিবা অঙাং অদু নুপা নত্রগা নুপীবা হাযবা অদু হান্না হঙলগা, নত্রগনা খোম হৌবিবা অদু যেৎলা ওইবা হাযবদু খঙদোক্লগা মন্ত্রসি খুবাক্তা শোল্লগা নাবিবা অদু যেৎ ওইবগনা ওইগী খুবোমদা নাম্থে, অদুগা ওই ওইবগনা যেৎকী খুবোমদা নাম্থদুনা লাযেংনৈ। মসিগী মন্ত্রদিঃ-

"হে খোম নঙনা ৱাববদা, খুবোম ঐনা শিনবিযে,
খুবোম মানা বাববদা খোম নঙনা শিনবিযু,
গুরুগী যাথংনে"

কনাগুম্বা মীশক অমনা কোক চিক্তুনা নত্রগনা খোইবা হৌদুনা নাবা মতমদা মন্ত্রা অমা শোন্দুনা লাযেংঙি। মন্ত্রা অসি শোনবা মতমদা, খুৎ য়েৎকী খুদোনবী যাওদনা

খুৎশা মবিদা মন্ত্রা অসিনা অহুমলক শোল্লগা চিক্লিবা লাইবক অদুদা নম্বা অদুগা খুৎযাই অমদি খুবী খুৎশা অনী অসিদা মন্ত্রা অসি অহুমলক শোল্লগা নখাংদা ইনখৎকনি। মন্ত্রা অদুদিঃ-

" চীংঙাবেনদা থুবা খোই নঙগী নমিংদি খোইবেনতেক,
খোইনিং তু কৌএ, গুরুগী যাথংনি"

অসুম্না মন্ত্রা অসি থাজনবগী মতুংইন্না শোন্দুনা লাযেংনৈ।

## শামু উবিংগী লাযনা অসি থাঙলোম্না শোন্দুনা যেংবাঃ

শামু উবিং নত্রগনা অপোম্বগী লাযনাবু লাযেংনবগীদমক্তা থাংলোন অসি শোল্লগা অহুমলক পোন্লিবা মফম অদুদা কামথগনি। অদুবু শামু উবিংনা নাবা মীওইদদি, খামেন অশিনবা মচা (অমুনবা) অদু তঙ্খায তানা খাযবগা মক অদু লৌথোক্লগা থাঙলোন অসি শোন্দুনা শামু উবিং থুংলিবা মফম অদুদা নপশিনগনি। অদুগা কবিগুম্ব অপোম্বা ওইবগনা যাইঙং নত্রগনা শিংনা কাংগোই সনা মচেৎ তরেৎ খক্তা থাংলোন অসি শোল্লগা পোন্লিবা মী অদুদা পীজগনি। মসিগী থাংলোন অসিনা পুক্তা মতুম লৈবা ফাওবা ফবা ঙম্মী হাযনা খুন অসিদা থাজনৈ। লাযেং অসিদা শোন্নবিবা থাংলোন মন্ত্রদি ঃ-

"নপা থাংদি চিংলাইবা কৌএ, নপু থাংদি চিন্নাইবা কৌএ,
কৌব্রুনা তানি, শোবাবেলগীনা ব্রজানি,
গুরুগীনা খুৎশু থাংনে, তুম্মো গুরুগী যাথংনে"

কনাগুম্বনা নোংমাইজিং নুমিৎতা নাববদি নোংচুপলোমদগী নাবকএ অনাবগী লাইওংদি, মতু চুংই, মবুক চাকপা-থিনবা তৌই। মসিগী চাবানদি মখাদা পীবিঃ-

"যাম্না নোংশা অমা, শামু অমা শাবগা,
ঙা অমা হেক্তা লৌবগা,
'হায যোগনি নোংথক যোগনি'

অসুম্না মন্ত্রা অসি শোন্দুন নোংচুপলোমদা ওন্দুনা চাবান থাদোক্কনি। নিংথৌকাবা নুমিৎতা নাববদি নোংচুপুগী নাবকপনি,মশা অপুম্বা নাইএ, চীক্লা নাইএ। যামনা মী অনী শাদুনা নোংচুপ ওন্দুনা মন্ত্রা শোন্দুনা চাবান থাদোক্কনি। মন্ত্রদিঃ - বীসোম যোগনি।

লৈবাকপোকপা নুমিৎতা নাববদি,নোংচুপ্তগী নাইএ। হকচাং পুম্বা নাইএ। যামনা মী অমা, ঙা অমা শাবগা, লাতোন অমদা হাপ্লগা নোংচুপলোমদা ওন্দুনা মন্ত্রা অসি শোন্দুনা চাবান থাদোক্কনি। মন্ত্রদিঃ- অকাশি যোগনি।

যুমশাকৈশা নুমিৎতা নাববদি, অৱাংলোমদগী নাইএ। মচিন কংনা, মমিৎ ঙাঙনা নাইএ। যামনা খুনু জুবা অনী শাবগা, খুনুগী মচিনদা ঙা অমমম চিকহন্দুনা,মন্ত্রা অসি শোন্দুনা অৱাংলোমদা ওন্দুনা চাবান থাদোক্কনি। মন্ত্রদিঃ- অখা যোগনি।

শগোলশেন নুমিৎতা নাববদি, মখাবোমদগী নাইএ। মমিৎ ঙাংঙি, মতু চুংই,যামনা শাজি অমোম অমা শাবগা,লাতোন অমদা হাপ্লগা,মখা ওন্দুনা মন্ত্রা অসি শোন্দুনা চাবান থাদোক্কনি। মন্ত্রদিঃ- ময়া যোগনি।

ইবাই নুমিৎতা নাববদি, নোংচুপ্তগী নাইএ। মমিৎ ঙাংঙি। যামনা শামু অমা,ঙা অমা শাবগা, লা লাতোন অমদা হাপ্লগা, নোংচুপ ওন্দুনা মন্ত্রা অসি শোন্দুনা চাবান থাদোক্কনি। মন্ত্রদিঃ- দাখাবা যোগনি।

থাংজা নুমিৎতা নাববদি, নোংচুপলোমদগী নাবকই। মচিন কংঙি, মবুক নাইএ। যামনা ক্বাক অমা,হুই অমা শাবগা, লা লাতোন অমদা হাপ্লগা, মায় নোংচুপলোমদা ওন্দুনা মন্ত্রা অসি শোন্দুনা চাবান থাদোক্কনি। মন্ত্রদিঃ- দাখা যোগনি।

খুল অসিদা লৈবা কনাগুম্বী নুপী অমনা থাগী খোংকাপ লাকপদা শপনব লৈববদি, মখাগী মন্ত্র অসি হিদেন তবেৎকী ঈশিং শোক্লুবগা শোন্দুনা পীথক্লবদি, থাগী খোংকাপ লাক্কনি হায়না থাজনৈ। মসিদা শোনগদবা মন্ত্রদিঃ-'তু-খোং, লাইখোং, মবোংখোং, ঈগী ঈবম তবেৎ, খোংগী খোংলম তবেৎ লাক্তবগীনিকো থকখোং থিংলে,খাখোং হাংলে,গুরুগী যাথংনি' হায়বিবসিনি। অদুগা মথক্তা পল্লিবা মন্ত্রা অসিদা যাওবিবা, থকখোং থিংলে,খাখোং হাংলে হায়বিবসি,খজিক্তং ওন্থোক্লগা, নুপীনা ঈ যাম্না চৎপা অদুসু থিংবা ঙম্মী। মথক্তা পীখ্রিবা মন্ত্রা অসিদা ওনগদৌবিবদি 'থক থোং হাংলে, খা থোং থিংলে' অসি হায়না ওন্থোক্কনি।

## খুল অসিগী থাজনবীশিংঃ

খুল অসিদা, মহৌশাদগী লৈজবক্লবা,থাজনবা যুম্লাক,মফম অমদি পোৎ-চৈ কয়া অমসু লৈবি।

**লাইমযুম যুম্লাকঃ**-লাংঙথেলগী খুমন লৈকায় হায়না খঙনবা লৈকায় অমা লৈবি। লৈকায় অসিদা লৈবা মীশিংবু 'লাইমযুম' হায়না খঙনৈ। মফম অসিদা

লৈবিবা যূম্নাকশিং অসি 'পুযাম শাগৈনা' অযাম্বনি । মফম অসিদা লপ্নোইবা,লাই লাৎপা মী ঙাক্তা লৈবস্মী হাযবগী লৈকায অসিবু 'লাই মযূম' হাযনা খঙনখি হাযনা থাজনৈ।

**অঙোম পোকপা খোংনাংঃ**-অঙোম পোকপা খোঙনাং অসি খুল অসিগী মীওইশিংনা যাম্না কিনা থাজনা লৈবা অমনি। মফম অসিদা লাইযামশিংনা 'ও .' হাযনা কৌনবা মতমদা হয়ু পোকপী মফম অসি ফাওবা তায অদুগা হযুপোকপীদগী খুমলকপা থোক্লবদি চহী অদুমক্তদা ফত্তবা থৌদোক অমদি মীশি মীনা থোকই ,খুমদ্রগনা থোক্তে। লাই অনী অসি,অমনা অমবু কৌনৈ হাযনা থাজনবি।

**অঙোম পোকপা পুখ্রিঃ**-'খুল অসিদা লৈবিবা অঙোম পোকপা পুখ্রি' অসিগী ঈশিং নত্রগা লৈপাক যাওনা কনাগুম্বনা বাশক্লববদি শোযগন্দে, থুংনৈ হাযনা লমদম অসিগী মীশিংনা থাজনবি।

**অঙোম পোকপা চীংঃ**- অঙোম পোকপা চীংদা হৈজাং হাযনা খঙনবা হৈ মখল অসিগী পাম্বী মবাং কাযনা হৌই অমদি হৈশিংনা কুংনা পাল্লি। কনাগুম্বনা হৈ অসি লোন্না হেক্তুনা চাকববদি, চাবিবা মীশক অদু শোযদনা মচিন পৈ। মবম অসিনা মফম অসিদা পাল্লিবা হৈ অসি কনা অমত্তা চানদে।

**তেপা চীংঃ**-খুলগী অৱাং থংবা মাইকৈদা 'তেপা চীং' হাযনা খঙনবা চীং অমা লৈ। চীং অসি লাইগী মমিং লৌদুনা থোনখিবনি হাযনৈ। চীং অসিদা কনাগুম্বা অমত্তনা ইঙ্খোল কোযবা যাওনদে যাওবর্বদি মীশি মীনা থোকই হাযনা থাজনবি।

**চফুনা ঈশিং শোকপা যাদবাঃ**- লাংঙথেলদা লৈবিবা লাইগী পুখ্রি অযাম্বদা চফু অমুবনা কনশিনবা যাদে। কবিগুম্বা কনশিনলুববদি ঈশিং অদু থুনমক কংখি হাযনা থাজনৈ।

**ফত্তবা থোক্লগদবা খঙবা উচেকঃ**- লাংঙথেলগী খুল অসিদা খঙহৌদনা উচেকশিংনা অমুক্তা মান্নদবা মওংদা খোংলববদি মীশি-মীনা, মৈহৌ-লাংপোক, ফত্তবা থৌদোক থোক্লগনি হাযনা থাজনৈ। উচেক্কী মবোল খুলগী শেল্লুংবনা খঙবা ঙম্মী মবম অদুনা, ঈবাং-থৌনী তৌদুনা লাই খুকমথোক্লে।

**থৌদোক থোকপদা অমা পান্দবাঃ**- লাংঙথেল খুন্দা লুহোংবা মফম অনী,নোংমতদা থোকমিন্নববদি অমদি পান্দে (অফবা ওইদে) হাযনা থাজনৈ।

মবম অসি লৈবনা ঙসি ফাওবা নোংমদা থৌবম অনী পাংথোক্লে দে, অমদি শোযদনা য়েথোক্লে। খুল অসিদা লুহোংবদা, লুহোং ফান থানদে। ফানগী মহুৎতা ফক নত্রগা ফিদা থানৈ। নুপী থিনবা মতমদসু দোলাইদা থিনবা যাদে। লাইনিংথৌ খোংজোম নিংথৌনা খোংলেংলকপদা,দোলাইদা লাকখি অদুনা তাইবঙ মীনা খোংনেৎনবা তৌহৈদে হাযনা থাজনৈ। কনাগুম্বনা শীংনববদি মীশি মীনা থোকই থাজনৈ।

**য়োং ওনবা মী ওনবা পুম্ব্রিঃ**- থাযনা মমাংঙৈদা খুল অসিদা হিংচাবী অমা লৈবম্মী। হিংচাবী অসিনা নুপী মচা অমা ফাবগা অঙোম পোকপা চীংদা পুবক্লম্মী। হিংচাবী অসিনা নুপীমচা অসিবু মহাক্কী চাকথোংনবা থমলম্মী। অঙোম পোকপা চীংদা পুম্ব্রি অনী লৈ, পুম্ব্রি অনীসিগী ঈশিং অমনা মী ওনবা ঈশিংনি, অমনা যোং ওনবা ঈশিংনি। ঈশিং অনীসিগী মবক্তা অপাম্বা অমা চাইদুনা হিংচাবী



যোং ওনবা পুম্ব্রি।

অসিনা নুপী মচা অসিবু মতম শাংনা শীজিন্নদুনা লৈবম্মী। মতম খবা লৈবগা হিংচাবী অসিবু মন্ত্রি মচা অমনা লৌশিং তৌদুনা হাৎলগা নুপী মচা অদুগী থৱায কনবিখি।

**কদাং চীংঃ**- খুল অসিগী মৈবম পাংবদা কদাং চীং লৈ। থাযনা মমাংঙৈদা, চীংথক অসিদা নুমিৎ থোকলকপা মতমদা নুমিৎপু ফাবগা নুংপাক্লা ননখি হাযনা থাজনৈ।

**ষণথোকচীংঃ**-লাংঙথেলগী মখা মাইকৈবোমদা 'ষণথোকচীং' হাযনা খঙনবা চীং অমা লৈ। হাযবিবা চীং অসিদা চহী খুদিংগী মপু মশক খঙদবা ষণ লাবা অমমম থোকলম্মী। ষণ অসি কনাগীনো হাযনা হঙনবদা, মপু অমত্তা থোকলক্তে। কনাগুম্বনা ফাজিন্দুনা লোইনৈ অদুবু মতম খবা লৈবম্নগা মফম খঙদনা হেক্তো মাঙখি। মসি তোযনা থোকপা থৌদোক অমনি। মবম অসিনা চীং অসিবু ষণ থোকই হাযদুনা ঙসিফাওবা 'ষণথোক চীং' হাযনা খঙনবি।

**লানঙম চীংঃ**-লাংঙথেল খুল অসিগী নোংচুপ থংবা মাইকৈদা 'লানঙম চাং' হাযনা খঙনবা চীং মচা অমা লৈ। হার্যবিবা চীংথক অসিদা 'কুন্দো' কৌবা লৈবাংনা মফম শিনবা থুংনা, পাক-শন্না শাৎলি। চীং অসিদা পাঙথোকপা থবক খুদিংমক, মায পাকই হাযনা খুনগী মীশিংনা থাজনৈ। মতম অমগী মণিপুরগী অবোযবা নীংতম লান্দা (১৮৯১), ইংবেজগী লান্মীশিংনা মখোযগী কেম্প শাখি। মখোযনা কাপথোকলকপা বোম তোপ্পা, মৈতৈ তেঙ্গোল মাযথিবা ফংখি। মণিপুরী ইতিহাসতসু মফম অসি যাম্না মকওইবা মফম অমা ওইখি। থৌদোক অদুদগী মফম অসিবু 'লানঙম চাং' হাযনা খুলগী মীওইশিংনা থোনখি। চহী খুদিংগী পাংথোকপা চৈবাওবা থৌবমদা, 'লানঙম চীং' হার্যবিবা চাং মচা অসিদা, লাংঙথেল খুলগী মীওইশিংনা 'চৈবাও চাং' কানবি।

**লাংঙথেলদা শাবেং ফঙদবাঃ**- থাযনা মমাংঙৈদা মচিন-মনাও অহুম লৈবম্মী। মযাম্না অহলনা লাংঙথেলদা, যাইমনা সাপমদা অদুগা মনাও অতোনবনা খোংজোমদা নিংথৌ ওইদুনা পান্নবম্মী। নোংমা রাযম অমদগী মচিন-মনাও অহুমক খৎনবম্মী। মযাম্না অহলনা মনাও অতোনবদা "নঙনা ঐঙোন্দা ফাওবা হেনজিল্লক্রবনিনা, নঙগী লমদা নুঙ অমা ফাওবা পীবোই" হাযখি। মনাও, খোংজোমদা পানবা নিংথৌনসু "ঐসু নঙগী লমদা শাবেং অমা ফাওবা লৈহল্লোই" হাযনা খৎনখি। মবম অসিদগী লাংঙথেল খুলদা চেল্লিবা খোংজোম তুবেলদা নুঙ অমফাওবা খোংনুংদা তাদে। অদুগা লাংঙথেলগী তুবেলদনা শাবেং অমফাওবা লৈবা ঙমদে। কুইনা খৎনদুনা চঙনদ্রবা মতুংদা মনাও যাইমা সাপমদা পানবনা

পোৎলান্দুনা মচিন-মনাও অহুম তিন্নখি। মতম অমদা খুল অহুম-লাংঙথেল, সাপম অমদি খোংজোম অসি মচিন-মনাও থোকপা মবন্না চাবৌ-মৌবৌনবমদে।

**খুলগী কাংজৈবুংঃ**-লাংঙথেল খুলগী মমাংদা খুলগী ওইবা কাংজৈবুং অমা লৈবি। কনাগুম্বা খুলগী নুংশিনবা পাখঙ-লৈশাবীশিংনা চৎমিন্নদুনা খুলগী কাংজৈবুং ফাওবগা চেনবা চোংবা তৌনদে। লুহোংবা মতমদসু কাংজৈবুং ফাওবগা থীনবা তৌনদে। মফম অসিদা, খুলগী মীশিংনা লম খোপচিনবা, কাংজৈবুং অসিদগী লৈপাক লৌদুনা লন্নাই ওইনা শীজিন্নবা যাদে। কনাগুম্বা থৌশাদদুনা তৌরুবা থোক্লবদি মীশি-মীনা থোকই হায়না থাজনৈ।

**লাইবেল থোকপা কোম ঃ**- লাংঙথেল খুল অসিদা কোম অনীখক লৈ। সাহেবশিংনা পানবা মতমদা কোম অনী অসি ফুঞ্জিন্নবা হোৎনবম্মী। অদুবু কোম অসি ফুনবা ঙমখিদে। মমৈথংদা মখোযনা নোংমৈ হিদাক (গন পাউদব) চৈথরুবদা অচৌবা লাইবেল অমা থোকলকখি। লাইবেল অদু নোংমৈনা কাপ্তুনা হাংখি। হাৎলবা লাইবেল অদু মকু লৌদুনা মফম অদুদা হৌবা উজাও পান্বী অমদা যোৎপী যৈদুনা থমখি। লাইবেল থমলুবা মফম অদুদা সাহেবশিং অদু ফল্লে ফম্না, চৎলে চৎনা লোযনা শিবম্মী। অসুম্না অঙকপা থৌদোক অমা ওইনা খুল অসিদা ঙসি ফাওবা ৱাবীনবি।

**ঈশিং কংদবা লাংঙথেল তুবেলঃ**- খোংজোম লালগী মতমদা, যেংখোইবনা লাংঙথেলগী তুবেল মচা অসিদা লানগী ঈতনা নপশিল্লবা খুৎ অমসুং থাং নোংমাইজিং নুমিৎতা চামথোকখি। যাম্না ৱানা, চামথোক্লবা ঈশিং থিবকপদা, তুবেল মচা অসি থেংনবদা পেল্লদুনা যেংখোইবনা 'তুবেল নঙগী ঈশিং কংদবা ওইযু' হায়না বব পীবম্বদগী ঙসি ফাওবা লাংঙথেলগী তুবেলনা ঈশিং কংদনা লাক্লি। ইকং থা ওইববসু লাংঙথেলগী তুবেলনা কংদনা লৈ হায়না থাজনৈ।

**লূগী ঙা লৈনবাঃ**- হবাউ-কুম্মৌগী চাকচা-হৈজানবা তাববদি, লূদা চঙবা ঙা লৈবা চৎনৈ। পুখ্রিদগী ফাবা ঙা লৈদুনা চাকচা-হৈজানদে।

## লৌ লিংপা, পেংবা, খাউবা-যৈবদা তোপ তোপ্পা মশকঃ

লাংঙথেলদা লৌ লিংপা, পেংবা, খাউবা-যৈবদা তোপ তোপ্পা মশক অমা চৎনবি। ঈশৈ শকপা হৈবা মী অমা নেক্লগা শকহন্দুনা মযাম থবক

শুমিন্নে। ঈশৈ শক্লিবা,ঈশৈ হনবা মীশক অদুদি, লৌবিদা ছাটিন খন্দুনা ফন্না নত্রগা লেপ্পুনা ঈশৈ শক্লে। শক্লিংবা ঈশৈ অমা শক্লে অদুবু অযাম্বনা কংলা বিচাব, অকোংজান্বা ফৌওইবা, শামু খোঙদা যেৎপনচিংবা শক্লে। ঈশৈ শক্লিবা মীগী অশকমন পীনৈ। ঈশৈগী মতেক অমা হাপচবি।

| | |
|---|---|
| ঈশৈহনবা | - মমোন্না লাংলেন ফৌওইবীদো। |
| মযাম | - হৈ হা। |
| ঈশৈহনবা | - থৱাযনা লল্লি খঙ্ঙেদো |
| মযাম | - হৈ হা। |
| ঈশৈহনবা | - লাইবেন্নীদি ফৌওইবী |
| মযাম | - হৈ হা |
| ঈশৈহনবা | - চানবীযুনে কুবিযু |
| মযাম | - হৈ হা। |

**মহৌশাগী অনা-লাইযেং চৎনা-পথাপঃ**

অঙনবা মতমদগী খুন অসিদা, অনা লাইযেং অসি মাইবা-মাইবীনা যেংবগী চৎনবী লৈবকই। লাইদা চাবান থাবা,ইবাৎ-থৌনী পাঙথোকপা চৎনবকই। অঙাং উন্নবা মতমদা, চাবোকপীনা পুখমদা চাক চানদে, লাদা চাববদি ঈশিং-নুংশিৎ ফৈ হায়না লাদা চাবগী চৎনবী লৈ। অঙাং উন্নবা মতমদা, চকগী ফামুংদা হিপ্পে । ফামুং মখাদা, চাখিবা চাক অদু লানা যোম্লগা থম্লবদি পূক যেকপা-থিনবা ফৈ হায়না থাজনবী লৈ।

**তৎনবা ফংবাঃ**- অঙাং অমা পোকলকপগা কপত্রবদি মদুবু "তৎনবা ফংবা" হায়না কৌই। অসিগুম্বা 'তৎনবা ফংবা" অঙাং অসি পোক্লবদি মমাগী খোল্লাং থকউ যাগন্দে অদুনা মাইবীনা যাংকোক্তা মনা মশিং শিংজ্রু-শুদুনা অঙাংদু চউমবীদুনা থোংগান্দা থাদোকপা চৎলুবগা পুবিক্লিবা যাংকোকতুদা অঙাংগী নিংথা অমা থাদুনা যাংকোক অদুদা অঙাংনে, সনানে অমদি তেম্পারেহাপ্লগা ফুনাকী নাকন অমদা অঙাংগী মবোক নত্রগা নুপীগী মমা ওইববসু অমা লেপকনি। নাকল অমদনা মাইবীনা লেপ্লগা যাংকোক পাযদুনা অঙাং লৌগেবা, যাংকোক লৌগেবা, সনা লৌগেবা হাযনা হংনৈ। মবোক্লা অঙাং লৌজগে হাযদুনা যাংকোক্তগী অঙাং লৌথগনি।

অতোপ্পা থাজনবী অমনা, কনাগুম্বনা চাবোক্লিবগী ফুনাক্তা চৈনা নত্রগা চেগপ্পা মৈতালদা থিল্লবদি, পোক্লিবা অঙাং অদু মমিৎ চোৎলি হায়না থাজনৈ।

**মীবোনবীগী থাজনবীঃ**- লাংঙথেলগী মীওইশিংগী পুন্সি অসি সমাজগী চৎনবী অমসুং লাই-তীনগী চৎনবী, থাজনবী, লাইথৌ-তিনথৌ কয়া অসিনা যোমশিল্লগা লৈবকপা অমনি। লাংঙথেলদা কনাগুম্বী মীবোল্লবী নুপীশিংনা অতৈ মীওইশিংদগী চের্কাশিনবা যাম্না হেল্লি। লাইফম্নি হায়না লৌনবা মফমদা পাক চৎনদে। তংঙাই ফদনা চৎতবা যাদদুনা চৎপা তাববদি, হক্কী ঈশিংনা মায-মিৎ,মশা পূম্বা তৈশিল্লগা, নাপি মকা অমা শমদা থেৎচিল্লগা চৎনৈ।

### মশান্নশিংঃ

মালেম অসিদা লৈবিবা মীশিংগী তোঙানবা মশান্না কয়া লৈনবি। মশান্নশিং অসিনা মী ওই কাংলুপ অদুগী মশকসু তাক্লি। মবম অদুনা, মৈতৈ হায়বা কাঙলুপ অসিগীসু, মহৌশাগী ওইবা মশান্না কয়া মক্নম শান্নদুনা লাক্লি। অসিগুম্বা মশান্নশিং অসি মখোয়গী পূন্সিগা শাগোন্নদুনা লৈবিবা অমদি চঙদ্রবা যাদ্রবা মচল অমসু ওইবি। মৈতৈ জাতী অসি,যেলহৌডেদগী হৌনা শান্ন-খোৎনবা যাম্না পাম্বা মীওই কাঙলুপ অমনি। T C Hudson না মহাক্কী ওইবা ব্রাফমদা অসুম্না ফোংদোকই:-

> " a fine race, the Manipuris are devoted to Sport and Garnes "

মৈতৈ জাতিগী সংস্কৃতিগী শক্লোন কয়াসু কাংলুপ অসিগী মহৌশাগী ওইবা মশান্নশিং অসিনা তাক্লুনা লাক্লি। অসিগুম্বা মশান্নশিং অসিনা মালেম অসিদা লৈবিবা জাতি কয়াশিং অসি চাউখৎলি নৎত্রগা চাউখৎতে হায়বসি তাক্লি । মতৈগী মহৌশাদগী হৌনা লৈজবক্লিবা মশান্নশিং অসিগী তোপ-তোপ্পা মশকশিং অসিনা জাতি অসিবু মালেম অসিদা খঙহল্লি হায়না হায়বা যাই। লাংঙথেল খুন্দা লৈবিবা মৈতৈশিং অসিসু জাতি অসিগী লৈজবিবা মহৌশাগী মশান্না কয়াশিং অসি শান্নদুনা লাক্লি। খুল অসিদা শান্নবিবা মশান্নশিং অসিদসু তোপ-তোপ্পা মশক খবদি থেংনদবা নত্তে। মসিমক্তা খুল অসিদা লৈবিবা মীওইশিংগী তোপ-তোপ্পা সংস্কৃতি অমসুং পূন্সি মবেলসু তাক্লি। নৈনবদা খুদোং চানবগীদমক্তা, লাংঙথেলদা মহৌশাদগী হৌনা শান্নবক্লিবা মক্নওইবা মশান্নশিং খবা মখাদা নৈনবি।

**মুক্রা মশান্নাঃ**

হাযবিবা মশান্না অসি যেলহৌঙেদগী হৌনা মৈতৈ জাতিগী মহৌশাগী মশান্না অমা ওইনা লৈবক্লবশিংগী মনুংদা অমনি। পন্দিৎশিংগী মোত মতুংইন্না 'মুক্রা' অসি মতৌ কবম্না হৌবকখিবগে হাযবগী ৱাবোল 'ঔগ্রী'দা যাওবি হাযনা থাজনিবি। 'মুক্রা' হাযবিবা মশান্না অসি, লেং মান্নবা মী অনীনা লম্বা তৌনদুনা, পাঙ্গল লৌশিং পূম্বা পুথোক্লুনা, খ্বাংগী ফি পাযনদুনা, খোং-খুৎ শীজিন্নদুনা অমনা অমবু থানবা হোৎনবনি। মশান্না অসিনা কাংলুপ অদুগী মীওইশিংগী কনবা, লৌশিং তান্নবদা চাং যেংননবা পাম্বৈ অমনি। মখল যাম্লবা মুক্রাগী 'লৌ' অসি মখল অনীথোক্লা খাযদোকপা যাই। মদুদিঃ (১) লৌ হৌবা নত্রগা লৌ চঙবা (২) লৌ ওকপা অসিনি। লৌ হৌবা হাযবসিনা খঙনবিবদি মুক্রা শান্নবোই অনীগী মবক্তগী অমনা হান্না মুক্রা থানবগীদমক্তা লৌ হৌববদি মদুবু 'লৌ চঙবা' হাযনা খঙনৈ। অদুগা অসি গুম্বা লৌ হৌবক্লিবা নত্রগা লৌ চঙলক্লিবা অদুবু ঙাকথোক্লবা অমদি মহাক্না থানবা হোৎনবিবা অদুবু 'লৌ ওকপা ' হাযনা খঙনৈ। মকওইনা শীজিন্নবিবা লৌ মখল খর্বদি ঃ- লোংখ্রৌ, নীঙ্গোং হুনবা, লংবা, চেপচিং, কল্লাক কোৎপি, খুচপ থাংমৈ হাইবা, খুকউ থৈবী, খুদোং অমসুং হৈবোং কাবী অসিনচিংবশিংনি। মুক্রা অসি লাংঙথেলদা যাম্না মকওইবা অর্মদি পাম্না শান্নবা মশান্না অমা ওইনা লাকই। মুক্রা শান্নবদা অথোযবা মীশক অদুনা যেংলিবা মীযামদা কোযন্যা চৎতুনা, মখুৎ থাংগৎলগা খুকমদুনা বব নিবা চৎনৈ। খুকম্বা লোযবগা মফম চাবা অমদা ফম্নৈ। খুল অসিগী পানা খাযবগী মওংদি, লৈকায লৈকায অমমমদুনা পানা অমমম হেক্তা ওইনৈ। খুদম ওইনা মমাং লৈকাই, মনিং লৈকাই, মখা অমদি অৱাং লৈকাই অসি পানা অমমম ওইনা খাযদোক্লৈ। মওং অসি খোং কাংজৈ, শাগোল কাংজৈ মশান্নশিং অসিদসু হাযবপ মান্ননা পানা খাযদুনা শান্নৈ।

**শাগোল কাংজৈঃ**

মশান্না অসি লাংঙথেলদা যাম্না মকওইবা অমনি। শাগোল কাংজৈ শান্নবগীদমক, অফবা শগোল অতোপ্পা মফমশিং হাযবদি খোংজোম, ককচীংনচিংবা মফমদগী শগোল ৱাযনৈ। শাগোল কাংজৈ অসি লাংঙথেলগী ওইনা খুলগী কাংজৈবুংদা শান্নৈ। শান্নবা মতমদা ফৈজোম কুঞ্জা তুংলোমদা তাখৎলগা খুকউ মথক্তা শেৎলি। কোকযেৎ অচৌবা যেৎলি। খোঙঙাক, খুমিৎ অমদি খাঙনচিংবসু শীজিন্নৈ। পানা পানাগী ওইবা ফিজেৎ মচু তোঙান্না শেৎনৈ। শাগোল

কাংজৈ অসি খুল অসিদা অযাম্বনা চৈবাওবা নৎত্রগা কালেন থাদা অযাম্বনা পাঙথোকনৈ। মশান্না অসি শান্নগদবা নুমিৎ মঙানি ৱাৎলিঙৈ মতমদা খুলদুগী লৈশাবী-পাখঙশিংনা যামনা হবাওনা মশান্না অসিবু খৌবাংনা ঙাইনৈ। অদুগা লোযননা মশান্না অসিগীদমক্তা পাখঙ-লৈশাবীশিংনা পৈশা খাযনদুনা মাগী মাগী পানাদুদা পোৎলাল্লি। পোৎ লানবা মতমদা ঙমজববদি পানাদুগী লুচিংলিবা অদুগী ফৈজোম অমদি খুদৈ হাপ্লসু কবিগুম্বদা যাওনৈ। কবিগুম্বা হাপ্পা ঙমদবা থোক্লবসু কবিসু হাযনদে। অদুবু পোৎলানবা মতমদা যামদ্রবদা ঙা অতেকপা নৎত্রবসু ঙা অযাইবা, ঙাফক, কবোক, ক্বা, লফোই অমদি লৈ হাপনৈ। মশান্না অসি অযাম্বনা চৈবাওবা থাদা শান্নবনা, খোঙ্গুম মেলৈ অসি শান্নগদবা নোংমা ৱাৎলিঙৈ নৎত্রগা শান্নগদৌবা নুমিৎ অদুগী অযুক্তা পাখঙশিংনা চীংদা কাদুনা হেকপা চৎনৈ। মতৌ অসুম্না, হেক্লুবিবা লৈশিংদু,অথেনপোৎকা লোযননা লুকমাইদা হাপ্লুনা, পোৎ লানবা চৎনৈ।

লাংঙথেলদা শগোল কাংজৈ অসি, অযুক চাকঙন চাবগা নুংথিলগী পুং অমা তাবা মতমদা শান্নবা হৌই। মসিদা,মাযথিববা পানা অদুনা মবাইবক্কীনি হাযদুনা শাওনদে। অদুগা মবে যেৎনদুনা,নিংঙাই শঙদান্নদুনা থোইববদি উশিৎতে,হম্বা যাদে হাযদুনা, পৈশা লৈবা-লৈতবা থিদনা,খাযনদুনা চাক চান্সু চৎনৈ। মসিগী চৎনবী অসি মতমগী মতুংইন্না অওনবা কযাদি লাক্লে। মশান্না অসি শান্নবদা লৈ লাংদুনা অথেনপোৎ কৎপনচিংবসি হৌজিক্তী তৌনদ্রে মসিদসু নত্তনা, মশান্না অসি চৈবাওবা মতমদা শান্নগনি হাযবদুগী অকক্লবা হৌজিক্তী লৈনদ্রে। খুল অসিগী খুদোং চাবগী মতুংইন্না হেক্তা শান্নবে।

**কাং শান্নবাঃ**

'কাং' হাযবসি মৈতৈগী লিববা, অঙনবা মতমদগী শান্নবক্লবা অমনি। লাংঙথেল খুল অসিদসু মমাংঙৈদগী হৌনা মশান্না অসি শান্নদুনা লাক্লে। মণিপুবগী অতৈ মফমদা শান্নবা মওংগা থোইনা খেন্নবা লৈতে। কাং শান্নবা অসি খুল অসিদা কুম অমগী চৈবাওবা মতুং নুমিৎ মঙা তবানি লৈবগা, অফবা নুমিৎ থবান যেংলগা শান্নে। শান্নবা লোযববা মতুং নোংঙানবগা, কাংখুৎশিংনা চাক চান্নবা চৎনৈ। চাক চানবা মতমদা, মখোয মখোযগী ইঙ্খোলদা হৌবা মনা-মশিংশিং হেক্লুনা চামিন্নে। অদুগা ঙানা, হযু পোকপীগী ৱাংমদা লৈবা তেঙ্গাইপাৎ (কোম্বীবৈ পাৎ) হাযনা

খঙনবা অসিদগী ঙখা,ঙমহাই,ঙকিট্রৌ অমদি ঙামু ফাদুনা হাযবিবা ঙাশিং অসি থোংদুনা চামিন্নৈ। খুল অসিদা কাং শান্নবা মতমদা,নিপা খুৎ ঙাক্তা শান্নবা,নুপী খুৎ ঙাক্তা শান্নবা অমসুং নুপী নিপা পূল্লগা শান্নবসু চৎনবি। খুল অসিদা মশান্না অসি ঙসিফাওবা পান্না শান্নবি।

**শূক হুনবাঃ**

'শূক হুনবা' মশান্না অসি লাংঙথেলদা মমাংঙৈদগী শান্নবকপা মশান্নশিংগী মনুংদা, তোপ-তোপ্পা মীযাম্না পান্নবা অমনি। মশান্না অসিদদি পানা পানা খাযদোক্তুনা শান্নবা থেংনদে। মসিগী মশান্না অসিদদি খুল অসিদা লৈবিবা নিপাশিংনা অমমম থোক্লক্তুনা শূক পাযবগা হুনবনি। মসিদা মখোযশিংনা হুল্লিবা শূক অদু শানবা তান্নবনি হাযবা যাই। মসিগী মশান্না অসিদা খ্বাইদগী হেন্না শাননা লংবা মী অদুদা খুলনা মনা-মথুম পীবা চৎনৈ।

**চেঙ্জোংঃ**

লাংঙথেলদা মহৌশাদগী হৌনা মশান্না অসি শান্নদুনা লাক্লি। মসিগী মশান্না অসি চেল্লগা চোংদুনা, শানবা তান্নবনি । মসিদা চেঙ্জোং চোংগদৌবিবা মীদুনা চেল্লগা,চোংফমদা থল্লিবা লৈই অদু হেঞ্জিনবা নৎত্রগা শোক্লগা চোংবা যানদে। অমবোমদা চেঙ্জোং চোংবা মতমদা চেল্লগা চোংফমদা থল্লিবা লৈই অদু হেঞ্জিন্দনা অমসুং শোক্তনা চোংগদবনি। মখল অসিগী মশান্না অসিদা নিপা অমমম খোক্লক্তুনা চেল্লগা মখোঙ অনীদু অমুক্তদা পুল্লপ ওইনা চোংলগা তান্নবা মশান্ন অমনি। চোংবদা মখোঙ অনীদু লৈপাক্তা তাবদা নুংঙাইনবগীদমক, তাফম লৈপাক অদু নীংথিজনা তৌথোক্লগা থমই। মশান্না অসিদা মকোক ওইবা মীদুদা খুলনা মনা পীবা চৎনৈ।

**মাংজোংঃ**

মাংজোং হাযবিবা মশান্না অসি চেঙ্জোংগা হাযফেৎ মান্নবা অমনি। মখোয অনীগী খেন্নবা হাযববু অমনা চেল্লগা চোংবা অদুগা মাংজোংনা লেপ্পগা চোংবা তান্নবনি। মাংজোংদা মখোঙ খুনিংনা তান্নৈ। মশান্না অসিদা খ্বাইদগী লাপ্পা চোংবা ঙম্বা মীদা অহানবা মনা পীবা চৎনৈ। মশান্না অসি শান্নবদা খুদোং চানবগীদমক্তা, খোঙ তাফমদুগী লৈপাক্তু, যোৎপাক্লা তৌথোক্তুনা অমদি কূপ্পা যান্দুনা থম্বা চৎনৈ।

**লীকোলঃ**

মমাংঙৈদদি, লীকোল অসি লাংঙথেলদা চাওনা পাংথোক্কুনা শান্নবম্মী হাযনৈ। লীকোল শান্নগদবা নুমিৎতা খুলগী পাখঙশিংনা লফু যাল্লুবগা, শান্নফমগী অকোযবদা ইকোয কোযনা যুংঙি। শান্নবদা যাওগদবী,শীল্লি-লাংলিবী খুলগী লৈশাশিংনা, শান্নগদবা নুমিৎকী অযুক্তগী লৈ থীকবগা,মশা-মশানা পবেং লেংদুনা, লফু যুংলিবদুগী অকোযবদা যাল্লি। লীকোল শান্নফম অসি অযাম্বনা মাঙ্গোল অদুগা কবিগুম্বদনা শঙ্গোযদা শান্নে।

লীকোল শান্নবা অসি মকওইনা পাখঙ-লৈশা ঙাক্তগী ওইবা পূন্না ফমিন্নদুনা শান্নগদবা অমনি। শান্নমীন্নবিবা পাখঙ-লৈশাশিংনা মখোয মখোযনা পামজবা, নুংশিজবা যাওনবগদি,মমিং মথা,মমা-মপাগী মমিং,লৈফম অমদি যূম্নাকনচিংবা হঙদুনা খঙদোক্লবসু যাওনৈ। মসিগী মবমদি, অঙনবা মতম, নিংথৌ পাল্লিবা লৈবাক ওইবনা, যেক থোক্লবা, লৌনবা যাবা অমদি যাদবা কযা অসি থোক্তনবা. ব্রাফমসি যাম্না চেকশিন্না অমদি কিনা লৌনবম্মী। লীকোল শান্নবা মতমদা ইমুং-মনুং, মযুমগী অহল-লমনশিংগী মমাংদা ইফোং-ফোংনা.ইচম-চম্না শান্নে। অঙনবা মতমগী পাখঙ অযাম্বা,অহল লমন মশক খঙনা নোল্লুক্লা চৎনৈ। মবম অদুনা অতোপ্পা ব্রাথোক-লান্থোক কযা থোক্লবগী মফম থোইনা লৈতে হাযবা যাই।

মশান্না অসি চহী অমগী মনুংদা থোক্লকপা হবাউ কুম্মৈশিং হাযবদি কৃষ্ণ জন্ম, থৌবানী জন্ম, বামোন জন্মনচিংবদা লীকোল অসি শান্নে। খুল অসিদা মসিগী মশান্নসি, হৌজিক ফাওবা শান্নদুনা লাক্লি। মতমগী অহোংবা কযা লাকপা মবমনা খবদি খেন্নবা উবা থেংনবে। লীকোল অসি শান্নবা মতমদা, মশান্না অনী চৎনৈ। মদুদিঃ- (১) নিপা ঙাক্তা মীচং ওইবা অমসুং (২) নুপী নিপা যান্নবগা মীচং খাযদোক্লবা অসিনি। লীকোল শান্নবা মতমদা পো চৎপা হৈবা মী নেক্লে। লীকোল শান্নবা মতমদা শীজিন্নবা অমদি ঙাঙনবা লোন,ব্রাহৈ-ব্রাতা কযামুক লাংঙথেল খুলগী ওইনা লৈজে। খুদম খবা পল্লবদাঃ-

নিপা- হাপচবগেদনা নুংশিবী।

নুপী- হাপ্পীবোদনা নুংশিবা।

নিপা- হাপচবগেদনা চুচুবাংমৈ।

নুপী- হাপ্লিবোদনা লৌবক্কী ঙাক্রমচা।

নিপা- হাপচবগেদনা ইমাগী মমৌ।

নুপী- হাপ্লীবোদনা ইমাগী মযা ইবুংঙো।

নিপা- হাপচবগেদনা পাম্মুবী।

নুপী- হাপ্লীবোদনা পাম্মুবা।

নিপা- হাপচবগেদনা তখেল্লে।

নুপী- হাপ্লীবোদনা চিগোংলে।

নুপা- হাপচবগেদনা নাগেশ্বব।

নুপী - হাপ্লীবোদনা চিনিচম্পা।

মখল মখা কযাগী প্রমাণ-পান্থেশিং কযা ঙাঙনদুনা অরায-অখুম তৌনবগা লীকোন শান্নে অমদি নোংঙাল্লমদাহদা লোইশিন্নে। কনাগুম্বনা যানবগী মতুংইন্না নোংঙানবা ফাওবা শান্নবা যাওই। শান্নবা যাওবা লকপা মীওইশিংনা, মচিন-মযা শেঙনবগীদমক, লীকোনবু শিল্লি-লাংলিবশিংনা ঈশিংনচিংবা থৌবাং তৌনৈ।

## লাংঙথেলদা পাংথোক্লবিবা হবাও-কুন্ধোশিংঃ

লাংঙথেলদা লৈবিবা মীওইশিংগী, ধর্ম্মগী ওইবা থাজনবী, চৎনবী কযামকম লৈবি। অঙনবা মতম হিন্দু চঙলকত্রিঙৈগী ওইবা থাজনবী অমদি চৎনবী কযা লৈজবগসু, হৌজিক্কী মতম অসিদদি যানশিন্নবা মওংগী চৎনবীগী মশক অসিদা লৈবে। মশক অসি হৌজিক হৌজিক চৎনবিবা হবাও-কুন্ধোশিং অসিদগী খঙবা ঙম্মী। লাংঙথেল খুল অসিদা উমং লাই মঙা লৈ। (১) খোংজোম নিংথৌ (২) থাংজিং (৩) অঙোম পোকপা (৪) পুবৈবোম্বা সনাহল লৈত্রংবা (পাখঙবা অমদি লমদাইবা) অমসুং (৫) হযু পোকপী (খাগেম্বা) অসিনি। মথক্তা পল্লিবা উমংলাইশিং অসিগী মনুংদা 'অঙোম পোকপা' উমং লাই অসিদি হবাওনদে। খুল অসিগী মীওইশিংনা মথক্ত পনখ্রিবা উমংলাইশিং অসিনা ঙাকপী-শেনবীবি হায়না থাজনৈ। খোংজোম নিংথৌনা লাংঙথেলগী মনিংথংবা শরুকপু ঙাকই, পাখঙবনা খুনযাই ঙাকই, থাংজিংনা মখা মাইকৈ ঙাকই, অঙোম পোকপনা মোইবাং লাইজিং অদুগা হযুপোকপীনা অৱাং-চীঙ্খে মাইকৈ ঙাকই হায়না থাজনৈ।

**লাই হবাওবাঃ**

লাই হবাওবা থৌবম অসি অতৈ মণিপুবগী মফমদা হবাওনবিবশিংগা থোইদোকপা খেন্নবা লৈতে। অদুবু লাই-হবাওবগী তোপ-তোপ্পা মশক অমদি উবা ফংই।

লাংঙথেলদা লাই-হবাওবগী থৌগল্লোইশিংনা ফম খবা পাযনৈ,মখোযশিং অদুদি- লাই শেল্লুংবা,অমাইবা,অমাইবী,পেনা খোংবা, লাবোই হঞ্জবা,লৈবোই হঞ্জবা,পংযৈ হঞ্জবা,নিংঙোল্লকপা,পিবা লাকপা, শীংলোই হঞ্জবা অমসুং চেংলোই হঞ্জবা অসিনচিংবনি। লাই-হবাওবগী চৎন-পথাপ অসি অনীথোক্লা চৎনৈ। মর্দুদিঃ- কংলৈ হবাওবগী মওং অমা অমসুং চকপবোলদা হবাওবগী মওং অমা অসিনি। মথক্তা পল্লিবা হবাওবগী চৎনা-পথাপ অসিগী মতুংইন্না পাখঙবা, থাংজিং, হযুপোকপী হবাওবদি কংলৈবোলদা হবাওনৈ। খোংজোম নিংথৌ হবাওবদি চকপবোল অমদি কংলৈবোল অনী অসিদা যানশিন্নবগা হবাওবগী মওংদা থেংনৈ।

**হবাওবগী থৌবম পবেংশিংঃ**

লাই হবাওদ্রিঙৈগী মমাংদা, লাইগী থবক-থৌবমশিং অদু লাই পানবিবশিংনা-লাইশঙ,লাইবুঙ,লাইগী পোৎলমশিং পূম্নমক শেংদোক-শেংজিন তৌনৈ। লাইগী ফিজোল মাইবা মাইবী নত্রগা খুলগী অখঙ-অহৈশিংনা নোংমা ৱাৎলিঙৈদা শেৎনৈ। হবাওনবগীদমক লাই ইকৌবা চৎনৈ। লাই ইকৌবদা খুলগী তেক্ত-কাযদবা মীশিংনা লাই পুনৈ। লাইগী পোৎলমশিং নিপানা পুগদবা হাযবদি থাং পাযবা অনী, চোঙ পাযবা অনী,ফিবাল পাযবা (মশিং লৈতে), খোইজু পাযবা অমা খাও পুবা অমা, খুদৈশেন-কাওশেন পুগদবা অমা অদুগা নুপীনা পুগদবশিংদি-শেংকোক-শেংগা পাযবা অনী, হুমাই পাযবা অনী, মীংশেন পাযবা অনী, মৌদনা তেক্তা কাযদবী ইশাইফু পুবী অমা, যাংকোক পুবি অমা, তুবেল হৈরুক পুবী অমা অমদি অথেনপোৎ পুবী অমা অসি শোযদনা যাওনৈ। লাই ইকৌবা চৎপা মতমদা, মাইবীনা ইকৌবা লাকই খঙনবা,শবিক খীংদুনা চৎলি। তুবেল যৌবগা মাইবনা খযোম লাকই। মাইবীনা মাইকৈ মবি লাই তাইনবগা লোযনা মাইবীনা ইতাগনি (লাইপাও চেনগনি)। মাইবনা ঈশিংদগী লাইনিংথৌ-লাইবেম্বীগী থৱায মঙামক,মিগা মশাগা থাবগা তবেৎমকপু "লা লা লা,মী মী মী,কু কু কু " হাযদুনা অহুম্লক শোন্দুনা, তবেৎলক ইহাইফুগী লং অহিংবদুদা কৌশিল্লগা চিংখৎলি।

অসুম্না ঈশিংদগী মাইবীনা লাই লৌখৎলগা,লাইচিং জগোয থৌগন তৌদুনা লাইবুং যৌনবা চৎলি। মতৌ অসুম্না নুমিদাংদা লাই ঈকৌনৈ। লাই ঈকৌদুনা কাবক্লগা, লাইবুঙদা লাইনা ফম্বাল কাবে অদুগা চনিং হৈবে,চমাঙ হৈবে,ফাংখোং মবিদা চেঙ হৈবে। ইমা নৈমবেলগী চেঙ হৈবে,অপোকপগী চেঙ হৈবে। অসুম্না লাই ঈকৌবগী থৌবম লোযবগা মাইবনা 'অনম-অথৌ' কোকলন্নসে হাযবগা নোংমা কাল্লগা 'অনম-অথৌ'কোক্লে।

কবিগুম্বা লাই হবাওবসিনা, নোংমখক হবাওবা ওইববদি,লাই-ঈকৌবা নুমিৎতা লাইবৌ-লা থাদবীদা, ভাবনা লাইবৌ-লা থাই। লাইবোল যাওনা লাই শান্নবসু অদুমক যাওই। কবিগুম্বা লাই হবাওবা অসিনা, শাংথনা হবাওবা



**লাই কাম্থা তিন্নবা**

তাববদি, ঈকৌবা নুমিৎতা লাইবৌ-লা থানদে। চৎনবি অসি, খুলসিগী উমং-লাইশিং হাযর্বদি, খোংজোম নিংথৌ, থাংজিং অমদি হযুপোকপী হবাওবা মতমদসু অদুমক চৎনৈ।

লাই হবাওবা নুমিৎতগীনা লাই হবাওবা লোইবা ফাওবা,খুলগী ফম্নাইবা ফম্নাইবীশিংনা লাইবুংদা যাবেক্লে। অদুগা লাই ঈকৌবা নোংঙানবা 'লাই কাম্থা তিন্নবা' মতমদা যাওবিবা মীশক অমগী ইমুংদা, শাগৈদা কবিগুম্বা যুম মাংবা

থোকলকপা য়াওববদি, মীশক অদু লাইবুংদা লৈহৌবা মবমনা যুমমাংবা অদুদা যাওদে হাযনা লৌনৈ। অদুগা লাই কাম্বা তিন্নবা অদুদা যাওবিবা মীওইশিংগী চানবা চাক থোংফম তোংঙান্না শেম-শাদুনা থম্মে। লাই হবাওবা লোইগদবা নুমিৎ মবিনি ব্রাৎলিঙৈদা, 'লাই খোংনাং কাবা' হাযদুনা চীংদা কানৈ। অদুগা অমুক লাই হবাওবা লোইগদবা নুমিৎ নীনি ব্রাৎলিঙৈদা, 'যুমজাও মানবী কাবা' (লাই লমথোকপা) হাযবা থৌবম অসিমসু পাঙথোক্লে। অসুম্না লাইনা চীং কাবা, লমথোকপগী থৌবমশিং অসি 'থিংঙেল চীংদা' ওইনা পাঙথোকই।

খুল অসিগী লাই হবাওবদা মৈকোম অমা শেমদুনা থম্মে। মৈকোম অসি হবাওফমগী নোংপোক থংবা মাইকৈবোমদা থম্মে। অদুগা লাই হবাওবদা লাই মৈ ওকপা চৎনৈ। লাই মৈ ওকপদা কামববৈ অমসুং লাইবকঙৌ যাওই। লোযননা লাইবুংদা লাক্লিবা মীওই খুদিংমক, মৈকোমসিদা মৈ তীকপদা অথিংবা লৈতে। খুল অসিগী চৎনবী অমা ওইনা লাই হবাওবা লোইবগা 'লাতেন-শিংদোক' হাযদুনা চাক চানবগী থৌবম অমা হেক হেক পাংথোক্লে।

### খোংজোম নিংথৌ হবাওবাঃ

লাংঙথেল খুলবু কোনবিবিবা খোংজোম নিংথৌ অসি, কুম অমগী মনুংদা কালেন থা নত্রগনা লমতা থাগী অফবা নুমিৎ যেংলগা হবাওনৈ। লাই ঈকৌবগী থৌবমদি মথক্কী পনখ্রিবা থৌবমশিংগা চপ মান্নে। ঈকৌবা নোংঙাল্লগা, খুলগী মীশিংনা হৈকৎ-লৈকৎ তম্মদে। নোংমা লেপ্লগা নোংমা অসুম্না তম্মে। নুমিৎ অসিসু লাইবৌ লা থাদনা ভাবনা লাইবৌ লা থাবগী মওংদা লাইগী থৌবমদি চৎথনৈ। লাইবৌ লা থাবসু নোংমা লেপ্লগা নোংমা থানৈ। কবিগুম্বা নুমিৎ মঙানি হবাওবা তাবর্বাদি, লাইবৌ অহুমলক চোংঙি, নুমিৎ তবেৎনি হবাওবা তাবগনা লাইবৌ মঙাবক চোংঙি।

লাইনা খোংনাং কাবা মতমদা, দোলাই মথক্তা ইশাইফু অমদা ঈশিং থন্না হাপ্তুনা ফিনা পুমখুম খুমজিল্লি মনুংদা যাওবিবা ঈশাইফু অদু উহন্দে। লাইনা হবাও মথোই কাদুনা দোলাই কোইচেন চেনবা নত্রগা হাই-হুম্বা মতমদা ঈশিংদু নিকথোক্তে। দোলাই পুগদবশিং অদু মযুম মযুমদগী পুংযৈ হঞ্জবনা হবাওপুং থীন্দুনা খুলগী মীশিংগা লোযননা লৌকই। দোলাইলেংশিং অদু ফৈজোম অঙৌবা কৌতক্লা শেৎলি, ফুবিৎ লীৎতে, নিংখম শমজি থেৎতুনা মখুৎ লোন্নবগা জগোয়গী খোংথাংদা নোমহৌ নোমহৌ তৌদুনা, খোংথাং মান্ননা কাবকই। লাইবুং যৌবগা

জগোয খুৎথেক অমা লাইমাংদা থৌগল তৌই অদুগা শাংনা তিংথোক্লুনা খুকুম্মী। দোলাই পুবমদাইদা অমাইবনা লুচিংদুনা ফিবাল পাযবা মযাম অমনা লাইবুং থুংনবা লাইবেল মথেক চৎলি। খুলগী লৈশাবী অনীনা লাই পুই। লাই পুবীবী অনী অসি, ফনেক মযেক নাইবা শেৎপগী মহুৎতা পোৎলোই শেৎতুনা চামব পাযদুনা লাইগী থৌগল তৌনৈ। মসি লাংঙথেলদা চৎনবা, তোপ তোপ্পা মশক অমনি। চৎনবী অসি অঙনবা মতমদা তৌনবমদবগী ব্রাফমসু লৈবি। মসিদা থাং পাযবা নিপা অনী,চোং পাযবা অনী, খোইজু পাযবা অমা খাওবুবা অমা. খুদৈশেন কাওশেন পুবা অমা নুপীদনা, শেংকোক-শেংগা পাযবা অনী, হুমাই পাযবা অনী. মীংশেল পাযবা অনী লোযননা অথেনপোৎ, হৈকক্লচিংবসু পুগনি।

**লাই লম থোকলকপাঃ**



লাইনা খোংনাং কাবা

লাই লম থোকলকপা মতমদা, যুমথোং খুদিংগী থোঙ্গান থোঙ্গান খুদিংদা, কাংগী হৈকক ওকপগুম ওক্লে। অসুম্না লাই অদু লমথোকফম মযম অদুদা যৌববা মতুংদা লাইগী দোলাই থাদ্রিঙৈদা,খোংনেৎ শেনদু দোলাইগী মখোং মবিগী থাবে অদুগা দোলাই থম্মী। দোলাই মখোং মবি অদুদা চেং,তবেৎ শেঙ্গা,হৈবাং-লৈবাং

থাগনি অদুগা চনিং-চমাং থাগনি। দোলাইগী মমাংদা হৈক্ক, চেংবী-চেংবা হৈগনি। মদুগী মমাংদা অথেনপোৎ কৎকনি। পেনা যাওনা লাইচিং জগোয শাবগা লাইবৌ জগোয খুৎথেক তমগনি। অসুম্না লাই খোংনাং কাবা থৌরম অসি পাংথোক্লবগা হল্লপদা,অমাইবা অমাইবী, পেনা খোংবা অমদি খুলগী মীযাম্না জগোয শাদুনা লাইবুং তম্না খোংশাল্লকই অদুগা লাইবুংদা লাইবাও চেল্লি।

লাই হবাওবগী থৌরমদা 'লাই নুপী থীবা' হাযবিবা থৌরম অসি যানবগী মতুংইন্না লাইবোই নুমিৎতা নত্রগনা নোংমা রাৎলিঙৈদা থিবা চৎনৈ। মমাংঙৈগী মতমদদি লাই নুপী থীবা মতমদা,লাইদুগী অপাম্বা মতুংইন্না লাই হবাওবা যেংবা লাকপা নুপীশিংগী মবক্তগী থিবা নত্রগনা খুলগী যুমথোং খুদিং চৎতুনা থিবফাওবা যাওনবর্ম্মী। মসিগী চৎনবী অসি হৌর্জিক্তি তৌনদ্রে। মসিগী মবমদি,কবিগুম্বা লাইগী নুপী ওইনবা কাংজৈনা কোৎপা মতমদা মশা রাই শংদবী নুপী ওইবম্ব থোক্লবদি, পুক্নুংদা লৈবিবা অঙাং অদ লাইগী মচা ওইগদ্রা নত্রগা লাইগী নুপী ওইগদ্রা হাযবগী চম্মুবা লৈবা মবম্না, চৎনবী অসি তোক্লবনি হাযনা তাকপীবকই। অদুনা হৌজিক্তি, লাইগী নুপী থিবা মতমদা চৎনবী অসি লৈতনবা হাযদুনা লাইগী থৌগল তৌবিবা মাইবীশিংগী মবক্তগী ওইনা লাইগী নুপী ওইনবা কোংনবে।

লাই হবা ওবগী অযুক্কী থৌরমদা পেনানা যাকাযবোল শকই। মথংদা মাইবিনা লাইমাং ফর্ম্মী। নুংথিলগী থৌরমদা লাইবৌ-লা থাদুনা লাইবৌ চোংই। লাইবৌ-লা থাবদা চংবা পোৎচংদিঃ- লা লাতোন অমদা লাইগী ফি অম্ভৌবা অমনা মবোল অহুম হুপ্লগা থাই। মসিগী মথক্তা মাযকৈ ঙাকপা লাই মর্বগী লাংথ্রে মপোপ অমমম চুথেক মাবদা ওনদুনা থম্মি। হাযবিবা লাংথ্রৈশা সিগী মথক্তা লযোই অমমমনা নন্দুনা থমগনি। লাইবৌ-লা অদুগী মথক্তা (মযায ওইবপনা) লাইনিংথৌগী লৈপোপ মাপল, লাইবেম্বীগী লৈপোপ তলেৎ থর্ম্মী। অদুগা কনাগুম্বনা লাইবৌ-লাদা গুবগী এফম থম্লস্ যাওনৈ নত্রগনা যম্বালদা লৈহৌববনি হাযদুনা থমদনস্ যাওনৈ।

লাইবৌ-লা অসি শেম শাবা লোযবগা লাইমাংদা থর্ম্মী। অদুগা লাইবৌ-লা থাদৌবে হাযদুনা, পুগদবা মীশিংদু কৌথোক্লগা লাইনিংথৌগী পবেং অমা, লাইবেম্বীগী পবেং অমা শাদুনা লেপ্পী। মখোয-মখোযনা পাযগদবা লাইগী মপোৎ-মচৈ পুম্নমক পিদুনা পাযহনবা লোযববা মতুংদা লাইবৌ-লা থাগদবা মফম অদু মাইবীনা তাইবেন-পুংফাইনা হাইদোকই। মযামদা লাইবৌ-লা থাগদৌবে অমদি

মসিদা লমলান্দনবা হাযবমগনি। হান্না শেমদুনা লাইমাংদা থম্লিবা লাইবৌ-লা অদু পুথোক্লমদাইদা ফম্বাল তোংলিবা লাইদুদা মাইবীনা ফাংখোং শোক্লা খুকল্লগা লাইবৌ-লা অদু তুংহন্না লাক্তুনা শেংদোক্লগা মফমদুদা যৌবে হাযবা কান্দা মাযকৈ ঙাকপা লাই হাযবদি, থাংজিং লাইদা ওন্দুনা থাংজিংগী শবোই হুম্ফুমাথোইগা কোন্ননা হাওবৈ তেংবাংবীযু, মাবজিংগী শবোই হুম্ফুমাথোইগা কোন্ননা হাওবৈ তেংবাংবীযু, লাইবুংসিদা তিনবীববোলাও কৌব্রুগী শবোই হুম্ফুমাথোইসু হাওবৈ তেংবাংবীযু, লাইবুংসিদা তিনবীববোলাও হাযনা খুকমজগনি। অসুম্না থক্তা লৈবা শোবাবেন শবোই হুম্ফুমাথোইমক, খাদা লৈবা থোঙাবেন শবোই হুম্ফুমাথোইমক হাওবৈ তেংবাংবীযু, মাযগৈ মবিগী চীংঙু লাই পুম্নমক হাওবৈ তেংবাংবীযু, লাইবুংসিদা তিনবীববো-লাও হাযদুনা লাইবৌ-লা অদু থম্মী। লাইবৌ-লা থম্লবা মতুংদা লাইচিং জগোয শাবমদাইদা লাইবৌ-লা অদুদা খুকল্লগা লাইবেম্বী পাযগদবা মাইবীদুনা লাইনিংথৌগী খুবক-লৈ অদু লৌবগা লাইনিংখৌ পাযগদবা মাইবীদা খুকল্লগা খুবক-লৈ অদু পী। লাইবেম্বী পাযগদবা মাইবী অদুনা লাইবেম্বীগী খুবকলৈ অদু লৌখৎচৈ। লাইহৌ লা থাবিবা অদুগী মতুং ওইবপ্না লাইচিং জগোই শায। পেনানা অনোইবোল শক্তুনা, মাইবীনা চৎল-চৎলগা অহানবদা, থাংজিং মপা যৌবগা অসুম্না হায, "থাংজিং মপা যৌবে, শা লৈবসে' অসি হাযদুনা লৈগনি। বাংব্রেন মপা যৌবদা অমুক 'বাংব্রেন মপা যৌবে, শা লৈবসে' অসি হাযদুনা লৈগনি। মথং মথং মার্জিং, কৌব্রু মপা যৌবকপদসু, 'শা লৈবসে' হাযদুনা লৈগনি। অহুমলক লৈদুনা জগোয শাদুনা চৎকনি। অহুমলক কোযববা মতুংদা হকচাং শাগৎলি। অঙাং উন্নবা, যুম-কৈ শাবা, যুম কৎপা, পাম যানবা, লশিং থাবা, ফি শাদুনা ফি কৎপা অসিনচিংবা মথং-মনাও কাযদনা পাংথোক্লবা মতুংদা কেনা কেনা জগোয খুৎথেক তম্লগা লোং খোনগনি। লোং খোনবা লোইববা মতুংদা, মাইবীনা খুলগী নিপা খবগা নুপী খবা কৌথোক্লগা অসুম্না হংঙি ঃ

মাইবী- লাইনিংথৌগী মপাবীশা, নখোযনা অযুক্কী যেন্দা
অঙনবদা, খ্বাংচেৎ মচি লাংদুনা, তাবা চাকঙন
চাবগা, লেম্লে ঙাবু ফাকবদি কবি পাৎতগী ফাকই?
কবি ঙাবু ফাবকই ?

মযাম- যাঙৌ পাৎতগী ঙাহৌ অচৌবা অমা ফাবকই।

মাইবী- অদুদি চীংঙুবা লাইবোই তান্দ্রিবা ফাওবা, লেপ্লে ঙাদু চাথোকপা যাদে, ইশাইফুদা তেক্ত-কাযদনা যোকউকো।

মযাম- হোয হোয ।

মাইবী - হো লাইবেম্বী মমোমলোইশা, নখোযনা অযূক্কী যেন্দা অঙনবদা, তাবা চাকঙন চাদুনা কোকশেৎ মচি লাং, খ্বাংদা তুঙ্গোল যান্দুনা, পাযা চেপশি-লোং হংগেন যাংঙপ-লোং,ফুমথি, খোংথিন লোং পাযদুনা লোং খোল্লুবদি কবি পাৎতা খোল্লুই? কবি ঙাবু ফাবকই ?

মযাম - হম্বু পাৎতা খোল্লুই, ঙাম্মু অচৌবা অমা ফাবকই।

মাইবী - চীংঙুবা লাইবেল তান্দ্রিবা ফাওবা, চাথোকপা যাদেকো। ইশাইফুদা যোক্তুনা চেকশিন্না থম্মুকো।

অসুম্না নোংমদুগী লাইগী থৌবম লোইশিন্নবা লাই শান্নগনি। মাইবনা মাঙ থাবগা লাইবেন মথেক চৎপদা "লাইনিংথৌ লাইবেম্বী খাইনবে কাইনবে" অসুম্না লাওবগা লাইবুঙ কোযববা মতুংদা অমুক্কসু মাইবনা, "লাইনিংথৌ লাইবেম্বী যানবে,পুনশিল্লে,হো যা যা হো যা " হাযনা পূন্না লাওমিন্নদুনা লাইবুঙ কোযবগা লোইশিল্লি। লাইগী মপোৎ-মচৈশিং অদু থমফম চানা থম্লে হাযবগা পেনানা লাই পাওথেম্মী।

খোংজোম নিংথৌ হবাওবগী লাইবোইদা 'মবিং অমসুং নুবাবী' অনীনা পাম যাল্লি।(খোংজোম হবাওবদা,তাম্বুল শাবম পাখঙবা থোক্লদে,তাম্বুলগী মহুৎতা মবিং ওইনা থোক্লে।) খুৎল্লং তবেৎনা,কোকশেৎ,খ্বাংশেৎ শেত্তুনা ইকোয-কোযনা লেপ্লগা,মখোযনা পার্যবিবা যেংথৌ অদুনা মযাইদা চক চক থিনগনি। মবিংনা চাকযোম চাবে অদুগা খুৎলং তবেৎতা কামশিল্লি। অসুম্না লাইবোই নুমিৎতা পাম যানবদা,পাওখোং চন্নে। পাওখোং চন্নবদা, অকামপেৎকী (চীন থীবা) ব্রাহৈ শীজিন্নদুনা পাওখোং চন্নে। খুদম খবদং পীজবিঃ-

মবিং - খোইমুনা লৈহী চুপ্পবা,লৈবাংনা চুপ্পবা?

নুবাবী - লৈহীদি লৈবাংনা চুপ্পনি,খোইমুনা লৈহী চীৎপনি।

মবিং - যেন লাবনা মকুম কোকপবা, যেনবীনা কোকপবা?

নুবাবী - লাবনা পীবগা অমোমনা কোকপনি।

মবিং - মালেমসিবু নুপীতনা শেম্ববা, নিপাদি যাওদববা?

নুবাবী - মপুংদি নিপানি, নুপাগী ওইথংবা পাম্বোম্না নুপী পুথোকপনি। নুপীনা যাদ্রবদি যেৎ থংবা পাম্বোম্না কল্লি হাযদুনা নম্ফুদা থৌনা লৈবা শকচবনি।

মবিং চেক্লানা উফৈ অমত্তদা তোংবসিবু,অহিংতদা তোংববা, নুংথিলদি যাদববা?

নুবাবী চেক্লাগী ৱাফমদুদি নুংশিবগী মতম লেপ্তে, নীংঙক-নীংঙকপদা পুল্লি।

পাওখোং চনবা লোইবগা মবিংনা নুবাবীদা অসুম্না হাযবম্মী ঃ-

মবিং - এ ইচল, ঐনা চনবা পাউখোং থুদিংমকপু প্রমাণ চানা পীবা ঙম্লবনিনা ইচল নঙসে খোংজোম নিংথৌগীদমক্তা ইবনি পুন্দ্রবা যাদ্রবনি। খোংজোম নিংথৌগীদমক্তা তম্লক্লবনি ।

ৱাহৈ অসি হাযদুনা,নুবাবীগী খুজেং পাযদুনা,তির্ষিল্লবা অহল-লমনর্শিংগী মমাংদা মাইকৈ মবি খুকুম্লগা লাইনুংদা চংঙি।

খোই লোকপা অসি উনা অপুংবা অমা নত্রগা তাইবেন মশা অমা থেক্লগা মদুবু যুংলগা মদুদা লফোই-লফাং অমা যানশিল্লে। মসিবু খোই শাবনি হাযনা লৌনৈ। মবিংনা মখোক্তগী মৈবা চিংদুনা চকুনা মৈ লৌদুনা খোই তাল্লে। অদুগা খোই লোক্লে। অদুবু কনাগুম্বা খবনা, চকুদা মৈ চূদুনা খোই লোকপগী মওং অদু উৎলি। অদুগা কনাগুম্বনসু মৈদি যাওদনা মৈগী মওং শাদুনা খোই লোকপা অসিনা খুলদু ঈংনা-চীক্লা পাল্লি হাযদুনা মৈ থানদে। অসুম্না চাকযোম থোক্লগা চাবে,যুবাল থক্লে। লাইমাংদা অমাংবা ফাযবে। মসিগী মতুংদা ঔগ্রী চোংঙি। ঔগ্রী চোংবা মতমদা নিপা তবেৎ,নুপী তবেৎনা মখুৎতা লা মচেৎ অমমমগা থৌবীগা কোন্ননা পায।

পাযবা মতমদা লোনবা মবোলদি,"হুইথি যেপসে মযেপসে,যেন্থি যেপসে মযেপসে" অসি হাযদুনা অমুক লাচেৎ অদু লৌথোকপা মতমদা লোনবা মবোলদি,"হুইথি লোকসে মবোকসে,যেন্থি লোকসে মবোকসে" অসি হাযববা মতুংদা লাইগী থৌগল তৌবিবা থৌবি ওইনা থাঙ্গৎতুনা মচিন্দা "শবি লিৎসে মবিৎসে,শবি হনসে মহনসে" হাযদুনা লাইমাংদা খুরুম্লগা লোইশিল্লি। অসুম্না মাইবা মাইবীনা লাইগী থাকল পাযদুনা পেনা খোংদুনা, সনা কোনযাই লুপা কোনযাই হুম্লগা লাই নোঙ্গাই।

## হয়ু পোকপী (খাগেম্বা)ঃ

খাগেম্বা লাই অসিমদি তোযনা হবাউনদে। চহী মবি মঙানিগী মনুংদা, নুমিৎ থাবান অফবা অমা যেংলগা হবাউবগী থৌরম পাংথোক্লে। হবাউবগী থৌবমদি,পাখঙবা হবাউবগা চপ মান্নে।

## চৈবাওবা থৌবমঃ

চৈবাওবা হাযবসি চহী লোইদুনা, অনৌবা চহী হৌবে হাযনা খঙনবা থৌবম্নি। পানা মবিগী মকোকশিংনা,পানাগী ফিজেৎ শেৎলগা, ঙসিদগী চহী হৌবে অনৌবা চহী লাক্লে হাযদুনা লাওদুনা চৎনবম্মী। চৎনবী অসি খৃঃ ১৪৮৫দা মুৎথৎলগা 'চৈথাবা' হাযদুনা চৎনবী অমা অমুক হৌদোকলম্মী। মৈতৈ নত্তনা ব্রাহ্মন অমসুং লোইশংদি চৈথাবা যাবমদে। চহী অমগী চৈথাগদৌবিবা মীশিংগী কুঠি অদু নিংথৌগী কুঠিগা চাংদম্নদুনা যেংগনি। চৈথাবা মতমদা,মমাং চহীগী চৈথাবা নিপা অদুনা যেৎতা ফমগনি অদুগা চহী অদুগী চৈথাগদৌবিবা নিপা অদুনা ওযদা ফমগনি। মখোয অনীগী ফমফম অদু ওন্থোক্লদুনা শিন্নগনি। মমাং চহীগী চৈথাবিবা নিপা অদুনা,অনৌবা চৈথাগদবা নিপা অদুদা অসুম্না হাযগনি মদুদিঃ-

> " ঐগী ইতাও,ঐনা হৌখিবা চহীদা, লৈবাক নিংথৌ অমসুং
> প্রজাগী অৱা-অনা,ফত্তবা লাংফম পুবম্বা অদুগুম্না, নহাক্না
> মথংগা চহীগী চৈবাওবা লাকত্রিবা ফাওবা পুবো"

লাক্লিবা চহী অনৌবা অদুগী চৈথাবিবা নিপা অদুনা নিংথৌ অমসুং ফম্নাইবশিংগী মমাংদা খুৎ লোন্নদুনা,খুক খুদক কুন্দুনা অসুম্না হাযনৈঃ-

"স্বর্গগী মচা ইবুংঙো, নিংথৌশিংবু ঙাকপীবিবা, লাইগী শাইওন ওইবিবা ইবুংঙো পাখঙবা । ঙসি হাযবা নুমিৎ অসিদগী লৈবাক নিংথৌগী অমদি লৈবাক্কী অৱা-অনা, অনা-অযেক পূম্নমক, ঐনা ইকোক থোংনা পুজববনি।" অসি হাযদুনা অফ-ফত্তা পূম্নমক মাঙোন্দা শিন্নগনি। চহী অদু মহাক্কী মমিং থোন্নে। চৈথাবিবা ম্নী ওই অদু লালুপ কোকপীবদা নত্তনা, মনা-মথুম কযাসু পীনৈ।

লাংঙথেলদা মহৌশাদগী হৌনা চৈবাওবা নুমিৎতা ঙামুনা উশিন তৌনৈ। উশিন তৌবা মতমদা, ঙামুগী মযাদা চেং মচং চেংফুদগী লৌথো ক্লনা উমহল্লগা, পুখ্রি নত্রগা তুবেলদা থাদোক্লে। উশিন অসি ম্নী মশানা তৌনবসু যাওই নত্রগা অহল লমনশিংনা তৌনবসু যাওই। কনাগুম্বনা মাইবা মাইবী নেক্লবসু তৌনৈ। চৈবাওবা নুমিৎতা লাংঙথেলগীস মনাক নকপা চীংশিং হাযবদি থেনমাং চীং, লানভম চীং অমসুং থিংঙেল চীং অসিদা কাবা চৎনে। হায়বিবা চীংশিং অসিদা লাইগী মুর্তি লাৎতুনা, পৈশা বৎনদা অসি মমাংঙৈগী মতমদা চৎনবমদে।

## লৈ লাংবাঃ

"লৈ লাংবা" হায়বিবা অসি লাংঙথেল খুলদা পাংথোকপা অখন্নবা থৌরম অমনি। অঙনবা মতমদা শজিবু চৈবাওবা মতুংদা পাখঙ-লৈশাবীশিংনা পাঙথোক্লবা, মসিত্তবু থৌবাংনা ঙাইনবা কুম্মৈ অমনি। লৈ লাংগনি হাযবা নোংমা নাৎলিছৈঙ্গদা পাখঙশিংনা চীংদা অমদি লোক্তা চৎতনা লৈ থিকনগা, মফম চাবা অমদা লোংশিন্দুনা থন্নে। নোংঙানবগা মফম অদুদা পাখঙ-লৈশাশিংনা পূন্না চৎতুনা, থাংতুপ চাকসি, লৈ পবেং লেংলুসি হাযদুনা অমুক পূন্না তৌদনা চৎমিন্নৈ। মখোযনা থান্না হেক্লগা লোংশিন্দুনা থাল্লবা মফমদা লাক্লগা 'লৈপোন' (লৈ হাপ্লব পোল্লাং)দা হাপ্লগা খুলগী "লাই লম থোকফম" হাযনা খঙনবা মফম অমদা পুবক্লগা, পাখঙ-লাইশা মযাম ইকোয-কোযনা, লাকোয মনা থাদুনা যম্মিন্নবগা, থাংতুপ চামিন্নববা মতুংদা, লৈখল শুনবা লৈ লেংমিন্নৈ। লৈশিংগী মবক্তগী যজবা লৈ খল্লগা, লাকমিন্নবিবা পাখঙগী নাপ্লদা, লৈশাবীশিংনা থেৎপীবসু যাওই। লৈ নাচোম থেৎনবা অসিদা, পাখঙ-লৈশাশিংনা প্রমাণ-পাম্থে তৌদুনা খুল্লং ঈশৈ শক্লে। লৈ লাংবা চৎমিন্নবিবশিংনা চামিন-থকমিন্ননবা চুহী, শঙ্গোম অফম্বনচিংবা থৌবাং তৌদুনা পুনৈ।

পাখঙশিংগা লৈ লাংবা চৎমিন্নবদা খুলগী লৈশাশিংনা মখুৎতা ছাটিন অমমম শোযদনা পুনবকই। নোং তাবা-তাদবা, পাখঙশিংগা চৎমিন্নববদি লাংঙথেল খুলগী লৈশাশিংনা মখুৎতা ছাটিন পাযনবসি চৎনবী ওইনা তৌই। অচম্বা পাখঙ-লৈশাশিংগী লৈ লাংবা কুম্মৈ অসি, মতমগী মতুংইন্না ঙসিদি পাংথোক্লুখিদ্রে।

**যাওশঙ কুম্মৈঃ**

লাংঙথেলদসু অঙনবা মতমদগী, যাওশঙ কুম্মৈ অসি যাম্না মরু ওইবা অমা ওইনা পাংথোক্লবকই। যাওশঙ যৌগদবা মতম, নুমিৎ খবনি ব্রাৎলিঙৈদগী 'নোং লাওবা' হাযদুনা চৎনবী অমা লৈবন্মী। 'নোং লাওবা' হাযবসি অথেংবগা মীগী যুমদা নুং থাবা, মীগী মপোৎ মচৈ, শুক-শুম্বল মপু খঙহন্দনা লৌথোকপা, কোম্থোংচৈ লৌদুনা মৈ থাদোকপা, কোবী থেকপা, বা যাল্লুবা, মীগী অশাওবা মমিং মথা পন্দুনা লওবা, চৈবা, লক্লবা কযা অসিবুনি। মীগী মযুমদগী লৌরুবা ব্রা, চর্কশিং অদুনা যাওশং নুমিৎতা পুথোকলক্লনা যাওশঙ শানৈ। অব্রাৎ-অপা যাওবগসু যুমদগী পুথোক্লে। যাওশঙ মৈ থাবা নুমিৎতা, কনাগুম্বা অহল অমা অনী যাওনা উৎসব কৎনবা অসিসু তৌনবন্মী। মৈ থাবদা যাওরুবা ব্রানা, যুমগী কোম্থোংদা হাপ্লে। মসিগী মবমদি লাই-তীন চঙদে, তীনমু-লাইমুদগী ঙাকথোকই অসুম্না থাজনৈ। মৈ চাকখিবা ফিবালগী উৎনা লাইবক্তসু নম্লে। ঙসিদি 'নোং লাওবা' হাযবিবা অসি পাংথোক্লদবে, যাওশঙ মৈ থার্বদি খবা খবা তৌনবি। যাওশঙ মৈ থাখ্রবা মতুংদা, অঙাংশিংনা যুমথোং খুদিং চঙদুনা 'নাক থেংবা' শেল খাযবা চৎনৈ। অহলশিং, মৌনহাশিং ফাওবা হৌনদুনা শেল খাযবা চৎনবা শেল মুনবা যাওই। ফঙলকপা শেল অদুনা, ব্রাবী-লাইবিক, পেনা ঈশৈ তানৈ, থাবল চোংমিন্নৈ। চাক চামিন্নৈ। চাক চানবা মতমদা, যুম যুমদগী অবৈবা পুথোক্লে, খাযনদুনা চামিন্নৈ।

যাওশঙগী নুংঙাইবা কুম্মৈ অমনা থাবল চোংবনি। মসি হৌজিক ফাওবা চৎনবি। অঙনবা মতমদদি নুপীনা খাওন ওন্দুনা, নিপানা ফৈজোম শেৎলগা, পুমযাৎ লিংলগা, নিপা নুপী খুৎ শম্নবগা চোংনবন্মী। ঈশৈ হনবনা ঈশৈ হন্দুনা মযাইদা চংলগা শক্লে। মযাম্না খুন্নগা, লাইবেন মথেক চৎতুনা চোংনবন্মী। তৌগ্রি বাসি খোংনৈ, ধুলোক থিন্নৈ। বেন অমদি ধোন অসি অঙনবা মতমদা চৎনবমদে।

## ফোক নেবেটিবস (চীনবুং ৱাবীশিং)

ফোকলোবগী মকুওইবা শক্লোন অমা ওইবিবা ওবেল লিট্রেচব হাযবসিগী মনুংদা ওবেল নেবেটিবসকী (চীনবুং ৱাবীশিং) কাঙলুপ অসিনা অচৌবা মফম অমা কন্দুনা লাক্লি। ইংবাজীদ', ওবেল লিট্রেচব অমদি ফোক লিট্রেচব অনী অসি চপ মান্নৗ লৌনৈ। মৈতৈলোন্দা অনী অসিগী চপ চাবা ৱাহৈ্হোক লৈত্রগসু "চীনবুং সাহিত্য" হাযবা ৱাহৈ অসিগা মান্নৗ লৌনৈ। কনাগুম্বা ফোকলোবিষ্টশিংনা ওবেল লিট্রেচব অমদি ফোক লিট্রেচব অনী অসিবু 'লোক সাহিত্য' হাযবসিগা চপ মান্নৗ শীজিন্নবসু যাওই। অদুবু অযাম্বা ফোকলোবিষ্টশিংনা "চীনবুং সাহিত্য" হাযনা হেন্না লৌনৈ।

মীবোল অমদগী মীবোল অমদা চীনবুংদা লীনদুনা লাক্লিবা ৱাবীশিং অসি, মালেমসিদা লৈবিবা তোঙান তোঙানবা লমশিংগী সংস্কৃতি খেন্নবগী মতুংইন্না মখল কযা থোক্লা খাযদোক্লে। মখলশিং অদুদিঃ-(১) মিথ (২) লেজন্দ অমদি (৩) ফোক টেল অসিনি। মখল অহুম অসিদা মখল অমনা অতোপ্পা মখল অমদা লাযনা হেক্তা ওইখিবা যাই।

'মিথ' হাযবা অসি লাই-তীনগী ওইবা ৱাবীগা মান্নৗ অখণ্ড-অহৈশিংনা লৌনৈ। ৱাবী অদুগী চবিত্রশিং অদু লাইগী মতিক-মগুণ চেনবা, লাইওই মীওই তৌবা ওইগনি হাযনা থাজনগদবনি। থাজনবা অসি লৈত্রগদি, ৱাবী অদু লেজেন্দ নৎত্রগা ফোক টেল ওই। শম্মা হাযববদা মিথকী ৱাবীশিংদি, লাই-তীন অমদি ধর্ম্মগা মবি লৈনবা, চীনবুং অমদগী চীনবুং অমদা লীনদুনা লাক্লববা ৱাবীশিং অদুবুনি। মিথতা যাওবিবা চবিত্র অদুনা লাই ওইবগী মহুৎতা মী

ওইববা অমদি ৱাবী অদু থোকখিবগী অকক্লবা মফম খঙহল্লবদি 'মিথ' ওইবগী মহুৎতা 'লেজেন্দ' ওইগনি। ৱাফম অসিবু শৌগৎলদুনা অসুম্না মোত পীবিঃ-

> A myth remains properly a myth as long as the divinity of its actor or actors is recognized, when the trickster becomes human rather than divine, when the hero is man rather than a god,myth becomes legend, if explanatory or limited to some specific location or folktale,if more generalized

মিথশিং অসি অযাম্বনা ৱাবেংগী ওইবা ৱাবীশিংনি। মখোযশিং অসিবু লীনবিবা সমাজ অদুনা মখোযশিং অসি নীংশিংবা থোকত্ৰবা মতমদা থোকখিবা অচুম্বা ৱাবীশিংনি হাযনা লৌনৈ। ৱাফম অসিবু শৌগৎলদুনা William R Bascom না অসুম্না মোত পীবিঃ-

> Myths are prose narratives which, in the society in which they are told, are considered to be truthful accounts of what happened in the remote past

মিথ হাযবসি লাইশিং, লাইওই-মীওই তৌবশিং অমদি সংস্কৃতি পুরুষশিংগা মবি লৈনবা ৱাবী অমনি। ৱাফমঅসিবু শৌগৎলদুনা Kenneth W Clarke অমসুং Mary W Clarke অনীনা অসুম্না ফোঙদোকইঃ-

> A myth is a narrative dealing with gods, demi-gods, or culture heros

লাইথৌ-তীনথৌ অমদি ঈবাৎ-থৌনীগী মবমদা শন্দোক্লা তাক্লিবা অমসুং লাই-তীনগা মবি লৈনবা ৱাবীশিং অসি মহৌশানা মিথকী ৱাবীশিংনি হাযনা খঙনৈ। মতাং অসিদা P Goswami না অসুম্না ফোঙদোকইঃ-

> Tales which explain rituals and relate of Gods and spirits are usually called myths

মথক্কী ৱাফমশিং অসিদগী ঐখোযনা খঙলে মদুদিঃ-মিথকী ৱাবীশিং অসি ধৰ্ম্মগী ওইবা অচুম্বা অমদি অশেংবনি হাযনা লৌনৈ অমদি ৱাবী অদুদা যাওবিবা চবিত্ৰশিং অদু লাইনি হাযনা ৱাবী লীবিবা মীওই কাঙলুপ অদুনা থাজনবিবা মখে

মিথ ওইগনি। মিথকী (লাই-তীন)ৱাবীনা সমাজদা তোঙান-তোঙানবা থৌদাং কযামকম পাঙথোক্লি। ৱাবীশিং অসিনা মীওই কাঙলুপ অমগী ধর্ম্মগা মবি লৈনবা ঈবাৎ-থৌনী কযাদা মপুং ফাহনবদা নত্তনা,মখোযশিং অদুগী মথৌশিং কবম্না পাঙথোক্লিবনো হায়বদু খঙহল্লি। ৱাবী মখল অসিনা মীওই কাঙলুপ অদুগী সংস্কৃতিগী পোৎশক পুথোকলকখিবগী মবম,মীওইবদা লৌশিং জ্ঞান পীবা অমদি তাবদা খঙহনবা, নুংঙাইবসু পীবি।

অতোপ্পা অমনা,"লেজন্দ" হায়বসি মৈতৈলোন্দা 'থাজনবা ৱাবী' হায়বসিগা মান্নবা লৌনৈ। ৱাবী অসি লীবিবা অমদি তাবিবশিংনা অশেংবা থোকখিবা ৱাবীনি, অচুম্বনি হায়না লৌনৈ। ৱাবী অদুদা যাওবিবা চবিত্রশিং অদু থোইদোকপা মগুণ চেনবা মী ওইনৈ। তাইবঙ মীদা নত্তনা হেলোই, ভুট নত্রগা হিংচাবীনচিংবগী ৱাবী ওইবা যাই। নত্রগা চীং,পাৎ,তুবেল,লমগী মমিং থোনখিবগী ৱাবী ওইবসু যাই।

মিথ,লেজন্দ অনী অসিগী ওন্ন-তৈনবদা ফোকটেলদি মহৌশানা বাখলনা শাগৎপা বাবীশিং অদুনি হায়না লৌনৈ। মসিগী চপ চাবা ৱাহল্লোক মৈতৈলোন্দা লৈত্রগসু 'যুঙ্গা ৱাবী' অসিগা মান্নে হায়না লৌনবি। মিথ,লেজেন্দ অমদি ফোকটেলগী মপুংওইনা খেন্নবিবসি 'মতম'গী ৱাফম অসিদনি। 'মিথকী ৱাবীশিং অসিনা ঙসিগী মালেমদা লৈত্রিঙৈদা, স্বর্গ নৎত্রগা পটালদা থোকখিবনি। লেজন্দগী ৱাবীশিং অসিনা ঙসিগী মালেম অসিদা নীংশিংবা থোকপা মতম হায়বদি, ইকুই-কুইদ্রিবা মতমদা থোকখিবনি হায়না থাজনৈ। মখল অসিগী ৱাবীশিং অসি তংকোইনা চৎথবক্কুনা লৈবা যাই। মিথকী ৱাবীশিং অদুদি কবিগুম্বা পোৎশক অম। পুথোকপা ফাওবগী মতম অদুফাওবদনি। ফোকটেলগী ৱাবীশিংদদি অকক্লবা মফম অমদি মতম লৈতে। অদুবু মখল অসিগী ৱাবীশিং অসিসু ঙসিগী মালেম অসি শেমলক্লবা মতুংদা,মীওইবা থুন্নাইনা চীনবুংদা লীনবকখিবদগী ওইখিবা ৱাবীশিংনি। মখোযনা ঙসিগী মালেমগী,মশক অমদি মওংশিংদি হোংহন্দে। লেজন্দগী বাবীশিংদা যাওবিবা চবিত্রশিং অদুনা পাঙথোক্লিবা থবকশিং অদু হেক পাংথোকখিবগা লোইখিদে। মিথ অমসুং ফোকটেলদা যাওবিবা চবিত্রশিং অদুদি থবক অমা হেক পাঙথোকখিবগা অদুমক লোইখ্রে। তশেংনা হায়ববদা, লেজন্দগী বাবীশিংদি তুংকোইনা চৎথবক্কুনা লৈবা যাই। লাংঙথেলদসু মিথ,লেজন্দ অমদি ফোকটলগী ওইবা ৱাবী মবাং কাযনা লৈবা থেংনৈ।

লাংঙথেল খুলদা মকওইনা লীনবিবা মিথকী ৱাবীশিংদি- সনামহীগী ৱাবী, মালেম শেমখিবগী ৱাবী, পাম্থোইবীগী ৱাবী, তাইবঙ মী শেমখিবগী ৱাবী, নোংখোং কোয়বগী ৱাবীনচিংবশিং অসিনি। খুল অসিদা অহল-লমন খবা নত্তনা, মিথকী ওইবা ৱাবী খঙবা মীওইশিং, মশিং যাম্না লৈবকত্রবনি। ৱাবী খবদি মখাদা পীবি।

**সনামহী ঃ**

মালেম হৌবকতৌগী ৱাবীনি। শিদবা মপুনা লাংওন তৌদুনা, মৈ, ঈশিং-নুংশিৎ, নাপী-শিংবী, উবি-উপান, লৈপাক পুম্নমক পুথোকখি। মহাক্কী মনিংসা-যেৎলেমদগী সলাইলেন-লাইবেম্বীশিং অদুগা ওইবোমদগী লৈমবেন লাইবেম্বীশীং খুদিংমক পুথোকখি। অসুম্না পুথোকখিবশিং অসি অৱাং কৌব্রু চীংলোমদা কাদুনা খুন্দাখি। শিদবা মপুনা, থৱায পানবা খিবিকপু মপু অমা লৈ হাযবা খঙনবা লাইপাও পীবকই। লাইপাওগী মতুইন্না, ইশাইফু মনুংদা নুমিৎ হুম্নিশুবা অঙাংগী মওং মানবা নৌৱা অমা ফঙজবে। সনা মচু মাল্লি হাযদুনা অঙাং অসিবু 'সনামহী' মীংথোনখি। সনামহীগী মিংথোন কযামকম লৈ, মখোযশিং অদুদিঃ-চীংঙু অশিবা, খিং খিং শিংথাবা, খিং খিং শিংশৎপা, খিং খিং শিংশুবা, লৈবক শাথৌবা, খোংবান লাল্লুম্বা, যেনখা পাওদাবা, শাইজিন পোলিবা, ষম্থোংনিংথৌ অপানবা অসিনচিংবশিংনি। অতৈ মিংথোন কযাসু কোলোইনৈ। সলাইলেন শিদবনা সনামহীবু মচা শক্লা যোকখি। সনামহীবু ঙাংলৈনবা মচুনি হাযদুনা 'অঙাং' হাযনা মিংথোনবীদুনা লৈমবেন্না কোনশিঞ্জখি। তরুক্তি শুবদা ইপান লাংবিদুনা, যুম-কৈ শেঙবিবগা সনামহীবু 'কোনসেং তুবৈসেংবা' হাযনা মীংথোনবীখি।

তেংবানবা অসিদা মী-পোং, শা ঙা, উচেক-ৱাযা, মৈ, ঈশিং-নুংশিৎ, নুমিৎ-থা, থৱানমিচাক, শজিক-থাবা অমদি খোংজোম নুপীনচিংবা মযাম অসিনা লৈত্রিভৈদা মালেম অসিদা লৈবিবা লেংলি-পাল্লিবা, অচৎ-চত্তা পুম্নমক অসিবু ঙাকপী-শেনবীবিবা অযুক-ঙন্না কোনথোকপীবা নুমিদাং ঙন্না কোনশিনবীবিবা, অমম-অঙান, অৱা-নংঙাই পুম্নমক অসিবু খাযবিবা পোকপা শিবা নাইদবদি লাইনিংথৌ সনামহীনি হাযনা লৌনবৰ্ম্মী। মৈতৈগী যুমথোং খুদিংদা লাইনিংথৌ সনামহী অসিবু তেংবানবগী অৱা-অনা, পোকপা-শিবা কযা অসি মহাক্না শেম্বীবনি হাযদুনা নুমিৎ খুদিংগী নোংঙাল্লকপদা নোংপোক থংবা মাযকৈদা ওন্দুনা ধুপ-থাউমৈ থাল্লগা খুবম্মী। অদুগা নুমিদাংগী মতমদনা যুমগী শম্থোংদা লৈবা কাচিন্দা

ধুপ-থাউমৈ থাদুনা খুবম্মী। মসিনা মক ওইনা তাকলিবদি নুমিৎপু সনামহীনি হায়না থাজনৈ।

লাইনিংথৌ সনামহীনা যুমগী অতৈ মফমশিংদা লৈতদুনা শম্ফোংদা লৈবিবা অসি সনামহীগী শক্তম ওইবিবা নুমিৎনা তাখিবা মাইকৈদা থম্বগী মওংনি। মতাং অসিদগীনি লাইনিংথৌ সনামহীবু লৈবক শাথৌবা-খোংবান লাল্লুম্বা হায়না খঙনবিবা।

লাইনিংথৌ সনামহীদি যুমশিংদা নত্তনা অতৈ-অতোপ্পা মফমশিংদা শাগে অমতগী লাই ওইনা লৈতে, যুম অমবু লৈববদি মহাক্কী খুভম অমা অদুমক লৈ। তেংবানবগী মপু, পূম্নমকপু শেম্বী-শাবিবিবা অসিবু লাইনিংথৌ সনামহীনি হায়বগী ৱাখল্লোনগা লোয়ননা ঙসি ফাওবদা খুল অসিগী মীশিংনা খুকুম্নবি।

## নোংখোঙ কোযবাঃ

লাইনিংথৌ শলাইলেন শিদবনা মপাবী সনামহী অমদি পাখঙবা অনীমকপু পাঙ্গল-লৌশিং চাংযেংনবগীদমক মপাবি অনীমক্তা, 'পাবী অনীমক মালেম অসি থুংনবা কোযকবো। অহানবা থুংলবা অমদা নিংথৌ ফম্বাল অসি শিন্নবগে' অসি হায়না হায়বকই।

শলাইলেন শিদবগী পাউজেল তাবদা, সনামহীদি মালেম কোযকগনি হায়না খোঙশানবা হৌখ্রে। অঙাং ওইবিবা পাখঙবদি, অঙাং ওইবি, পাঙ্গল কন্দ্রি হায়না নুঙাইতনা লৈহৌখি। মপুক্লিংদা মপাবুং শিদববু ৱাবৌই, কবিগীদমক মচিন-মনাওবু চাংযেং তৌবিবিবনো? অদুগী শকক, সনামহীনা অহলনি, অহলনা নিংথৌ খুভম লৌবদা কবিসু যাদবা তৌবোইদবনি। অচান-মিবাই নাইবা ৱাফমনি হায়না পাখঙবনা ৱাবৌখি। মচাগী ৱাবৌবা মওং খঙলদুনা মমা লৈমবেল শিদবীনা, মচা পাখঙবগী অৱাবা খঙলদুনা, মালেম কোযবা হায়বদি, লাপ্পা থাপ্পা কোযকগদবা নত্তে, মপাবুংগী ফাংখোঙবু তবেৎলক হন্না কোযবা অদুবুনি হায়না ৱাফম খবা লোন্না তাকপীখি। মমাগী যাথং তুংইন্না, পাখঙবনা মপাগী ফাংখোঙ কোযবগা খুকমজখি। অসুম্না, পাখঙবনা মপাবুংগী মহুৎ শিন্দুনা ফম্বাল তোংখি।

সনামহীনা, ৱানা অমদি থাপ্পা মালেম কোযকুবগা হল্লকপদা, পাখঙবনা ফম্বাল তোংলম্বা উবদা খৈনা ৱাবৌখি। ইচা-মীচা, যোংলৈ-মেলৈ নাইবনি,

লাপ্না চৎশ্নগে খল্লক্লবদা,সলাইলেন শিদবনা মপাবি সনামহীগী পুকচেল খঙলক্লদুনা,পাখঙবদি তাইবঙমীগী নিংথৌ ওইবা খক্তনি। মহাক্কী তাইবঙ মীগী মথক্তা নিংথৌ ওইনা পানগদবনি। যুমথোং খুদিংগী লাৎনবা ওইসনু। মনাও পাখঙবনা লৈবা মফম খুদিংদা ঙাক শেন্দুনা,পূম্নমক্কী মথক্তা লৈবা ওইযু হায়না থেমজিনবীখি।

অসুম্না যুমথোং খুদিংদা, ঙসি ফাওবা সনামহীবু লাৎতুনা লৈনবি। লুহোংবদা বববু কৈন্যানা তবেৎলক কোযবিবা অসি, ফাংখোঙ কোযবগী মওং অসিদগী লৌখিবনি হায়না লাংঙথেল খুলদা ঙসি ফাওবা থাজনবি।

**পান্থোইবীঃ**

পান্থোইবী অসি, লাই পূম্নমক্কী পোকফম-শাৎফম ওইদুনা, থব্রায পানবা পূম্নমক্কী মপু ওইবী, অথোইবী, হিকুবী-যাইকুবী, চাকুবী-লনকুবীনি হায়না মাগী মতীক-মগুণশিংবু শৈথানৈ।

পান্থোইবী অসি লাই নমু-নামুংবীগী মচানুপীনি। মতমগী মতুংইন্না পান্থোইবী অসি মপুং মবৈ ফাবকলম্মী। লম্বীচী পীতঙকোইগী মপাবী নিংথৌ শাপাইবগীদমক হায়বা লাকখি। শাপাইববু পান্থোইবীনা পামখিদে। মথংদা চেংলৈগী নিংথৌ খাবা শোকচোংবগী মপাবী,তবং খোইনুচাগীদমক হায়নবা লাকপা মতমদা পান্থোইবীনা যাদুনা লুহোংখি। হায়বিবা মতম অসিদা পান্থোইবীদি শেলোই চীংদা পানবা,অঙোম শাগৈগী নোংপোক নিংথৌগা মবী লৈনবম্মী। অদুবু অহল-লমনগী যাথংনা কনখিবনা খাবাদা লুহোংখিবম্মী। লুহোংবগী অউনপোৎ ওইনা ব্রাংলৈ যুবানলোং অচৌবা অমা, তবা চাক অথোংবা অচৌবা চফু অমা,শবেন শা অথোংবা অচৌবা চফু অমা,তওৎ-তমং অমদি ফিজেৎ-লৈতেংশিং পীখিবম্মী। চানা থক্লবা মযাম অদুনা,লুহোংবগী তিল্লিবা খাবা মবানযাইগী মীপূম খুদিংমক পীজবদা লোইবা লৈবকত্রবদা,খাবা শাগৈনা পান্থোইবীবু অচম্বী নত্তে হায়না থাজনখি। পান্থোইবীনা খাবগা মযূম পাল্লক্লবা মতুং, লোন্না-লোন্না নোংপোক নিংথৌগা উন্নবা,মবী থমনবকপা কযা অসিনা, খাবা শাগৈনা পান্থোইবীবু পাম্নবকখিদে । মনেমনা পান্থোইবীবু ওৎপা হৌবকখি। খাবা মবাল যাইদগী চৎখিনবা মবাল পীশিনবা হৌবকখি। মকুবোক,খাবা শোকচ্রোংবনসু পান্থোইবীবু যেংশিল্লক্লখি। পান্থোইবীনা মহাক অচম্বা নুপী নত্তে হায়বসি খঙহনখি। পান্থোইবীনা খাবা মবাল যাইদগী

নোংপোক নিংথৌগীদা লাক্লবদা, খাবা শাগৈনা পান্থোইবীবু থিবা হৌবকই। নোংপোক নিংথৌনা খুনু ওল্লগা লোৎহনখিবন্মী। নোংপোক নিংথৌনা ঙংদুনা নুংশিৎ ওল্লগা পাইখি হায়না থাজনৈ। পান্থোইবীনা, মহাক লাইনি হায়বসি খাবা শাগৈগী মীশিংদা খঙহনখি, থিবা ফঙহনখিদে। নোংপোক নিংথৌ অমদি পান্থোইবী অনীমক নোংচুপলোমদগী নোংপোকলোমদা, ময়ূম শেল্লোয় লংমাইচীং পাংনা লাক্লগা, নোংমাইচীং চীংগী নাপোমদা নুমিৎ নীনি লোৎতুনা লৈবন্মী। পান্থোইবীনা তবং খোইনুচাগা খায়নববা মতুংদা, অঙোম শাগৈগী নিংথৌ ওইদুনা, শেল্লোই লংমাই চীংদা নোংপোক নিংথৌগা খুন্দাদুনা পানমিন্নখি। খাবা শাগৈনা পান্থোইবীবু থিবা ফঙলকত্রবদা অমদি মাগী মতীক মগুণ খঙলদুনা, পান্থোইবীনা চিল্লম্বা, লৈমনা চল্লবা নাচোম, শেৎলম্বা ফনেক-ফিবোল, ইন্নফি, হাৎলম্বা শমজেৎনচিংবা পম্লমক মেংবা শঙ্গাই শাদুনা থম্লগা, খুবম যাদুনা লাৎলম্মী। শেল্লোয় চীংথক্তা, নোংপোক অপানবগা পান্থোইবীগা লৈবম্বা খাবা শোকচ্রোংবা অমদি মনু তেকঙানা থেংনখি। নোংপোক অমদি পান্থোইবী অনীবু খাবা মবানযাইদা লৈকপানবা হায়জবদা হবাওনা খানিবন্মী। অসুম্না খাবা মবানযাইদা নোংপোক অপানবগা পান্থোইবীগা লাকলম্মী। খাবা শাগৈনা, ভনু যেন, ওকনচিংবা খোং-থাক্তুনা মখোয় অনীবু খুকমদুনা কৎচবন্মী। মখোয় অনীগী খুবম যাদুনা শেল্লোই লংমাই চীংদা হবাও-কুম্ফে পাংখোকখি। 'লাই হবাউবা' হায়বা খৌবম অসি অসুমনা পাংখোকপা হৌবকখি হায়না থাজনবকই।

## মালেম শেমখিবগী ৱাবীঃ

তাইবঙ পানবা মপুনা মালেম অসি শেম্নবগীদমক, মচা অতিয়া শিদবদা শেন্নবন্মী। অতিয়া শিদববু 'অশিবা' হায়নসু খঙনৈ। মপা ইবুংঙোগী যাথং মতুংইন্না, মালেম অসি শেম্নবা কন্না হোৎনবন্মী। মালেমগী শকক খরদি শেমলম্মী। অদুবু হবাবা (পাখঙবা)না শেম্লিবা শকর্কশিং অদু থুগায়বন্মী। থুগায়বিবা শকর্কশিং অদু, লৈচিল-নোংফাই ওইখিবন্মী। শিদবা মপুনা, ঈশিংদা তাওদুনা লৈবিবা পোৎশিং অদু খুনগৎলগা অমুক হন্না মালেম শেম্নবা হোৎনবন্মী। অতিয়া গুরুগী খুযাদগী থোবকপা নুবানা 'ঙাপ্রুম' অমা ওইখিবন্মী। মসিবু 'হু ঙাবেন' হায়না কৌনৈ। শিদবা মপুনা ঙাপ্রুম অদুবু তোৎলগা, তাইবঙ মপুগী নাক্তা চৎলম্মী। তাইবঙ মপুনা মহাক্তা লাকপগী মবম হংলম্মী। মনাও ইবুংঙো হবাবনা, শিদবা মপুনা শেম্লিবা মালেমবু যৈখাই-থুগায়দুনা মাঙহল্লে, অমুক হন্না মালেম শেম্নবা

হঙ্গৎচবম্মী। শিদবা মপুনা অমুক হন্না মালেম শেম্বা হৌবম্মী। হন্দক্কী অসিসু হাবাবনা মাঙহল্লম্মী। থুগায়খিবা শরুকশিং মচেৎ মচেৎশিং অদুনা উন ওইখিবম্মী। অহুমলক শুবা ওইনা অমুক হন্না শেম্বা হৌবরুম্মী। মসিসু অমুক হাবাবনা থুগায়নবা থৌবাং তৌবম্মী। তাইবঙ মপুনা উবদুনা মহাক্কী মমিৎতগী নোংথাং লৈমা লাইবেম্বী পুথোক্লগা, হাবাববু থেমলুনবা থাবকলম্মী। নোংথাংলৈমগী লৌশিংনা হবাববু তেথহন্দুনা নাকোযননা পুথোক্লগা পাউশানবম্মী। পাউশানবিঙৈদা অতিযা গুরু শিদবনা মালেম শেম্বা লোইবা ঙমহৌখি। মালেমগী চুক মবিদা, চুকশিং অদুবু ফানবা লাই মবি থনম্মী। চুকশিং অদুদিঃ-নোংচুপ্পা লৈশা তাও, খাদা নোংশাতাও, নোংপোক্তা লৈখোমতাও অমসুং অরাংদা নোংখোম তাও অসিনি। মতৌ অসুম্ন মালেম অসি শেমখিবম্মী।

**তাইবঙ মী শেমখিবগী ৱাবীঃ**

মালেম শেম্বা লোইববদা, তাইবঙ মপুনা, তাইবঙমী শেম্নগে হায়না লেপলম্মী। তাইবঙমী শেম্নবগীদমক্তা অশিবদা শালাইলেলনা শীন্নবম্মী। অহানবদা ঙাশিং, হঙোইশিং অমসুং যোংশিং শেমদুনা তাইবঙ মপুদা মথং মথং উৎলম্মী। তাইবঙ মপুনা পেন্দ্রদুনা, মহাক্কী মিৎ নহাদা তাবিবা মমি অদু পাদম লাকশিন্দুনা শেম্নবা তাকপীবম্মী। অশিবনা মদু যেংলগা তাইবঙ মী শেমলম্মী। অদুবু থৱায হাপ্পদি ঙমলমদে। তাইবঙ মপুনা থৱায হাপ্পিদুনা মীওইবসি শেমবীখি। হান্না শেমখিবা ঙা, হঙোই অমদি যোংশিংবুনা থাদোকপীখিবম্মী। মতৌ অসুম্না মালেম অসিদা, তাইবঙ মীওইবা অসি লৈখিবম্মী।

তাইবঙ মী শেলকখিবগী অতোপ্পা থাজনবী ৱাবী অমনা, ইমা লৈমবেন শিদবীগী পীবুকনুংদা, লাইনিংথৌ সনামহীনা শাযোল চামা থোক্লা তৌবম্মী। শাযোলশিং অদুদিঃ-

নাবম চাম্মা, শীংলম চামা, ৱাবম চামা, উবম চামা, তীল্লম চাম্মা, কাঙলম চামা, শাবম চামা, চেকলম চামা, ঙাবম-নুংলম চামা অসিনচিংবশিং অসিনি। লাইনিংথৌ সনামহীগী শাযোলশিং অসিনা মালেম অসিদা মবুক পীক থন্দুনা পূমনিল নিনখিবম্মী। সনামহীগী থৌশিলবু গুরুগী নাকোং যৌখিবম্মী। সনামহীগী শাযোলনা শেমখিবা, ঈশিংদা ঙাবম্না, কংফালদা শাবম্না, নোংথক্তা চেকলম্না, অচৎপা মবম চামা, চত্তবা মবম চামা, চামা চামানা মালেম অসিদা পোক্লবসু মসিদা গুরুনা

অপেনবা ওইখিদে। গুরুগী মতিক মঙাল পুবা ঙমলোই। গুরুগী শক্তম্না মিতমদুনা শায়োন তৌনবা সনামহীদা তাকপীখি। অসুম্না গুরুনা মিতম ওইনৈ হায়দুনা, 'মী' কৌখিবম্নী। মতৌ অসুম্না, মালেমদা তাইবঙমী শেমখি হায়নসু থাজনৈ।

লাংঙথেলদা চাওখৎলকপগী মতুংইন্না, হৌজিক্কী মীবোলনা লেজন্দগী ৱাবীশিং অসি কাওনখ্রে। মবম অসিনা মখল অসিগী ৱাবীশিং অসি খুল অসিদা মবাং কাযনা ফঙবা ঙমদে। অদুম ওইনমক,খুল অসিদা চীনবুংদা লীনবিবা, লেজন্দগী ওইবা অফঙবা ৱাবী খবা অসি মখল অহুমথোক্না খাযদোক্নুনা যেংবা যাই। মখোযশিং অদুদিঃ- (১) হিষ্ট্রিকেল লেজন্দ (Historical legend) (২) পরসনেল লেজন্দ (Personal Legend)

### (১) হিষ্ট্রিকেল লেজন্দ (Historical legend)ঃ

মখল অসিগী লেজন্দ ৱাবী অসিদা, নৈপাক অপুন্বগী অমদি লম লমগী ওইবা লোযননা ইতিহাসকী মনুং চনবা, অচুম্বনি হাযনা থাজনবা ৱাবীশিং যাওই। ৱাবী অসিদা লৈবাক নিংথৌ,অঙম-অথৌগী অমদি মতিক-মগুণ লৈবশিংগী ৱাবীশিংদু অচুম্বনি হাযদুনা মীবোল অমদগী অমদা চীনবুংদা লীনৈ। ৱাবীশিং অসিদা মী ওই কাঙলুপকী মখোযগী লম-লমগী ওইবা ইতিহাসকী বাবীশিংসু লীনৈ। 'চীনবুং ইতিহাস' (Oral History) অমদি 'হিষ্ট্রিকেল লেজন্দ'গা (Historical legend) খেন্নবিবা হাযববু, লেজন্দদি তাইবঙ শক্তিগী ৱাংমগী ওইবা মচল খবা নত্রগা অতোপ্পা লৈতেংগী মশক ওইনা কল্লপ্না যাওই। মতাং অসিদা পনবা যাবদি 'লেজন্দ'গী ৱাবীশিং অসিদি অচুম্বনি হাযনা উজববসু,ইতিহাস অমগুম্না অশেংবা অচুম্বনি হাযনা বৈজ্ঞানিক ওইনা উৎত্রিবা মশক অমনি। হিষ্ট্রিকেল লেজন্দ (Historical legend)গী মতাংদা অসুম্না পীবিঃ-

> they (legends) must be said to have occoured at a certain place and time, for this is evidence that they have been popularly accepted as historical truth, they must contain some supernatural element or other embelishment which would distinguish them from oral history and they mush include at least one established folk motif to demonstrate that they are made of the type of material that is the very essence of folklore

লাংঙথেলদা, হিষ্ট্রিকেল লেজন্দ (Historical legend) অসি যাম্না মবাং-কাযনা ফঙবা ঙমদ্রগসু ৱাবী খবদি খুদম পীর্জবি। সতি খোংনাং,নুংঙাবাবা, থম্বালনু, ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা তেখাও শামু ফাবা অসিনচিংবশিং অসিনি। পঞ্জবিবা ৱাবীশিং অসি মণিপুরী কাঙলুপ অসিগী ওইবা,পুৱাবীগী অচুম্বা যাওবা থাজ-ৱাবীশিংনি।

## সতী খোংনাংঃ

ইম্ফাল সহবদগী মখা পাংনা হাইথবগা 'মযাং ইম্ফাল' হাযনা কৌবা খুঙ্গং অমদা কন্যা হাযনা কৌবী, মশক মতৌ চঙখোল্লবী, লৈশাবী অমা লৈবর্ম্মি। মহাকপু হেক উবদা মীপুম খুদিংনা,মচা-মমৌ ওইনিংঙ। মযাম অদুগী মবক্তা কুমুদ কৌবা খুঙ্গং অদুগী মচিন চৎপা, ইনাক খুনবা পাখঙ অমনসু কন্যাবু মহাক্কী লোযনবা ওইনবগীদমক মীতোপ কযা থাজিল্লকুনা কন্যাগী পুক্রিংগী ৱা খঙদোকই। কন্যাদি, খুঙ্গংগী লাইববা মবুক তম্বা, ইচম চম্বা লৌমী পাখঙ পদ্মা কৌবা অমগা নংশিনদনা, পুন্সি লৈপুল ওইমিন্নসি হাযনা ৱাশক্কদুনা লৈবর্ম্মী। মথম ওকপা মিপাদা মচা নিংঙোল থাজনিংবা হাযবসিদি তাইবঙ পানবগী থৌনশা ওইবনা, অহল-লমনশিংনা পদ্মাদা কন্যাবু থার্জখিবর্ম্মী। কন্যা থাজত্রে হাযবগা পাউ তাবদা, কুমুদনা লৈফম খঙদনদগী, মী কযা থাজিন্দনা কন্যাগী মপুক ওনবা বা হযজিলহনখি। কন্যাদি মং অনী শুবা পামদবী, বাশক চেৎপা ওইখিবনা কুমুদকী ৱাযম অদু যাখিদে। অসুম্না,নুংশি চান্নবা পদ্মা কন্যা অনী যম পানমিন্নবখি। লাইগী নোংদমদগী পদু যাম্না কন্না নাবকলর্ম্মী। কুমুদনা পাও অসি তাবদুনা কত্রবা বাখলনা মাং থাদনা, ওইদবা ৱা শেমদনা মাইবা থাজিল্লগা মথন্তু খোকলক্লবা থৌবাং হৈবকলর্ম্মী। থৌবাংদি- খুনদগী অখাম মাইবা কৌবা নপা অমদা পৈশা পীজবগা, নাবকা পদ্মা অসিবু মখাই কনবা পান্নবদি, মাগী নুপী কন্যানা, অথেংবা অহিং তাংলৌদা, মখুৎতা মৈনম ফাওবা পাযদনা মথন্তুনা, হিযাংথাং লাইবেম্বীগী চীংথক্তা হৌবিবা 'নোংনাং কোবি মনা' হেক্রগা পুবক্তুনা হিদাক শেম্নগদি, মপুবোইবা অমুক হিঙ্গৎলক্কনি হাযনা থাজহল্লি। মপুবোইবতবু যববদি হাযদুনা কন্যানা,অকিবা,চিংনবা কাবমতা পোক্তুনা হাযবিবা অদুমক পাংথোক্লবা হিযাংথাং লাইবেম্বীগী চীংদা, পীকথ্রবা খোং লম্বীদা নাহুই লোল্লবা খিক্রোই লাং ফাক্তুনা লাকখি। অথেংবা অহিং ওইবনা, অমম্বদা চাকতাবা ঊবক মকুনা খোংবা, লমহুই কৈশালনা খোংবা মখোল নঙনা অতৈ তাবা ফঙখিদে। অথেংবা অমদি অমম্বগী খুদোং চাবা লৌবগা, কুমুদনা মাগী খুৎনেকশিংগা লোযননা কন্যাবু ফানবা

হোৎনবকখি। কন্যানা মশা কঞ্জনবা হৈজ্রাং মচা অমা পুবকপদু পুথোকতুনা উৎলিঙৈ ঙাইহাক মুক্লবিঙৈদা, চীংমীশিংনা নিংথৌগী লুখা থানবা, মাইকৈ অদোমদা মী থীবকপগা মপা চান্নকদুনা, ফৎত্রবা কুমুদপু লুখা থানবা ফাখি অমদি মখ্বায মাঙখি। লোযনবকপা মীশিং অদুনা কিবদগী চেন্নখি। চীংমীশিং অদুনা, মবাইবক থীববী নুপী কন্যাবু কনবীবকখি, যূম ফাওবা থীনবিবকখি। কন্যানা যূমদা হল্লকপা মতমদা মপুবোইবদি অবোযবা ওইবন্নে। মপুবোইবগা লোযননা শিবর্গান হাযদুনা থব্রায যাওদ্রবা মপুবোইবগী হকচাংবু খাদোকউ হাযবা যাদনা কোন্দুনা লৈখি। হাবম পূন্না মতম অদুগী পাল্লিবা নিংথৌদা হঙ্গৎতুনা পাও পীর্কখি। নুমিৎ হুম্নিযাওবা মাগী অপাম্বা অদু তৌহন্দনা যেংঙু তাকপীবকপা মতুংইন্না, মীযাম্না কন্যানা তৌবিবদু যাখি। নুমিৎ হুম্ন শুবনা ফাওবদা অতোংবা লৈবকত্রবদা, মাগী অপাম্বা মতুংইন্না, মপুবোইবগী পোৎলোইবদা যাওরনখি। নুর্শিবগীদমক কৎথোকখি। মতম খবা লৈবগা পদ্মনা পোৎলোইখিবা মফম অদুদা খোংনাং পাম্বা অমা ঊৈবকখি। খোংনাং পাম্বা অদুবু ঙসিফাওবা 'সতী খোংনাং' হাযনা খঙনবি।

**নুংঙাবাবাঃ**

লাংঙাকোন হার্ববিদা অসি, মমাংঙৈগী মতমদা, লাংঙাথেল মখাং লৈকাইদা লৈব মোইবাংথেম থোংলেন হাযব্বিা ঙাতুগী শাংগে অসিগী যুমদা যোক্লুনা চাউবকপা ষণনি। ষণ অসি মোইবাংগী রুবি'দা খম্বনা ফাখিবা, ঙাংবা নিংথি পামইবা হাযবা ষণ অসি লাংঙথেলদা শিখি হাযনা এহল লমনশিংনা থা কনৈ। লাংঙনা তৌদুনা লাকখি, নুংঙুদা পোর্কখি, মচুনা অঙাংবা অবাংবা ষণনি। পুংকক চাঙবকপা মতমদা, যাম্না মঙাও থীনা হৌবকই। নিপা উবা যাদে। মবন অসিনা নুংঙুগী মীনা মাবু লোযনবদা যাম্না রানবম্মী। অসুক যাম্না মঙাও থীববা ষণ অসি, থোংলেন্না মফমদুদা চৎপা মতমদা, অতেবা ষণ অমত্তম লৈবা উবদা, মীযাম পুম্নমক অঙকপগী মশক ওইবম্মী। মতৌ অসুম্না থোংলেন্না ষণ অসি লাংঙাথেলদা পুবক্লুনা লোযখি। ষণ অসিগী মচু অসি অঙাংবদা লাংবনি হাযদুনা 'নুংঙাবাবা' হাযনা মিংথোন্নখি। মোইবাংথেম থোংলেনগী যুমদা ষণ অসি অবোযবা যাহিপ তান্নখি।

**থম্বালনুঃ**

মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহগী সনা হাকতক্তা, যাইবিপোক লমদমদা শানৌজম নিংঙোল থম্বালনু কৌবী লৈশাবী অমা লৈবম্মী। মখাদা মৌপ্পা তম্ফাজাও কৌবা

অমগা মমা লুপ্ত্রবীগা মখোয অহুমতমক লৈজে। মমানা লুকমাই পান্দুনা, যাম্না ৱানা লেল্লকপা ইমুংনি। লাইবজববসু থম্বালনু, মশক-মতৌ, থকসি-খাসি অৱাংপা অমত্তা লৈতে। মসিমক্না মীপুম খুদিংমক্না কল্লকনফম, শুমহৎনফম ওই। মথোং কাবকপগী মতাং লাকপদদি, লাইজা থক্কী লৈবাং থম্বালগুম্না, নুংশিবা লৈনমনা মাইকৈ শিনবা থুংখিবম্মী।

থম্বালনুনা লৈবিবা মফম অসিদা ক্ষেত্রিমযুম মুহোনসিং কৌবা, চম্না হিংজবা লাযববা নিপা, পাখঙ অসিগা নুংশিনবম্মী। কুমগী হৱাও-কুম্মৈ, বাকনী লাই খুকুম্বা, শজিবু চৈবাওবগী চীং কাবদা পূন্না পূন্না চৎমিন্নবকই। যাওশংগী থাবল চোংমিন্নৈ। কবিগুম্বা মতমদা চেংহি শম্বাল লাংমিন্নে। অসুম্না শাবী-শানৌ অনীগী নুংশি লম্বীদা অপনবা যাওদনা তাওথমিন্নবকই। প্রোনামসিং কৌবা মতমদুগী কোনুংগী শেল্লুংবা ওইবা অঙম্বা অমনা থম্বালনুবু পামজবম্মী। মী থাদুনা, থম্বালনুবু মাগী ওইনবা থেমহনখি। থম্মোয চেৎপী ওইখিবনা, থম্বালনুনা ৱাদু যাখিদে। থম্বালনুগী পুকচেলনা হোংলকত্রবদা, লমন খুমগে নীংলক্লুনা, মাঙনবা থবক তৌবা হৌবকলম্মী। অঙকপনি নোংদমখোল, ঈশিং ঈচা ও থোক্লুনা লৈশাংখোং থিংঙেল কাযবে, ঈচাওনা মবম ওইদুনা মী কযাগী পূন্সি, লন-থুম মাঙখ্রে। লৈপাক নিংথৌনা ফনা কন্না ঈচাও শীংনবা হোৎনববসু, থিংবা ঙমলকত্রবদা, লৈপাক-নিংথৌগী মাযথোং লাংশিল্লে। মতমদুগী অখঙ-অহৈ পণ্ডিৎ কযানা তাকপীবা মতুংইন্না, চীংঙু লাইপাও চেন্দুনা, মীযামগী অৱাবা কোক্লবা লাইমাঙ ফমখি। চীংঙু লাইপাওদা-কনাগুম্বী নূজা, লাইজা ঈশিংদা শাৎপা লৈবাংগা পাঙ্খক্লবী, মিংগী মমৈদা 'নু' তাবী অমবু খানা চাওবা ৱাংব্রেনদা কৎলবদি থিংঙেল থিংবা ঙমগনি লাইপাও ফাওবে। প্রোনামসিং শেল্লুংবনা, খুদোংচাবা অসি লৌবগা, থম্বালনুবু অমুক হন্না থেম্বা হৌবকই। থম্বালনুনা যাবকত্রবদা প্রোনামসিংনা থম্বালনুবু ফাদুনা ইবাৎনবা থৌবাং হৌবকই। থম্বালনু অকিবা কবিসু লৈখিদে, লৈপাক মীযামগী খন্দুনা মাগী পুন্সিবু ইবাৎপদা অযাবা পীখি। থম্বালনুনা, নুংশিজববা মমা অপোকপী, মৌপ্পা অমদি মথংলেন মুহোনসিংবু থাদোকলম্লগা লাইজানুংদা ইবাৎহনখি। মুহোনসিংনা থোকহল্লিবা পূম্নমক অসি প্রোনামসিংগী খুঁজিলনি খঙলদুনা মখুৎনা লমন খুমলম্লগা মাসু অবোযবা যাহিপ তানখি, মশানৌ থম্বালনুগী মতুং ইল্লকখি।

হৌজিকসু ৱাঙ্গাইগী নোংপোক থংবা তুবেলগী খোংবান্দা, থম্বালনুগী মোংফমদা হৌবকপনি হাযনা থাজনবা হৈবোং পাম্বী অমা হৌবি। ঙসিফাওবা থম্বালনুগী ৱাবী অসি লাংঙথেল খুলদসু লীনবি।

**ভাগ্যচন্দ্র মহাৰাজনা তেখাও শামু ফাবাঃ**

অৱানা মণিপুৰ নিংথৌবু তাম্ন্থোক্তুনা মণিপুৰ অসি লৌশিনখি। নিংথৌবেল ভাগ্যচন্দ্রনা মহাৰাণী অমসুং মজাইবুংঙোশিংগা লোয়ননা কছাৰ লৈবাক্তা চেনখিদুনা কছাৰ নিংথৌগী মফমদা চঙজফম লৌদুনা লৈখি। মহাৰাজ ভাগ্যচন্দ্রনা আসামগী নিংথৌ স্বর্গদেববু উন্নদুনা, মণিপুৰগী ৰাজ সিংহাসনবু হঞ্জিলহনবদা মতেঙ পাংবিনবা হায়জবম্মী। মজা ইবেম্মা কুৰঙ্গনয়নীবু আসামগী নিংথৌগী মফমদা থাজগে হায়না অয়াবা পীখি। অসুম্না য়ানবদুনা লৈবিঙৈ তাল্লক অসিদা, ভাগ্যচন্দ্রগী মাম্মা খেল্লৈনুংনাং তেলহৈবনা, অসামগী নিংথৌদা মণিপুৰগী নিংথৌগী মৰমদা, অৱানবা ৱাফম কয়া যাওনা, ভাগ্যচন্দ্র অসি মণিপুৰগী অশেংবা নিংথৌ নত্তে হায়না চিঠি অমা ইশিল্লকখি। আসামগী নিংথৌনা ভাগ্যচন্দ্রবু, অশেংবা নিংথৌ ওইব্রা- ওইদব্রা চাংযেংগীদমক, তেকখাওগী অঙাওবা শামুবু ফাহন্নবা ভাগ্যচন্দ্রা মশাদা হায়বকখি। অমদি ফাহন্নবা থৌবাং তৌখি। অঙাওবা শামুবু লায়না ফাবা ঙম্লবদি অশেংবা মৈতৈ নিংথৌনি অমদি লানগী মতেঙ পাংগনি হায়না খংহনখি। ভাগ্যচন্দ্র মহাৰাজগী থম্মোয়দা অৱাবা অমা ওইখি। অহিংচুপ্পা তুমদনা শ্রী গোবিন্দজীগী খুয়া থম্বালবু নীংশিংদুনা লেনখি। শামু ফাগদবা নোংমা ৱাৎলিঙৈ, ভাগ্যচন্দ্র মহাৰাজগী খোল্লেন মংলানদা শ্রী গোবিন্দজীনা লেঙলক্তুনা, কবিমত্তা ৱাকুগনু, অঙাওবা শামু অদু শোয়দনা তেগনি অমদি শামু অদুনা মহাৰাজবু নমগন্দা থাঙ্গৎতুনা পুগনি। অৱাবগী মতম হৌখ্রবনি। নুমিৎ খৱনিগী মতুংদা, নিংথৌ খুভমসু হঞ্জিল্লগনি হায়না তাকপীখি। অমুক্তসু মখা তানা তাকপীখি মদুদি- নিংথৌ খুভম হেক হঞ্জিনবগা, কাইনা চীংদা হৌবা থৈবোং পাম্বী মল্লগা গোবিন্দগী শক্তম শাহল্লু অদুগা লাংচৌ হায়না তাকপীবকখি। অসুম্না মঙ অসি মঙলবা মতুংদা মিকপ থোকখি। লৈপাক মীয়াম চোন্না তীল্লবা মতমদা, ভাগ্যচন্দ্রনা মবুংঙো শ্রীগোবিন্দজীবু নীংশিংজখি। মীয়াম মাঙদা ভাগ্যচন্দ্রনা তেকখাওগী অঙাওবা শামুবু লায়না ফাবা ঙম্মখি। উখিবা মীয়াম্না ঙক্লদুনা অমদি পেঞ্জবদগী 'ভাগ্যচন্দ্র মহাৰাজনা জয' হায়দুনা লাওখি। অসামগী নিংথৌনা থিন্থবা তৌদনা শামুগী শায়াংথক্তগী লেংথহন্দুনা, ইকায় খুম্নবা উৎপগা লোয়ননা সিংহাসন্দা লেঙখৎহনখি। ভাগ্যচন্দ্রনা শামু ফবা ঙমবা উবদগী তেখাওগী মীয়াম্না 'জয ওইবে' হায়না চপ মান্নবা লাওখি। লাওখিবা অসিদগী হৌনা ভাগ্যচন্দ্রগী মমিংবু 'জয়সিংহ' হায়না মিংথোনবীখি। অসুম্না ৱাবীনৈ।

## (২) পাবসনেল লেজন্দ (Personal Legend)

মখল অসিগী লেজন্দশিংনা লৈবাক্কী ওইবা নৎত্রগা লম লমগী ওইবা, মীয়াম্না খঙনববা মীওইশিংগা মরী লৈনবা ৱাবীশিং অসিবুনি। মীয়াম্না খঙনববা মীওইশিংগী মনুংদা নিংথৌ, অঙম-অথৌ, পণ্ডিত অসিনচিংবশিংগী পুন্সিগী হৌখ্রবা থৌদোক নীংশিংবা ৱাবীশিংবু চৎনবী, থাজনবী ৱাবীশিং ওইনা চীনবুংদা অসুম লীনৈ। অসিদসু নত্তনা, ইমুং-মনুংগী ওইবা ৱাবীশিং অসিসু 'পাবসনেল লেজন্দ''নি। পাবসনেল লেজন্দশিংদা 'এনেকদোট (anecdote) হায়না খঙনবা তশেংনা থোকখি হায়না থাজনবা মকুওইবা ৱাবী কয়া অমসু যাওবি।

ইংবাজীগী 'হীরো লেজন্দ' (hero Legend) হায়না খঙনবা অসিস 'পাবসনেল লেজন্দ' হায়বা অসিগী মনুং চল্লি। মথৌনা-মবিংজেল লৈবা, লম-লমগী অথৌবা অমদি পুকচেল চাওবশিংগী মনমদা লীনবা ৱাবীশিং অসিনি। 'পাবসনেল লেজন্দ' অসি হীষ্ট্রিকেল ওইবা নত্রগা ওই হায়না থাজনবা মীশক, মীওই অমগী পাম্স অমদি মবি লৈনবা থৌদোকশিং অদুবু পুন্না 'সাগা' হায়বগা কবিগুম্বা থৌদোক-থৌবম অমগী মবমদা শন্দোক্না লীনবা থাজবাবিশিংবুসু খঙনবে। পাবসনেল লেজন্দ অসিগী বাবীশিং অসি জাতিগী ওইবা থাজনবাবীশিংনি। মখল অসিগী লেজন্দ অসি মখল অহুম থোক্না খায়দোক্না নৈনব। যাই ঃ (১) হীরোইক লেজন্দ (থোইদোক-হেন্দোক্না মীথোই-মীতেনবা মীওইবগী থৌনা লিংজেলগী ৱাবী ওইবা) (২) সাধুশিংগী বাবীদা, কনাগুম্বা সাধু অমনা লাইয়েংবদগী তীনকোক-লাইকোনখিবগী মবম তাকপা অমসুং (৩) য়াগী হৈবা মীওই অমগী নাতৈ চাদবা থৌওং অমসুং হঞ্জিন হঞ্জিন হৈশিংনা ডাংনবনচিংবগী মবমদা লীনবা, মতেনবা থাজবাবীশিং অসিনি। মথক্কী বাফম অসিবু শৌগৎলদুনা রিচার্ড এম ডর্সননা (Richard M Dorson) অসুম্না মোত যোঙদোক্লমই ঃ-

> The personal legend may deal with a nationally famous stateman an obscure eccentric, a celebrated out-law, or a high society wit or can be divided into the heroic legend recounting the extra-ordinary feats of a superman the saints legends describing the miraculous cures of holy man and the anecdotal legend repeating the clever saying and odd action of a comical man

হীবোইক লেজন্দশিংদা হীবোদুগী মথৌনা-মবিংজেল অমদি হৈ-শিংবা, তৌবা-ঙম্বা পাঙ্গলতনা হেন্না মকুওইনা উৎলি। মথক্তা পল্লিবা পুম্নমকশিংসু পাবসনেল লেজন্দগী মনুং চনবা ঙাক্তনি। পাবসনেল লেজন্দ অসি লাংঙথেলদা মবাং কাযনা ফংঙি। মখোযশিং অদুদিঃ-লাইমযূমগী লাই,নেপ্রম হাওজাও, মোইবাংথেম থোংলেন, মোইবাংথেম ঙাতু, বাগজি মাও, এনসেন কোবা, তোনু লাইজিংলেম্বী অসিনচিংবশিং অসিনি।

**লাই মযূমগী লাইঃ**

থাযনা মমাংঙৈদা থোকখিবা ব্রাবীনি হাযনা থাজনবি। লাই মযুমগী লাই হাযনা খঙনবা মীশক অমা লৈবম্মী। মহাকসি নোংমাইজিং নুমিৎ নত্তনা অতৈ নুমিৎশিংদি মখোং লৈবাক তাদে। অসুম লৈবা মতমদদি,উগী খুকুম শৎত্রপাবোৎ তৌই লোযননা বামতুলশি মহীনা মকোক অমদি মশাদা তৈ। লমদম অসিদা কনাগুম্বা মী ওই অমা কন্না নাদুনা লৈবর্বদি, লাই মযূমগী লাইদা ব্রানা শাবা ব্রাতংগী (হিদাকযু মওং মানবা) ঙাম্বক্কা লোযননা মাঙোন্দা কৎলবা অদুগা ঙাম্বক অদু মানা পাযদুনা থক্লবদি, অনাবা অদু খুদক্তা ফহল্লি অমদি শিগদবদগী কনবা ঙম্মী হাযনা লাংঙথেলগী মীশিংনা ঙসি ফাওবা ব্রাবীনবি।

অতোপ্পা ব্রাফম অমনা,শুগুনুদা লাংঙথেলগী নেপ্রমগী হাওজৌনচিংবা মীওইশিংনা, শাগোল কাংজৈ শান্নকুবগা যূমদা হল্লকপা মতমদা যাম্না মল্লম্মী। মখোযনা লাংঙথেলগী নোংচুপ থংবা, লৌশি পাৎকী ফাৎফম ওইবিবা মফম অদুদা ঙাংশং ঙাংবা, লানমৈ থানবীগুম্বগী মওং মানবা অহুমখক উবম্মী। অঙকপগা লোযননা মখোযনা অকীবা পোক্লবম্মী। মখোযনা থৌবক্লিবা শাগোল অদু অমুক অতোপ্পা লম্বেল অমদা মমায ওল্লগা থৌবকপদা,লাংঙথেল চীংগী চীংযাদা অমুক উবম্মী। অদুদগী অমুক লানঙম চীংগী নাকললোমদা অমুক্কসু মথং মথং উবক্লবদা, পোৎশক অসি অচম্বা অমা নত্তে হাযনা খল্লদুনা মখোয মখোযগী যূমদা হঞ্জিন্নদনা, লাই মযূম লাইগীদা চৎতুনা, থৌদোক অদুগী মবমদা হংবা চৎলম্মী।

মখোযনা লাই মযুমগী লাই অদুদা হংলবা মতমদা, পীকখ্রবা লাই অমা লাকই অদুনা হৌজিকমক মাগী গুকদা মসি হংদ্রবা যাদ্রে, নখোয কনা ঐগী ইতুং-ইনগনি হাযনা হংলক্লবদা, লাকইবা মখোয মঙা/তরুক অদু মহাক্কী মতুং ইন্দুনা নোংমাইজিং চীংগী শুরুং তাননা চৎলম্মী। অসুম্না লাই মযুমগী লাইগী মতুং ইন্দুনা

লাকপা মতমদা নোংমাইজিং চীংগী খাবোমদা লৈবা পাৎ অশোমগী নাকলদা নখোয লাকউ হায়না হাযদুনা চৎলিঙৈ মতমদা লাই মযূমগী লাই অদুদি পাৎকী ঈশিং অদুগী মথক্তা মখোংদা খুকম অমা তোংদুনা চৎপা অদু মাগী মতুং ইন্দুনা চৎলিবা মীশিং অদুনা উববদা অঙকপা অমদি অকিবা অমগা লোযননা মফমদু যৌনবা চৎলম্মী। নোংমাইজিং চীংগী শুকংদু যৌবক্লবদা, শুকংগী মনাক্তা লৈতেম মান্নবা মফম অমদা লাই মযূমগী লাইগা লাকমিন্নবিবা মখোযশিংদুদা মখোয মফম অসিদা ঈ মনা ২/৩ অসি মৈ থাবগা মহাক থোক্লকপা ঙাইদুনা লৈবম্মু হাযদুনা শুকং মনুংদা চংখিবম্মী। ফনা যাম্না কুইনা শুকং মনুং অদুদা, মী অমগা ৱাবী শান্নবগুম্ন া ফন্নিবা মযাম অদুনা তাখিবম্মী। মহাক্লা চংলমদাইদগী চাকহৌবা ঈ মনা ২/৩ অদু মহাক্লা থোকলকপা ফাওবা চাকপা লোযবমদে। মদু উবদা চৎমিন্নবিবা মযামদু অঙকপা অমা ওইবম্মী। লাইমযূমগী লাইদুনা শুকংদগী থোকলক্লগা, 'মখোযনা লাক্লিবা থবক অসি কান্নবোইদৌবি, চৎলসি। কোলেবা হাযবা যাম্না কিনিংঙাই ওইববা লাইচৎ অমা লাক্কদৌবি, মসি ঙাকথোক্লবা পাম্নে লৈত্রে। অদুবু নখোযগী ইঙ্খোলনুংদা,ঐগী ঐগী ইমা-ইচা অমদি অতোপ্পা মী লৈহৌবা থোক্লবদি, কনবা ঙমগনি। লাক্লিবা নখোযনা ৱাফম অসি খবা হাযবীযু' অসি হাযনা, লাই মযূমগী লাইনা লক্লিবা মীযাম অদুদা হাযবম্মী। অসুম্না বাবী শাদুনা লাকপনা, চৎপা যাওর্কবিবা মীশিংদুগী মবক্তগী অমনা অযৃক্তগী চাক চাবক্তবনা মবম ওইদুনা 'চাক লাম্লেদা' হাযনা শোন্থাংননা শোল্লুবদা, লাই মযূমগী লাইনা তাবদুনা, 'নখোয চাক লাম্লব্রা '? চাক লাম্নবদি চাক লোইবম্লগে,নখুৎ নশা হামলুবো' হাযনা হাযবকখি। মযাম্না ইঙক-ঙক্লা, তুমিন তুমিন কদাযদগী চাকনো, থোংনবা চেং-চাক, চফু-উযালসু যাওবক্তনা হাযনা ঙকচাননা খুৎ-শা হাম্বা চৎনখি। খুৎ-শা হাম্বা লোযদুনা হল্লকপদা, চাক থোংবা লোইদুনা থমলম্বা উবকই। মদু উবদা মযাম কিওম কবিগুম তৌদনা চাক্ত চাবা ঙম্নবমদে। মদু উবদা লাই মযূমগী লাইনা হাযবকই, 'কিগনু, অশেংবা চার্কনি চাও'। মযাম্না কিনা কিনা চাক্ত খবা খবদি চাখিবম্মী। অসুমনা মংওই-হাওই তৌদুনা যূম যূমদা হন্নবক্লম্মী। নুমিৎ খবা লৈবগা, কোলেবা হার্যবিবা লাইচৎ অদু শন্দোকলক্লম্মী। লাইমযূম লাইগী ইঙ্খোলনুংদা লৈহৌবা মী নত্তনা খুল অদুগী মী অযাম্বা লোযনা শিখিবম্মী। মী যাম্না শিমনবনা মবম ওইদুনা অশিবা মযামদো ষন কাঙ্গোৎ অমদা হাপ্লগা, মফম অমদা পূন্না থমদুনা পোৎলোইখি। হিংহৌবা খবা অদুনা,মথং মথং অসুম

শন্দোকলক্তুনা, ঙসিগী লাংঙথেলগী মীশিং অসি ওইবক্লিবনি হায়না খুনগী মীয়ামগী থাজনবা ৱাবী ওইবি।

অসিগুম্বা লাই মযূমগী লাই হায়না খঙনবা মীওই অসিগী মতীক-মগুণ লৈবতা নত্তনা, তুংদা থোকলক্কদবা থৌদোক খুদিংমক খঙবা ঙম্বা মীশক অমা ওইবম্মী। মহাক অসি মতম অদুদা, লমদম অসিগী মীওইশিংনা থৌশাবক্তবা কয়াদগী লৈখিদবনি হায়না খুল অসিগী মীয়াম্না থাজনৈ। মহাক শিগদবা নুমিৎ তবেৎনি ৱাৎলিঙৈদা শিগদৌবে হায়বসি খঙবা ঙম্মী। মহাক্না শিবা মতমদা শঙ খলহন্দে। শঙগী মহুৎতা উশা অমা শঙ খনফমদা য়ুংহল্লি। শিগদবা নুমিৎ অদুদা, লাইনিংথৌ-লৈমবেলদা খুকম্লগা, শুম্মাংদা হৌবা সনা খোংনাংদা তবেৎলক যেৎওইননা কোযবগা খোংনাং অদুদা খুকম্মী। (তুলশি থাদে, তুলশিগী মহুৎতা, সনা খোংনাং ওইনা থাই) শঙগী মহুৎতা উশা অদুগী মনাক্তা থাবিবা ফমুংদুদা হিপলে অদুগা ফি অঙৌবা অমনা হকচাং থুংনবা মশা মথন্তনা কুপ্লগা, "ঐ চৎলে" হায়না হায়বম্লগা শিখি। ৱাফম অসি, ঙসি ফাওবা খুল অসিদা, থাজনবী ৱাবী অমা ওইনা লীনবি।

**নেপ্রম হাওজাওঃ**

নিপা অসি নেপ্রম শাগৈদা পোকই। খোং কাংজৈ, শগোল কাংজৈদা মহাক্কী লম্বা লৈতে। কৈ ফাবা ঙম্বা, মথৌনা লৈবা মীশক অমসু ওই। মাগী ৱাবী কয়া, ঙসি ফাওবা খুল অসিদা লীনবি। নেপ্রম হাওজাও হায়বিবা নিপা অসিগী ৱাবী, লাংঙথেল খুলদা তোঙান তোঙান্না অহুম থোক্না লীনৈ।

**অহানবা ৱাবীঃ-** মতম অমদা, লাংঙথেল খুল অসিদা কৈ যাম্না লৈবম্মী। খুলগী মীওইশিংনা কৈ যাম্না থোকই হায়না কিনবম্মী। খুল অসিগী শা-যন যাম্না কৈগী চিঙ্গাক ওইখিদুনা, মীপুম খুদিংগী খোইবাংনা পোৎথাফম খঙদনা লৈনবম্মী। খুলগী মীওইশিংনা কৈদু ফানবগীদমক, খুদোং চাবা ঙাইদুনা লৈনবম্মী। নোংমদি, লাংঙথেল মনিং লৈকাইদা লৈবা পুযাম কোক্লেগী মনিং ইস্থোলদা লফুবিৎ যাম্না হৌবা মফম অদুদা কৈসি লৈবম্মী। মীযাম্না তান্নবদগী কৈসিনা অৱাং পাংনা চেনখিদুনা খাইদেমগী কোম্থাং লাম্থোক্লগা লাইগী চীংদা চেনশিনখি। মতম অসিদা, নেপ্রম হাওজাও হায়বিবা নিপা অসিনা কৈ অদুবু থেংনদুনা কৈগা কোন্নখি। কৈগা অকনবা লম্বা তৌনবদগী মমৈথংদা হাওজাওনা কৈদু হাৎখি। মাগী মথৌনা মপাঙ্গল ঙসি ফাওবা ৱাবীনবি।

**অনীশুবা ৱারীঃ**- নেপ্রম হাওজাও হায়বিবা নুপা অসি,মপাঙ্গল কনবতা নত্তনা শান্নবদসু লম্বা লৈতবা, লমজেল যাংবা মীশক অমসুনি। মবম অসিনা শান্নবা মতমদা মহাকপু য়াওহন্ননিংদবা মীদা অমসু ওইবম্মী। মতম অদুদা নুংঙু খুলগা লাংঙথেলগা কাংজৈ শীংনবম্মী। নুংঙুগী মীনা হাওজাও অসি শান্নবা যাম্না হৈবা মবম্না কাংজৈ শান্নবা অসিদা যাওহল্লক্তনবা,লোন্না লাংঙথেলগী মীওইশিংদা যেঙ্সাং মথেল ঙমদুনা ৱানোম্লে হাযনৈ। হাওজাও যাওদনা শান্নবদা,নাকল অনীনা পাঞ্জল কুম্থা চনবদা থোইবা শক্লবা হাযনা লেপনখি। নুংঙুগী কাংবুনা পাঞ্জল কুম্থাগী মনুংদা কুনতবেৎ থোইবক্লবদা, নেপ্রম হাওজাওবু শান্নবা যাওহনখি। হেক যাওবগা নেপ্রম হাওজাওনা, লেপ্তুনা মথং মথং পাঞ্জল কুম্থা চন্দুনা নুংঙুবু মাযথিবা পীখি।

**অহুমশুবা ৱাবীঃ** চুবাচাঁন্দ মহাবাজগী মতমদা, সাপমগী খোংনাং অচৌবা লম্পাক্তা, তেকচমগা লাংঙথেলগা খোং কাংজৈ শীংনখি। তেকচমগী মমিং লৈববা গোত্রোগা হাওজাওগা অকনবা লম্বা পাখি। গোত্রোনা হাওজাওদগী ৱাংবা চাওবা, শাংবা অমদি লমজেলদা খবা হেনতক তৌই। অসুম্না শান্নবকপদা, গোত্রোনা খবা লাকচবকপা,লমজেল হেন্দুনা পাঞ্জল চল্লমদাইদা, হাওজাওনা মাংজোং চোংদুনা গোত্রোদা চোংশিল্লকপদা, গোত্রো নেত্তুনা শিখি। অসুম্না হাওজাওগী মবিংজেল অমদি থৌদোক অদু ঙসি ফাওবা শীংথানবি।

### মোইবাংথেম থোংলেনঃ

মোইবাংথেম থোংলেন অসি, ৱাইখোংদগী শুগুনু ফাওবা লেংপোৎ পুদুনা চৎখিবা মপাঙ্গল যাম্না কনবা নিপা অমনি। মহাক অসি খুদৈ যেৎলি, হেক যেংবা মতমদা মকোক্কী মশম অদু ঙৌবোক ঙৌনা উই। মীওই চাও শাংঙি। মহাক্না 'নুংঙু অবাংবা' হাযনা ষন অসিগী মমিং থোনখি। ষণ অসি মহাক্না কৌবা মতমদা মনাক্তা লাকখি। ষণ অসি নিপা উবা যাদবা ষণনি অদুবু থোংলেনগদি যাম্না যানৈ। ষণ অসি, নুংঙুগী মীনা মাঙোন্দা শিন্নবকখিবনি। থোংলেন্না ষন অসি লাক্লবা, হোৎনবা মতমদা,অতোপ্পা ষণ মনাক্তা পুশিনবা যাখিদে অদুবু ষণ অমোম 'কোনবী' কৌবা ষণ অমদি মনাক্তা পুশিনবদা যাখি। অসুম্না ষণ অদু লার্কখি।

### মোইবাংথেম ঙাতুঃ

মমাংঙৈ, কুল্লচন্দ্র মহাবাজনা পানবা মতমদা লাংঙথেলদা লৈবম্না মহৈ-হৈবা, মাঙবা ঙম্বা, মমিংনা মোইবাংথেম ঙাতু হাযনা খঙনবা নিপা অমা লৈবম্মী।

ঙাতুগী অচানবা মহৈবোই(সেবক) অহুম লৈবম্মী। মখোযশিংদিঃ-অহানবদা,বাগজী মীৎয়েং (শগোলশেম মুনাল কৌই।) মহাক অসি পাঞ্জিগী থবক তৌই হাযদুনা মীযাম্না 'বাগজী মীৎযেং' হাযনা খঙনখি। অনীশুবদা, মোইবাংথেম চাওবেনখোম্বা অমসুং অহুমশুবদা,শগোলশেম কোমোলনি।

নোংমা,ঙাতুনা মাগী মহৈ অসি মাগী অচানবা মহৈবোইশিংদা উৎলগে খ্ দুনা মখোযশিংদু,তোঙান-তোঙান্না মযূমদা কৌদুনা ব্রা হাযবম্মী। অহানবদা মহৈবোই শগোলশেম মুনালদা ঙা চাসি, ঙা খবা থিরুসি, ইমুংদা ঙা চানবা লৈত্রে অদুনা, হযেং অঙনবদা, যূমদা লাকউ হাযনা পাও থাবম্মী। অনীশুবা মহৈবোই চাওবেনখোম্বদনা, চাক চানবা লা অমা ফাওবা লৈত্রে, লা হেক্লবা হযেং অযুক অঙনবদা চৎসি লাও হাযনা হাযবম্মী। অবোইবা ওইনা শগোলশেম কোমোলদা, শীং থীরুনা হযেং চৎসি হাযনা পাও থাখিবম্মী। ঙাতু অসি মহৈ-মশিং হৈবা, মাঙবা ঙম্বা মী ওইবতা নত্তনা, মবৌ লৈবা, মীঙোন্দা ব্রা হাযদোকন্দবা মী অমসুনি।

হাযনখিবা মতুংইন্না ঙাতুগী অচানবা মহৈবোই অহুমদু হাযবিবা নুমিৎ অসিদি মখোয অমতনা অমগী মযুমদা হৌবা চৎনবমদে। নহালমখৈদি, অমনা অমগী মযুমদা চৎনদুনা হৌনবগা ওঝাগী মনাক্তা পূন্না চৎমিন্নবনি। অসুম্না মখোয অমমমগা, ওঝা ঙাতুগা লোযননা চৎমিন্নদুনা, মাগী মাগী হাযনখিবা শিন্থাদু পাঙথোক্লগা হল্লকলম্মী। ওঝা ঙাতুগা চৎমিন্নরুবগী নুংঙাইজবদুনা, মাগী মাগী মযূমদা ইক-মাযথজবা হন্নরুই। ইক--মাযথজবা হেক লোযবগা, মখোয মশেল অমুক উন্নবগা অমনা অমদা ওঝা ঙাতুগা চৎমিন্নরুবগী পাউ তম্নে। অমনা হায, 'ঐগা চৎমিন্নৈ, অমনা ওঝাদি ঐগা চৎমিন্নরুই নঙগা কবম্বা মতমদা চৎমিন্নরুই'' অসুম্না, মখোয মশেল যেৎনবক্রুনা ওঝা ঙাতুগী নাক্তা ব্রাযঙনবা লাকলম্মী। ওঝা ঙাতুনা হাযবকই, 'নখোয অহুম্না হাযনবিবদু চুম্মী,পুংফম অমত্তা ঐনা ঐগী হকচাং অসি অহুম থোক্লা খাযদোক্লগা নখোয খুদিংমক্কা লোযনা মতম অমত্তদা চৎমিন্নৈ '। ব্রাফম অদু হাযবকপদা, অচানবা মহৈবোই অহুম অদু ঙকপগা লোযননা ওঝাবু খুকমখি।

ঙাতুগী অতোপ্পা ব্রাবী অমনা,মহাবাজ কুল্লচন্দ্রনা পানবা মতমদা থোকখিবনি হাযনৈ। মোইবাংথেম ঙাতুগী মাঙবা হৈবা,মশা তোঙান্না খাযদোকপা ঙম্বগী ব্রাবী মযাম অসি তাবদগী, মহাবাজ কুল্লচন্দ্রনা মনাইশিং থাদুনা ঙাতুবু কোনুংদা কৌখৎহল্লম্মী। কোনুংদগী নিংথৌনা থাবকপা মনাই মযামদা ঙাতুনা, 'হান্না

চৎপীবম্মো,থুনমক লাকচবগে' অসি হাযদুনা পাও পুবকপশিং অদু চৎহনখিবম্মী। মনাইশিং অদুনা কোনুংদা লাকপা মতমদা ঙাতুনা হান্না থুংলমদুনা লৈবম্বদু উবদা মনাইশিং অদু ঙক্লখি। মহারাজ কুল্লচন্দ্রনা, কবি কবি মহৈ হৈবগে হাযনা ঙাতুদা হংবদা ঙাতুনা, 'কবিসু থোযনা হৈজদে'হাযনা খুমজকই। মচিন থীবনি হাযদুনা নুমিৎ অদুদা ঙাতুবু ফাদুনা কৈশুম শঙদা থমজিনখি। ঙাতুনা কৈশুম শঙদা লৈবিঙৈদা, নুংতিগী খুকুম তোংদুনা শো লোল্লিবা কৈশুম শঙগী মপান্দা খুকুম তোংদুনা মপান থোকপা, অমুক চঙলকপা উবদা অউবশিংনা ঙক্লখি। মহাক্কী অসিগুম্বা অঙকপা পাউ অসি কোইবেং যুবরাজনা তাবদুনা, মযাম্বুং মহারাজ কুল্লচন্দ্রদা, ঙাতুবু মহাক্কা লৈমিন্নজগে হাযজবম্মী। মযাম্বুংনা যাবিবদুনা ঙাতুগা কোইবেং যুবরাজগা লৈমিন্নখি।

নোংমা যুবরাজ কোইবেংনা, ওঝা ঙাতুবু কোনুংদা উৎপা কুম্মৈ অমা যেংলুসি হাযনা হৌবম্মী। ঙাতুনা কুম্মৈ যেংবা চৎচবোই, যূমদা পোৎথাজহৌগে, যূম শো লোনশিন্দুনা মহাকপু ইমুংদা থম্বীবম্মু হাযজবদগী, যুবরাজনা ওঝা ঙাতুবু শো লোনশিল্লবা ইমুংদা থম্বীবল্লগা লেঙথোক্লুই। কুম্মৈ যেংবা লোযদুনা শঙ্গাইদা যুবরাজনা হঞ্জিল্লকপদা,ওঝা ঙাতুনা মপান্দা ইঙ্খোল কোইদুনা লৈবম্মী। যূমগী শোসু অদুম লোন্দুনা লৈবম্মী। মতৌ অসিদা যুবরাজ অমদি মীযাম্না অঙকপা অমা ওইখি। অসুম্না ওঝা ঙাতুগী অঙকপা থৌদৌ কযা অসিদগী ওঝা ঙাতুগী মফমদগী যুবরাজনা মহৈ কযা তমখি। যুবরাজ কোইবেংনা,মাঙবা অমদি লোৎপা হৈ হাযনবিবসি,ওঝা ঙাতুনা তম্বীখিবা অরোনবা মহৈ কযা অদুগী মহৈননি হাযনা অখঙ-অহৈশিংনা শোয়বি।

**বাগজি মাওঃ**

অঙনবা মতমদা লাংঙথেলদা বামোননা লাই লাৎত্রিঙৈ,ইহান হান্না মহাপ্রভু বামোন লাই লাৎখিবা মীশক অসি, বাগজি মাও হাযবিবা নুপা অসিনা অহানবনি। অহানবদা, মহাক পাঞ্জিগী থবক তৌবম্মী। কাইনথংদা লম্মোইদুনা লাইনীংবা অমা ওইখি।

বাগজি মাও অসি মচিং ফত্তবা, যাম্না শাওগনবা মীশক্লি। নোংমা মাগী লাইশঙগী থোংজিন মযাদা তোকপা(হৌদোংগুম্বা) শা অমনা অমাংবা তৌশিল্লম্মী। মহাক্লা লাইশঙ ৱাই তৈগে চঙলুবদা, অমাংবা অদু থেংনবকখি। শাওমনখিবনা,

বাগজি মাওনা লাইদা পেন্না চৈখি। লাইদি লোইনা উবা ঙম্বনি। ফত্তবা অমাংবা তৌশিল্লিবা মীশক অদু উনা-উনা, খঙনা খঙনা তৌহল্লি, লাই ওইবগা চৈবাক পীদে হাযদুনা লাই লুক্কা অমত্তা হৌখিদে। লাইসু মহাকসু পুন্না চাবা হেনমিন্নখি। পংকুই কুইদনা নোংমা,লাইমাংদা তোকপা অমা শিদুনা লৈবমখি। মদু উবদা বাগজি মাওনা, মহাক্না হযজবা, কপচবা তাবিবদুনা দণ্ডি পীববনি হাযনা লুনা নীংজখি।

অতোপ্পা ব্রাফম অমনা,খুলগী কাং চীংবদা মাগী লাই মহাপ্রভু পাযদুনা কাং মথক্তা তোংলম্মী। মীযামবুনা কাং চিংহল্লম্মী। লম্বী খক্তা চীংবদা নত্তনা, 'থেনমাং চীং' হাযনা খঙনবা খুলগী চীং অদুগী মথক্তা কাং চীংখৎহল্লম্মী। অঙম্বা চীংথক্তা কাং চীংখৎপদা, মীযাম্না অরাবা অমা ওইখি। কাংথক অদুদা মহাক্না লাই কোন্দুনা লম্মী। অঙম্বা মথক যৌবক্লবদা,'কাংগী থৌবী থাদোক্লো' হাযনা লাওদুনা থৌবি অদু থাদোকহনখি। অঙম্বা মথক অদুদগী কাং অদুনা চেন্থখিদুনা চীংখাদা লৈবা পাৎ অমদা তাশিল্লবদা, বাগজি মাও অদু কবিমত্তা অশোক-অপন থোক্লনা লাই পাযদুনা লৈবম্মী। মতৌ অসুম্না,যাম্না মথোং চাদবা লাইনীংবা অমা ওইবমখি। মগী মওং-মতৌ অসি ঙসি ফাওবা বাগজি মাও হাযদুনা খুলগী মীওইশিংনা ঙাংনবি।

**এনসেন কোবাঃ**

এনসেন কোবা অসি মবিং লুখ্রবী, তোবী কৌবী নুপী অমগী মচানি। মহাক অসি মোইবাং কংলৈবোন্দা যাওবা খম্বাগী শাযোন তৌবকপনি হাযনা মবিং চীংমী বাঙলুপ অর্মদি লাংঙথেলগী খুঙ্গাশিংনা থাজনৈ। মহাক্কী মশক-মতৌ ফজবা, মথৌনা মবিংজেল, মূক্লা,লমজেল, চেংজোং-মাংজোংদা খ্বাইদগী মীথোয-মীহেনবগীদমক মাবু কল্লক্লখি।

খুনগী লৈশাবীশিংনসু এনসেন কোববু লুনা তৌই। মীযাম্না পাম্নে। মবিংগী শা হোংবা কুম্মৌ অমা লৈ। কুম্মৌ অদুদা যাওননবা তুমুদা চৎলগা, শংপ্রেক লীক লৈনবা চৎপদা কোবসু যাওবা তাখি। কোবদি লাযববা লুখ্রবী মচা ওইবা মবম্না, শংপ্রেক লীক লৈনবা পৈশা লৈখিদে। মমান্নবশিংনা কোববু লীক লৈবা চৎপা যাওবোইদ্রা হাযনা হংবদা, কোবনা মহাক্কী পৈশা লৈতে হাযনা যাম্না নুংঙাইতনা শোনখি। মাগী লৈতবা মতৌ অদু উবদা, নুংশিবীবা খুনগী লৈশাবী মযাম্না লোন্না পৈশা খাযনদুনা কোববু চৎপা যাওহনখি। কনাগুম্বা পাখঙশিংনা লম্বীদা চানবা

চাকযোম পুদুনা লাকখি। কোবগীদি পুবকখিদে অদুবু খুলগী লৈশাবী মযাম্না কোবগীদমক খাযনদুনা চাকযোম শীন্নবকখি।

কোবনা মাগী চাকযোম পাক পুথোকখিদে। মদু উবদা, মমান্নবশিংনা কোববু চাকযোম যাওদব্রা, চাববোইদ্রা হাযনা হংলকখি। কোবনা চাগে হাযবক্কনি খন্দুনা লাপনা চৎথোক্কুনা চাখি। কোবসু খবা চৎথোক্লগা মাগী চাকযোম অদু পুথোক্কুনা চাখি। মাগী যেন্সাং মনম নমলকপদা, মনাক্তগী চৎথোক্লখিবা মযামদু চঙশিনলক্কুনা কোবগা চাক চামিন্নখি।

তুমু কৈথেল যৌবক্কুনা মহে মহে মাগী মাগী পোৎ লৈনবা চঙনখি। কোবদি পৈশা যাম্না যাওবক্তবনা খঞ্জাননা লৈবিঙৈ, লাইনা শাযোন তৌদুনা কোববু মফম অমদা পোৎ লৈনবা পুশিনবিখি। পুজবকপা পৈশা খবনা পোৎ লৈকবদা, কোবনা পুবকপা পাবোৎ-সংবাই থন্না হৈবিবকখি। পাবোৎ সংবাইদু মীনা উদনবা উবেল মনানা খুমজিনবীবকখি। লাকমিন্নবশিংনা কোবদি পৈশা যাওবক্তবনিনা উবেল মনা ঙাক্তা পুবক্কে হাযনা কবেমনবিখি। নুমিদাংদা থুংনখি। খুলগী লৈশাবী মযাম্না কোবনা লৈবকপা শংপ্রেক লীকশিংবু লীক পবেং লেংনখি। মযাম্না পুবকপগা কোবনা পুবকপগা মান্নখিদে। কোবনা পুবকপশিংনা ফজবা অমদি মশুগ লৈবা হেনখি। মবম অসিনা ঙসি ফাওবা 'লাইখুৎ' হাযনা খঙনবি। মযামদগী কোবনা হেল্লকপা অসিদা, কোববু মযাম্না হাৎনবা থৌবাং তৌবকখি। লাংঙথেলগী পাৎলৌ পাৎতা লৈ লাংসি, পৌ চিংনশি হাযনা থৌবাং তৌদুনা মাবু যাওহন্দুনা হাৎনবা লৌতুনবকখি।

খুনগী পাখং-লৈশাশিং লাংঙথেলগী পাৎলৌ পাৎতা লৈ-লাংবা লোযববদা, নিপা মখৈনা পৌ চিংনবে, নুপী মখৈনা কোযনা ফমদুনা পৌ চিংনবদু যেংদুনা লৈবি। শবৌ শিন্নখ্রবনিনা, পৌ চিংনবা মতমদা কোবগী মিচং মযামদু লোইনমক তুশিল্লি। মদুদা খুদোং চাবা লৌবদুনা, মযাম মান্নবগা এনসেন কোববু নমশিন্দুনা হাৎলম্মী। মওংদু উবদা মাবু নুংশিজবা লৈকাযগী লৈশাবীশিংদু কপ্প-লাওনবা যাওনবম্মী। নিপাশিং অদুনা, 'ব্রাযমসি কবিগুম্বা হাযদোক্লবদি নথ্রায মাংগনি' অসি হাযদুনা কিহনবদগী মহে মহে থব্রায নুংঙাইতনা মযুমদা হন্নখি। কোববু নীংজবী নুপী অমখক্তী মযাম্না হন্নখ্রবসু কপ্পুনা মফমদুদা ফমদুনা লৈহৌখি। নাকল অমদনা, কোবগী মমানা হল্লকতে হাযদুনা মচাবু থিবকখি। কনা অমত্তা খঙই, উই

হাযবকখিদে। মমৈথংদা মথন্তা কপ্পুনা লৈহৌখিবী নুপীমচা অদুগা থেংনবদগী অচুম্বা পাউ অদু খঙখি। মমা তোবীনা মচাগী মৈনা চাক্তুনা মচাগী অশিবা মশা থিবকপদা, অথাপ্পদা মচাগী মশক মাল্লবা অমনা পাৎযাইদা মশম হাৎতুনা লৈবা উখি। মমানা 'ইমাগী কোবা' হাযনা কৌকুবদা মফম খঙদনা মাঙখি। মচাগী মৈনা চাকখিবনা মমা তোবীসু মফম অদুদা থৱায থাখিবম্মী। হাযবিবা মফম অসি হৌজিক ফাওবা 'তোবী মমা মচাগী শিফম' হাযদুনা লৈবী। মফম অসিদা কনাগুম্বনা লাইওক-তিনওক তৌববদি হিংগন্দে হাযনা ঙসিফাওবা থাজনৈ।

**থাহেনঃ**

থাহেন হার্যবিবা নুপা অসি লাংঙথেলগী খুনৌ লৈকাইদা লৈবম্বা অর্মনি। মহাকপু থাহেন কৌখিবগী মবমদি, পোকপা মতমদা থা ১৫ শুবদা পোকখিবগীদমক থাহেন হাযনা খঙনখি।

**প্লেস-নেম-লেজন্দ**

মহৌশানা মফম অমা,লম অমগী মমিং অমা,কবি মবমদগী কৌনখিবনো হাযবগী মবমদা লীনবা অমদি মী ওই কাঙলুপ অদুনা থাজনবা, অচুম্বা ৱাবীনি হাযনা লৌনবা অদুবু 'প্লেস-নেম-লেজন্দ' হাযনা খঙনৈ। অযাম্বনা মখল অসিগী ৱাবীশিং অসি চীং-পাৎ,চীংদুম,তুরেল,লৌবুক-লমহাং, লম্পাক,খোং,লৈপুঙ,পুখ্রি অর্মদি শুকংনর্মচংবশিংগী মমিং থোনখিবগী চীনবুংদা লীনর্বিবা ৱাবীশিং অদুবু খঙনৈ। মখল অসিগী ৱাবীশিং অসি অতেনবা ওইবা যাই অশাংবা বাবী ওইবা যাই। লাংঙথেলদা ফঙবা ৱাবীশিংদিঃ হংঙোইপাৎকী ৱাবী,ষণথোক চীংগী ৱাবী, লানঙম চীংগী ৱাবী অসিনচিংর্বাশংনি।

**(১) হংঙোইপাৎকী ৱাবীঃ**- হংঙোইপাৎ হাযবিবা অসিদা লৈবিবা হংঙোইশিং অসি মালেম লৈশেম্বা মতমদা,ইহান হান্না শেমখিবা হংঙোই অদুনা লৈখিবা মফম অদুনি হাযনা খুল অসিগী মীওইশিংনা থাজনৈ। হংঙোই পাৎ অসিদা যাম্না খুৎকন-পাঙ্গল্লবা সলাই তবেৎকী লাইযার্মশিংনা লৈবম্মী হাযনা কিনবগা লোযননা পাৎ অসিদা কনাগুম্বা অমত্তনা কুমনবমদে। চংবা ফাওবা চঙনবমদে। পাৎ অসিগী ঈশিং অসি যাম্না লূবা অমা ওইবম্মী। মতীক-মগুণ লৈববা লাইযাম অসিবু তাম্বোক্লবগীদমক,খঙ হৈববা মাইবা তবেৎনা, মখোয মখোযগী অহৈবা শক্তি পুথোক্তুনা লাইযামশিং অসিগা লাম্থেংনবম্মী। লান অসিদা, মাইবা লুশৈ

ঙম্বা নত্তনা অতৈ মাইবা তকক্তী অতৈ লাইযামশিংগা লান শোক্রবা ঙমলমদে। মাইবা লুশৈ ঙম্বনা, কফুৎ-ঙমফুৎ নৎত্রগা থাংগাং হায়না খঙনবা লাইনা কাবকফম শীংনাংগুম্বনা পুল্লগা শেমলম্মী। অদুগা মচিন্দা মন্ত্র শোন শোন্দুনা লৈতুম থাদদুনা, মমাংঙৈগী মতমদা 'পুংযৈবোক' হায়না খঙনবা মফমদুদা লাইসি চংখি হায়নৈ। অসুম্না সলাই তবেৎকী, মগুণ লৈববা লাই মযামশিংনা তাম্বোকখিবদগী লমদম অসিগী মীওইশিংনা ঙসিদি মফমসিদা চঙথোক-চঙশিন তৌনবে। হায়বিবা পাৎ অসিদা-ঙমু, ঙাসেপ অমদি ঙাখা ফানৈ। অদুবু হায়বিবা ঙাশিংগী মনুংদা ঙাখানা নম্না ফানবম্মী। অসুম্না হঙোই পাৎকী পাৎ অসি সলাই তবেৎকী লাইযামশিংগী লৈফম ওইবম্মী হায়না ঙসি ফাওবদা ৱাবীনবি।

**ফোকটেলঃ**

ইংবাজিগী ৱাহৈ 'ফোকটেল' হায়বসিগী চপ-চাবা ৱাহন্থোক মতৈলোন্দা লৈতে। অদুবু 'ফোকটেল' হায়বা ইংবাজিগী ৱাহৈ অসিগা ঐখোয়গী 'ফুঙ্গা ৱাবী' সিগা মান্ননা লৌনৈ। অঙনবা মতমদা মথক থোংবশিং,অহল-লমনর্শিংনা মচা মশু ওইবশিংদা ফুঙ্গা মনাক্তা ফমদুনা লীবা ৱাবী ওই হায়বগীদমক 'ফুঙ্গা ৱাবী' হায়না কৌনখিবনি হায়না থাজনৈ। ঙসিদি মওং অসিগী ৱাবী অসি, ফুঙ্গা মনাক্তা ফমদুনা লীনদ্রগসু 'ফুঙ্গা ৱাবী' হায়না অদুম খঙনবে। লাংঙথেল খুলদসু অদুমক হায়নবে।

লমদম অসিগী মশক নাইববা পণ্ডিৎ ওইনাম ভোগেশ্বরনা ফুঙ্গা ৱাবীগী মতাংদা অসুম্না হায়,

**মনেম-মবেল,মপূ কয়ানা ঘূমযাইদা লৈবা ফুঙ্গাগী অকোয়বদা, অঙাংশিংবু ইকোয় কোয়না ফমহল্লগা, ৱাবীশিং অদু অঙাংশিংদা তাহল্লি। মনেম-মবেল ওইবীশিং অদুনা, মাঙদা শিন্নাই তবেং থাবগা, অকাপ্পা লশিংগী মোইথাপ অতাবা অদু ওইনচিং, য়েৎনা তবেং মখুৎ লৈবগা, মোইথাপ নাইনা নাইনা নোক্লিংবা,কপ্লিংবা, অকিবা অমদি লৌশিং তান্নবগী মখল কয়াগী ৱাবী কয়া লীবি। অসিগুম্বা ৱাবীবু ফুঙ্গা ৱাবী হায়না হৌজিক ফাওবা খঙনবি।**

ফুঙ্গা ৱাবী অসি, মীওইবনা ৱাখলনা শাগৎপা, অয়াম্বনা ৱাবেংগী ওইবা ৱাবীশিং অদুনি হায়না হায়। ৱাফম অসিবু শৌগৎলদুনা William R Bascom না অসুম্না হায়ঃ-

Folktales are prose narratives which are regarded as fiction

ফোকটেল হায়বসি ৱাখলনা শাগৎপা, ধর্ম্মগা মবি লৈনদবা ৱাবীশিং অদুনি। মখোযশিং অসি চীনবুংদা লীনবা অতেনবা ৱাবীশিংনি। মখোযশিং অসিনা মীওই কাঙলুপ অদুগী মশক তাকই, মহৌশাগা মান্নদবা কযা লীদুনা অতাবা মীশিংবু নুংঙাইহল্লি। ৱাফম অসিবু শৌগৎলদুনা Levette J Davidson না অসুম্না মোত পীবি,

> Folktales are the secular, non-religious fictional narratives or short stories that circulate orally,illustrating the nature of everyday life or recounting the unusual with entertainment the primary purpose

ফুঙ্গা ৱাবী অসি মহৌশাদগী হৌনা চীনবুংদা লীনবক্লবা, ৱাখলনা শাগৎপা ৱাবীশিংনি। অহল ওইববা নিপা অমদি নুপীশিংনা, অঙাংশিংদা লীনবা ৱাবীনি। ৱাফম অসিবু শৌগৎলদুনা P Goswami না অসুম্না হায,

> *it is a traditional fictional story told by old men and women to children*

অসুম্না ফোকলোবিষ্টশিংনা মাগী মাগী ওইবা ৱাফমশিং ফোঙদোক্লে। ফোকটেল অযাম্বনা, 'থাযনা থাযনা মমাংঙৈদা ' হাযনা হৌবগা অবোযবদা 'মতৌ অসুম তৌদুনা নুংঙাইনা পানখিযে' অসি হাযনা লোইশিনবা চৎনৈ। ৱাফম অসিমক লাংঙথেলদা ফঙলিবা ফুঙ্গা ৱাবীশিংদসু থেংনৈ। লাংঙথেলদা ফঙলিবা ফুঙ্গা ৱাবীশিং অসি হীবম অমদি ৱাবীগী পবিংদা যেংলগা ফোকলোব নৈনবোলগী পাম্বৈশিং শীজিন্নদুনা মখল মঙাথোক্না খাযদোকপা যাই। মখোযশিং অদুদি যাদু মন্ত্রগী ফুঙ্গা ৱাবী, ফাগী-জুগাইগী ফুঙ্গা ৱাবী, লৌনম-নমথাক্কী ফুঙ্গা ৱাবী, শা, ঙা, উচেক্কী ফুঙ্গাগা ৱাবী অমসুং পাওবৌ-পাওতাক্কী ফুঙ্গা ৱাবী অসিনি।

## যাদু মন্ত্রগী ফুঙ্গা ৱাবীঃ

লাংঙথেলদা, যাদু মন্ত্রগী ওইবা ফুঙ্গা ৱাবী লীনৈ। লীনবিবা যাদু মন্ত্রগী ওইবা ফুঙ্গা ৱাবী অসিগা, ইংবাজীগী 'মেজিক টেল' নৎত্রগা 'ৱান্দব টেল' নৎত্রগা 'ফেবি টেল' নৎত্রগা 'হীবো টেল' অসিগা মান্ননা লৌবা যাই। মখল অসিগী ৱাবীশিং অসি পূক্লিং-ৱাখলগা (কল্পনাগগী ওইবা মতৌ) শাগোন্নদুনা লৈ। অসিগুম্বা মখলগী ৱাবীশিং অসিদা অযাম্বনা, তাইবঙ মীগী তৌবা ঙম্বগী ৱাংমদা লৈবা ওইগল্লি।

খুদম ওইনা-(১) য়োং ওনবা,মী ওনবা পুখ্রি (২) কতনগী ৱাবী (৩) শন্দ্রেম্বী-চাইশ্রা অমদি (৪)লুখ্রাবী মচা চন্দ্রকংনালগী ৱাবী অসিনচিংবশিংসি পনবা যাই।

## য়োং ওনবা, মী ওনবা পুখ্রিঃ

মমাংঙৈ অঙনবা মতমদা, পদমনভা কৌবা নিংথৌ মচা অমগা সুবঞ্জয কৌবা মন্ত্রি মচা অমগা মখোয অনীসি মাগী মাগী তম্লিবা মহৈশিংদু তম্বা লোযবদুনা লমকোযবা চৎনবা থৌবাং তৌবম্মী। মখোযনা লমকোযবা চৎপা মতমদা, সনা-লুপা অমা ফাওবা পুবমদে, মশা ঙাক্তা চৎলম্মী। সুবঞ্জয, যাম্না হৈশিংবা, মথৌনা মবৌশিং লৈবা মন্ত্রি মচানি। নোংমদি,পদমনভা অমদি সুবঞ্জয মখোয অনীনা মফম অমদগী মফম অমদা অসুম অসুম কোযদুনা লাকপনা, লাংঙাথেল হাযবিবা খুল অসিগী মযা যৌবকপদা, মখোয অনী অসি মাইকৈ খাযদোক্লদুনা তোঙান-তোঙান্না চৎনবম্মী। নিংথৌ মচানা মাইকৈ অমদা,মন্ত্রিমচানা লাংঙথেললোমদা চৎলম্মী। মন্ত্রি মচানা লাংঙথেলদা চঙলকপা মতমদা, খুল অসিদা লৈবিবা যুম খুদিংমক থোং থোংনাও খুদিংমক হাংদুনা মী লৈবগী মওং-মতৌ গুম যুম খুদিংমক লোযনা লৈবম্মী। অদুবু কনা গুম্বা মীওই অমফাওবা উবা ফংলমদে। মহাক্না অসুম লাকপনা, লাংঙথেলগী অঙোম পোকপা পাৎ (থম্না পোকপী) অসিগী মনাক্তা হৌবা উ পাম্বী অমগী মখোংদা পোথাদুনা,পাৎ অদুদা শাৎলম্বা থম্বালশিংদু য়েংদুনা লৈবম্মী। ঙাইহাক্কী মনুংদা, মহাক্না ফম্লিবা মফমদুগী নোংচুপ থংবা মাইকৈদগী অমংবা নোংগুম খাক-লাওদুনা মখোল অমা তাবকখি। মন্ত্রি মচা অদুনা,পাৎতুদা কুমথদুনা হৌবিবা থম্বাল মবক্তা লোৎতুনা লৈবম্মী। ঙাইহাক্কী মনুংদা, মশম-মনা শাংবা,য়েংবদা অকিবগী মশক ওইববী হিংচাবী অমা ঙংদুনা চাউববা শামু অমগা লোযননা মফম অদুদা যৌবক্লম্মী। হিংচাবী অদুনা থুনমক মনাক্তা হৌবিবা উ পাম্বী অমগী মথক্তা কাখৎলগা পুন্দুনা লৈবম্বা য়োং অমা পুথবক্লম্মী। পংলাপ লাপ্তুনা,মনাক অদুদা লৈবা পুখ্রি (মী ওনবা পুখ্রি)অমদা চংদুনা উনা অমা লৌবগা পুখ্রি অদুদগী ঈশিং লৌদুনা য়োং অদুদা চাইশিনবদা, মশক মতৌ ফজববী নুপীমচা অমা ওলহল্লে। হিংচাবী অদুনা, নুপীমচা অদুনা চাবা যাবা পোৎ-চৈ খবা পুবক্তুনা চাহল্লম্মী অদুগা হিংচাবী অদুনা মহাক্না পুবকপা শামু অদু চাবম্মী।

মথংগী নুমিৎতা, হিংচাবী অদুনা মচিঞ্জাক থিবা চৎলমদাইদা, লাংঙথেলগী ঙাতেনশোযদা লৈবা পুখ্রি (য়োং ওনবা পুখ্রি) মচা অদুগী মনাক্তা নুপীমচা অদু

পুবক্কুনা পুখ্রি অদুগী ঈশিং খবা চাইশিনখি। ঈশিং চাইশিনবা মতমদা, নুপী মচা অদু খুদক্তা যোং ওল্লকখি। যোং ওল্লবা নুপীমচা অদু হান্নগুম উ পাম্বী অদুগী মথক্তা পুনশিন্দুনা থমলল্লগা হিংচাবী অদু মচিঞ্জাক থিবা চৎখিবন্মী। ঙাইহাক লৈবগা হিংচাবী অদু অমুক হল্লক্লন্মী। মহাক্লা অচৌবা শা অমা অমুক মচিঞ্জাক ওইনবা পুবকলন্মী। উথক্তা কাখৎতুনা, যোং অদু অমুক পুথবক্লগা, মী ওনবা ঈশিং চাইশিনদুনা মী ওলহল্লন্মী। অশুম্না অহিং অমা অমুক হৌখিবন্মী। পূম্নমক অসি মন্ত্রি মচা অদুনা লোন্না খুদিংমক উবন্মী।

হুম্লিশুবা নুমিৎতা, হিংচাবী অদুনা মচিঞ্জাক থিবা চৎখ্রবা মতুংদা মন্ত্রি মচা অদুনা থম্বাল মবক্তা লোৎলুবদগী থোকলক্লগা,উথক্তা পুল্লিবা যোং অদু পুথবক্কুনা হিংচাবী অদুনা তৌখিবগুম, মী ওনবা ঈশিং লৌকদুনা চাইশিনখি। যোং অদুনা নুপীমচা অমা ওল্লক্লবদা, মন্ত্রি মচা অদুনা হিংচাবী অদুগী মবম অমদি মহাক্লা কবম্না মফম অসিদা লৈবৰ্খিবনো হাযবনচিংবগী মবমদা হংখি। খুন্দ অদুগী মীশিং অমদি শা-ষণশিং লোযনমক হিংচবী অসিনা চাখ্রে, মহাক্তংদি হিংচাবী অসিগী মতেঙ পাংনবা মফম অসিদা থল্লিবনি হাযনা নুপীমচা অসিনা তমলকখি। হিংচাবী অসি থুনমক লাক্লগনি, মহাক লাক্লবদি অৱাফমদা তাবগনি অদুনা মহাকপু থুনমক যোং ওলহনবীবো,মহাকসু মফম অদু থাদোক্কুনা থুনমক হনখ্রো হাযনা মথ্বায ৱানা নুপীমচা অদুনা হাযবকখি। মন্ত্রি মচা অদুনা নুপীমচা অদুদা,'কবিমতা কিগনু, মহাকপু হিংচাবী অদুগী মখুৎতগী কনগনি' অসি হাযনা থেমজিনবীবন্মী। মন্ত্রি মচা অদুনা মখা তানা নুপীমচা অদুদা হাযবন্মী, "নহাক মুন্না তাও। হিংচাবী অদুনা চৎলমদাইদা নহাক কপশিন্নবো,হিংচাবী অদুনা নহাক্লা কপ্পগী মবম হঙলক্লবদা,ইবেননা কবিগুম্বা শিখিবা থোক্লবদি,ঐদি কনাগা লৈহৌগনি ' মসিগী থল্লুবদা কপ্লিবনি। ইবেন শিদে হাযবসি কবম্না খঙগনি' ইবেন্না অমুক্তা তাকপীবম্মু, অসি হাযনা হংঙু।" মন্ত্রি মচানা নুপী মচা অদুগা ৱা কযা তান্নববা মতুংদা যোং ওনবা ঈশিং খিক্লগা যোং ওলহন্দুনা হান্নগুম উথক্তা পূন্দুনা থমখি। মহাক্লা অমুক হান্নগী লোৎফমদা লোৎতুনা লৈখি।

মতম খবগী মনুংদা হিংচাবী অদু ঙঙদুনা পাইবক্লন্মী। হিংচাবী অদুনা উথক্তগী যোং অদু লৌথবগা মী ওলহনখি। যোং অদুনা নুপী মচা অমা হেক ওল্লকপদা. নুপী মচা অদুনা কপলক্লন্মী। হিংচাবী অদুনা কবিগী কপ্লিবনো হংলকপদা, মবমশিং খঙলদুনা হিংচাবী অদুনা খুমলক্লন্মী, 'ঐদি কনাগুম্বা অমত্তনা হাৎপা ঙম্লোই,

শিবসু শিবোই। নহাক্না ঐবু শিবে, শিদে খঙগে হায়ববদি উ পাম্বী অসিগী মখোংগী লৈবাক মনুংদা তৌথবগা যেংঙু, তুম্বা অমদি লিকং তেন লৈবমগনি। তুম্বা অসিনা ঐগী কোক্নি, লিকং তেন অসিনা ঐগী খোং-খুৎ অমদি খ্বাংনি। অহুম অসিনা, কাযদ্রিবা, তেকত্রিবা মখৈ ( তুম্বা কাযদ্রিবা, লিকং তেকত্রিবা মখৈ)ঐহাক কবিমতা শিবোই। ঈ থোক্লবসু অদুমক ফজখিনি, মথন্তা খকচখিগনি। অদুবু,কবিগুম্বা ঈ থোক্নিবা মফম অদুদা উৎ হৈজিল্লবদি,অমুক হন্না শমজিন্নবা যাবোই।' অসুম্না খঙহনখি। মথংগী নুমিৎতা,হীংচাবী অদুনা নুমিৎ খুদিংগী উৎলম্বা, তৌবম্বা মতৌশিং তৌদুনা নুপীমচা অদু যোং ওলহল্লন্নগা চৎখি। মহাক্না হেক চৎখিবগা, লোৎতুনা লৈবম্বা মন্ত্রি মচা অদুনা থোকলক্তুনা থুনমক যোং অদু লৌথবম্মী। মী ওনবা পুখ্রিগী ঈশিং লৌকদুনা মী ওলহল্লবা মতুংদা, নুপী মচা অদুগা লোযননা উ পাম্বী অদুগী মখোং থুনমক তৌথোক্নুনা তুম্বা অমদি লীকং তেন লৌথোলম্মী। মন্ত্রি মচা অদুনা তুম্বা অদু হান্না থুগাযবম্মী। তুম্বা অদু থুগাযবা মতমদা হিংচাবী অদুগী মকোক কাযবম্মী। মথংদা লীকংদু থুদেকলম্মী। লীকং অদু থুদেকপা মতমদা হিংচাবীগী মখ্বাং তেকলম্মী। মহাক্না খঙলদুনা মাইকৈ অদোমদা যাম্না ৱানা পাইবকলম্মী। তেক্লবা লীকং অদু ঈ থোকলম্মী, ঈ অদুনা লীকং অদু মতোমতা শমজিনবা হৌবকপদা, হিংচাবী অদুনা নুপীমচাদা তাকলম্বা মতুংইন্না, চাক থোংবগী উৎ লৌকবগা ঈ অদুদা চাইশিনবদা ঈ থোকপা অমদি শমজিনবা লেপখিবম্মী। ঈ খকখিবা অমদি শমজিনবা ঙমদবদগী, হিংচাবী অদু মফম অদু যৌবকপা ঙমদনা মখ্বাং তৎলদুনা শিখিবম্মী।

অসুম্না হিংচাবী অদু মন্ত্রি মচা অমদি নুপী মচা অনীনা হাৎখিবম্মী। মতম শাংনা ৱাবম্লবা নুপীমচা অদু মন্ত্রি মচা অদুনা মতৌ অসুম্না কনবিখি। হৌজিকসু যোং ওনবা অমদি মী ওনবা পুখ্রি অসি লাংঙথেলদা লৈবি। খুনগী মীওইশিংনা যাম্না লুনা অমদি কিনা থাজনবি।

**কতনগী ৱাবীঃ**

থাযনা মমাংঙৈদা, লুখ্রাবী মমা-মচা অমা লৈবম্মী। লুখ্রবীগী মচা নুপা অদু যাম্না তনবা অমা ওইবম্মী। নোংমদি, মচা নুপা অদুনা মমাদা 'চাক চাবগে' হাযবম্মী। মদুদা মমানা অসুম্না খুমলকলম্মী, 'নঙদি তনবনিনা,চাক্না অমত্তা চাকনু' অসুম্না মমা মচা মতম অযাম্বদা খৎনবম্মী। মচা নুপা অসি যূমদা ঙাইহাক্তা

নৈগন্দে, কোযনা চৎকনবদগী লম্বীদা তাবম্বা পোৎ কযা খুন্দুনা মযূমদা পুবক্লম্মী। নোংমদি লিন অশিবা অমা তাবমদুনা খুল্লগা পুবকলম্মী। খুল্লকলিবা লিন অদু যূমথক্তা লংখৎতুনা থমলম্মী। ক্বাক অমনা লীন অদু উবদা, মহাক্না হান্না উমদুনা পুবকপা খুদোপ অমা যুমথক অদুদা ওথোক্তুনা থম্লগা অশিবা লিন অদু চেনখিবম্মী। ক্বাক্না পুবকপা খুদোপ অদু লুখ্রবী মচা কতন অদুনা থেংনদুনা লৌশিল্লম্মী। খুদোপ অসি নিংথৌগী মাংখ্রবা খুদোপ ওইবম্মী। পাও অসি তাবদুনা লুখ্রাবি মচা অসিনা খুদোপ অসি নিংথৌদা পীকনবা শিন্নবম্মী। নিংথৌনা মাগী খুদোপ ফঙলবদা পেনবিবদুনা কবি পাম্বগে হঙলুবদা অপাম্বা কবিমত্তা হাযজবোই হাযবম্মী। অসুম্না মতম খবা লৈববা মতুংদা, নোংমদি লুখ্রাবী মচা অদুনা তুবেলদা ইকজবা চৎলম্মী। ইকজনবগীদমক তুবেলদা কুমথবা মতমদা, ঈশিংদা থম্বাল অমা তাওথবা উবম্মী। তাওথবল্লিবা থম্বাল অদু লৌখৎলগা মযূমদা পুবগা লাকপা মতমদা, লম্বীদা নিপা অমনা লৌজবগে হাযবকই। লুখ্রাবী মচা অদুনা যাখিদে। নিপা অমদুনা অমুক থম্বাল অদু মহাক্কী থেঙ্গু যাইওইবা অমগা ওন্নবসি হাযবক্লবদা লুখ্রাবী মচা অদুনা যাখি। লুখ্রাবী মচা অদুনা থেঙ্গু যাইওইবা অদু পুদুনা মযূমদা লাক্লম্মী। থেঙ্গু যাই ওইবা অসি লৈববনিনা, নিংথৌ মচানুপী অদু মাগী ওইনবা হাযকবা যাবগনি নীংলদুনা, মমা লুখ্রাবীদা নিংথৌগী মনাক্তা চৎলগা, মচানুপীবু লুহোংবীনবা হাযবীযু হাযজবম্মী। মদুদা মমা লুখ্রাবীনা হাযবম্মী, 'অসুক লাযববা তল্লবা নঙনা কবম্না নিংথৌগী মচানুপীবু থমগদৌবিবনো?' মচা নিপানা, হাযর্দদি হার্যবিযু হাযনা কন্না মমা লুখ্রাবীদা তকশিনবদগী, নিংথৌগী মচা নুপীবু মমৌ ওইনবা হাযবা চৎলম্মী।

লুখ্রাবী অদুনা নিংথৌগীদা লাকপা উবদা নিংথৌনা কবি মবমগী লাকপনো হংলক্লম্মী। লুখ্রাবী মমানা, নিংথৌগী মচানুপীবু মহাক্কী মমৌ ওইজগে হাযনা হাযজবম্মী। ৱাযমদু তাবদা নিংথৌনা যাম্না শাওখি অমদি মনাইশিংদা লুখ্রাবী মমা অদু ফুদুনা তান্থোকখিনবা হাযখি। নিংথৌগী মনাই মযাম্না ফুদুনা লুখ্রাবী নুপী অদু তান্থোকখিবম্মী। মীযাম্না ফুবদগী, চিনবানদা ঈ থোক্লা শোক্লবী লুখ্রাবী মমা মযূমদা হল্লক্লম্মী। মমানা চিনবানদা ঙাংশং ঙাংনা ঈ থোক্লা লাকপসি, মচা নিপা কতননা উবদা, মমানা হাযনকবদা যাবিবক্তুনা হবাওবদগী ক্বা চাবদা চিনবান ঙাংবনি হাযনা লৌবম্মী। নকশিল্লক্লবদা মমাগী চিনবান শোকপা উবকখি, মদু উবদা যাম্না নুংঙাইখিদে। অবোযবা ওইনা নিংথৌদা অমুক্তগা হাযবীক হাযনা লুখ্রাবী মচা নিপানা মমাদা হাযবকলম্মী। মমানা অমুক হন্না নিংথৌদা চৎলগা মচানুপীবু পীবীনবা

হাযজবম্মী। লুখ্রাবী মমা মচানা ,নিংথৌগী মাঙলুববা খুদোপ পীদুনা লাকখিবনিনা,হন্দক্তী নিংথৌ অসি ৱাখল অমা লাকলম্মী। মহাক্কী মচা নিপা অসি কযাম্না মথৌনা লৈবা মীশক্লো হাযনা খল্লম্মী। মবম অদুনা লুখ্রাবী মমা অদুদা অসুম্না হাযবম্মী,'ইচানুপীবু নমৌ ওইবা পাম্লবদি, সনানা ইংগ্রি শিংপা, লুপানা পাম্বৈ ওইগদবনি,মদু ঙস্না থোক্লবদি ইচানুপী অসি পীগনি।'লুখ্রাবী মমানা মযূমদা হল্লক্লগা মচা নিপাদা পাও তমলম্মী। ৱা পূম্নমক তাববা মতুংদা, লুখ্রাবী মচা অদুনা ম্যাগী থেঙ্গু যাইওইবা অদুনা অপাম্বা অদু থোকউ হাযনা হন্দুনা থোকহল্লম্মী।

অসুম্না,লুখ্রাবী মচা কতন অদুনা নিংথৌগী মচানুপীবু মাগী থেঙ্গু যাইওইবগী মতেংনা লুহোংদুনা লৌখিবম্মী।

## ফাগী-জুগাযগী ওইবা ৱাবীঃ

মখল অসিগী ফুঙ্গা ৱাবী অসি ইংবাজীগী Humorous tale নত্রগা Jokes tale হাযবসিগা মান্ননা লৌবা যাই। মখল অসিগী ফুঙ্গা ৱাবীশিংদা নোক্লিংবা মচাক নৎত্রগা থৌদোকশিং মহৌশ্যানা শাগোন্নৈ। ৱাবী অসিদা যাওবিবা চবিত্রশিং হাযবদি মী,শা,ঙা,উচেক-নচিংবশিংগী মতৌ অদুদা নোক্লিংবা পোকপা মহৌশানা ওইগল্লি। নোক্লিংবা পোকহল্লিবা অসিগী মরুওইবা মচাক্তী-অশিংবা অমসুং অপঙবা অনীগী খেন্নবা মতৌ, অপঙবগী মতৌ, লৌনম নমথাক্কী মতৌ অসিনা মরুওইর্বনি। লাংঙথেলদা মখলশিং অসিগী ফুঙ্গা ৱাবীশিং মবাঙ কাযনা ফংই। মখোযশিং অদুদিঃ-(১) নীংঙোল মৱা অপঙ (২)অপঙ থুমলোৎপা (৩) পান থাবা অসিনচিংবনি।

### (১) নীংঙোল মৱা অপঙ ঃ

থাযনা মমাংঙৈদা লুখ্রাবী অমগী মচা নিপা অমা লৈবম্মী। নোংমদি, লুখ্রাবী মচা নিপা অদুনা মমাদা হাযবম্মী, 'ইমা ঐখোযগী মখা থংবগী খুবা চাওবগী মচা নুপী অদু মাগী বব যাম্না খল্লি। মহাক্লা লৈগদবা নিপাদি মকুদুগা মমা ওইগদৌবিবা অনীদু থবক শুমিন্নবদা মকুবোক্লা শাওবগা মমাক্কী মীনাই ওইবা হাযনা তায অদুনা নুপী অসি লৌনবা হাযবীরু' হাযজবম্মী। লুখ্রাবী মমানা মচাগীদমক মৌ হাযবা লাকলম্মী। চাওবনা লুখ্রাবী নুপী অদুদা লাকপগী মবম হংলম্মী। মবম পূম্নমক তাববা মতুংদা, চাওবনা নোং হেক ঙানবদা মচা থাবকউ হাযদুনা যানবম্মী।

নোং ঙানফুং-ঙানফুং তৌবকপদা লুখ্রাবী মচানা লাক্কুনা মকুবোকপু খুকুমলম্মী। মকুবোক্না মাগী মচানুপীগী মপুবোইবা ওইগনি হাযবিবসি যাত্রা হায়না হংলম্মী। মদুদা য়াজবে হায়না খুমলম্মী। ফবে অদুদি, মখা থংবগী লৌবুক্তা থবক শুকসি, যোৎ পাযবো হাযদুনা পাযহল্লগা মচানুপীদা তুমিন্না ব্রা মেল্লম্মী। 'ইবেম্মা শবেং লৈককচো অদুগা ফজনা থোংলগা তেঙ্গোৎ থন্না হাপ্পগা চাক্না চদুম অহুমখক হাপ্পগা হোবেন থবক ব্রানা শুকবগা হল্লকপা মতমদা চাবীবো হায়দুনা পীজৌ।' অসুম্না মচানুপীদা হাযবল্লগা লৌবুক্তা থবক শুবা চৎখিবম্মী। মখোয অনীনা লৌখোং তৌকবদা ব্রামনখিদুনা নুমিৎ চাযথবকপা মতমদুদা হল্লক্লম্মী। মকুবোক্তি মফম অমদা থৈদুনা লৈখিবম্মী। মপুবোইবা ওইগদৌবিবা অপঙবা লাকপা উবদা, মচানুপীদুনা ঈকুজবিবো, খুদৈ হোংদোকপীবো হাযদুনা পীবে। ইকুজবা লোযববদা, খুদৈ হোংদোক্লগা চাক পীজবম্মী। চাক চাগে হাযনা হাংদোক্লবা মতমদা চাক চদুম অহুমখক ওইবম্বদা শাওমনখিদুনা চাক চাদনা থনলমলগা মযূমদা চৎতুনা চাকবগা অমুক হল্লকখি। মকুবোক উবদা শাওবম্মী। মকুবোক্না হাযবম্মী, 'ইচা নুপী লৌবা যাদে, হাযনখিবা মতুং ইন্না ঐগী মীনাই ওইবা তাবে।' ব্রাফম অসি তাববদা, মমা লুখ্রাবীনা অপঙগী মমান্নবা লুইতাশিংদা তমলুই।

লুইতাশিংনা লাক্কুনা মকুবোক্তা খুকৈল্লে। অপঙবদা হংখিবা ব্রাহংগা চপ মান্ননা লুইতাশিংদা হংলম্মী। যানবগী মতুংইন্না থবক শুবা চৎলম্মী। মকুবোক্না মচা নুপীদা ব্রা মেলম্মী মদুদি 'হন্দক্কী মী অসিনা খবা শিংনা উই, খবা হৈনা তৌবকউ'। অসুম্না ব্রা মেন্নববা মতুংদা থবক শুবা চৎখিবম্মী। লুইতাশিংগা মকুবোক্কা থবক শুমিন্নবকপদা মকুবোক অদু মতুং ইনবা ঙমলকখিদে অদুবু হাযনখিবা ব্রাগী মতুংইন্না ব্রায হাযকুবর্গদি মাগী মীনাই ওইবা তাবে খন্দুনা ব্রাববসু ব্রায হাযদনা, থবক কন্না শুনবম্মী। থবক শুবা লেপ্পবা মকুবোক্না লৌশিং তৌদুনা, 'চাক লাপ্লে চাকবসি' হাযনা পোৎথাবা যানবা শিল্লম্মী। লুইতাশিংনা থবক তৌবকপদা কাপ সিমতংদা, খুদুপ সিমতংগা হাযনা লেপ্তুনবা হাযদুনা কন্না শুবম্মী। মকুবোক্না থম্মোযদা শাওই, মপান্দদি শাওবা মালহন্দনা অনীমক যূম তান্না লাকলম্মী। চাক চাবগী মতাং যৌবক্লবদা, মপানা হান্না হাযখিবদুগা চপ মান্ননা চদুম অহুমখক্তেমক থৌবাং তৌহনখ্রে। লুইতাশিংনা ঙা থোংবদু লোয়না চাথোক্লগা চাক চদুম অহুমগী মনুংদা অমা লৌবগা মতেক অমা চাগে হাযদুনা চাবগা থমলে। নুপী অদুনা, 'কবিগী চাক চদুম অহুমসি চাবা ঙমদ্রিবনো' হংবা মতমদা লুইতাশিংনা

খুমলকই,'মসিদি অনাবগী চাক্লি,ঐনা চাবা যাবোই। ৱাফম অসি নুপী অসিনা মপাবুংদা তমলম্মী। মকুবোক্লা নিপা অসি য়াম্না শিংদৌবি হাযদুনা মথংগী নুমিৎতা লৌ খোইকসি হাযবম্মী। লৌ খাওবদা মাগী থাঙ্গোল মী যাওদ্রবসু মথন্তা খাওবনি হাযবা অমা পীদুনা থাবম্মী। লুইতাশিংনা,থাঙ্গোলদু লৌবক্তা লৌ খাওকবো হাযদুনা লংশিল্লগা হাবুং অমদা তুমদুনা লৈবম্মী। মকুবোক্ল হল্লকমনদে হাযদুনা থিবকপদা, লৌ খাওদনা তুমদুনা লৈবমখি। থাঙ্গোল অদুনা লৌবক্তা কবিমত্তা তৌদনা তাদুনা লৈবমখি। মকুবোক্লা লুইতাশিংবু হৌদোক্লগা লৌ কবিগী খাওবমদ্রিবনো হাযনা হঙলম্মী। লুইতাশিংনা, ইকুবোক্লা থাঙ্গোলসি মথন্তা খাওবনি হাযবদুদা, খাওবো হাযদুনা লংথোক্লুনা থম্বনি। মানা খাওবা ঙমলোই হাযবগদি ঐনা খাওগনিদনা হাযনা শাওনা থাঙ্গোল অদুদা চৈবম্মী। মকুবোক্লা ঙসাই হাযখিবা ৱা অদু শোযবে, থাঙ্গোলগী মবাল নত্তে হাযদুনা মযূমদা লাকমিন্নবম্মী। লুইতাশিং অসি যাম্না শিংদৌবি হাযনা ৱাখল তৌদুনা মকুবোক্লা লৈখিবম্মী।

মথংগী নুমিৎতা মকুবোক্লা, শা তাল্লুসি চাকযোম হাপচিল্লো অদুগা হুই শা ও হাযদুনা শাহল্লগা মথক্তা মহাক্লা মথক্তা তোংদুনা লাকলম্মী। লম্বীদা মকুবোক্লা, 'অবাংবী অবাংবী ' হাযনা কৌবকপদা লুইতাশিংনা 'গৌ গৌ' হাযনা খুমলকলম্মী। 'অবাংবী,ঐ ঈশিং শোক্লুখিগে' হাযনা ঈশিং শোকপা চৎখ্রিঙৈদা মমাক নিপা লুইতাশিংনা চাকযোম অদু লোযনা হাংদুনা চাথোকলম্মী। মকুনা লাক্লগা হংবদা, 'ইকুবোক হুই হাযবসিদি, মপুনা থাবগা চাবা,থাদ্রগা তোকপা অদুনা ফংলিঙৈদা চাথোকপনি।' অসি হাযনা খুমলম্মী। চাক লোযনা চাখ্রবনিনা, মকুবোক অদু লাম্বনা যাম্না ৱানা খাঙলম্মী। হযেং অমুক ঙন্না চৎতবা যাদে হাযদুনা যুমদা অমুক হল্লক্লে। নোংঙাল্লগা মকুবোক্লা মনাক্তা চাকযোম যোম্বা লোইবে,শা তানবা চৎলসি হাযবকপদা মমাকনিপা অদুনা ইকুবোক ঙর্সিদি হুই শাবিবো হাযদুনা শাহল্লগা মথক্তা তোংদুনা 'অবাংবী অবাংবী 'হাযবকপদা মকুবোক্লা 'গৌ গৌ 'হাযদুনা খোংলগা লাকলম্মী। মকুবোকপু লাক্লবা যাবমখে লাক্ল বগা,চাকযোমসু লুইতাশিংনা লোযনা চাথোক্লগা মযূমদা অমুক পুদুনা লাকলম্মী। মকুবোক্লা অঙাংসি যাম্না শিংঙি হাযনা খলম্মী।

মথংগী নুমিৎতা, মকুবোক্লা শজিক ফাল্লুসি হাযদুনা পোল্লাং অচৌবা অমা পাযদুনা লাক্লগা শজিক ফানমিন্নবম্মী। মকুবোক্লা পোলাং মনুংদা শজিক থন্না হাপ্লগা থমলম্বদু উবদা মমাক লুইতাশিংনা তাঞ্জা যেংলগা পোলাং মনুংদা চংদুনা লৈবম্মী।

মকুবোক্লা মমাকপু উবকত্রবদা,কোন্না লাকচবগনি চৎলগে হাযদুনা পোলাংদু থাংগৎপদা যাম্না লুপ্লম্মী। শজিক য়ান্বনা লুপ্বনি, লূমলবসু লূম্না পুবগে হাযদুনা পুবগা লাকলম্মী। পোলাং অদু শঙ্গোলদা থাদুনা থমলম্মী। তাঞ্জা যেংলগা, মমাক লুইতাশিং পোলাং মনুংদগী থোকলক্লম্মী। খবা লৈবগা অমুক শজিক ফানবা চৎলুসি হাযদুনা মকু-মমাক চৎমিন্নবম্মী। মানা মানা ফানগদবা ফান্নবে। মপোৎ ফানববা মতমদা মকুনা ঙসিদি মহাক্কী শজিক থুমোক মনুংদা মকুবোক্লা চংখিবদু উহৌবদগী লাক্লবগে খন্দুনা শজিক হেন্না মথক্তা হাপচিন্দুনা মখোংনা নমশিন্দুনা কাখৎলগা শুজিল্লম্মী। মনুংদা লৈবিবা মকুবোক অদু মশা তেক্তুনা মনুংদা অৱাবা অর্মদি অনাবা খাঙদুনা লৈবম্মী। অসুম্না পুবক্তুনা থুমোক অদু ষণগোন্দা দম লাওনা অমুক থাদবম্মী। থাদবা অদুদা মকুবোক অদু থুমোক মনুংদা মখ্বাং থুদেকপীবম্মী। চৈনাখোল খাংবা ঙমলক্তবদগী থুমোক মনুংদগী থোকলক্তুনা হাযবকই,'নঙনা ঐগী ইচানুপী লৌবা মতীক চায, ইচানুপী পীবগনি।' অসি হাযদুনা মচানুপীব্ ,লৌ-ইখ্নোল, লন-থুম মযামগা লোযননা পীবম্মী। মমান্নবা অপঙ অদুনা লুইতাশিংনা তৌবক্লিবা মযাম অসি কুপ্না যেংলম্মী। লৌশিংনা ফংলকপা নুপী অর্মদি লন-থুম পূম্নমক মতাও অপঙদা কৎথোকলম্মী। মহাক্না লৌগদবা নত্তে,মতাওনা লৌগদবনি,মহাক্না মতেং পাংবনি হাযবম্মী। মতৌ অসুম্না, মতাওগা নুংশিনবগী মবি তৎনদনা লৈখি ।

**অপঙ থুমলোৎপা ঃ**

থাযনা মমাংঙৈদা, লৈবাক অমদা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। লৈবাক অসিগী ইখ্নোল পূম্নমক চাউনা লৈনবম্মী। লৈবাক অসিগী খুল অমদা লুখ্রাবীগী মচা নিপা অনীখক লৈবম্মী। মচা নিপা অনী অসি অহলনা শিংঙি অতোনবসিনা পঙঙি। মতম খবা লৈবগা মমাদু শিখিবম্মী। মযাম্বনা হাযবম্মী,'ঐ ললোনবা চৎকে অদুনা যূমসি চৎথোক্কনা শঙলম্মু'। অসুম্না শিন্নবল্লগা ললোনবা চৎখিবম্মী। মতম অদু থুম যাম্না তাংঙি হাযদুনা থুম যাম্না পুবক্তুনা মনাও নিপাদা ফজনা থমজিল্লু হাযদুনা পীবল্লগা চৎখিবম্মী। মনাও নিপা অপঙ অসিনা মখোযগী যূম হোবনা মীনা উখিগনি,থুম অসি মী উগ্রর্গদি লৌখিগনি হাযদুনা থুম বোবাশিং অদু ঈশিংগী থোঙ্গ্রা মখাদা চিংথদুনা লোৎশিল্লম্মী।

মযাম্বনা ললোন-ইতিক চৎলুবগা,মযূমদা হল্লকপগা মনাও নিপা অপঙবা অদুদা মানা পুবকপা থুম বোবা অদু চেকশিন্না থম্ববা হাযনা হংলম্মী। মনাও নিপানা

মফম চানা থম্মী হায়না খুমলম্মী। নোংঙাল্লগা,মযাম্বনা মনাও নিপাদা,ঙসিদি থুম যেনম্মোকলুবগা শেল যাম্না পুবগা লাক্কদৌবিবনি হাযবম্মী। মনাও নুপানা হবাওনা খুমজবম্মী,'তাদনা যোল্লমদাইদা পুথোকচবক্কে' হায়না খুমলম্মী। অসুম্না হবাওনা মচিন-মনাও চাক চামিন্নবম্মী। চাক চাবা তোল্লবা মতুংদা মযাম্বনা থুমশিং অদু যোন্নবা পুথোকলকউ হায়না মনাও নিপাদা হায়বম্মী। মদুদা মনাও নিপানা থুম লৌথোকউনি হায়দুনা পুখ্রিলোমদা চৎখিবদু উবম্মী। মনাও নিপানা, থুম লৌরুনি হায়দুনা পুখ্রিদা কবিগী চৎলিবনো হায়না ঙক্না মযাম্বনা যেংলম্মী।

মনাও অপঙনা থোঙ্গ্রাগী ঈশিং মখাদা লোৎলিবা থুম বোবা অদু মথং মথং চিংখৎলুবদা, বোবাশিং অদুদা থুম অমফাওবা যাওবমদ্রে। বোবা অমগী মচিন্দা ঙাসেপ বোবোবী অমা চংলম্বা থেংনখি। অপঙনা ঙাসেপতু উবদা থুম বোবা অমবু মথন্তনা লোযনা চায হায়না খল্লম্মী। মযাম্বনা মহাকপু ফুবা তাবে হায়না খল্লিঙৈদা মযাম্বনা থুম বোবাশিং অদু পুবকউ হায়না তোযনা কৌবা তাবম্মী। অপঙনা মযাম্বগী নাক্রা পবপ পবপ চেল্লক্লুনা, 'ওম্মোকপা থবক্কি তাচৌ,মী উদনবা হায়দুনা থোঙ্গ্রা মখাদা লোৎলগা থমলম্বনি, ঙাসেপ বোবোবী অমনা লোযনা চাথোকলম্মে। থুম অমফাওবা বোবাদা যাওবমদ্রে।'মযাম্বনা শাওবদি লাযবদনা মনাও অসি পঙজবনি খঙদুনা,'নঙবু কবম্না মতমদা শিংলক্কদগে'' থুম অদু ঙাসেপ অদুনা চাবা নত্তে। থুমদি ঈশিংদা তুম্বনি। কবিগী ঈশিংদা লোৎলুবনো'' অসি হায়দুনা হাযবম্মী। মতুং তাবকপদদি, মযাম্বনা ঙাঙবদগী খবা শিংলক্লুনা,পুবকপা থুমশিং অদু নীংথিজনা থম্বদগী মদুনা যোনদুনা শেন্দোং যাম্না ফংদুনা নুংঙাইনা পানখি।

## লৌনম নমথাক্কী ৱাবীঃ

ৱাবী মখল অসি ইংবাজীদা trickster tale নত্রগা cheating tale হাযবসিগা মানৈ। ৱাবী মখল অসি মহৌশানা নাত্তে চাদবা,ওইদবদা নত্তনা অপঙবদগী থোবকপা থৌদোক কযা যাওবগা লোযননা লৌশিংগী পান্বৈশিংনা যেক্লববু খুদুম চন্নীংবগী মচাকশিংগা শাগোন্নৈ। লৌশিং শিংবা কাংবুনা অপঙবশিংবু লৌশিং তৌদুনা অৱাবা তাহনবদা নত্তনা মবাল শীজিনবা, হুবান-চিন্থি কযা তৌবগী মচাকশিংসু যাওই।

লাংঙথেলদা ফঙবা লৌনম নমথাক্কী ওইবা ফুঙ্গা ৱাবীশিংদিঃ-(১) লমহুই লৌশিং (২) থেবা লৌশিং (৩) লাই খুৎশাংবী অসিনচিংবশিংনি।

**লমহুই লৌশিং ঃ**

থাযনা মমাংঙৈদা লৌশিং শিংবা লমহুই অমা লৈবম্মী। লমহুই অসিনা নমথাক তৌদুনা মাগী নুংঙাইববা মযূম-মকৈ, চান-থক্লবা ৱাৎতা পাদনা লৈ হাযশিন্নদুনা অমোম অমা লুহোংলম্মী। লুহোংবা মতুং খবা লৈবগা, লমহুই অমোম অদুনা মাগী মশা ৱাই শংদ্রবী অমোমদু পুদুনা থোবকপদা, চানা-থক্লবা মবাং কাযনা লৈববা অমদি মযূম-মকৈ নুংঙাইববা কৈগী মকোন অমা থেংনদুনা, মদুদা লমহুইনা মাগী মকোন শাদুনা মাগী নুপী অমোমদু থমলম্মী। লমহুই লাবা অদুদি মীগী মকোন্দা মাগী নুপী অমোম অদুবু থমজিল্লুবনা মবম ওইদুনা লৈফম-চাফম খঙলমদে। মবম অদুনা লমহুই অদুনা অযুক নুমিদাং খাযদনা লৈপুং মথক্তা কাখৎতুনা কৈ লাকপ্রা হাযনা যেংলম্মী।

কৈ অদুনা কোযনা মচিঞ্জাক থিরুবগা মকোন্দা লাকপদু লমহুই অদুনা লাপ্পা উবম্মী। কৈদু উবদা মখোয অনীমক শোযদনা শিবা তাবে খল্লম্মী। লমহুই অদুনা মাগী নুপী অমোমদা অঙাংদু খুজিলনা কন্না শিক্লুনা কপহল্লু অদুগা ঐনা কবি তৌববগে হাযনা হঙলকপদা, 'কৈ অতেকপা চানিংঙি' অসি হাযনা খুমহল্লু তাকলম্মী। কৈ অদুনা যৌশিল্লক্লবদা, লমহুই লাবনা হাযবকপা মতুংইন্না, অমোমনা খুজিন শিক্লুনা অঙাং কপহল্লম্মী। লমহুই লাবনা কবিগী কপ্লিবনো হঙলকপদা, কৈ অকংবা চামন্দুনা চানিংদ্রে, কৈ অতেকপা চাগে হাযবে হাযবকপা তাবদা, কৈ অদুনা তাবদুনা কিবদগী মফম অদু থাদোক্লুনা চেনখিবম্মী। কৈনা ফিংনা চেল্লকপা উবদা, কৈগী মরূপ যোংনাও অমনা মবম হংলম্মী। যোংনাও অদুনা লমহুইগী লৌনমদুবু খঙলদুনা মহাক্কা অমুক হন্না চৎমিন্নসি হাযনা মখোয অনী অমুক হন্না লাকমীন্নবম্মী। লৌশিং শিংবা লমহুই অদুনা কৈদু অমুক হন্না লাকপা যাই হাযনা খন্দুনা ফমদুনা লৈবিঙৈদা, কৈগা যোংনাওগা লোযননা লাকপদু উবম্মী। শিবা তাবে হাযদুনা লমহুইনা লৌশিং তৌদুনা যোংনাওগী মফমদা ইচানা কৈ অতেকপা চানিংঙি হাযবিবসি ইতাওনা ফাদুনা পুবিবক্লেদনা হাযনা হাযববদা নুংশা থিবদুনা কৈদু থুনা-যাংনা মফমদু থাদোক্লুনা চেনখিবম্মী। যোংনাও অদুনা কৈ অদুদা লমহুইগী নমথাক্লি হাযববা ফাওবা তাদনা কিবদগী চেনখিবম্মী। মতৌ অসুম্না লমহুইনা লৌশিং তৌদুনা কৈগী মকোন্দু মুন্দুনা নুংঙাইনা পানখিবম্মী।

**থেবা লৌশিংঃ**

থাযনা মমাংঙৈদা, ললোন-ইতিক তৌবা নিপা অমা লৈবম্মী। মহাক্কী নুপী অসি মশক-মতৌ ফজবদা, খুল অদুদা মমিং চৎলম্মী। মখোয অনী মচা পোকলমদে।

মহাক্না ললোনবা চৎপদা অহিং লেকলক্কদবা থোক্লবদি, মখোযগী থংনবা যুমদা লৈমিন্নবা লুখ্রাবী হনুবী অমদা শিন্নদুনা ললোনবা চৎলম্মী। মীবোল লৈজদবনা লুখ্রাবী অদুদি নোংমতসু মীগী মযুমদা কোইথোকপা চৎলমদে। মখোযনা লৈবিবা খুল অদুগী মমাংদা অশোংবা উমং অমা লৈবম্মী। উমং অদুগী মনুংদা 'লাই খুৎশাংবী' অমা লৈবম্মী। মহাক্না খুল অসিদা লৈবা কনা লৈজদ্রবা মীওই খন-খন্দুনা হাৎলগা চাবম্মী। নোংমদি ললোনবা নিপা অসিগী মযুমদা লাইখুৎশাংবী অসি লাকলম্মী। অদুবু মপুবোইবা লৈবা মবন্না চংবা ঙমলমদে। মহাক্না খুদোংচবা লৌনবগীদমক যূমলোন্নবদা লৈবী লুখ্রাবী হনুবী অদু চাথোক্কুনা মানা লুখ্রাবী অদু শাবগা লৈবম্মী। ললোনবা নিপা অদুনা থবক চৎলমদাইদা, মাগী নুপী অদু লুখ্রাবী অদুদা শিন্নবমগে হাযববদা, হোবেন থবক লোইবগা চৎলগে হাযবম্মী। মবম অদুদগী ললোনবা নিপা অদু মাগী থবক চৎখিবম্মী।

ললোনবা নিপা অদুনা চৎখ্রবা মতুংদা, লুখ্রাবী শাবী হিংচাবী অদুনা, ফজনা চেংহি-উতি লৃথোক্লগা নুপী অদুগী যূমদা লাকলম্মী। থবক চিঞ্জবনা নোংমতা চৎথোকচবা ঙমদ্রবী লুখ্রাবী নুপী অদুনা ঙসি কোযথোকলকপা অসিদা ললোনবা নিপাদুগী নুপীনা চীংনবা পোকলম্মী। লুখ্রাবী শাবী নুপী অদুনা মাগী নিপাগী মবম ওংলকলম্মী। নুপী অদুনা মাগী নিপা লৈবি, ঙসিদি ললোনবা চৎলোই, কবিগুম্বা চৎলবদি লাক্কে হাযনা খুমলম্মী। ৱাদু তাবদা, লুখ্রাবী শাবী হিংচবী অদু থুনমক চৎখিবম্মী। মথং নোং ঙানবদা, নুপী অদুনা ৱাইখু লৌদুনা চাবিঙৈদা লাইখুৎশাংবী হিংচাবী অদুনা হনুবী লুখ্রাবী শাদুনা মাগী নিপা হংলম্মী। নুপী অদুনা চিংনবদুনা মাগী নিপা লৈ থোং হাংবা ঙমলোই হাযখি। হিংচাবী লাইখুৎশাংবীনা নুপীদুনা চাবিবদু কবিনো খবা চাগে হাযবকখি। থোং হাংবা যাদে ফক্লাং অহোবদা খুৎ থিংজিন্নকউ হাপীগে হাযকবদা লাইখুৎশাংবীনা মখুৎ থিংজিন্নকপদা খুজিল অশাংবা অদু উবকলম্মী। লাক্লিবা অসি যূমলোন্নবগী নুপীদু নত্তে হাযবসি তশেঙনা খঙলম্মী অদুনা মাগী নিপানা খঙলবদি খুদোং থিবা নঙলগনি থুনা চৎখ্রো হাযবম্মী। লাইখুৎশাংবী অদু মাগী নিপা লৈবি তাবদা থুনমক চৎখিবম্মী। অহিং অদু নুপী অদুনা মথন্তা যাম্না ৱানা নোং ঙানবা ঙাইদুনা লেনখি। মাগী নিপানা লংফৈদগী হন্নকপগা পাও অদু মবিকচুম্না তমলম্মী। পাও অদু তাবগা ললোনবা নিপাদুনা লমন খুমগে, লাইখুৎশাংবী অদু হাৎলগে খনখি। মহাক যূমদা লৈতে হাযযু হাযদুনা লোৎতুনা লৈবম্মী। নুমিৎ তশিন্নক্লবদা অমুক লাইখুৎশাংবীনা লাক্কুনা 'নখোয

নিপা লংফৈ চৎখ্রবা?' হায়না হংলম্মী। হন্দক্তি নুপী অদুনা মাগী নিপা লৈনা লৈনা, 'লৈতে, মতম খবা লাকখিবোই' হায়না খুমলম্মী। নুপীদুগী ৱা তাবদা, লাইখুৎশাংবীনা 'থোং হাংদোকউ লৈমিন্নসি' হায়ববকখি। নুপী অদুনা 'ঐদি হকচাং ঙমদ্রে,হৌগৎপসু ঙমদ্রে অদুনা থোং হাঙদোকপা ঙম্লবোই,চঙলক্কে হায়বগদি ফক্লাং অহোবদা খুৎ থিংজিনলক্কুনা থোং হাংদোকউ'হায়খি। লাইখুৎশাংবীনা থোং হাংনবা ফক্লাং অহোবদা থিংজিনলকপা মতমদা থৌবাং তৌদুনা ঙাইদুনা লৈববা নিপা অদুনা লাইখুৎশাংবীগী মখুৎ ককথৎখিবম্মী। চৈনাখোল অদুনা খাঙবা ঙমদ্রদুনা লাইখুৎশাংবী অদু লাও খোংদুনা উমংদা চেনখিবম্মী। অসুম্না লাইখুৎশাংবী অদু খুল অদুদগী তাম্থোকখিবম্মী।

## অপংবগী লৌশিংনা হিংচাবী হাৎপাঃ

থাযনা মমাংঙৈদা, লুখ্রাবী অমগী মচা নিপা অনী লৈবম্মী। মচা নিপা অতোনবসি পংলম্মী। মচা নিপা অহলনা ইমুং-মনুংগী অৱাৎ-অপা যেংশিন্দুনা মমা অশোনবী অমদি মনাও নিপাবু থাকলম্মী। নোংমদি মযাম্বনা মনাও নিপা অপঙববু লৌবুক্তা চৎতুনা লৌ-শিং যেংলুনবা থাবম্মী। অপংনা লৌবুক্তা লাকপা মতমদা ফৌঙাং শানা যোমদুনা পাল্লম্ববু, হযিং খোংযাম্বীনা ওল্লিবনি খন্দুনা চৈ অমনা লোইনা কনথৎলম্মী। নোংঙাল্লগা মযাম্বনা অমুক লৌ যেংবা চৎনবা অদুগা মনাওনা মমা অশোনবীবু শংলম্লবা হাযবম্মী। অপংনা মমা অশোনবীবু ঈশিং অশাবনা ঈকবীবিবনি হাযদুনা মযাদা হৈজিনবদা মমাদু শামনদুনা শিবম্মী। মযাম্বনা লৌবুক্তগী লাক্লগা চৈবগনি কিদুনা অশিবা মমাবু পাঙলগী ইখোলদা হুন্দোকলম্মী। মযাম্বনা হল্লক্লগা মমা উদবদা কদাযদা চৎখি হঙবদা অপংনা ইখোলদা চৎখি হাযনা খুমলম্মী। মযাম্বনা চৎলগা যেংলুবা মতমদদি মমাদু চু মবক্তা শিদুনা লৈবমখি। মমানা চু চাকবদা পাঙলশিংনা হাৎতোকপীববনি খন্দুনা মযাম্বনা পাঙলশিং লেমনা থাবোই হাযবম্মী। কিববা পাঙলশিং অদুনা ঈবোই লাবা অমা মযাম্বদা পীদুনা কোংলম্মী। মযাম্বনা ঈবোইদু পুদুনা লাকলম্মী। মনাও নিপাদা ঈবোই অদু নুমিৎনা ৱাতোন কাদ্রিবা ফাওবা শেন্নৌ হাযনা শিন্নবম্মী। মনাও অপংনা ঈবোই অদুবু ৱাতোন্দা কাহল্লু হাযবনি হাযনা খল্লম্মী। ঈবোই অদবু ৱাতোন কাও যাদে হাযদুনা শীংজংনা যানবদা শিবম্মী। মযাম্বনা হল্লকপদা ঈবোই অদু শিদুনা লৈবা উবম্মী। অশিবা ঈবোই অদু শেমদোক্লবা মনাওদা মৈ লৌকনবা হাযবম্মী। মৈ লৌকবদা হিংচাবীদগী মৈদি লৌকগনু হাযবম্মী। মনাও নিপা অপংবনা হিংচাবীদগী মৈ

লৌকুবদগী হিংচাবীগী মচা মযাম ইন্নবক্তুনা ঈবোইগী শাদুম অমমম পীজথোক্তুনা লৈবিঙেদা মমা হিংচাবী অদু লাকলম্মী। হিংচাবী লাকপা উবদগী অপং মচিন-মনাও অদু তুবেল ৱাংমা লান্দুনা চেনখিবম্মী। হিংচাবীনা থিবকপদা, তুবেল ৱাংমদা লৈবদু উবম্মী। হিংচাবীনা অপংদা কবম্না তুবেল অসি লানবগে হংলুবদা, খকুং তোংদুনা লাল্লি হাযবম্মী। হিংচাবীনা খকুং অমা থিকুদুনা মচাশিং অদুগা লোইননা খকুং অদুদা তোংলগা লাম্বোকনবা হোৎনবদা খকুংদু ঈশিং মনুংদা লাকশিন্দুনা হিংচাবী মমা মচা পুন্না শিবম্মী। অসুম্না অপংগী ৱা ইল্লুবদগী হিংচাবীদু শিখিদুনা মচিন-মনাও নুংঙাইনা অমুক পানখিবম্মী।

## শা, ঙা, উচেক্কী ৱাবীঃ

মখল অসিগী ফুঙ্গা ৱাবী অসি ইংবাজিগী animal tale হাযবদুগা মান্নে। মখল অসিগী ৱাবীগী মকুওইবা চবিত্র অসি শা, ঙা, উচেক্রুচিংবশিংনা ওই। তাইবঙমী ওইবগী চবিত্রশিংসু যাওবা যাই অদুবু মকুওইবা চবিত্রশিংদি শা, ঙা, উচেকশিংনা ওইগনি। অসিগুম্বা মখলগী ফুঙ্গা ৱাবীশিং অসি লাংঙথেলদা মবাংকাইনা ফংঙি। খুদম ওইনাঃ (১) পেবেৎকী ৱাবী (২) যেনবা লাবনা তোকপদা লান্দাবা (৩) কৈ অমসুং শামুগী লাংদা হঙোইগী ৱাযেল অসিনচিংবা অসিনি।

## (১) পেবেৎকী ৱাবী

থাযনা মমাংঙৈদা হৌদোং লম্বোইবা অমা লৈবম্মী। মতম পূম্নমক্তা নুংঙাইবা পাম্বা, অহাওবা চানিংবা হৌদোং লম্বোইবা ওইবম্মী। মহাক্না উচি মচাশিং চাকুবদগী লৈবা যাবকত্রদুনা অতোপ্পা খুল অমদা লাকলম্মী। লম্বিদা নুমিৎ তাথোকখিবনা চঙফম খঙদ্রদুনা অমম্বা মবক্তা অসুম লাকপদা চাওববা খোংনাং পাম্বী অমগী মখোংদা থুংলম্মী। খোংনাং পাম্বী অদুগী মখোঙদা ঙসি অহিং অসি লেল্লগা নোংঙানবগা খুনদা চৎতুনা অচা-অথক থিকুগে খন্দুনা খোঙনাং মনা খবা খোমজিন্দুনা মদুগী মথক্তা তুমলম্মী। লমশাং চৎপদা ৱাববা হৌদোং অদু তুমথখিবা খঙহৌখিদে। হৌদোং লম্বোইবা অদুনা তুম্লিবা খোংনাং পাম্বী অদুগী মথক্তা, মতম কুইনা পুক্সিববা পেবেৎ মতৈ-মনাওনা পীক্লিবা মচাশিংগা লোযননা মকোন শাদুনা লৈবম্মী। অযুক অঙনবদা, পেবেৎ লাবা অদুনা মিকপ থোকলকপা মতমদা খোংনাংগী মখোংদা হৌদোং লম্বোইবনা নাখোক্তুনা তূম্লিবদু তাবম্মী। খোঞ্জেল অদু তাবদা কিবম্মী। পেবেৎ মমাবু হৌদোক্তুনা মচাশিং চেকশিন্না লৈনবা ৱা হাযবম্মী। ৱাবী অসি হৌদোং

লম্বোইবনা তাবম্মী। হৌদোং লম্বোইবা অদুনা তুমশিন্নদুনা পেবেৎ লাবদু চৎখিবা ঙাইবম্মী। কবম্না মবাল পীশিল্লগা পেবেৎ মচাশিং অদু চাথোকসিগে হায়না খন্দুনা লৈবম্মী। পেবেৎ লাবানা চৎথোকখ্রিঙৈদা তুমিন্না কাখৎলক্লগা হংলম্মী, 'হাই পেবেৎ ঐগী শকসি কযামুক ফজে ?' পেবেৎনা কিনা খুমদনা লৈবম্মী। হৌদোং লম্বোইবনা শাওনা অমুক হংলকলম্মী,'হায পেবেৎ তাবিব্রা ?'। পেবেৎনা কিবনা,'অযো-যো ইবুংঙো' হায়না খুমলম্মী।'ঐগী শকসি কযামুক ফজে পেবেৎ?' পেবেৎ অমোম্না খুমলকই, 'ঙাবি পবেং অচুম্বা,ফৌ শংবাই অচোনবা, ৱাবক্কী তযাল অঙাংবা, ঈশিং পুল অথনবা অমুক ফজে।' অদুদগী অমুক, পেবেৎকী মচাশিং কযাম চাওববগে হায়না তৎতনা হংলকই। পেবেৎনা মচাশিং চাওদ্রি হাযবক্লবদা, নুমিৎ অদুদি হৌদোং লম্বোইবা অদু অতোপ্পা মফমদা মচিঞ্জাক থিবা চৎলম্মী।

নুমিৎ তাবক্লুনা পেবেৎ লাবনা মকোন্দা হঞ্জিনলক্লবদা, ৱাবম পূম্না তমলম্মী। বাবীশিংদু তাববা মতুংদা খুমগদবা ৱাফম পূম্নমক তাকপীবম্মী। মচাশিংবুস্ পাইবা নুংতিগী তম্বীবম্মী। অসুম্না মতম খবা পেবেৎনা মচাশিং চাওবা ঙাইদুনা অমদি নিংথিনা পাইবা ঙম্নবা তম্বীবম্মী। হৌদোং লম্বোইবা অদুনা পেবেৎ অমোমগী অশোযবা থিদুনা লৈবম্মী।

নোংমদি হৌদোং লম্বোইবা অদুনা মাগা শক কযাম্না ফজে হংলম্মী। পেবেৎনা মচা চাওবে পাইবা ঙম্লগনি খন্দুনা নহানখৈগা মান্নদনা শাওনা, 'হৌদোংনা ফজদনা কযাম ফজগনি, চফু কোৎপগুম ফজে' হায়না কবেম্নবম্মী। মদু তাবদা হৌদোংনা ,'কবি হাযবা ?' হায়না হঙলকই। পেবেৎ লাবনা অমুক, হৌদোংদি হৌদোংনি- নপাসু হৌদোং, নপুসু হৌদোং,নঙসু হৌদোংনি হায়না খুমলকই। পেবেৎ লাবগী পাওখুম তাবদা হৌদোং লম্বোইবদু ঙমখৈ লৈতনা শাওবম্মী। পেবেৎকী মচাশিং চাথোক্লগে হাযদুনা মচাশিং লৈবিবা মফমদু তান্না কাখৎলকলম্মী। হৌদোং উন্দা পাখৎলদুনা পেবেৎনা মচাশিংদা পাইনবা শ্বাই হাযদুনা খুবাক খুদুনা , ইচাশা নঙগী নঙগী ঙম্নবা পাইবো চৎলো, চেল্লো হাযবম্মী। মচা মযামগী মনুংদগী অমখক্কী পাইবা ঙমদদুনা লম্বোইবদুনা ফাহৌবে। মদুবু চাগে তৌবকপদা হৌদোংগী মখুবাক্তা মথি ফাইজিল্লম্লগা মচাদুসু অমুক পাইখিবম্মী। পেবেৎ মচাদুনা পাইখ্রবদা হৌদোং অদুনা খুবাক্তগী মথি অদু তকশি শোন্দুনা লেকশিল্লম্মী। মশা চাবা ফঙহৌদ্রবা হৌদোংনা মথিমক্না অসুক হাওববদি মশাদি কযাম হাওগনি হায়না শোন্দুনা লৈহৌখি ।

পেবেৎনা,নঙদি হৌদোংনি, তোকপগী তোকপনি, হৌদোংদি হৌদোংনি, নঙদি ঙ্যাও ঙ্যাও খোংদুনা লৈহৌবো, ঐগী ইচাদি নঙনা কবিগী চাবদি ঙমগনি হায়না পাইখিবন্মী।

**যেনবা লাবানা তোকপদা লান্দবাঃ**

থায়না মমাংঙৈদা যেনবা মতৈ-মনাও অমগা তোকপা অমগা লৈমিন্নবন্মী। তোকপনা যেন মতৈ-মনাও অসিবু চানিংবদগী মরুপ শান্নসি হায়দুনা শান্নবন্মী। ইতাও ঙসি নুমিদাংদি কদাইদা লেকই'' তোকপগী ৱাহংদুদা যেনবাদুনা চিংনবদুনা লেকফম অশেংবদু হায়দোকলমদে। নোংমনা মফম অমদা, নোংমনা অমদা, মফম হোং-হোংদুনা লেক্লন্মী। তোকপনা যেনবালাবাদা হায়বন্মী,"ইতাও নঙদি ঙবাং কোৎখাদা লেক্কনি হায়বগা লেকসু লেক্তে। কদাইদা লেকই?" যেনবাবাবনা, "ঙবাংদি ঐখোয় শগাইদা লেকই" অসি হায়না খুমলন্মী। মদুদা তোকপনা, "ঙসিদি কদায়দা নখোয় লেক্কনি?" অসি হায়না হঙলন্মী। ঙসিদি কোখাদা লেক্কনি হায়শিন্নদুনা তোকপদু চৎহনখিবন্মী। যেনবালাবা মতৈ-মনাওদি নুমিৎ অদুসু অতোপ্পা মফম অমদা লেকলন্মী।

অসুম্না মতম খবা হৌখিবন্মী। নোংমদি তোকপদা শগায়দা লেক্কনি হায়খিবন্মী। যেনবালাবা মতৈ মনাওনা কাওথোকপদগী মফম অদুমক্তদা অদুম লেকখিবন্মী। নুমিদাংদা তোকপা লাক্তুনা যেনবী অমোমদু চাথোকপীবন্মী। যেনবালাবনা তোকপদা ফোংনা লমন খুমবা ঙমলমদে, শাওনা লৈবন্মী। যেনবালাবগী অৱাবা মতৌ উবদা নুংঙাইত্রদুনা,মাগী মরূপ-মপাংশিং যেৎতুমনে,যেকমনে,মাইবেলনে, নাওথিনে, ৱাইখুনে মখোয়না মতেঙ পাংগনি হায়না যাবিবকখি। নোংমা মখোয়না তোকপগী মযূমদা লাক্তুনা, যেকম্না যূমগী ফুঙ্গা লাইকদা, যেতুম্না কাংখলদা, মাইবেলনা যূমথক্তা,নাওথিনা থোংজিল মপান্দা, ৱাইখুনা ঈশিং পুলদা লৈগদবনি হায়দুনা মখোয় মশেল শিন্দোক্লবন্মী। যেনবানা যূমথক্তা কাখৎতুনা তোকপগা লান শোক্লগনি হায়দুনা পোঙনা খোংলন্মী। যেনবানা উশিং-থওইদনা লাওবকপদুদা তোকপদু শাওবনা লোইবন্মী। শাওববা তোকপনা, যেনবা অদুবু চাথোক্লগে হায়দুনা ইমুংদা থিবা চঙলন্মী। ইমুংদা থিবা চংলুবদা, থাউমৈ পোদোল থাল্লিবদু থেংলুবদগী তুদুনা মৈ মুৎখিবন্মী। মন্নুনা মফম খঙদবদগী, পুদোলদু চুখৎকে হায়দুনা মৈ কামলুবদা যেকমদু পোকখায়বক্তুনা, মমায়-মমিৎ মথোং-মবম খঙদনা পাল্লবদা শামনথ্রদুনা ঈশিংদা মায় তাথোকে

হাযদুনা মখুৎ থিংজিল্লুবদা, ৱাইখুনা চপ্পদগী নামনখ্রদুনা কাংখন্দা মমায়-মমিৎ তৈথোকলুবদা যেতূম্না অমুক চক-চক থিল্লকলম্মী। নামনখ্রদুনা চেপ্পোকলকপদা থোংজিন মপান্দা নাওথিদা অমুক নাম্বুদুনা তুবদা য়াংলেন যৈশিন্দুনা চৎপা ঙমবোই-ঙমদবোই তৌবম্মী। তোকপনা শিবা তাবে হাযদুনা চেনফম খঙদনা ইচুম তাফমদা কুমথবকপদা, যূমথক্তগী মাইবেল ওন্থবক্তুনা মকোক্তা থাবে। তোকপদু মকোক মরু কাযবে। মতাং অসিদা,যেনবীগী লমন শিংলিবনি হাযদুনা যেনবানা চেনশিনলক্তুনা তোকপগী মখৌবিদা কাওথৎতুনা খুজিন্না লেংদুনা হাৎতোকলম্মী। যেনবানা ঙল্লদুনা মমথৈংদা নুংঙাই-যাইফনা লৈখিবম্মী।

## কৈ অমসুং শামুগী লাংদা হঙোইগী ৱাযেলঃ

থাযনা মমাংঙৈদা উমং অমদা মশা-মউ ফববা,কনখ্রবা শামু অমগা কৈ অমগা লৈবম্মী। মখোয অনীসিগী লৈফম মান্নদে, চীং অমমমদা চাক্তাদুনা লৈবম্মী। লাইগী নোংদমদগী মখোয অনী নোংমদি থেংনবম্মী। লম্বা চানবা মখোয অনী থেংনবদা অমনা অমবু উশিৎনবমদে। কৈনা ঙংলকপদা চীংদু পাইখ্রবোই নীংলম্মী। শামুনা অমুক খোংলকপদা, চীংমাইদু পূমনিল নিনখিদুনা চীংদুদা লৈবম্বা শা-উচেক পূম্ন মক মাগী মাগী জীব হিংনবা চেন্নবম্মী। মখোয অনী অঙম তান্নবদা ঙম্নবক্তদুনা হাৎতোক্নসি হাযনা যানবে। মদুগী মতুংইন্না শামুনা মনাতোন থাংগৎলগা খোংলকপদা, উথক্তা তোংলম্বা উচেক-ৱাযা অমদি তুমিৎ-কাঙ পূম্নমক পাইথোক্ল বম্মী। কৈনা অমুক ঐ মঙাইবে হাযনা মমিৎ ইঙাং ঙাংনা ঙংলকপদা, উচেক-ৱাযা, তুমিৎ-কাং পূম্নমক পাইথোক্লবম্মী। মখোয অনী অসি লম্বা তৌনবদা,কৈনা ঙমদুনা শামুদু কৈগী লানফা ওইনা লৈবম্মী । কৈনা মবুক থন্না লৈবা মতম ওইবনা, শামু অদু চাগে খল্লমদে। কৈনা শামু অদু নোংমা চাবগে খল্লম্মী। শামুনা ৱাখল নুংঙাইতনা লৈবিঙৈ মতম অসিদা,মনাক নকপদা হৌবা উজাও অমগী মকুমদা হংঙোই অমা নপ্পুনা লৈবদু উবম্মী। শামুনা হংঙোই অদু চৎখিনু, মাগী মনাক্তা লাকউ হাযদনা লাওবকপদা,হংঙোইনা অশাওবগা লোযননা শামুদা চৈবম্মী। শামুনা শাওদুনা হংঙোইদা হাযবকই,'অমুক্তং নেংখাযবদা নথিবোং থোক্কদবা নঙনসু ঐঙোন্দা কবিগী থওই-উশিৎতবা শাবিবনো'? লমজেল তান্নসি কনানা হেনগে যেংনসি।' অসি হাযনা শীংনবম্মী। লমথাফম অমদি লমথুংফম লেপ্পদুনা লমজেল তান্নবম্মী। লমজেল অদুদা হংঙোইনা খুদোংচাবা যেংলগা শামুগী মথক্তা তোংদুনা চৎলগা লমথুংফম যৌবকপগী মতাংদা চোংথবক্তুনা ইৱা-ৱাদনা লমজেলদু

'থোইবে' হায়না লাওবম্মী। হায়নখিবা অমদি যানবগী মতুংইন্না হংঙোইনা থোইবদা যানবম্মী। শামুনা ইকায-নুংশি যান্নবম্মী। মথ্বায নুংঙাইতবা মাযথোংদি উৎতনা মখোয অনী মকুপ শান্নসি হাযনা যানবম্মী। নাকল অমবোমদা অমুক কৈনা শামু থিবকপদা, হংঙোইগা থেংনবম্মী। মখোয অনী অমুক শাওনবকপদগী হংঙোইনা কৈগা লমজেল তান্নদুনা শামুদা তৌখিবা অদুগুম্না তৌবম্মী। হংঙোইনা কৈ অদুবু চৎখিবা যাবোই হাযদুনা কিহল্লদুনা ফাখিবম্মী। কৈনা খুদোংচাবা অমা যেংলগা নাম্থোক্লুনা চেনখিবম্মী। অসুম্না পীকখ্রবা হংঙোইনা কনখ্রবা চাওখ্রবা শামু অদুগী মথ্বায কনবিখিবম্মী।

## পাউবৌ-পাউতাক্কী ফুঙ্গা ৱাবীঃ

লাংঙথেলদা ফঙলিবা পাউবৌ-পাউতাক্কী ফুঙ্গা ৱাবী অসি ইংবাজীগী moral tale হাযবা অসিগা মান্ননা লৌবা যাই। ইংবাজীদদি শা ঙা, উচেক্কী ফুঙ্গা ৱাবী অসিবু fable হাযনা খঙনবা মখল অমসু লৈ। মসিদি, মকওইবা চরিত্র অদু শা,ঙা উচেক্না ওইবগা,পাউতাক যাওবা ৱাবী ওইগনি। পাউবৌ পাউতাক্কী ফুঙ্গা ৱাবীশিংবু চীনবুংদা লৈনবগী মকওইবা পান্দমদি-পাউতাক পীনবগীদমক্তনি। মখল অসিগী ফুঙ্গা ৱাবীগী মতাংদা S Tomson না অসুম্না মোত ফোংদোকই,

> When the animal tale is told with an acknowledged oral purpose,itbecomes a fable The best known are the great literary collections,Aesop and Panchatantra They usually attach an actual maximum, though this is not necessary But the moral purpose is the essential quality which distingushes the fable from the other animal tales

লাংঙথেলদা ফঙলিবা শা-ঙাগী ওইবা ফুঙ্গা ৱাবী খর নৈনবি।

## শামু অঙৌবগী মচানুপীঃ

মমাংঙৈ, চীংযা অমদা খুঙ্গং অমা লৈবম্মী। খুঙ্গং অসিদা শামু অঙৌবা অমা লৈবম্মী। খুঙ্গং অদুদা লৈবী লুখ্রবী অমনা লৈত-লাইবা তানবা চৎপা মতমদা, শামু অসিগা নুংতীগী থেংনবম্মী। নোংমদি লুখ্রাবী অসিগী থোংগান্দা শামু অসিনা কুন্দুনা লম্বী থৎলম্মী। লুখ্রাবীনা চৎকে লম্বী থাদোকউ ফনা যাম্না হাযজে অদুবু শামু অঙৌবনা মাগী মথক্তা কাখৎলগা চৎলু হাযমনবদগী কাবগা চৎলম্মী। নুমিৎ মঙানি শুবক্লবদা শামু অদু উমংদা অমুক চৎখিবম্মী। অসুম্না মতম খবা লৈবগা

লুখ্রাবীদু মীবোন্দুনা মচানুপী ফজখ্রবা অমা পোকলে। অঙাংশিংনা মমান্নবা ময়ামগা শান্নমিন্নবদা, মপা মশক খঙদবীনি হায়না লক্লবদগী কপ্লুনা, চাও-থকউ হায়বা যাদবমখৈ মমাদা হংলম্মী। মমানা মাগী মপা অশেংবদি শামু অঙৌবনি উমংদা লৈবনি হায়না তাকলম্মী। অঙাং অদুনা শামু অঙৌবদু থিবা চৎকনি হায়মনবদগী মমানা অসুম্না তাকলম্মী, "উমংদা শা-কৈনা পীক থনবনি কবিগুম্বা খুদোংথিবা তাবক্লবদি ইপা শামু অঙৌবা হায়না কৌ" অসি হায়না তাকপীবম্মী। অসুম্না অঙাং অদুনা উমংদা মপা শামু অঙৌবা থিবা লাকপদা, শা মযাম্না চাগদৌবগী তান্নবকপদা 'ইপা শামু অঙৌবা' হায়দুনা লাও-লাওদুনা কৌবকপদা শামু অঙৌবা অদুনা অঙাংনা কৌবা তাবদগী চেল্লক্লুনা অঙাং অদুবু কনবিবম্মী। অঙাং অদুনা কবিগী নঙ মফম অসিদা লাক্লিবনো হায়না হংবদা, মহাক্কী মপাদি শামু অঙৌবনি হায়না মমানা তাকপীবদগী মপাবু থিবকপনি হায়না তম্লবদা, শামু অঙৌবনা ঙসিদগী মপাগা লৈমিন্নবসি হায়দুনা লৈমিন্নখি।

মতম খবা লৈবগা, নিংথৌ মচা অমনা উমংদা শা তানবা লাকপদা, নুপী মচা অসিগা থেংনবম্মী। নুপীমচা অসিগী মশক-মতৌ ফজবা উবদা নিংথৌ মচা অসিনা পামলম্মী। শুক্লবা উমং অসিদা লৈবিবসিবু মীবা, লাইবা থেংনবগে মী ওইবগনা, ফাবগা পুথ্রগে খল্লদুনা নুপী মচা অদুগী মবি-মখোং হঙলুবদা, মহাক্কী মীনি, শামু অঙৌবগী মচা নুপীনি হায়না তাকলম্মী। নুমিৎ খবনি লৈবগা নিংথৌ মচা অদুনা অমুক লাক্লগা লুহোংলসি হায়নদুনা যানবম্মী। অদুবু লুহোংবদি তাইবঙ মীগী মতৌগুম হোংবা য়াদে। মপা শামুনা মাবু শোযদনা হাৎকনি। অসুম্না ঙাঙনবিঙৈদা, মপা শামু লাকপা উবদা নিংথৌ মচা অদু লোৎহন্দুনা লৈহনখি। মপা শামুনা মীনম নম্মী, কনা লৈবগে হায়না হঙলকপদা মচা নুপীনা কনাসু লৈতে, মাসু মীনিনা মীনম অদু মাঙোন্দগীনি হায়না মপাদা মীনম্বা ঙাংখি। মপা শামুনা থাজদবদগী, নপাদা মীনম্বা ঙাংবা কবিগীনো ? মফম অসিদা উন্নবিবা নখোয অনী লৈমিন্নবা ফংদবা ওইযু অসি হায়না শাপ তৌবম্মী।

নোংঙানবগা, মপা শামু লৈতবা মতমদা নিংথৌ মচা লাক্লুনা নুপীমচা অদুবু পুখিবম্মী। মপা শামুনা হল্লকপদা মচা নুপী লৈবা উবমখিদে। থাপ্না মখোয অনী চৎখিবা উবদগী ফবে চৎখ্রসনু হায়না থাদোকখিবম্মী। নিংথৌ মচা অদুনা খোংনাং মখোং অমদা শামু মচা নুপী অদুবু ফমহল্লম্লগা মপা নিংথৌদা, মশক মতৌ ফজববী, নুংঙাই-যাইফববী ইমুং অমগী মচা নুপী অমা পুবক্লে লুহোংবিযু হায়জবম্মী। মপা

নিংথৌনা যাবিবম্মী। অসোমদনা অমুক,খুল অদুগী মশক থীত্নবী নুপী অমা লৈবম্মী। মহাক্না ঈশিং শোকপা থোকলকলম্মী। মহাক্কী মশক উবদা কিবদুনা শামুগী মচা নুপী অদুনা খোংনাং মথক্তা কাখৎলগা লোন্না ফমলম্মী। মশক থীবী নুপী অদুনা ঈশিং শোকপা পুখ্রিদা কুমথবকপদা উথক্তা লৈবিবী মশক মতৌ ফজববী নুপী অদুগী মমি উবম্মী। মমি অদু মহাক মশাগী মমিনি হায়না লৌবদুনা হবাওজবম্মী। অসুক ফজখ্রবা মহাকপু,কবিগী মযাম্না যেংনিংদ্রিবনো হায়না হংজবম্মী। অসুম্না অমুক্না ঈশিং হাইদোক্তুনা যেংলুবদা,খোংনাং মথক্তা ফন্নিবী নুপী অদুগী মমি ওইবম্মী । মহাক্না নুপী অদুদা অমুক্তা কুমথবকউ মাগী ঈশিং অমুক্তা থোনগৎপীয়ু হায়না হাযবম্মী। নুপী অদুনা খোংনাংদগী খুমথবক্লবদা মশক থীবী নুপী অদুনা মাবু কবিগী উথক্তা লৈবিবনো হংলম্মী। ৱারম পূম্নমক তাববদা কাল্লকমনবদগী নুপী অদুবু ঈশিং মনুংদা নমশিন্দুনা হাৎতোক্লগা মানা ইল্লকপা ফি অদুনা ফিকুক খুমজিন্দুনা নুপীদু শাবগা লৈবম্মী।

নিংথৌ মচা অদুনা মনাই-মশল থাবক্তুনা নুপী অদু লুহোংনবগীদমক লৌবা লাকলম্মী। নুপী অদুগী মশক উবদা মযাম্না নিংথৌ মচা অসিবু মমিৎ তাংলব্রা মানা থজৈ হার্যবিবর্বসিবু কদাযদনো হায়নবম্মী। মখোয অনী লুহোংদুনা লৌনবম্মী। নোংমা নিংথৌমচা অদুগী মমঙদা শামু মচানুপী অদুনা লাক্তুনা, মহাকপু হাৎপীবদগী পুখ্রিদা থম্বাল ওইনা শাৎতুনা লৈবে, থম্বাল অসি হেকপীবগা মোন মখাদা থম্বীয়ু তাইবঙ মী ওল্লক্কে, কনা অমদা তাকথোক্কনু হাযবম্মী। ৱাফম অদুমক নিংথৌ মচা অদুনা তৌবম্মী। মশক থীবী মাগী নুপী অদুনা মোন মখাদগী থম্বাল অদু উবদা কবিনো তৌবির্বসিবু হায়না চিংনবদগী থম্বালদু লৌথোক্তুনা শেগাযবগা খোংবানদা লংথোকখিবম্মী। নিংথৌ মচা অদুনা থম্বাল অদু থীবকলম্মী। হংলুবদসু মাগী নুপীনা অশেংবা অদু তার্কখিদে। শামু অঙৌবগী মচানুপীনা অমুক, নিংথৌ মচাগী মমঙদা লাক্তুনা,'মহাক শিদে, শেগাযদুনা লংথোক্লিবা থম্বাল মযামদু খুনজিনবীদুনা ফুবিৎখাওদা কনা খঙদনা মতম খবদং থম্বীয়ু, তাইবঙ মী ওল্লকপা ঙমব্রা যেংগে' হাযবম্মী। নিংথৌ মচানা ৱাফমশিং অদুমক তৌবম্মী। মদুসু মাগী নুপী মশক থীবী অদুনা লৌথোক্তুনা মৈ থাদনা মাঙহনখিবম্মী। অমুক হন্না নিংথৌ মচাগী মঙদা লাকখিদ্রে। মপা শামু অঙৌবদা ওইদবা ঙাঙলুবগী মহৈনা, নুপী মচা অদুনা মহাক্কা নুংশিনজবা নিংথৌ মচা অদুগা থুংনখিদে। নিংথৌ মচা অদুনা, মশক থীবী নুপী অদু পামদনা অদুমক লৌখিবম্মী।

**হিংচাবী ঃ**

থাযনা মমাংঙৈদা যুম অমদা লুখ্রাবী মমা-মচা মখোয অহুম লৈবম্মী। লুখ্রাবী অসিনা মচা অনী থাকপা ঙম্লবা ললোন-ইতিক তৌবা কোযনা চৎলম্মী। মমা লুখ্রাবী অসিনা লমসিগী হিংচাবী অমগী ৱাবী লীবম্মী। 'ঐখোযগী লৈবাক অসিদা হিংচাবী অমা লৈবম্মী। মহাক্না নুংতিগী মী অমা নত্রগা অনীদি চিঞ্জাক ওইনৈ। মবম অদুনা ইমানা চৎথোকখিগ্রিঙৈদা নৌপ্বা অসি মপান থোকহনগনু। থোঙ লোল্লগা লৈমিন্নবম্মু।' অসি হাযনা পাউতাক পীবম্মী অদুগা মমাদু ললোন-ইতিক তৌবা চৎখিবম্মী। মচেনা মৌপ্বা অসিবু পোদুনা মমা হল্লকপা ঙাইবম্মী। হিংচাবী অদুনা মচিন-মৌপ্বা অসিগী অচেংবা তাঞ্জা ঙাইবক্লম্মী।

নোংমা হিংচাবী অসিনা, মমা শাদুনা থোং হাংঙু হাযবকলম্মী। মমাগী মখোন মাল্লি হাযদুনা থোং হাংলুই! মখোয অহুম পূন্না লৈমিন্নবম্মী। হিংচাবী অদুনা মচেদা হাযবকই, 'ইবেম্মা নঙ ঙসিদি চাক থোংলুবো ইমানা নৌপ্বা অসি থেমদুনা ঙাইহাক্তা পোৎথাকগে।'অঙাংদু ফমুংদা পুশিন্দুনা খুনাওবী থেক্লগা চাবা হৌবকলম্মী। অঙাংদু চাবগী প্রেক প্রোক, কুৎ লাওবগী মখোন তাবদা, মচা নুপীনা হংলকই, 'ইমানা চাবিবদু কবিনো?' মমানা খুমলকই, ইমানা অচা-অথক লৈবকপনি, নঙগীসু খাক্লি। চাক থোংবা লোইবো অদুগা চাও' হাযনা তাকপীবম্মী। মচা নুপী অদুনা চিংনবদুনা যেংলকপদা, মৌপ্বাগী মখোং মখুৎ থেক্কুনা চাবা উবম্মী। মসিদি হিংচাবী ওইবা তাবে, মমা শাশিন্নবগা চংলকপা শোযদ্রে খঙলম্মী। মৌপ্বাগী লমন খুমনবা হোৎনবর্ম্মী। মচেনা হিংচাবী অদুগী শিনবগী মবম খঙদোকলম্মী। 'ইমানা চৎথোকখিগ্রিঙৈদা কনাগুম্বনা ঐবু ফাগে তৌবক্লবদি ঈমানা কবম্না খঙগনি?' মমা শাবিবী হিংচাবী অদুনা খুমলকই,'ইমা লৈবি কনানসু ইচাবু শোকপা ঙমলোই। অদুবু ঈমাদি শোল্লক্লবনিনা নঙোন্দা ৱা শিন্নবগে। ইমাগী যত্রা মখোংদা লীকং অচৌবা অমা ঙাবিবনি মসি তেক্লবদি ইমাগী খ্বাং তেক্লবনি, তুম্বা অচৌবা অমা যাল্লিবনি, মসি কাযববদি ইমাগী লৱাই মৈদা ঙৌথোক্লে। চৈনা ফঙলবা হিংচাবী অদুনা শিবমদাইগী লাও-খোংলক্লবদা, লৈবাক অদু থক থক নীকলম্মী। মদুদা লৈবাক নিংথৌনা কবি খুদম পীবিবনো হাযদুনা মাইবা পণ্ডিৎ তান্নদুনা যেংলিঙৈদা মমা-মচা থেংনদুনা নিংথৌদা থোকখিবা থৌদোক মবিক চুম্লানা তমলম্মী। নিংথৌনা নুপী মচা অদুগী থৌনা লিংজেলনা লাক্ল-ফানবা ঙমদ্রবা হিংচাবী হাৎপা ঙমখিবগীদমক মমা মচাবু কোনুংদা নুংঙাইনা থন্নীখিবম্মী।

### ফোক সোংঃ

**'ফোকসোং'** হায়বসি Oral literature গী মকওইবা শক্লোন অমনি। **'ফোকসোং'** হায়বা অসিবু অখণ্ড-অহৈশিংনা তোঙান তোঙানবা মিঙ্গৌশিং কৌনবস্মী। কনাগুম্বশিংনা মসিবু **'খুন্নুং ঈশৈ'** হায়না কৌনবগী মহুত্তা **'খুল্লক ঈশৈ'** নৎত্রগা **'খুঙ্গং' ঈশৈ** হায়না কৌনবসু যাওই। অসিদসু নত্তনা **'ফোকসোং'**বু **'খুৎলং ঈশৈ'**হায়না হায়নবসু যাওই। **'ফোকসোং'**হায়বসিনা **'খুন্নুং ঈশৈ'**, **'খুল্লক ঈশৈ'**, **'খুঙ্গং ঈশৈ'**, **'খুৎলং ঈশৈ'** হায়বিবশিং অসি লোয়নমক কোনশিনবদি ঙমদে হায়না লৌনৈ। 'খুৎলং ঈশৈ' হায়বিবা অসি মৈতৈ কাঙলুপকী যাম্না লীববা, নুংশি-নুংওনগী ওইবা, অৱায-অখুম তৌনদুনা শক্লবা ঈশৈ শৈশক মখল অমনি। ইংবাজিগী **'ফোকসোং'**অসিদি নুংশি-নুংওন্দা নত্তনা মখল-মথেল কয়াগী ঈশৈশিংবুসু কোনশিল্লি। মবম অসিনা ইংবাজিগী **'ফোকসোং'**বু **খুৎলং ঈশৈ'** হায়না মিঙ্গৌনবসি অযাম্বা যানদে। মণিপুরী খুন্নাই অসিদা **'ফোকসোং'**হায়বসিগা **'খুন্নুং ঈশৈ'**হায়বসিগদি অযাম্বা ফোকলোবিষ্টশিংনা মান্ননা লৌনবি।

মীওইবা কাঙলুপ অমগী **'ফোকসোং'**হায়না খঙনবিবা অসিদি মীশক অমত্তগী নত্তবা, মীযামগী ওইবা নৎত্রগা মীওই কাঙলুপ অমগী ওইবা ঈশৈ মখল অদুবুনি। থওইনা তমলুবা নত্তনা মীবোল অমদগী মীবোল অমদা চৎনবী ওইনা চীনবুংদা মথং মথং থংথবক্লনা চীনবুংদা লৈনবিবা ঈশৈ মখল অদুবু **'ফোকসোং'** হায়না খঙনবি। অসিগুম্বা ঈশৈ অসি মযেক ওইনা ইথোকপা নত্রগা খোঞ্জেল ওইনা নমথোকপা যাই। অদুবু মযেক ওইনা ইথোক্লবা নত্রগা খোঞ্জেল ওইনা নমথোক্লবা অদুদি **'ফোকসোং'**হায়বা যাদ্রে। মবমদি 'ফোকসোং'হায়বা অসিদি মীওই কাঙলুপ অদুগী অযাম্বা মীওইশিংগী চীনবুংদা শক্লবিবা, মাঙবা লৈত্রবা অমদি

অহিংবা মশক অমা ওইনা নৈবা ওইগদবনি। 'খুন্নুং ঈশৈ' হাযবসি কনানা হৌদোকলম্বগে হাযবসি খঙবা ঙম্মদে। খঙলবা ফাওবদা য়াম্না ৱানা অমদি তাঙনা খঙনৈ। খুন্নুং ঈশৈদি মীওইবা কাঙলুপ অদুগী পূস্নিগা শাগোন্নদুনা লাক্লবা অমদি থাদোক্লবা যাদ্রবা পোৎশক অমা ওইবতা নত্তনা মসিনা মীওইবা কাঙলুপ অদুগী ধর্ম্মগী অহোংবা, থৌনা ফবা, থৌদোক-ৱাথোক, ফজবা, অৱা-নুংঙাই কযাগী মশকশিংবু অচম্বা ঈশৈগী খোম্হোক,তাম্বা চানা ফোঙদোকই। তশেংনমক খুন্নুং ঈশৈ হাযবসি, সুব যাওনা শক্লবা অতেনবা শৈবেং ওইনা তৌবা অমদি চহী কয়া চুপ্পা চৎনবী অমা ওইনা, মীবোল অমদগী অমদা লাক্লুনা, চীনবুংদা শক্লদুনা লৈবক্লবা ঈশৈশিং অদুবুনি।

'ফোকসোং'ঈশৈ অসিগী মতাংদা মশক নাইববা মীওই কযানা তোঙান তোঙানবা ৱাফম ফোংদোক্লে। ঈশৈ অসিগী মশাজৎকী মতাংদা standard dictionary of folklore, Mythology and legend কৌবা লাইবিক অদুগী অনীশুবা ভোল্যুমদা অসুম্না পীবিঃ

> Folksong comprises the poetry and music of groups whose literature is perpetuated not by waiting and print, but through oral tradition These groups,primarily rural,are better able to preserve some of the older culture of the national unit of which they form part, than the population of the cities with its more sophisticated, more international civilization, which is subject to faster changes and fluctuations of fashion Folk song is thus part of folk culture which is distinct from that of the cities and represents only certain facets of the culture of the nation
>
> The concept of "folk" incorporated in "folklore" denotes a group in which the cultural,economic and educational diversity the city is much less pronounced,where modes of life,costumes and lore,including songs are known and shared more homogeneously throughout the group, where the cultural possessions of the individual more nearly resemble those of his neighbour Just as folk culture contrast with city culture, so folk song which embraces of folk music-contrasts with the poetry, popular song and art music of the city

**লাংঙথেলগী ফোকসোংঃ**

লাংঙথেলগী খুন্নুং ঈশৈ অসিনা,খুল অসিদা লৈবিবা মীওইশিংগী পুন্সিগা চুননা শাগোন্নবতা নত্তনা মীওই কাঙলুপ অসিগী থৌনা,লিংজেল,চৎনবী, থাজনবী,অৱা-পোৎথনবা, নুংশি-নুংওন,কাযনবা,থুংনবা অৱা-নুংঙাই অসিনচিংবশিং অসি অচম্বা শৈহেক-শৈদা অমসুং তাম্থাদা শকই। লাংঙথেলদা লৈবিবা মীওইশিংগী পুন্সিগী মমি মখোযগী ফোকসোংদা তায। মবম অদুনা মখল অসিগী ঈশৈ অসি মাংলমচৎতগী লৈবক্কবা লোনচৎ-শাজৎ, লাইনীং-লাইশোল,ফিজেৎ চাকচা অমদি নাৎকী ওইবা মশকশিং খঙহল্লি। লাংঙথেলদা খুন্নুং ঈশৈগী মচাক মবাং কাযনা ফংলি। মখোযশিং অদুদিঃ-

(১) লাই হবাওবগী ঈশৈ (২) লৌ শুবদা অমদি ঙাকপদা শকপা ঈশৈ (৩) নুংশি নুংওনগী ঈশৈ (৪)থাবল চোংবদা শক্লবা ঈশৈ অমসুং (৫) অঙাংশিং শান্নবগী অমদি নাওথেম্বগী ঈশৈ অসিনচিংবনি।

**লাংঙথেল লাই হবাওবগী ঈশৈঃ**

লাংঙথেল খুলদা চহী অমগী মনুংদা মক্ওইনা লাই হবাউনবিবা উমং লাইশিংদি- খোংজোম নিংথৌ,পাখঙবা,থাংজিং অমসুং হযু পোকপীনি। হাযবিবা লাইশিং অসি হবাউবদা শক্লবা ঈশৈশিংদিঃ-

**লাইহৌ ঈশৈঃ**

চীংঙু খোইযুম লাইনিংথৌ, যোইবু খোইবু লাইবেম্বী নদাইবেম খুঙ্গং অচৌবা, নপাবী নমোম খিবীক্লা চীংঙু নঙগীদি উযোককোন, তলা নঙগীদি উথাওকোন নকুম্না কুমদি কুমগাওদা, অবিবনা থাদা থোং, অনৌবনা হিমায-কা, হবাও নঙগী মথোইকা, থৌদোক নঙগী কুম্মৈ শান্নবদি, নপাবী পুন্সি হাপ্লিবম্মু, নমোম পুন্সি হাপ্লীযু, মমোম পোমদা পোমবনবীযু, পাবী শাৎতবা শাৎহনবীযু। মথংলেন মমান মচা কাযনদববু পীবীবম্মু। খুবাক চাংজৌ তবা লোন, ইদুগী কাদা লিৎশিনজা, শন্নাং অমনা কোংযান চৈশু তাবগুম্না, যাদা নাপী ফুইনা চিক, যোল্লবা কাদা কনবীযু, হন্না হন্না খুকমজবি।

ঈশৈ অসি লাই হবাউবগী নুমিৎ, লাই ইকৌদুনা লৌখৎলগা, মতুং নোংমা কোনবা নুমিৎতগী লাইগী থৌবম লোইদ্রি ফাওবদা লাইহৌ ঈশৈ অসি শক্লে। ঈশৈ অসি হান্না শক্তনা অতৈ থৌবম হান্না পাংথোকপা যাদে হাযনা থাজনৈ।

## লাইমাং জগোয় ঈশৈ

(১) চীংদা শাৎপী ইঙেল্লে, চীন্নদনা কেনখিবা হো কল্লকই .।

(২) হৈবাংখোইনিদা চানবা হৈনিদা, সিবু থোইনা হাওবা হৈদি চিনদম্বা হৈনিদা । মমাং লৈকায থম্বাল শাৎলে, খোইমুনা ইল্লে খোইবাবা । চেক্লা পাইখ্রবনা,পোম্বী হঞ্জিনলকপদা । লমশোনবীগী লমযাইদা, মোনুনা ৱাবে পোৎথাবা ।

নুবাগী চেংপোৎনা মোনখাংনা, লমথাংনা ফিরুক খুমদুনা, ৱারুদুনা তৌববোই । শাবী ইনেমচা পাম্মুবী, চীংনুংগী সনা লোক্তগী পাইবীবকলোদা ।

মথক্কী ঈশৈ অসি শকলমদনা অতৈ ঈশৈ হান্না শকপা যাদে হাযবগী খুন অসিদা থাজনবি লৈবি। মসিগী মখা তাবদা অমুক অতোপ্পা শক্কদবা লাই ইকৌবা চৎলমদাইগী ঈশৈদিঃ

"শন্দ্রেম্বী থোকলকলো, লাইগী খুবাক খুবীগে ।"

লাই হবাওবা নুমিৎতা, লাইবু ইকৌবা চৎলমদাইদা,মাইবীনা খুবাক খুদুনা শবিক খিংদুনা মখাগী ঈশৈ অসি শকইঃ

"হি ও, হি ও হি নঙবু হোন্দেদা,<br>লাইনিংথৌগী থৱাযবু হোনবনে।

চুথেক কুমলং শাবীনা,<br>লাপোৎ-শীংপোৎ পুদুনা,<br>কদেংঙা কদেংঙা<br>হি হি হি ।"

**ব্রাকোন থাবগী ঈশৈঃ**

"ব্রাকোল্লো ব্রাকোল্লো, ব্রাকোন্না কাপ্পা লিকাপ্পা, ব্রাকোন তনোই নোই। চীংদা তাবা ব্রাইনুনা, তমদা তাদে মহাযবে, তমদা তাবা ব্রাইনুনা, চীংদা কাগে মহাযবে ব্রাইনুও ব্রাইনুও ব্রাইনুনা কাপ্পা লিকাপ্পা ব্রাকোন তনোই নোই। হঙ্গামও হঙ্গামও, হঙ্গাম মকা লাম। থোইদিংও থোইদিংও থোইদিং মকেবে। থোংজাও ব্রাইক মখোংদা হাবৌ তাল্লুসি। নচা ইচা চানবা, হাবৌ তাল্লুসি। ব্রাকোল্লো ব্রাকোল্লো"

**ব্রাকোন থাবগী ঈশৈঃ**

"ব্রাকোল্লো ব্রাকোল্লো, ব্রাকোননা ফাসে লিফাসে ব্রাকোন তনোই নোই। ব্রাইনুও ব্রাইনুও, ব্রাইনুনা ফাসে লিফাসে ব্রাকোন তনোই নোই। চীংযাদগী যাইপলনা, যাইপলনা খুমু ওনবগুম্না হুনমিন্নসিদা । ব্রাকোন তনোই নোই। তোম্বী তোম্বী নাতুম্বী শিংজু শুবম্মু। নংগীনা শিংজু যাইনম্বী, কনানা চাবিনি। শা কোম্প্রেক চাকনু নকোয় চোমগনি। অরাংলোমদা কাখিবা, থাংজৌ লেংথোংনখিবা, পাথৌগী মচন তোম্বীদো, তালোইনি হাযদুনা ফমমিন্নবম্মী। নিংথৌবেম্বী চাকনু, নিংথৌ কাংগনি। ঙাপ্রুমনা উকাবা উতোন লোম্মীদা। থবোইনা মীচিকপা, চীকথোক্লনা চীকপোইদা শক্ফ ফংইদা।"

**লৌ যানবা ঈশৈঃ**

"হো ইপা লৌনি যাল্লো, হো ইপু লৌনি যাল্লো, হো যানসে হযা যাল্লো লাই মুশি ফৌনি যাল্লো, হো যানসে ফৌবেন ফৌজাও লৌনি যাল্লো হো যানসে তুমাই ককচেং ফৌনি যাল্লো হো যানসে লফু পামলৌ লৌনি যাল্লো হো যানসে পাঙখোক যেন্দেম লৌনি যাল্লো হো যানসে চুজাক মবৌচানি যাল্লো হো যানসে পেরু পেদায লৌনি যাল্লো হো যানসে পান্নাও শিংনাও লৌনি যাল্লো হো যানসে লোম্বা তেকতা লৌনি যাল্লো হো যানসে ফদিগোম পাখোন লৌনি যাল্লো হো যানসে তুনিংখোক-মযাংবা লৌনি যাল্লো হো যানসে ।

**লাই খোংনাং কাবা, য়ূমজাও মানবী কাবদা শক্লবা ঈশৈঃ**

"হযুদে খুল্লাইদে, লৌনম্বা পাওশাদে, সিবু থোইনা হবাওবা লৈববা লৈবনে হৌ হে হৌ হৈবান্নগেদা হোদো লিলো হোয হোয হোবিলো হোবিলো লৌনম্বনা পৌশাদে অসিবু থোইনা হবাওবা লৈববা..লৈবনে, হৌহে হৌ .হৈবান্নগেদা।"

**লোংখোনবদা শকুবা ঈশৈঃ**

পাৎ-পাৎতা লোং খোল্লি, পযা চেপশি লোংনিদা, শঙ্গায় যোংঙপ লোংনিদা ফুমথি খোংথিন লোংনিদা .। কবি পাৎতা খোনবনো, খা খোংদবু খোনববা, লাই খোংদবু খোল্লিদা, কবি ঙাবু লকতেদা । ঙাচিং অমা লকইদামবোং খোংদা খোল্লিদা, ঙাখা অমা লকইদা,ঙাখা নঙবু খোনবা নত্তে,লাইনিংথৌগী থৱাযবু খোনবনি। হমবু পাৎতা খোনবদি মুকলাং (ঙামু) অমা লকইদা, লাইনিংথৌ থৱায়বু খোনবনি, লাইবেম্বীগী থৱাযবু খোনবনি। যাঙৌ পাৎতা খোনবদি ঙাহৌ অমা লকইদা, ঙাহৌ নঙবু ফার্বদি নত্তেদা লাইবেম্বীগী থৱাযবু খোনবনি।

**লাই নুপী থিবদা শকপা ঈশৈঃ**

"ই যা কদেং ঙানবীদি ইশানৌ নঙবু, পোইবৈ কবিদবু লৈখ্রবনো, কৈবোই মবুংলক্তবু তিনখিববা, খাম্বী মৈরাযববু চৎখিববা নৎত্রগা মপন পম্বৌ হিদেন মতা ফবদবু চেংহী শম্বাল লাংববু চৎখিববা। হা তম্ফা রাঙমলোই নঙবু উবক্তবেদা ইশানৌ, মফম কৈদা লৈখিবনো ইশানৌ, নশাবী লাক্এ তাদ্রিববা ইশানৌ।"

**চুংখোং ঈশৈঃ**

নুপী- থং থং থংনবো, বোসো থংনবো,লাইনিংথৌ লাইবেম্বী থংনবে, চোংগা পেগা থেংনবে, থাংজিংগা মার্জিংগা থেংনবে, রাংব্রেনগা কৌব্রুগা থেংনবে ।

নিপা- পেম্মা নাওশেক লৈগুম্মী, ননম্মা নুংশিবদি কাযনবেদো, কাযনসনুদা। পুক নুপী চেঙদাইবী, নখুৎতু পাক্লা তিংখোকউ, খুদোপ শিবীগে।

নুপী- মাই মাই পামজদে,ঐনা হযেং চাউবগা,চাউবা লেপ্তম ফাবগা তবেৎকী শেঞ্জা পুদুনা পোৎলক পোৎলক চংদুনা,অপাম পামদা যেংদুনা, অচা-চাদা যেংদুনা,ঐনা পাম্বাখল্লগা,লৈদুনা শিদোক্কে। নখোযগী মৈতৈ নিপাসে,পাউশিন্নবা যামল্লি, নখোযগী খুঞ্জা নিপাসে হাযশিন্নবা কনমনলি।

নুপী- ইবুংগী খ্বাংগী তনৌবা, কবিবু লানা যোম্বগী নৌবনোদা।

নিপা- কবিবু লানা যোমদেদা, চনিংখোম্বী লোক্তগী লৈহৌ লানা যোম্বগী নৌবনেদা।

নুপী- ইবুংখোয মোম্বীখোয কদেঙগোই থোংজাও লাল্লিঙৈ নচলগী শম্বান্দোং তাহৌবা খিৎতা খুনবিযো।

**লৌ শুবদা অমদি ঙাকপদা শক্লবা ঈশৈঃ**

"মিশিগী শুম্বল মাযপাকপী, উথাওগী শুক্তি তুনানবী, লৈহৌ শিন্তাক পথেৎলা, মোনুগী যাংকোক মাঙদা থম, উথাওগী শুক্তি তুনানবী, খুবক লৈকা যেৎনা পায হযুমগী কোলোয তোযনা শোল, উথাওগী শুক্তী তুনানবী, কোবৌ থক্তা থাঙ্গৎলে, মোনুগী পুকশিৎ হুইথাপ্লা, মালেম লৈদা থাদবে, নুবাগী খ্বাংদি পোন হাযনৈ, হযুমগী কোলোয শোন্দুনা পন্থৌগী শুমাঙ মথৌবুঙ চেঙ্গোয মাযঙৌ তানশিদো।"

লাংঙথেলদা লৌ লিংবা মতমদা ককচিংনচিংবা মফমদগী ঈশৈ শকপা হৈবা নিপা অমা নেক্তুনা ঈশৈ শকহন্দুনা লৌ লিংবা যেলহৌঙেদগী হৌনা হৌজিক যাওবা চৎনবি। ঈশৈ হৈবা নিপা অসিনা লৌবি অমদগী অমদা চৎতুনা মোইবাং কংলৈবোল অমদি নিংথৌবোলগী ব্রাবীশিং শক্তুনা শিনবাংনবা শকই, লৌ শুবিবা মযাম্না ঈশৈ অদু খুন্মী।

(১) ঈশৈ হনবা- মমোম্লগা লাংলেন থোইবীদো ।
মযাম- হৈ হা ।
ঈশৈ হনবা- থরাযনা লন্নি খঞ্জেদো।
মযাম- হৈ হা ।

(২) ঈশৈ হনবা- লাইবেন্বীদি ফৌওইবী ।
মযাম- হৈ হা ।
ঈশৈ হনবা- চানবীযুনে কুবিযু।
মযাম- হৈ হা ।

## নুংশি-নুংওনগী ওইবা ঈশৈ খবাঃ

মখল অসিগী ঈশৈ অসি লাংঙথেলদা যাম্না মবাং কাযনা শক্লে। মফম মতমগী মতুংইন্না তোঙান- তোঙানবা ঈশৈ শক্লে। পাখঙ-লৈশাশিংনা মখোযগী অপাম্বা অনীংবা অদু ঈশৈনা থাদুনা অৱায় অখুম তৌদুনা শক্লবনি। লাংঙথেলদা মসিবু খুৎলং ঈশৈ হাযনা খঙনৈ।

নিপা- হা শিঙেল লৈবাং চনুবা শকহেনবী, লৈবাং নঙবু উরুবদা, চীংজাও খোইমু ঐহাক্কী,পাযমা পীবুক হুববী,হাযনিংবা ৱাদি ফৈযুম শা, লেম্লৈ ঙানা পনগুম্মী। কবম্বা কোবৌ নুমিৎতা, হাযনিংবা ৱাসি ফোঙদোকচবা ঙমগদগে ইনেমমচা ?

নুপী- হা খোইমু অথোযবা, পাখঙগী নপাও তাবদা, নুজা ওইবী ঐহাকসু, পাযমা পীবুক হুজেদা, পাম্বা কৈগী পাঙ্গলদি অশোঙবা নাবক্লা পাঙ্গলনি,লেম্লৈ ঙাগী পাঙ্গলদি লাইজা ঈশিংনা পাঙ্গলনি নুপীগী পাঙ্গলদি নিপানি,তম্বগী পাঙ্গল নুপীনি হাযনিংবতা হাযবিযু,তম্লিংবতা তম্বীযু, মতম ঙাইবীগনু পাম্মুবা।

নিপা- নুবা ইবেম্মা নুংশিবী, কবিগা পানদম্লসিগেনে শিঙেলও, শিঙেল লক্তগী অথোযবী, লৈবাং লক্তগী শকহেনবী। চিনিচম্প্রা কৌবী শিঙেলনা, লৈবাং মদোম শাৎতনা কোচি থাংনা শাৎপগুম, থোক্লবে নবুং ঐঙোন্দা,কোলোয নপাও শেংলমখো।

নুপী- শাবী ইবুংঙো নুংশিবা,থংলেন ইম'ন মচা হাযসি হাযঙমদা, লেম্লৈ ঙানা ৱা ঙাঙবা লাইজা ঈশিংনা পনবগুম কেতুকী কৌবা লৈবাংনা তিংখং নাওমল্লক্ত শাৎপগুম, ৱানা খাঙজবিবী ননাওনি।

নিপা- শাবী ইবেম্মা নুংশিবী, ইনেম মচা পাম্মুবী, তালোই শিংদা চন, লম্লেন লাদা যেক, কৌবৌ শীংবুম যামলকলে, লাকহৈ কুমশিং কুইবক্লে, ৱাগী ফিগৈ শেংবীবো। লৈনুংচাদি লুনাইদবী থাম্বী মৈচাক খাংঙমদা, মালেম যাংদৌ থক্তুদা, ওন্ন-থোইনা খাঙবগুম, খাঙজবকপা নবুঙনি।

নুপী- কবি পাওমেন কৌবগে, লৈকায তাদবা কযা তাবক্লগনি, কৈবোই খঙদবা কযা খঙলক্লগনি, থাম্বী

মৈত্রেং অবাবা, চবৈ ফিনা কুপ্পবু, ব্রাংলেন কয়া কুইগনি, কোবৌ কযা খাঙগনি। পলেম-পম্বৌ নাপ্পদা, কোলোয় যাথং শেংঙমদা পোম্বী মানা পাইবকপা, কনাগী মতীক লৈবগে?

লাংঙথেলদা শক্লবা, খুৎলং ঈশৈ অসি মখল মখল কযাদা পাখঙ লৈশাবীশিংনা থাদুনা শক্লে। অতোপ্পা নুংশি-নুংওলগী শৈথনবা ঈশৈ অমগা অমগা অমুক লৌখৎচবিঃ

নিপা- পাখং ইশুংলাংগীদমক, পলেম-পম্বৌ শঙ্গাই কা,নুজা কবি ব্রাহৈনা পাউহোম্বা, নিংঙোল থাঙ্গা কাদা,নুমিৎ শিংবুম কযানি থুপচানবিগে খনববা? পলেম-পম্বৌগী অকনবা চৈবাক্লা নুজা শামাই লৈবদো পাখঙদি কবি ওইবসিগে,শংদনা চুবা লৌদনা কাবা মৈচাক্কো নুজা কবম্লা যেংগেগে? নুংশিকুবগী ইবাল ওইবসু মৈচাক্কী কবম্লা কোক্কনি?

নুপী কবি ব্রানো পাম্মুবা,হৰ্য ঈ-যেন লৌদা লাং থাকপা। উনশা লৌদা লাং কাইবা, পোম্বী লাং কাইবা,পোম্বী শিনা ফাগেবা? চেক্লা চঙনা ফাগেবা? নুংশিকুবগী অওনবা শক্রমনা,কাওদবা ওইবদো তাহনবীগনু ননাওদা।

**থাবল চোংবদা শক্লা ঈশৈঃ**

লাংঙথেলদা মহৌশানা যাওশং নুমিৎ মঙানি অসি থাবল চোংবা চৎনবকই। যাওশংখক্ত নত্তনা চৈবাওবা অৰ্মদি লাই হবাউবগী মতমদা থাবল চোংবসু চৎনৈ। অঙনবা মতমৰ্দদি থাবল চোংবা মতমদা ঈশৈ হনবা অমনা পুং (ধুলোক)পাযবগা ঈশৈ হল্লি ,মযাম্লা খুন্নগা থাবল চোংনবম্মী। থাবল চোংবদা শক্লা মপুং ওইবা ঈশৈদি নিংথৌবোল অৰ্মদি মোইবাং কংলৈবোলনা অযাম্বা ওইনা শক্লে।

**থাবল চোংবদা শক্লবা ঈশৈ খবাঃ**

ঈশৈ হনবা- হোবি হোবি বোলা

মযাম- হে হোবি

ঈশৈ হনবা- নমতা থাগী থানিনদা, হোবিবোল যাওশং মৈ থাবে। শাবী-শানৌ পূম্নমক, খুজেং পালোইনদুনা,

পন্থৌগী শুম্মাং মথৌবুংদা, হোৱিগী যাংগেন চোংবদি, যেংবগী পেনবা নাইদবে। থাবগী লোইবা নংতবে। শাবী-শানৌনা মহেল্লে। ব্রাংমা লোনবা ননাইদি লম লান্না শৈশক্তে,লম লান্না শৈদমদে। হংঙোইগী লৈযেংগুম্বনে মপুগী থৌশিল খবদং, মযামগী থৌগল ফংজবা,অশোযবা চাম্মা ঙাকপীযু অবানবা চাম্মা কনবীযু।

কদেং থাংজা হনবনা, মমান ইবুংঙো খুকুম্মী, লাইজিং লাকপী খুকুম্মী। অদুগী মথং থোকপদা, মবান যাইদা লাক্লগা, তন্না মৈফম লিংখৎলে, থাংশাং অমা পাযবগা, থাংগী নাকল অমদা, মোইবাং নিংথৌ যেকশিল্লে,নিংথৌগীদি ওইবোমদা শম্লাং কোইকক্রদুনা লাইজিংলেম্বী হার্পচিল্লে। থাংগী নাকল ব্রাংমদা হাযজবগী মতৌগুম, নিজবগী মওংগুম, খুকউ খুদক কুল্লগা ষণশা লৈমাযনদুনা থাংজা হনবা যেকশিল্লে অদুগী মতুং অদুদা,ইনুং শোবা ঙাল্লেদো ইক শাদেংজবগা, চবৈ অহনবা হোংলগা,থাংগা শাগা পুদুনা কংলা তন্না কাবক্লে। খুনদিনবীগী লমতোংদা,ঙাকংহনবা ওক্লবে,মকপ অনী কাবক্লে। নিংথৌগী যাবৌ মখোংদা, শঙাই পুল্লে হাযবগাসনা মাঙদা চঙলকই। মপু মোইবাং নিংথৌনা,তযুম অচানবা অনীবু, খুৎলাম তোযনা কৌশিল্লি। ওইদা লাকপা মনাইদা, ওইনা পনা লাল্লিদো, যেৎতা লাকপা মনাইদা, যেৎনা পানা লাল্লিদো। তযুম অচানবা অনীমক, চবৈ ফিগাও শাদুনা, পানা খুদপ যাজবে। কদেং থাংজা হনবনা,থাংগা শাগা কৎচবে। মপু মোইবাং নিংথৌনা, থাংবু যেংদুনা হাযবকই,"থাংজা হনবা

নহাক্কী, লোইদাম অমা ওল্লগা, ওম্থোকপা অমা তৌবকই। থাজা অমা লৈবগা অঙকপা অমা পুথোকই। কয়াদা নিংথিখ্রবনো, যেংউনেসে তয়ূমশা, তয়ূম অচানবা নবুংঙোনি, ঐগী তালোই লেশ্নীগা, শকখঙ-মাযখংনকখো, শাগা থাংগা কংচক।" ব্রা অদু তাবদা, কদেং থাংজা হনবদো, মকলৈদা লুকখবে, শাগা থাংগা পুদুনা, পাখৌ অনী চঙলকই। কদেং থাংজাহনবনা পাইমা নুংদা খল্লকই, "ঙসিগী লাইবেন নোংজাদা, হবাও-কুম্মৌ তৌববু, পাখঙ ঐনা উববা, মোইবাং অসুক চাওবদা, নঙবু হেনবা থিদুনা মচাক হোংনা পাল্লমগে। মিৎম্না থম্বাল অনীদা, তবং লাইজা চেং দুনা, পাখঙ ঐগীদমকপু মক লৈদা লুক্লবা, নশুংলাংগীদমক্কি। তাবা চিঙ্গোই মেল্লবোই, লাইজা ইখৌ লাংলবোই। লিনশাং যাংদা পক্তুনা, অমনগী থবৈ কুন্নগে, ইবুধৌ থাংজিংনা খঙসনু। "

**অঙাংশিংনা শান্নবদা অমদি নাওথেম্বদা শকুবা ব্রাহৈ-ঈশৈঃ**

লাংঙথেল খুল অসিদা মমাংঙৈদগী হৌনা অঙাংশিংনা, শুমাংদা, খুলগী লম্পাক্তা মখল কয়াগী মশান্নশিংদা চেন-চোংদুনা শান্নে। মশান্না খবদি ঈশৈ শক্তুনা শান্নবা যাওই। অসিগুম্বা মখলগী ঈশৈ অসি মশান্না খেন্নবগী মতুংইন্না শৈশক মান্নদবা তাম্থা মান্নবা কয়া যাওই। অঙাংশিং, নিপামচা নুপীমচা পূন্না ইকোয কোযনা শান্নমিন্নে। অমাংগোই মশান্না অসি শান্নবা মতমদা, মাংগদৌবিবা অঙাং অদুনা মচি অমদা চৎলগা মচিন্দা মযাম তানবা ঈশৈ ব্রাহৈ ওইনা হাযগনি।

**অমাংগোই শান্নবদা শকুবা ব্রাহৈ-ঈশৈঃ**

যামো যামো, নখ্রেং নখ্রেং জোং, নক লুখম খম, হৈতুপ কাবোং লোং, মৈ হুক শা। কলা কলা মীখেৎচৈ, থাও উতোং নমথিবী, কাকফৈ নিংতেকপী, ফিজিং ফিজিং কাদা ফিজিং, তাবি তোমাং খক।

**তোং তোং তোংক্রম্বী শান্নবদা শক্লবা ব্রাহৈ-ঈশৈঃ**

তুম তুম তুম্বাবা, থাঙ্গা নিংথৌ মচাদি, চকপাই
খুন্দা, পুৎ-পুৎ পোকচৈ।
চীঙ্গোই লাঙ্গোই শামু খোইবে মনজেনবা,
ঙা মক ঙাক্রিজৌ।

**ক্বাক তানবী শান্নবদা শক্লবা ব্রাহৈ-ঈশৈঃ**

কেগে অমা হৌই, কেগেদুগী মতোন্দা, লাই অমা তোংঙি। লাইদুগী মমিংদি, চোংঙাবাবা কৌই। চোংঙাবাবা নঙ কদায চৎলুই, কবি যেন্সাং চাবকই। মথক্তা পানবা যোংচাক্কা, মখাদা পানবা আলুগা ইবোল্লগা চাবকই। পৈশা (দক্ষিনা) কযা পীবকই ? লুপা অনী পীবকই, মখায অমনা অঙাংগী ঙমোক লৈথোকখ্রে, মখায অমনা মীগী পীথোকখ্রে, লুপা অমনা ইনম্মনা লৌখ্রে। কৈথেলদা ঙানু মমৈ ফৎ ফৎ ।

**থবী ফুকপী মাইবেল ফুকপী শান্নবাঃ**

তোপ্পা শুমজীৎ নাচুমজীৎ,

যেন শুমজীৎ নাচুমজীৎ।

**কৈ-যেন শান্নবা ঃ**

কৈ - যেন লৈব্রা?
মযাম - লৈতে।
কৈ - যেন লৈব্রা?
মযাম - লৈতে।
কৈ - যেন লৈব্রা?
মযাম - লৈ।
কৈ - অদুদি খোংহল্লু।
মযাম - এ এ এ। (যেন খোংবা তম্বা)
কৈ - তোকপা মথি নেৎখাইগে।

**নোং তাবা মতমদা নুংঙাইনা শান্নবদা হাযনবা ব্রাবোলঃ**

মোইতাকপী মোইতাকপী তাই তাই, যেন্দাই পুতাই তাই তাই,
ফান্দা ফম্বী মৌশাবী, তবেং লৈমা চখৎচোং, সুৎ পেৎ তং।

**নাউশুম ঈশৈঃ**

> হুম হুম হুম, নৱা নঙবু তুমমোকো,ইপাবী নঙবু তুমমোকো,ইমোম নঙবু তুমমোকো,হুম হুম হুম, নৱা নঙনা তুশ্লিঙৈ,নপনগী থৌদা পাঙহৌগে, তাবাগী মথেল লোইহৌগে,হুম হুম হুম।
>
> হুম হুম হুম, খোমলেন তুমখুন তাল্লোকো, তাংলৌ ইচিক হুল্লক্লে, হাবৌনসু শৈবোই তমলক্লে,ইপাবীও চাওদ্রিবা, ইমোম লাংলেন অথোযবী,খোম্লেন তুমখুন তাল্লোকো,হুম হুম হুম। থাজনা কোকতোন খাল্লক্লে,ঈনুং চবুক লোল্লক্লে, শজিক্লা নোংলম যাল্লনি, থবানা থাজ লমজিংনি। ইপাবীও চাওদ্রিবা, ইমোম লাংলেন অথোযবী, খোমলেন তুমখুন তাল্লোকো,হুম হুম হযা হুম হুম।

**বেলডঃ**

'বেলড' হাযবা ইংবাজীগী ৱাহৈ অসিগী চপ চাবা ৱাস্থোক মৈতৈলোন্দা লৈতে। ফোকলোবিষ্টশিংনা মসিবু মৈতৈলোন্দা,খুন্নুং ঈশৈ ৱাবী' হাযনা মিঙ্গৌনৈ। অতোপ্পা অমনা 'খুন্নুং লীবোলশৈ' হাযনসু কৌনৈ। 'বেলড' হাযবা অসি, ৱাবীগী পবিং অমবু ঈশৈ ওইনা শকপদুনি। মফম মতমগী মতুংইন্না,খেন্নবা কযা লৈজববসু, মসিগী লেঙদবা শাজৎ খবদি অদুমক লৈ হাযনা মোত ফোঙদোক্লে।

> The ballad is a form of narrative folksong This type of folksong varies considerably with time and place,but certain characteristics remain fairly constant and secriungly fundamental

'বেলড' হাযবা অসি মহৌশানা অশাংবা ৱাবী ওইগল্লি। ঈশৈনা ৱাবী অমমবু তাঙ্কক নাইনা, শৈশক-তাস্থা কযা থোক্লা, অযে-অখোং যাওনা শক্লে। 'বেলড' অসি মীওই কাঙলুপ অদুগী মনুংদা চৎনবী ওইনা, চীনবুংদা লৈবিবা 'বেলড' শিং অদুবু 'ফোক বেলড' হাযনা কৌনৈ। 'ফোক বেলড' অসিবু অমুক 'ত্রেডিস্নেল বেলড' নত্রগা 'পোপুলব বেলড' হাযনসু খঙনৈ।

'বেলড' অসি চাওবাক্লা মখল মবি থোক্লা খাযদোকপা যাই। মখোযশিং অদুদিঃ-মিথোলোজিকেল বেলড (লাই-তীনগী ওইবা ৱাবী ঈশৈশিং খুদম ওইনা-হুইমু লৈমা নাহুইনুগী ৱাবী),হিষ্টোবিকেল বেলড (নিংথৌবোলশিংগী ওইবা ঈশৈ

ৱাবী,খুদম ওইনা-চবাইবোংবা অমসুং নুংথিল চাইবীগী ৱাবী),ফ্রোবা অমদি ফোওনা (হৈবোল-লৈবোলগী ওইবা অমদি শা-উচেক্কী ওইবা ঈশৈ ৱাবী,খুদম ওইনা- কাক্রে,উচানগী ৱাবী) অবোযবদা লেজন্দশিংগী ওইবা (লাইগী মগুণ চেনবশিংগী ঈশৈ ৱাবীদা-হেঞ্জুনহ্ন অমদি লাইবৌলেম্বীগী ৱাবী) অসিনচিংবশিংনি। মণিপুবদা শক্লবিবা 'খোংজোম পর্ব্ব' হায়বিবা শৈশক মখল অসি 'ঈশৈ ৱাবী'গী পন্দুপ অমনি। লাংঙথেল খুলদা,'পেনা ঈশৈ' 'খোংজোম পর্ব্ব' অসি পাম্না ঙসি ফাওবা তানবি। শৈশকশিং অসিদা 'ঈশৈ ৱাবী'গী ওইবা তোঙানবা মচৎশিং যাওজবি। খোংজোম লানগী থৌদোক-ৱাথোক্কী ঈশৈ 'খোংজোম পর্ব্ব' অসিদা নত্তনা,কংলৈবোল, নিংথৌবোল,মোইবাং কংলৈবোল, লৈশেমলোন অমদি লাইবোল কযাগী শাংলবা ৱাবীশিংবু তাঙ্কক নাইনা শক্লবি।

**প্রোভাব ঃ**

'প্রোভাব' হায়বসি ফোক লিত্রেচবগী মনুং চল্লিবা শক্তম অমনি। মসি মীওই কাঙলুপ অমগী মীবোল অমদগী মীবোল অমদা চীনবুংদা থংথবকপা পাউতাক নত্রগা লৌশিংগী ওইবা অতেনবা ৱাহৈ পবেং নত্রগা ৱাঙাংশিং অদুনি। 'প্রোভাব'তা মতম পূম্নমক্তা লেঙদবা,মতম পূম্নমক্তা অচুম্বগী মশক অমা শাগোন্নদুনা লৈবি। মখোযশিং অসি কনানা কবম্বা মতমদা হৌদোকলম্বনো হায়বা চপ চানা হায়বা ঙমদে অদুগীসু মথক্তা মসি অইবা ওইনসু লৈতে। 'প্রোভাব' অসি কবিগুম্বা মতমদা শৈবেংগী মতৌগুম্না ছন্দ নাইবা, কবিগুম্বা মতমদনা ৱাবেংগুম্না নুং অমসুং পান অনীগী অর্থ চেনবা, লৌশিংগী মঙাল পুবিবা ৱাহৈ চবুন নত্রগা ৱাহৈ পবেংনি হায়বা যাই। 'প্রোভাব' হায়বসি 'পাউবৌ'হায়বসিগা মান্ননা লৌবসু যাই। 'পাউবৌ'হায়বদি 'পাউ অমা লৌবা' অদুগা 'পাউতাক' হায়বসিনা লৌশিং পীবনি হায়না অখণ্ড-অহৈশিংনা তাকপী।

লাংঙথেলগী পাউবৌশিংগী মকুওইবা থৌদাংদি,পাউবৌ অসিবুনা তাবিবা মীওইশিংদা লৌশিং অমদি পাউতাকনচিংবা পীবনি। তোঙান তোঙানবা, পাউবৌশিংনা,লাংঙথেলগী মীওইশিংদা কবিগুম্বা থবক থৌবম অমা পাংথোকপদা,অফ-ফত্তা মীওইশিংগী পূক্সি মবেলবু হেন্না অচুম্বা লম্বেলদা চৎতুনা, অৱাংবা ফিদমনিংঙাই ওইবা খুন্নাই অমগী মরু হুনবা ঙমহল্লি। লাংঙথেলদা শীজিন্নবা পাউবৌ খবদিঃ-

(১) নহাদি নিংথৌগী,অযোদি ইতোমতা।

(২) মতৌনা য়াম থৌবা, মকনা কোবৌদা লৈবা।

(৩) হিংচাবী মৈবৌ ।

(৪) হাওনা কোল লোইগুন্মী।

(৫) লৈ নঙবু পান্নদি নোংমতনি  নুবা নঙবু পান্নদি, লোইদাম থা ওল্লি।

অহানবগী পাউবৌ অসিনা তাক্লিবদি-থবক অমা পাংথোকপদা মায পাক্লবা মতমদা লৈপাক নিংথৌ নত্রগা লৈপাক মীযামগী ওই থবক্কুনা মাযথিববা, অব্রাবা তাববদি ইতোমতা তায হাযবসি ফোঙদোকপনি।

অনীশুবগী অসিনা, অখঙ-অহৈ যান্না শাবা অদুগা তৌথোকলকপদদি মপুং ফাবা ঙমদবা অদুবু খঙহল্লি। পাউবৌ অসিদা শীজিন্নবিবা 'কোবৌ' হাযবসি লাংঙথেলদা 'অপঙবা' অসিবু খঙনৈ। মসি খুল অসিগী তোঙানবা খঙনবা লোন অমনি।

অহুমশুবা অসিনা, থবক অমা পাংথোকপদা তৌই তৌদে খঙহল্লক্কবা, পাউ থাখ্রগা অমুক হল্লক্কবা অসিবু খঙনৈ।

মবিশুবা অসিনা,ইমুংগী পোৎ-চৈশিং শীজিন্নবদা, তক-তকনা, চেকশিন্না, মশা নান্না তৌবা অদুবু খঙনৈ।

মঙাশুবা অসিনা লৈ অমবু পান্নবদি নোংমখক্তগীনি অদুগা নুংশিজবী নুপী অমা ফঙনবা হোৎনবদি মতম শাংনা চংঙি হাযনা প্রমাণ তৌবনি। পাওবৌ অসিদা নত্তবা, অযুক-নুংথিলদা তোযনা শীজিন্নবা অতৈগা মান্নদবা পাউবৌ খবদিঃ-

(১)  উৎনুংদা লৈবম্লবসু, সনাদি সনানি।

(২)  উগী উশক্তি উহৈনা খংঙি।

(৩)  মৈনি খঙনা পাযকুববদি,পোকপা মশানা তাই।

অহানবগী পাউবৌ অসিনা তাকলিবদি-মগুণ লৈবা অফবা মীদি, মফম, মতম অমদি সঙ্গগী মখা পোন্দে। মতম পূন্নমক্তা ফদুনতা লৈ হাযবসিনি। অনীশুবগী অসিনা-তাইবঙ মীওইবগী অশেংবা মতীক-মগুণ অমদি মবমচৎ অসি, মানা মানা পাঙথোক্লিবা থবক্কী মহৈনা খঙঙি হাযবসি ফোঙদোকপনি। অহুমশুবা অসিনা,ফত্তবা থবক্লি খঙনা তৌকববদি,খুদোং থীগনি হাযবসি তাকই।

অহল-লমনশিংনা,যূম্বাল-কৈবালগী মবমদা তোয়না ঙাংনবা পাউবৌ কয়া অমসু লৈবি। খুদম খরা অমসু মখাদা পীবি।

(১) নিপা নুপী যূম্বানমিন্নবা হায়বসি চফু-উয়াল চাক্তমিন্নবনি।

(২) চাকতিন্নববুদি মোনদিন্নবনা হেন্না কুপ্পী।

(৩) লৌবা লাই, খাযনবদি লুই।

পাউবৌশিং অসিনা নিপা নুপী যূম্বানমিন্নবদা পুকচেল খোইজেল তিন্ননা লৈমিন্নববতদা,অফবা-নুংঙাইবা যূম্বাল ওই হায়বদু তাকই। চীনবুং সাহিত্যগী শক্লোন ওইবিবা পাউবৌ অসিনা, লাংঙথেলগী অহল-লমনশিংনা নৎত্রগা মীশিংনা খুন্নাইগী অফ-ফত্তা, শেমদোক-চুমথোক্লবগী ওইনসু শীজিন্নে। অতোপ্পা,পূন্সি খোঙচৎতা অমনা অমগী মতেং পাংনদুনা, পূন্সি হিংমিন্নবগী মতাংদা শীজিন্নবা পাউবৌসু লৈবি।

(১) "ব্রাক্কাক্কী মতেঙ, লৈতুম্না পাং, লৈতুমগী মতেঙ ব্রাক্কাক্লা পাং" অসিনি। অতৈ তোঙানবা লাংঙথেলদা হায়নবা,শীজিন্নবা পাউবৌ মখল খবদিঃ (১) "ফম্বা কল্লগা ফম্মেন ফম্মী, অনম কল্লগা মাইবী চঙই"। (২)"হৈনিংবা নুমিৎতা কৈম্যাং হিপ্পা, হৈনিংদবা নুমিৎতা কৈনিং হিপ্পা" অসিনচিংবনি।

## বিডলঃ

চিনবুং সাহিত্যগী মনুংদা 'বিডল' অসিসু অমনি। বিডল' হায়বসি মীওইবা, যেলহৌমী কাঙলুপ অমগী মনুংদা, মীবোল অমদগী মীবোল অমদা চীনবুংদা,ব্রাহৈগী মশক্তা থংথবকপা অইবা ওইনা লৈতবা ব্রাহৈশিংনি। লাংঙথেল, খুল অসিদা চন্নবা পাওখোং কয়া অমসু লৈবি। Aristotleনা মাহাক্কী ওইবা ব্রাবোলদা অসুম্না হায,

"A riddle is a well composed metaphor"

তশেংনা হায়ববদা, 'বিডল' হায়বা অসি, কনা গুম্না মীশক নত্রগা পোৎশক অমমবু খঙদনবা প্রমাণ-পাষ্টে তৌদুনা,চাংদম্নদুনা শেম্বনি। 'বিডল' অমবু ফোঙনবা হেক হোৎনকবদা, মাগী লৌশিংগী পাঙ্গলনা ফোঙগনি। ব্রাফম অসিবু শৌগৎলদুনা C S Burne না অসুম্না হায,

" the riddle describes a thing or a person in more obscure metaphor,calculated to exercise the intelectual skill to any who attempt to solve it"

'বিডল' হায়বা ইংলাজীগী ৱাহৈ অসিগী চপচাবা মণিপুরীগী ৱাহন্থোক লৈতে অদুবু 'পাউখোং' হায়না ৱাহন্থোক লৌদুনা শীজিন্নৈ।'পাউখোং ' হায়বসি 'পাউফোঙ'হায়বসিদগী ওইবকপনি থাজনৈ। 'পাউ অমসুং ফোঙবা'পাউবু ফোঙদোকপা,হায়না ৱাহৈ অনী অসিনা পূনশিন্নবগা ওইবকপনি হায়না লৌনৈ। লাংঙথেল খুল অসিদসু মহৌশাগী ওইবা চন্নবকপা, হায়নবকপা পাওখোংশিং কয়া লৈবি। মসিনা খুল অসিগী মীওইশিংনা মমাংঙৈদগী হৌনা,নিপা নুপীশিংনা ফৌ যৈবদা, লৌ থাউবদা অমদি অতৈ শীন শুবদা অৱা পোৎথানবগীদমক পাওখোং চন্নৈ। অহল-লমনশিংনা মচা-মশু ওইবশিংবু পূক্লিং-লৌশিং ওইননবা, তাকপী-তন্বীবদসু পাউখোং অসি চল্লি। লাংঙথেলদা চন্নবিবা পাউখোং অসি চাউবাক্লা মখল তবেৎ থোক্লা খায়দোক্লগা নৈনবা যাই। মখলশিং অদুদিঃ-

(১) মীওইবগী হকচাং কয়াৎতা যূম্ফম ওইবা পাউখোং।

(২) মহৌশাগী ওইবা পোৎলমশিংদা যূম্ফম ওইবা পাউখোং।

(৩) শীজিন্নবিবা পোৎ-চৈশিংদা যূম্ফম ওইবা পাউখোং।

(৪) চানা-থক্লবা পোৎলমশিংদা যূম্ফম ওইবা পাউখোং।

(৫) তুক্কচবা অমদি অকান্নবদা যূম্ফম ওইবা পাউখোং।

(৬) হিন্দু ধর্ম্ম অমদি নোংচুপলোমগী শিক্ষা চঙলকপদগী লাকপা পাউখোং অমসুং

(৭) পাউখুমবু মশাদা যাওজবা পাউখোং অসিনচিংবশিংনি।

লাংঙথেল খুলদা শীজিন্নবা,মীওইবগী হকচাং কয়াৎতা যূম্ফম ওইবা মখলগী পাউখোংশিং মখাদা পীবিঃ-

পাওখোং ১ - চীংদুম অমদা মতাং পান্বা ৱা মযাম হৌবা কবিনো'?
পাউখুমঃ - কোক্তা শম হৌবনি।

পাওখোং ২ - পুখ্রি জাগব অমদা লৈবা, নাপী মকা অমতা তাবা যাদবা কবিনো?
পাউখুম ঃ - মিৎ।

পাওখোং ৩- উক্রোং অমা লৈবা, মখুল তবেৎ ফাৎপা, কবিনো'?
পাউখুমঃ - কোক।

পাওখোং ৪ - যেংল-যেংলগা উবা ফংদবা,লাপথোকখিবা কবিনো?
পাউখুমঃ- না।

পাওখোং ৫ - তাঙবদি তাঙবা,মীনদি পান্নদবা ক বিনো?
পাউখুমঃ- কোক তাঙবনি।

পাওখোং ৬ - মু মু তমুবী, ওয়না থেকপী বাধিকে কবিনো?
পাউখুমঃ- শম পুনবা।

পাওখোং ৭ - অযৃক্তা মখোঙ মবি পানবা, নুমিৎ যৃংবদা মখোঙ অনী পানবা, নুমিদাংৱাইবমদনা মখোঙ অহুম পানবা কবম্বা জীবনো?
পাউখুমঃ - তাইবঙ মীওইবনি।

পাওখোং ৮ - মতাওনা তৌবিমখৈ তৌবা, তৌদ্রগনা তোকপা কবিনো?
পাউখুমঃ- মীওইবগী ম্রি।

পাওখোং৯ - মচিন-মনাও অনী নোংমতদা পোকমীন্নবা, মযাম্বদগী মনাওনা হুনবা কবি শানো?
পাওখুম ঃ মী ফাইবোক।

লাংঙথেল খুলদা শীজিন্নবা,মহৌশাগী ওইবা পোৎলমশিংদা যৃম্ফম ওইবা পাউখোংশিংঃ-

পাওখোং ১ - ইনগুম্বদি থনোপ থনোপ, থাজগুম্বদি তকোয-তকোয কবিনো?
পাউখুম ঃ- মিবাংনি।

পাওখোং ২ - মউদি পাম্বীনি, মনানা তগুপ-তবেং, মপালনা কাংদ্রুম, মহৈনা থাঙশাং কবিনো?
পাউখুম ঃ - যোংচাক।

পাওখোং৩- ফেঙদ্রবসু লংবা, চোইদ্রবসু ঙৌবা কবিনো?
পাউখুম ঃ - নুমিৎকা থাগনি।

পাওখোং ৪ - লাইজা ঈশিংগা পোকপা, চেক্লা নত্তনা চেক্লাগুম, নোংথক্তা পাইবা, মশা মবি পানবা, মখোঙনা তরুক পানবা কবি জীবনো?
পাউখুম ঃ - নাউসেক।

পাওখোং ৫- লোইবী চীংগী নিংঙোল, তম্পাক্তা ঙাওজবী, ইঙা থাদা চাওগনবী,মপাম লমদম য়েংলমদনা, খোইদ্রিং খোইদ্রাং চেনখিবা কবিনো?

পাউখুম ঃ - তুবেল।

পাওখোং৬- মমা নমথিবীনা মচা বাধিকা পোকপা কনানো, কবিনো?

পাউখুমঃ - চিগোংলৈ।

পাওখোং ৭- লোইবী চীংজাওদা পোম্বা লৈ,মালেম তম্পাক্তা শাৎপা লৈ, কোবৌগী মৈশানা যৈবদা, লৈবাং খাংঙুথক্তা কেনবা লৈ, কবি লৈবাংনো?

পাউখুম ঃ - উন।

পাওখোং ৮- পীক্লিঙৈদা ফনেক শেৎপী.চাওবক্লগা ফনেক থোকপী কবিনো?

পাউখুমঃ - ব্রা।

পাওখোং ৯- মখোঙ যাওদবনা মখোঙ যাওবা পুবা, মকোক যাওদবনা উহৌবা কবিনো?

পাউখুম ঃ - লীলনা হঙোই পুবদা ব্রাইখুনা উহৌবনি।

পাওখোং১০-কোইজোম্বী পুকংবী মমানা,ফজখ্রবী মচা নিপা নুপী পোকচববু, খোইমু কনানা তোংবীদবা, তাইবঙ মীনসু লাইদা কৎপীদবা কবিনো?

পাউখুম ঃ - কবোকং মপাল।

লাংঙথেল খুলগী,শীজিন্নবিবা পোৎ-চৈশিংদা যুম্ফম ওইবা পাউখোংশিংঃ-

পাওখোং ১- লি লি লিবেল লি, নুবা খুজেং তনৌ লি, ষনবী অঙৌ ফুনা লি কবিনো?

পাউখুমঃ - লশিং কাপ্পা।

পাওখোং ২- হনুবী জোন জোন কবিনো?

পাউখুমঃ - কাঙ্খল।

পাওখোং ৩- শা-ঙানা কপ্লগা,উনা-ব্রানা তেঙথাবা কবিনো?

পাউখুমঃ - পেনা খোংবা।

পাওখোং ৪ পুখ্রি অমগী মযাইদা উচুক অমা যুংবা, উচুক্তুগী মথক্তা খুনু অমা তোংবা,খুনুদু ঈশিংনা কংদ্রি মখৈ তোংদুনা লৈবা,ঈশিংনা কংখ্রবা পাইখিবা, কবিনো?

পাউখুমঃ - থাউমৈ পুদোন।

পাওখোং ৫- নোংমগী পূন্সিদা থাশিসু ওইবা, পুর্ণিমাসু ওইবা কবিনো?
পাউখুম ঃ - তিকি।

পাওখোং ৬- চীন্দুশ্বী মচাদা,মমা নিংতেকপীনা পাখোন শীগ্রগা, শুকহন হল্লক্কবা, কবিনো?
পাউখুমঃ - তেন কাপ্পা।

পাওখোং ৭- জগোয শাবী অমনা মমৈ মকোক খঙদনা জগোয পংশাদা শাবগা, মবুক কংবা বাবু অমনা থবো থবো পংওন্দা ওনবা কবিনো?
পাউখুমঃ - মোইথাপ নাইবা।

পাওখোং ৮- নঙগী অশিবদু অমুক্তা পুজগে, ঐনা হযেং অমুক শিবগা শিংজগে কবিনো?
পাউখুমঃ - পাযা অশিবা পুবা।

পাওখোং ৯- মচীন-মনাও ফাইবোক লৈবদা, অমা লৈত্রবদি অমদু কান্নদবা কবিনো?
পাউখুম ঃ - খোঙউপ যেৎ-ওই (জুবা)।

পাওখোং ১০-মমিৎ অনী পাল্লি,যেংবদি উদবা,মচীল অনী পাল্লি চাবদি যাদবা, মখোঙ অনী পাল্লি চৎপদি ঙমদবা কবিনো?
পাউখুম ঃ - লাইফদিবী।

লাংঙথেল খুলগী,শীজিন্নবিবা পোৎ-চৈশিংদা যুম্ফম ওইবা পাউখোংশিংঃ-

পাওখোং ১- শিববা মক্তদা নাবত্রা হংবা কবিনো?
পাউখুম ঃ - ঙা।

পাওখোং ২- অশিবনা ধমকা তৌবা কবিনো?
পাউখুম ঃ - ঙাবি।

পাওখোং ৩- লৈনুং গদা,কবিনো?
পাউখুম ঃ - কৌখা।

পাওখোং ৪- লৈশাবী মঙানা পুত্রি অমগী মযাযদা জগোয শাবা কবিনো?
পাউখুম ঃ - খুৎশা মঙানা ইবোনবা।

পাওখোং ৫- যেকম অমুবী অমনা মশিং খিঙমদবা মকম কোকপা, কবিনো?
পাউখুম ঃ - চফুগী চাক।

পাওখোং ৬- চাবে তেঙ্গোৎ থন, চাদ্রে তেঙ্গোৎ থন কবিনো?
পাউখুম ঃ - থবোই থোংবা।

পাওখোং ৭- নিপা অমনা কোকযেৎ অঙৌবা চাওনা যেৎলগা কাখৎলকপদা নিপাদুগী মঙক্তু থাংশানা থবৎ ককথৎপা কবিনো?
পাউখুম ঃ - চবোন শৌগৎলকপদা খেৎতোকপা।

তুক্কচবা অমদি অকাম্বদা যুম্ফম ওইবা পাউখোংঃ-

পাওখোং ১- খাবাওবিদা হাপ্লগা চিনখুবিদা থোকপা কবিনো?
পাউখুম ঃ - অমাঙবা হাম্বা।

পাওখোং ২- যেনবী অঙৌবীনা যেনগোন্দগী ফদ্রং লাওনা পাইথোকখ্রগা হঞ্জিল্লক্কবা কবিনো?
পাউখুম ঃ - নপ শিৎপা।

পাওখোং৩- পেৎনা যুবা নাদনা শেকপা, কবিনো?
পাউখুমঃ - অমাংবা নেৎপা।

পাওখোং ৪- মাংদবা থি কবিনো?
পাউখুম ঃ - যাথি।

লাংঙথেল খুন্দা, হিন্দু ধর্ম্ম অমদি নোংচুপলোমগী শিক্ষা চঙলকপদগী লাকপা পাউখোং খবাঃ-

পাওখোং ১- থৌদু নুঙনা খাদা থং, লাইজা ঈশিংনা যাযদা চল, পামেল উজাওনা থক্তা থোং, শ্রীকৃষ্ণগী থোন্নবৈ, নিংথৌবুসু ঙান্নবৈ কবিনো?
পাউখুম ঃ - চন্দন নুঙদা তকপা।

পাওখোং ২- উনুংদা থৌবি তিংবা কবিনো?
পাউখুম ঃ - উবিক লেংবা।

পাওখোং ৩- খুবাক ময়াযদা পোম্বা লৈ, চাকচা মাঙদা লাইবক্তা শাৎপা লৈ, নুমিদাং ওইবগা কেনবা লৈ, শীঙেন কবি লৈবাংনো?
পাউখুম ঃ - চন্দন থিনবা।

নোংচুপলোমগী মহৈ যঙলকপা অমদি মতমগী অহোঙবা কয়া লাকপগী মমি লাংঙথেলগী পাউখোংশিংদা তাবকপা খবাঃ-

পাওখোং ১- ইংলন্দদগী সাহেব নিপালখক লাকই, লাংঙথেল যৌবকপদা সাহেব মবিদা ঙাযবা কবিনো?
পাউখুম ঃ - অঙ্ক মশিং ৪।

পাওখোং ২ - অৱাংলোমদগী উচেক শঙ্গু অমা পাইবকই, খাবোম মাইকৈদগীসু শঙ্গু অমা পাইবকই। খাবোমদগী পাইবকপা উচেকশিংনা হায, " নখোযবোমদগী উচেক অমা ঐখোযবোমদা পাইবক্লবদি, ঐখোযনা তঙ্খায অমা হেনগনি"। অৱাংলোমগী উচেকশিংনা হায, নখোযবোমদগী উচেক অমখক ঐখোযবোম দা পাইশিললক্লবদি, নখোযগী মশিংগা ঐখোযগা চপ মান্নগনি পাইবক্লিবা উচেক মশিং অদু কযানো?

পাউখুম ঃ - অৱাংলোমগীনা ৫, খাবোমগীনা ৭।

পাওখোং ৩ - থৱায পানবা অমনা পান্দবা অমদা কৌবগা, থৱায পানবা অমনা খুন্বা কবিনো?

পাউখুম ঃ - ' বিক্সো' হাযনা কৌবগা অথৌবা মীনা খুন্বা।

লাংঙথেলদা শীজিন্নবা পাউখুমবু মশাদা যাওজবা পাউখোংশিংঃ-

পাওখোং ১ - পাযথোক-পাযশিন থোঙ কবিনো?

পাউখুম ঃ - থোঙ।

পাওখোং ২ - কাবা নাম্থ কাবা নাম্থ লফু কবিনো?

পাউখুম ঃ - লফু।

পাওখোং ৩ - তাপ পায ফন চোং, লৌবা ঙাংশং খজিং কবিনো?

পাউখুম ঃ - খজিং।

অসুম্না তোঙান তোঙানবা পাওখোং, কযা মহৌশাদগী খুল অসিদা অঙাং-অহল, নুপী নিপা থিদনা চন্নদুনা ল্যকই। পাওখোংশিং অসি, চীনবুংদা মীবোল অমদগী মীবোল অমদা হাযনদুনা লাকপনি। মসিনা লাংঙথেল খুল অসিগী মহৌশাদগী চৎনবকপা অমদি লৈজবক্লবা নাৎকী মশক তাকপদা অচৌবা মফম অমা পীদুনা লাক্লি।

**ৱাবোইশিনঃ**

লাংঙথেলগী ফোকলোবগী মচাকশিং কুপ্না নৈনদুনা খুল অসিগী মহৌশাদগী লৈজবক্লবা নাৎকী মশকশিং তোঙান তোঙানবা পন্দুপ খাযদোক্লুনা খব মখৈদি নৈনখ্রে। নৈনখ্রিবা অসিদগী চাওবাকপা ফোকলোবগী মশক অমদি ঐখোযনা খঙবা ঙমলে। লাংঙথেলগী ওইবা চৎনবিবা শাজৎ, থাজনবী, চীনবুং ৱাবী, পাউবৌ-পাওখোং, লাইনিং লাইশোল মযাম অসিনা অমুক্কা হেন্না খুল অসিগী লৈজবিবা

কলা-সংস্কৃতিগী মশক অমসু ঐখোযনা খঙবা ঙম্মী। মসিনা লাংঙথেল খুল খক্তগী নত্তনা মণিপুবগী ওইনা অচৌবা নাৎকী পূক্কে অমা শেমলকপদা মফম অমদি কন্দুনা লৈবগনি।

মখা তানা, হেন্না কুপথনা নৈনদুনা ফোলোবগী শকলোনশিংগী মবমদা চংশিনবা যাবা লাংঙথেলদা লৈবি। খুলগী মীওইশিংনা মহৌশাগী চৎনবীশিং অসি ঙাক্তুনা লাক্লগসু, মতমগী হোংলকলিবা অহোংবসিনা তপ্পা তপ্পা নাথৈবা হৌবক্লি। মসিনা হান্নগী মশক খবদি তুংদা হৌবক্লিবশিংনা খঙবদা, নৈনবদা মমি শামখিগনি। মসিগীদমক্তি নুংনাংনিংঙাই ওইবি। অদুবু ফঙলক্লিবা খব অসিনা পাম্বে অমদি শোযদনা ওইবগনি। লাংঙথেলদা লৈবীবা যুম্নাক মশিং কুননিপাললি। মসিগী মনুংদা শামুবাইলাৎপম যুম্নাক অসি নত্তনা অতৈ বামোন লাই লাৎপা লৈবা থেংনবক্তে। মসিনা খুল অসিদা হিন্দুগী লাইনিং অসি থেংনা চঙলকপ্রা হাযবনচিংবা কুপ্থনা নৈনবা যাবা কযা অমসু লৈহৌবি। লাংঙথেলগী নিংঙোলশিং ককচিংদা অমদি ক্বাথার্নচিংবশিংদা ওংখিবা থেংনৈ। মসিনা সেদ্যুন্ড কাষ্টকী ওইবা তোঙানবা নৈনবা যাবা মীৎযেং অমসু ফংবা ঙম্মী।

লাংঙাথেলগী ফোকলোব অসি বিচার্দ এম দবসননা পীবম্বা ব্রাফম মতুংইন্না নৈনজর্বনি। খুল অসিদা লৈজবম্লিবা ভার্বেল ফোকলোব (চীনবুংগী ফোকলোব) অমদি নন-ভার্বেল ফোকলোব (চীনবুংগী নত্তবা ফোকলোব) মচাকশিং অসি সংস্কৃটাইজ অমসুং নন-সংস্কৃটাইজ অনীমক্কী ওইবদা নত্তনা অনীমক অসি যানশিন্নবা মচাক কযা অমসু ফংবা ঙম্লি মসিনা লাংঙাথেলগী ফোকলোবগী মবমদা হেন্না নৈননিংবা অমদি খঙনিংবা পোকহল্লি। চীনবুংগী নত্তবা ফোকলোবগী মচাক অসি যেংলুবদা খুল অসিগী মৈতৈশিং অসিগী লৈজবম্লিবা নাৎকী ওইবা থাজনবিশিং, পাঙথোক্লবিবা ঈবাৎ-থৌনি, লাইনিং-লাইশোলশিং অমদি লাইথৌ-তিনথৌশিং মমল যাম্লবা কযানি। খুল অসিদা হিন্দু লাইনিং চংলকত্রিঙৈগী মমাং অমদি চংলক্লবা মতুংগী মচাকশিং অনী অসিগী যানশিন্নবা মওংনি হাযবা যাই। মবম অসিনা খুল অসিদা খুন্দাবিবা মৈতৈশিংনা মহৌশাদগী লৈজবক্লিবা উমং লাইশিং, যুমলাইশিং কযাবু কিনা অমদি লুনা ইবাৎ থৌনিজদুনা লাকই। নাকল অমবোমদনা অমুক হিন্দুগী লাইশিংবুসু থাজবগী মতুংইন্না কনাগুম্বনা ঈবাৎ-পূজা অদুমক তৌনবি, লাৎনবা যাওবি। পূম্নমক অসি মখা তানা কুপ্থনা নৈনবা যাবা মমল যাম্লবা ফোকলোবগী মচাক ঙাক্তনি ॥০॥

## মতেঙ লৌখিবা অতৈ লাইবিকশিং

### (ক) ইংলিসকী লাইবিক খবা


| | | | |
|---|---|---|---|
| 1 | Aarne,Antti | 1961 | The Type of Folktales by-S Thompson |
| 2 | Arya,SP | 1975 | Sociological Study of Folklore, Calcutta,Indiana publication |
| 3 | Barua | 1962 | Assamese Proverbs, Guwahati |
| 4 | Chatterjee,SK | 1974 | Kirata-JanaKriti,Calcutta |
| 5 | Propp,VJ | 1968 | The Morphology of folk Ptale L Scott 1958 Austin |


### (ক) মণিপুৰী লাইবিক অমদি চেফোং খবা


| | | |
|---|---|---|
| ১। | খুমন নবকিশ্বৰ | এন ডি লৈশেমলোন,ইম্ফাল। |
| ২। | ঙাবিযানবম কুল্লচন্দ্র | মৈতৈ লাই হবাওবা,ইম্ফাল। |
| ৩। | ওইনাম ইবোচাউবা | ফোকলোৰ বিজ্ঞান (১বাশৰুক) |
| ৪। | ৰাজকুমাৰ সনাহল | ফুঙ্গা ৱাৰী |
| ৫। | লাইশ্ৰম বীৰেন্দ্রকুমাৰ | মণিপুৰ খুনুং ঈশৈ খোমজিনবা |
| ৬। | এল মঙ্গি | মৈতৈ পাউবৌ,ইম্ফাল |
| ৭। | কলচৰেল ফোৰম | ঋতু চেফোং, মে,১৯৬/১৯৯৯ |
| ৮। | নহাবোস সাহিত্য প্ৰেমি সমিতি,ইম্ফাল | ৱাখল, মাৰ্চ্চ ১৯৮৫ |
| ৯। | সাহিত্য পৰিষদ,ইম্ফাল | সাহিত্য, আগষ্ট,১৯৮১ |

